# মৈতৈ নিংথৌরোল

( শেমদোক্কুনা চাউথোক্লবা খুৎনম )


অইবা

সন্নাংথেম বরমণি সিংহ

সাহিত্যভুষণ

চীংঙ্গা মথা চনম পুখ্রি মপাল, ইম্ফাল।



ফংফম ঃ রাজেস বুক ষ্টোর

গভর্ণার রোড, ইম্ফাল অমসুং

অতৈ লাইরিক য়োনফমশিং

ংফম থোকপা পুন্নমক অইবগীনি।

লুপা ১২০/-

অহানবা মশানা থোঙজবা

অনিশুবা খুংলম, নবেম্বর, ২০০০



চৈথাবোল কুম্বাবা, নিংথৌরোল লম্বুবশিং, শঙ্গাই ফম্মাং
মতমগী চেফোংশিং, নিংথৌরোলগা মরী লৈনবা
রারীশিং ফোঙলবা অমসুং ফোঙদ্রিবা
পুয়া কয়াগী মতেঙসু লৌজৈ।

---

নকম : কেঃ ডিঃ প্রিন্টিং এণ্ড ইষ্টেসনরী ৱার্কস,
চীংঙামথা মৈস্নাম লৈকায়, ইম্ফাল।

# মৈতৈ নিংথৌরোল

## পাখংবা ( খৃঃ ৩৩—১৫৪ )

কলিগী কুমশিং ৩১৩৫ শুবদা য়াবিরোক্কী মজাইবুঙো নোংদা লাইরেন পাখংবনা পোইরৈ মৈতৈ লৈবাক্কী নিংথৌ ওইখি। পোইরৈতোম্বা মৈতৈ লৈবাক্তা খুম্বোরকপা মতমদা লোয়নরকপা লাইস্নাবু মৈতৈ লৈমা হাপখি। লৈমা নিংথৌ অনিনা পাল্লকপা মতম থরা লৈরগা নোংমা লাইস্নানা পাখং-বদা, ইবুঙো নহাক্না অয়ুক নুংথিলদা নতিক নথৌনা লৈবা লাই ওইহুনা লৈবাক রায়েল থৌদাহুনা লৈরগা অহীংদনা কনা খঙহন্দনা মী ওইহুনা কোয়না চংতুনা লৈবসি কনাগুম্বী শকহেনবী চম্নু নিঙোল মরুম্বী লৈরমানে ননাওগী পুকনিংদা চিংনবা পোকই। অদুনা ঐস্নু ইবুঙোগুম্মা ইতিক ইথৌনা লৈনা মীস্নু লাইস্নু ওইজগে হায়রক্লে। লাইস্নাগী রাহু তারদা পাখংবনা মোমোন নোক্লগা ইবেম্মা ঐহাক্তি কোরৌ নোংমদোল থক্তগী কুম্নক্লগা নিংথৌ ওইরৈ হায়বগী ঐগী ইমিংবু নোংদা লাইরেন পাখংবা কৌরিবনি। অদুনা ঐদি ইনিং ইথা তম্না মী ওইবস্নু য়াই লাই ওইবস্নু ঙমই। ইবেম্মা নহাক্তি পোইরৈতোম্না খুম্বোরকপদা লোয়নরকপনিনা মী ওইবদি য়াই, লাই ওইবদি য়ারোই তাকপিরবদা লাইস্না নীংবা কায়রম্মী। লাই ওইবা য়াদ্রবদি ইবুঙোগী মরুপ মপাং লাইয়ামশিংগা উম্নহুনা শকখঙ মায়খঙনবা য়াদবা তারে। মৈতৈ লৈমা লাইস্নাগী রাহু তারগা পাখংবনা নহাকনা লাইয়ামশিংগা উন্নহুনা শকখঙ মায়খঙনগে থক্লিবহু ঐনা উননবা শিনবিগনি। তাকপিরে। মায়কৈ ঙাকপা মারজিং কৌরগা, লাইস্নানা পাক্লিবহু খঙহল্লে। মারজিংনা লাইয়ামগী নাক্তা চংতুনা পাউহু তমলে। লৈমরেল লাংওন চঙখোনবীনা নমু তাইবং মী ওইনা শাইওনহুনা মৈতৈ লৈবাক্কী লৈমরেল ওইরিবী ইবেম্মা লাইস্নানা খোয়ুম লাই ঐথোয়গা উননহুনা শকখঙ মায়-

খঙনগে খল্লিবত্ লাইয়াম ঐখোয়গী তাইবং মীগী শক্তম লৌরগা লাক্কে অহোং কুম্মৈ তৌদুনা ফম্মিন্নরগা চামিন থকমিন্নদুনা হুংঙাইমিন্নসি হায়রক্লে। অসুম্না হায়না শীংনদুনা অফবা নুমিৎ অমা য়েংলগা লাইয়াম শুনা তিল্লক্লবা মতমদা মারজিংনা লাইয়াম য়েংলগা হায়রকই। ওসি তিনবিরিবা মৈত্রবাক্কী লাইয়াম পূংমক, ঐগী ঐগী ইথৌদাং পাংথোকনবা হোৎনবদা লাইয়াম ঐখোয় তোয়না উনবা ফংদে। ঙসি উনরিডৈ অসিদা নুংঙাইবা মপুং ফানবা অহোং কুম্মৈ তৌসি। লাইয়াম ঐখোয় মীচং খায়নরগা শগোল কাংজেদুম শান্নসি হায়রক্লবদা লাইয়ামসু হরাওনা য়ানরে। লাই তরেৎ তরেৎনা খুৎ অনমম ওইরগা শগোল কাংজৈ শারখি। মপাঙ্গল মথৌনা লৈরবা লাইয়াম্না লান্থা লান্থা পানদুনা শান্নবা শগোল কাংজৈ অদু য়েংবদা নুংঙাইমনখ্রদুনা কুম্মৈ য়েংলিবা লাইয়ামদু মনিং কুপ্পখিদ্রে, অমগা অমগা থংননা ফমমিন্নরবসু মমায় মমায় ওনশিন্নদুনা রারী রাতাই শারুবা ওম্মখিদে। অসুম্না ঙাইহাক শান্নরগা কাংজৈ লেইরদুনা ময়াম পূন্না হরাওনা চামিন থকমিংরে। মৈতৈ লৈমা লাইস্নানা লাইয়াম পূংমক্কা উন্নদুনা শকখঙ মায়খঙনরবনা লাইয়ামদু হরাওরে ইবেম্মা মাসু মনীং থংনা নুংঙাইরে। অসুম্না উনদুনা রারী রাতাই শামিন্নরগা মতম থেংজিল্লক্কনা লাইয়ামশিংসু মাগী মাগী মফমদা তন্নখি, লৈমা নিংথৌ অনিসু মনাইশিংনা থৌগল তৌরগা কংলাদা লেঙশিনখি। পাখংবনা মৈতৈ লৈবাক্কা নিংথৌ ওইদুনা পানবা চহী ৪৫ শুরকপদা শকান্দ অমা থিবা হৌখি। পাখংববু মৈতিং হায়নসু কৌনৈ। পোইরৈ মৈতৈ লৈবাক্কা পানবা নিংথৌশিং অসি পাখংবগী মচা মশুনি খঙননবা মৈতৈ নিংথৌবু মৈদিংঙু কৌনৈ। পাখংবনা মৈতৈ লৈবাক্কা চাকহোং ঙাহোংনা লৈবাক ময়া তপ্পা চহী ১২০ নিংথৌ ওইদুনা পান্নখী।

মৈতৈ লৈবাক্কা শগোল কাংজৈ শান্নবা হৌদোকখিবসি পাখংবগী মতমদা লাইয়াম্না মীচং খায়নরগা শান্নখিবা শগোল কাংজৈ অদুনা অহানবা নত্তে। পাখংবনা মৈতৈ লৈবাক্কা নিংথৌ ওইদ্রিডৈ চহীচা কয়াগী মমাঙদা

হৌদোকখিবনি হায়বসি কাংজৈরোল পুয়াদা ময়েক শেংনা ইরি। নিংথৌ কাংবগী হাক্তক্তা হৌদোকখিবা শগোল কাংজৈনি থঙমনবা কাংবমী মমিং লৌরগা কাংজৈ-থোনখিবনি। কাংজৈ শান্নকম অহুবুনা কাংজৈবুং কৌনখি। হন্নবা মতুম্ম তাবা অহুবুনা কাংক্রুম কৌখি। কাংবনা মৈতৈ লৈবাক্তা নিংথৌ ওইতুনা পানবা মতমদা উমংলাই ময়াম্না অহোং কুম্মে ওইনা হরাও-তুনা শান্নখিবা মৈতৈগী শগোল কাংজৈ খুৎশান্ননি। লোইয়াল্লাকপা, ওক্লরেল, নম্বুললাকপা, য়াঙ্গৈই নিংথৌ, রাংব্রেন, থাংজীং, খোরিফাবা লাই তরেৎনা খুৎ অমা ওইরগা মারজিং, খমলাংবা, ইরুম্না, ইকোপ্না, ইরেংবা, লোংশাবা, পান্থোইবনচিংবা লাই তরেৎ অমনা নাপাক অমা ওইরগা কাংজৈবুং ময়ায়দা কাংক্রুম্না হম্রেন্থলগা পক্ষক পনখ্রা শগোল কাংজৈ শান্নখি। মতম অহুদগী কায়দনা চৎথরকপা শগোল কাংজৈগী মশান্না অহু মৈদিংঙু খাগেম্বগী মতমদা কাংজৈগী ইশিংগী খুৎলোয়নবা অমদি অশোক অপান নংদনবা নিয়ম থরা শেমদোকখি।

পাখংবগী লৈমা লাইস্নানা মবুং পোইরৈতোন উননিংবদগী পোইরৈ-তোন্না ফৌ য়ৈবা য়েংবা চৎপদা হৈরাং থরা পুরম্মী। মতম কুইনা উন-খিদ্রবা মচল মবুং অনিহু উনবদা য়াম্না হরাওনরম্মী। মচলনা পুরকপা হৈরাংতু ফৌ য়ৈবদা রারবা মীয়ামদা য়েননতুনা পোৎথাবদা চারম্মী। মচলনা পুরকপা/থারকপা হৈতু পোৎথাবদা চায় হায়তুনা হৈথা প্রোখা হায়না খঙনখি। পোইরৈতোনসু মচল লাইস্নাদা চেং অঙৌবা চেং অমুবা লফোই পীরকই। মবুংনা পীরকপা চেং অমুবতু চাক থোংলগা পাখংবদা পীজরম্মী। মনম মুংশিনা মরেক মহাও য়াওনা হাঙবা চেং অমুবগী চাকু পাখংবনা মথরায় তানা চারম্মী। পোইরৈতোন্না পীরকপা অহাওবা চাকনি থঙ-নবা চেং অমুবা অহুবু চাকহাউ পোইরৈতোন হায়না মমিং থোনখি। ফৌ য়ৈবা লোইরবদা লোংমা লাইস্নানা মবুং পোইরৈতোনবু কংলাদা চাক কৌই। মতুদগী ময়ুম পাল্লবা মচলশিংনা মবুংশিংবু চাক কৌবা চৎনখি।

নিংথৌগী মচল খুল্লক্তা থাজখ্রবী মচলন। নিংথৌবু চাক কৌবদা চাবা চংপা অমদি নিংথৌগী লৈমশিংনা মবুং মপরাশিংবু কোম্নুংদা চাক কৌবদা খুদোং-চাদবা কয়া থেংনবদগী মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তিগী সনা হাক্তক্তা মচলনা মবুংবু মপুরোইবগী ময়ুমদা চাক কৌবগী মচৎতা মবুংনা মচলবু ময়ুমদা চাক কৌরবদি মমা মপা, মবুং মোপরা অমদি লৈকায় অতুদা হৌমিন কামিন্ন-রকপা মমান্নবী ময়ামস্তু উনবগী খুদোংচাবা, রারী রাতাই শাবগী মুংঙাইজবা অতু য়েংলগা মবুংনা মচলবু চাক কৌবা হৌদোকখিবগা লোয়ননা চাক কৌবগী মমিংস্তু মিঙোল চাককৌবা হায়না খঙনখি।

নোংদা লাইরেন পাখংবনা পানবা মতমদা মৈত্রবাক্তা লৈঙাক রায়েল পথাপতা নত্তনা মমা মপা, মচিল মনাও, মচল মচেশিংগা লোয়নবদা চংকদবা লমচং শাজং ঙাঙগদবা রাঙং শাঙাং থকসি খাসি চংনরোল থৌগললোন. ব্যাবহারনচিংবা কয়াস্তু নৌংনননা মরিক চৎয়া শেমদোক শাদোক্তুনা মৈতৈ লৈবাক্তা চংনহনখি। মগী মতমদা হান্না খঙনরস্বা মঙাং, লুরাং, খুমন, অঙোম, চেংলৈ, খা-ঙানবা কৌবা য়েক তরেৎপু শলাই মাপল — মঙাং (নিংথৌজা), লুরাং, খুমন, অঙোম, মোইরাং, চেংলৈ, শরাং-লৈশাংথেম, খাবা অমস্তুং ঙানবা হায়না খায়দোক্তুনা চারো মোরো-নবদা য়েক শলাই মান্নবা মশেল লোনবা য়াবা য়াদবা কয়াবু শেমদোক্তুনা চংনবা হৌহনখি। মৈতৈনা লোনা লৈনবদা শাগৈগী মচে মচল লোনদনবা অমদি শাইরুক তিন্নবা মশেল লোনদনবা কন্না থিংলম্মী। লমহেনবা কাং-বুবুনা চৈরাক পীরম্মী। শাই হায়বদি শলাই, রুক হায়বনা ফুরুপ কাং-লুপপু খঙনৈ। মচিল মনাও অমত্তনা তোঙান তোঙানবা য়েক শলাইগী নিঙোল লৌহুনা পোকপা মচাশিং অহুবুনি শাইরুক তিন্নবা হায়নরিবসি। খুদম ওইনা হায়রবদা পোইরৈতোম্মা লৈমা লৈনাউতাবী পান্নহুনা শিংতাপুং পোকই। শিংতাপুংনা শান্থাং পুনস্বা চহু পান্নহুনা অরোং পামিংনবা মচান্নুপা অনি পোকই। অরোংনা চিন্নফুরোল লাইতোংলেন চিনখুবী

হাওয়ামগা মায়োক্নবা লান থেংননবা মৈতৈ লৈমা তখেম্বীগী থৌরাংদু উবদা খোংজোম্বগী নুপী খুরাই লৈমা সনাখোম্বীসু লান পাংগদবগী শাফি লানফি শেংলগা মনাও ইবেম্মা মৈতৈ লৈমা তখেম্বীগী নাক্তা লাক্লম্মী। মৈতৈ লৈমা তখেম্বীনা শাফি লানফি শেংলগা নাকন্দা থাঙশাং য়াল্লগা মখুত্তা লিক্লং তেল পায়দুনা মচেম খুরাই লৈমগা লোয়নবা লাঙ্গোই শগোল তোংলগা মৈতৈ খোঙমী লাম্মীগী লুচিংবী ওইদুনা কুয়োং হাওয়া গা অকনবা লান থেংনরম্মী। শা লান্দা মথৌনা লৈরবী অকিবগী শক্লোন পুরিবী লানগী মবেম্মা দুর্গাগুপ্তী মৈতৈ চনু ইবেম্মা অনিগী মথৌনা লান্দা হৈশিংবা লানওং অদু উবদা কুয়োং হাওয়ামদু মায়োক্নবা ঙমদদুনা মমায় ওন্দুনা চেল্লে। লানফম অদুদা কুয়োং লুচিংবা পোংজেনবা ফাদুনা লান্দা মায়থীবা পীখি। লানফম অদুদা লোইবা হাওনুবী মরিগা হাও মুপা অমগসু ফাখি। মৈদিংঙু খুঞ্জাওবনা সোমসোক লান ঙমদুনা শামু ইরোই কয়াস্সু লোক্লকই অদুবু লানফমদা মৈতৈগী অথৌবা থোম্মা শিহৌই। নিংথৌনা শা-লান চংখ্রিইডদা য়েক্নবনা লান্দারকপা ঙমদনবা সনাথোংদগী হোরগা কংলাগী অকোয়বদু লাংখোং তৌদুনা ব্রাংনা চেকপল খাজিল্লি। খৃষ্টাব্দ ১৬৫৫ লমতা থাদা তাংখুল চীংশাংদা খুন্দাবা চীংমী পুম্নমক ইতোক হাওনা হৌরগা মৈতৈ লৈবাক্তা লান্দারক্লবদা মথৌনা লৈরবা মৈতৈগী অকল অথৌ খোঙমী লাম্মীনা মায়োক্নন অকনবা লান থেংনরম্মী। অহীং নুংশিল খাক্তনা থেংনবা অকনবা লানফম অদুদা মায়কৈ অনিমক্কী মীয়াম লানফম অদুদা মথরায় থানখি। মমৈপংদা মৈতৈনা লাকচদুনা হাওযাম কায়দুনা চেনখি। মৈদিংঙু খুঞ্জাওবগী হাক্তক্তা লোইবী হাওয়ামগা তত্তনা লান থেংনবদগী লৈবাক মরা তপ্পা ঈংনা পানবা ঙমখিদে।

মপাবুং মৈদিংঙু খাগেম্বগী হাক্তক খৃষ্টাব্দ ১৬৪৫ দা মরাম খুল্লাকপা চরাইকোংনা মৈতৈ লৈবাক্তা লান্দারক্লবদা মৈদিংঙু খাগেম্বগা চরাইকোং খুল্লাকপগা মায়োক্নবা চরাই লবুক্তা অকনবা লান থেংনবদা খাগেম্বনা লাকচদুনা মরাম খুল্লাকপা চরাইকোং মরোই হাওয়ামগা লানফা ওইনা

ফারগা কৈশুমশঙদা থম্লম্মী। কৈশুমশঙদা লৈরিবা চরাইকোং থুল্লাকপন্থু মরৌ চাউই হায়দুনা শুগ্লু হৈনৌপোক্কা পুরগা হাংহনখি। মহুগী মলোয়া চরাইকোং থুল্লাকপগী মচানুপা মরাম থুল্লাকপনা শাউহুনা মৈতৈ নিংথৌগী মথক্তা লমন থুমগদবগী মতম ঙাইদুনা লৈখি। খাগেম্বগী হাক্তক্তা লান্দা মায়থীবা ফংখিবা মরাম্না চহী খুদিংগী মৈতৈ লৈবাক্তা ফিপোং, চমেললোল, রাংকোল পুক্কৈরোলনচিংবা লোইপোং কারম্বহু মৈদিংঙু খুঞ্জাওবগী হাক্তক্দি লোইপোং কারকখিদ্রে। খৃষ্টাব্দ ১৬৫৫ পোইন্নু থাদা মৈদিংঙু খুঞ্জাওবনা মনাও ইবুঙো ভোনাবা (নোংপোক থোঙফেন থৌবা) না শোইবম চন্নু পান্নহুনা পোকপা মজাইবুঙো কবোম্ববু মরাম খুলদা চহীগী লোইপোং থৌবা থারম্মী। শাদা লান্দা থৌবা মজাইবুঙো কবোম্বনা মৈতৈগী অকল অথৌ, থোঙনী লান্মী পুরগা লোই-পোং থৌবা লাক্লে পাউ তাবদা মরাম থুল্লাকপনা মরোই হাওয়ান্না রা তান্নহুনা অরোনবা হুয়েন লানওংদা মৈতৈ লান্মীবু মায়থীবা পিনবা কারোংদা লানবন শারগা লান লুমহুনা লৈখি। মৈতৈগী খোঙমী লান্মীনা হেক থুংলবগা লান লুমহুনা লৈরম্বা মরাম চীংমীশিং অহু মখুত্তা খুংলায় পায়রগা মৈতৈ লান্মীগী মথক্তা লান্দারক্লে। মৈতৈগী থৌনা ফবা লান্মী ময়ামম্নু খোয়মা মমায় লৈনদনা থাঙ পায়বগা থাঙ পায়বগা য়ান্নরে, তা পায়বগা তা পায়বগা খিন্নরে। অম্মুম্না মায়োক্কনা হন্নবা লৈতনা হুয়েল লানলাউখোলগা লোয়ননা শোক্লিবা লানফম অহুদা মরাম চীংমী অমাদ মৈতৈ লান্মী শিবগী ঈতনা ঈথোংচেনবগুম্লে। মমৈথংদা শা-লান্দা থোই-দোক্লা হৈথোই শিংথোইরবা মৈতৈ লান্মীনা মরাম চীংমীশিং অহু লাক-শিল্লক্লবা মতমদা ঙাল্লম্বা মুমিংম্নু নোংচুপ চীংমায়দা লৈথখিহুনা মমশিল-লক্লবদা মরাম চীংমীশিং অহু মমায় ওন্দুনা লোইবী চীংথক তন্না হাইগৎনখি। মথোয়না চীংথক হেক য়োবগা চীংখাদা লৈরিবা মৈতৈ লান্মীগী মথক্তা চীংথক্তগী লেন তাবগুম নূং ফক্লগা লংথবা হৌরক্লে। নূংনা পান্দুনা মৈতৈগী অকল অথৌ কয়া শোকপা অমম্লুং শিবা য়াওরক্লবদা থৌনা

ফবা মজাইবুঙো কবোম্বনা নিংহন্নবা তৌদনা লাঙ্গোই শয়াংথক্তা তোংলগা মরাম চীংমীশিংনা লৈরিবা মক্তম অদু লাঙ্গোয় চনশিনগে খল্লদুন কারেংগী ঈশিংখোং অদু লাম্ভোক্কদবগী মাপা যেংদুনা উজ উ পাম্বী অমগী মক্রমদা নাথুপতুনা লৈরিঙৈদা চীংথক্তা লৈবা চীংমী অমনা উরক্লুনা চাউরবা নুংবী অমা কবোম্বা তম্না লংথরকপা নুংবী অদুনা কবোম্বগী লরাইথক্তা পান্দুনা শগোলগী শয়াং থক্তগী মালেম লৈমায় থক্তা রাম্বদুনা তারম্মী। মদু উবদা চীংমী অমনা চেনাশল্লক্লুনা মজাইবুঙো কবোম্বগী মঙক কল্লগা মকোক অদু পুরগা মখুল তান্না চেনখি। মজাইবুঙো কবোম্বগী মকোক পুখিবা অমদি মৈতৈগী অকল অথৌ ফন্নাইবা তরুক্তা শিরবদা মৈতৈ খোঙমী লাম্মী ময়ামদু মরাম খুল য়োরমদনা কারেংদগী মৈত্রবাক্তা হনখি। লানফম অসিদা মজাইবুঙো কবোম্বা, পাওনম তেঙ্গোল, অহল্লুপ লাকপা, নাউ-সোম্বা অথৌবা, চিয়াংলোই হঞ্জবা, হিজম চাখা অথৌবা, থাওদৈজম শামুরেংক্লচিংবা অথৌবা তরেৎ শিখি। ল'নগী পাউ অসি তাবদা মৈদিংঙু খুঞ্জাওবদি মশা ঙমদদুনা লৈবনা খুদক্তা মরাম খুল্লাকপগী মথক্তা লমন খুম্বা ঙমখিদে।

মরাম খুল্লাকপনা লাকচবনে, মচানুপা পোক্তবগী খোয়রাংবনে, মৈদিংঙু খুঞ্জাওবা তুম্বা চাবা য়াখিদে। খৃষ্টাব্দ ১৬৬৬ ইঙা হুম্নি পানবা শগোলশেন নুমিত্তা মৈতৈ লৈমা তথেম্বীবু নিংথৌ শেম্বগী মনাইশিংগা রাতানৈ হায়বগী মৈদিংঙু খুঞ্জাওবনা তাম্ভোক্লুনা মপামদা চৎখি। মাগা রাতান্নবদা য়াওরুবা চিরোম ওম্মা, তরাম কৈশংবা, পুকচাউ, চিরোম থাদোই, শাইরেম কৈশাং মথোয় মঙাবু ফারগা লাংবন চনি পানবা নিংথৌকাবা হুমিত্তা কৈশুমশঙদা অঙাং ওলহনখি। শিখিবা মথোয় মঙাগী মচা মশু শাগৈ নাতৈ মরী মতাশিংনা লোম্না রা তান্নরগা চহী অদুগী হিয়াঙ্গৈ ২৭নি পানবা লৈপাকপোকপা নুমিৎকী অহীংদা লোম্না লান্দারক্লুনা কংলাদা চঙলগা মৈদিংঙু খুঞ্জাওববু হাৎখি। থৌদোক অদুদা লৈবাক রাথোক ওইরক্লুনা মৈরিকপীদগী মৈজাওবী ওনবগুম অঙম

অথৌশিংস্থু মাগী মাগী মীচং শঙ্গল নাইরক্লুনা নপাক নপাক তান্নহুনা খৎনচৈনরম্বদগী মথৈথংদা হাৎন শুনবা য়াওরক্লে। থোদোক অতুদা তথেম্বীগী থাঙ-তাগী ওজা শরাংচা অথৌবস্থু মাগী খোঙলোই খরা লোয়ননা অহীংদা কংলা থাদোক্লগা মথা পাংনা চেনখিহুনা মী-পোং উদবা অশুকপা মফম মহা তুরেলগী মরু খোংনুংদা মতম খরা লোৎহুনা লৈখি। মৈতৈ লৈবাক্তা নিংথৌ শেম্বগী রাথোক্তা হাৎনা শুনরক্লবদা মৈদিংঙু খাগেম্বগী মজাইবুঙো অতোম্বা তোনাবা ( নোংপোক খোঙফেন থৌবা ) না শোইবম চন্নু পান্নহুনা পোকপা মচানুপা তাংখোম্বা অমস্থুং লাংদে ঙম্বা, নাউশম চন্নু পিথেৎলৈমা তাংজখোম্বী পান্নহুনা পোকপা মজাইবুঙো সনা হিহোনবা, লাইনীংখোম্বা তোনসেন ঙম্বনাচিংবা মচিল মনাও মচা মশুশিং ময়াম পুরগা অহীংদা লোন্না অরাপ্পা মফমদা চেন্দুনা লোৎখি।

মৈদিংঙু খুঙ্গাওবনা লৈখিদবা নুমিত্তগী লৈবাক কাংখোং চাইরে, মাগী মজুত্তা নিংথৌ ওইবিনবা মচিল-মনাও, মচা-মশুশিংস্থু মফম মরাং খঙদনা অরাপ্পা মফমদা লোৎখিবদগী থিবা ফংদ্রবদা থা অমরোম মৈতৈ লৈবাক্তা নিংথৌ পানখিদে। মতম অসিদা লৈবাক্কী অঙম অথৌ ফম্নাইবা পণ্ডিৎশিংনা নিংথৌ ওইবা য়াবা খাগেম্বগী মচা মশু থারা অমতং ফংলবদি নিংথৌ হেক্তা হাপ্লসি নত্রবদি লৈবাক কাংখোং চাইবা তারে খন্নরহুনা থিবা ফংদ্রে। মমৈথংদা মারোল খঙবা তাইবং মীশুম শিংলবা অহল ওইরবা নিংথৌগী খোঙনেৎশা শামু য়াইশাদা নিংথৌ ওইবদা মতিক চারবা মীওই অমা ফারগা কংলাদা পুরকউ হায়না চেকশিন্না শিন্নরগা থাদোক্লম্মী। শামু য়াইশানা মমায় নোংচুপ পাংনা চৎখিহুনা লম্লেন লানশোনবী য়ৌখি। লানশোনবীগী লময়াইদা নাকন্দা পাই য়াল্লগা মথুত্তা রাশা শাজৈ পায়হুনা মতোমতা কৌজেং ফারিবা নুপামচা অদু ফারগা মথক্তা হাপতুনা কংলা তান্না পুরক্লে। শামুনা নিংথৌ ফারক্লে পাউ তাবদা লৈবাক মীয়াম থোক্লুনা য়েংনখি। শামুনা নুপামচাদু কংলা তান্না পুশিল্লক্লগা অঙম অথৌশিংদা শিন্নরে। নুপামচা অদুগী অমোৎপা ফিজেৎ

নাকল্দা পাই য়ানবত্থ উবদা নহাক লোইবী হাওরা মৈতৈ মচারা হংলক্লে। অঙম্বশিংগী য়াইংত্থ তাবদা নুপামচা অত্থ কিত্থনা অশেঙবা তাক্লে। মমৈথংদা অঙম অথৌশিংনা থেমত্থনা নহাক কিগন্নু, নপুক্লিংদা চিংনগন্নু, নহাকপু পোকপা নমা নপাগী অশেঙবা মমিংত্থ খঙলগা মতিক চারবদি মৈতৈ লৈবাক্কী নিংথৌ হাপকদবনি হায়রক্লবদা নুপামচা অত্থ কিবা থরমখৈদি ফরে, অত্থবু মমা মপাগী অশেঙবা মমিং হায়য়ু হায়বদি য়াথিদে। অঙম অথৌশিংনা থেমত্থনা মমা মপাগী মমিং খঙনবা কন্না হংলক্লবদা নুপামচা অত্থনা হায়রকই, নখোয়না নপুক্লিংদা চিংনরিবত্থ কে ক্লবা ঐনা পায়রিবা য়াশা শাজৈ অসি কোলোম শেম্লগা থাউ, তরেৎনি শুবা নুমিত্তা য়ানৌ চোংত্থনা য়ানা পাল্লক্লবদি ঐবু নিংথৌ হাপ্পিয়ু। মতম অত্থদা ঐবু পোকপা ইমা ইপাগী অশেঙবা মমিং হায়গে। নুপামচা অত্থনা হায়দোরকপা য়াঙাংত্থ তাবদা অঙম অথৌশিং অত্থ ঙক্লে। লাইগী নোংদমখোল য়েংনবা মান পায়রিবা য়াশা শাজৈ অসি কোলোম শেম্লগা কংলাংদা থাত্থনা য়েংশি খন্নরত্থনা খুদক্তা থারে। মখোঙদা ঈশিং চাইত্থনা চেকশিন্না ঙাক শেন্দুনা থম্বা তরেৎনি শুবা নুমিত্তা য়ামিৎ চোংত্থনা য়ানৌ হুল্লগা য়ানা পাল্লক্লে। মত্থ উবদা নুপামচা অসি অচম্বা মচা নত্তে লাইগী মচা-মস্থ ওইরম্বা য়াই মপুক্লিংদা খাজরত্থনা নিংথৌ হাপ্লবা লেপ্পরে। ঙসি নহাক মৈতৈ লৈবাক্কী নিংথৌ হাপ্পা তারে, অত্থনা নহাক্কী নমা-নপাগী অশেঙবা মমিং হায়রো হায়রক্লবদা নুপামচা অত্থ হরাওরে। ঐহাক মৈতৈ নিংথৌ খাগেম্বগী মচানি, ঐবু পোকপী ইমাগী মিংনা মাউশম চনু পিখেৎ লৈমা তাংজখোমবী কৌই, ইপানা তোনাবা (নোংপোক খোঙফেন থৌবা) কৌই, ঐগী ইমিংনা লাইনীংথোম্বা কৌই হায়রক্লে। নুপামচা অত্থগী য়াত্থ তাবদা অঙম অথৌশিংনা হরাওরত্থনা মী থাত্থনা লামশোনবিদা লোৎতুনা লৈরিবা মৈদিংগু খাগেম্বনা মৈতৈ লৈমা তাইপোম্বী পান্নত্থনা পোকপা মজাইবুঙো অতোম্বা তোনাবা (নোংপোক খোঙফেন থৌবা) কৌহল্লুরে। তোনাবনা মচান্নুপা অহল সনা হিহোনবা অমস্থং অতোম্বা তোনসেন ঙম্বা

অনিগা লোয়ননা লাকুনা অঙম অথৌশিংগা উন্নদুনা নুপামচা অসি মীতোপ নত্তে, ঐগী অনিশুবা ইচ'নুপা লাইনীংথোম্বনি হায়রক্লবদা অঙম অথৌ ফম্লাইবা পুম্নমক হরাওনরে। মৈদিংঙু খাগেম্বগী মশুন্নুপানি খণ্ড-লবদা হৌনবী মতুং ইন্না কংলাগী মেন্দা থাঙকৎতুনা মৈতৈ লৈবাক্কী নিংথৌ হাপ্লবা থৌরাং তৌরে। পাই নাকন্দা য়াল্লম্মী হায়বগী মাগী মশিং পাইখোম্বা থোল্লে। মাবু ফাদুনা পুরকপা শামু অদুবু লৈবাক মীয়াম্না পেল্লদুনা লফু পীজরম্মী। শামুনা চাবদা লেম্বা লফু মতোন্দু য়ুংশিন্দুনা থাবদা হৌরে। লফু অদুবু নিংথৌ পোকপা লফু হায়নস্থু কৌনরে।

খাগেম্বগী মজাইবুঙো তোনাবা ( নোংপোক খোঙফেন থৌবা ) না (১) অঙোম চন্নু পোরোম ফাবী পান্নদুনা শামৈরাং অমস্থুং অচৌ মচানুপা অনি পোকই, (২) নাউশম চন্নু পিথেং লৈমা তাংজখোম্বী পান্নদুনা সনা হিহোনবা ( য় ইস্কুল লাকপা ), পাইখোম্বা অমস্থুং তোনসেন ঙম্বা মচান্নুপা অহুম পোকই, অমস্থুং (৩) শোইবম চন্নু পান্নদুনা তাংখোম্ব', কবোম্বা অমস্থুং লাংদেঙম্বা মচান্নুপা অহুম পোকই।

## পাইখোম্বা ( খৃঃ ১৬৬৬ – ১৬৯৭ )

মৈদিংঙু খাগেম্বগী মথংদা মচান্নুপা অতোম্বা তোনাবা ( নোংপোক খোঙফেন থৌবা ) না নাউশম চন্নু পিথেং লৈনা তাংজাখোম্বী পান্নদুনা পোকপা মচান্নুপা য়ায়মা পাইখোম্বনা মশাগী চহী ২১ শুরকপা খৃষ্টাব্দ ১৬৬৬ য়াকচিং থাগী ৫নি পানবা ইরাই নুমিত্তা মৈতৈ লৈবাক্কী নিংথৌ ওইখি। ময়স্থুং সনা হিহোনববু য়াইস্কুল লাকপা অমস্থুং মনাও তোন-সেন ঙম্ববুনা খ্বাইলাকপা হাপতুনা মচিন মনাও অহুম্না পুকচেল খোয়জেল তিন্নমনা লৈবাক ঙাকমিন্নখি। মহাক্না কংলা ফম্বাল লাংদুনা লৈঙাক য়ায়েল থৌদা পুবা হৌরবস্থু নোংমা নুমিৎ অমত্তা খোয়দা লৈতানা নুংঙাইবা ঙমখিদে। মৈদিংঙু খুঞ্জাওবনা থুপ্লমদাইদা তাকপিরম্বা মরাম খুল্লাকপগী মথক্তা নন্দন খুম্বগী য়াফম অদুত্তা নীংশিংদুনা লৈরম্মী। মৈদিংঙ

খুঙ্গাওবগী হাক্তক্তা মরাম খুন্দা লোইপোৎ থোঁবা চৎপদা মনাওমুপা কবোম্বগী মঙক কল্লগা পুখিবা অতুগী লমন শিংগে নিংথৌমচাগী তাংজ লুরেন্দু লৌরুগে মপুক্লিংদা চপ য়ুংনা লেপ্লতুনা ময়াম্বুং সনা হিহোনবা য়াইস্কুল লাকপা, মনাও তোনসেন ঙম্বা খ্বাইলাকপা অনিদা চেকশিন্না লৈবাক ঙাক্লবা শিন্নরম্লগা লোইবী হাওগী ফিজেৎ শেৎতুনা মনাই মশল অমত্তা পুদনা মথুত্তা ঙা পায়রগা মরাম চীংশাং পাংলক্লে। লম্লেন কারোং য়ৌরগা মরাম খুল্লাকপগী ময়ুম হংল-হংলতুনা লাকপনা মরাম খুল্লাকপগী য়ুমদা খুল্লানবা হাও পাখং শাতুনা চঙলক্লে। লোইবী হাওগী ফিজেৎ শেৎপা মশক মতৌ ফজবা পাইখোম্ববু উবদা খুল্লাকপনা লোইবীচা পাখং নঙবু কনানো, কবম্বা চীংশাংদগী খুল্লাল্লকপা চীংমীনো হংলক্লে। মৈদিংঙু পাইখোম্বনা চীংমী অমগুম্না মরোল খোইনা খুম্লকই। ইপা খুল্লাকপা ঐহাক নোংচুপ চীংশাংদগী খুল্লাল্লকপা চীংমীনি। ঐবু পোকপা ইমা ইপা কনাশ্ন লৈত্রে। অতুনা মৈতৈ খুল্লক্তা চাক্লি ফিনিতুনা চাউ-রকপনা ঐবু মৈতৈ তম্পাক মচানিস্নু হায়নৈ। ঐনা মৈতৈ খুল্লক্তা কোয়বদা ইপা খুল্লাকপগী নতিক নঙাল মীয়োক মীচাল ফজবতু তাংদা মতম খরদং ইপাগী নাক্তা শাইদাংতুনা ইপুক চাক লাংজগে লাকপনি। ইপাগী পাম য়াল্লু য়াঙ্গগে, পাম্লৌ উজগে, ইপাগী মতেঙ পাংজগে হায়রক্লে। পাইখোম্বগী মশক উবদা, মরা মপাউ তাবদা মুংশিরতুনা মচামুপা পোক-ত্রবা মরাম খুল্লাকপনা মাগী য়ুমদা লৈহল্লে। খুল্লাকপগী মচানুপী মশক মতৌ ফজবী ইংঙাল্লৈ কৌবী মচল অতুগা মুমিৎ খুদিংগী খুল্লাকপগী পাম্লৌদা পাম য়ানবা চৎমিন্নৈ। অস্নুম্না মতম খরা মচল মবুং শাতুনা থবক ইনথাং শুমিন নোম্মিন্নতুনা, চামিন থকমিন্নতুনা লৈরকপদগী মমৈ-থংদা মখোয় অনিতু পুকচেল খোয়জেল তিন্ননা মুংশিনরে। নোংমা পাইখোম্বনা ইংঙাল্লৈ য়েংলগা ঙসিদি ইবেম্মা নঙোন্দা ইবুং রা অমা হংগে, নহাক কনাদম্নু তাকথোক্লোই রাশকউ হায়রক্লবদা ইংঙাল্লৈনা তাক-থে ক্লোই রাশক্লে। নহাকী য়ুমদা খুল্লান্দুনা লৈরিবা ঐ অসে লোইবী

হাও পাখং নত্তে, মৈতৈ লৈবাক্কী নিংথৌ পাইখোম্বনি। মৈতৈ নিংথৌ মচাগী মকোক অমা নপা খুল্লাকপনা লুখা থানবা থম্লি পাউ তারদুনা মদু লৌগে লাকপনি। নহাক্কা মৈতৈ নিংথৌ মচাগী মকোক অদু থকম খঙলবদি ঐঙোন্দা তাকউ। মদু পুবগা ঐখোয় অনি মৈতৈ লৈবাক্তা চৎলসি, নঙবু লৈবাক লৈমা হাপকে হায়রক্লে। পাইখোম্বগী রাদু তাবদা ইংঙাল্লৈ মপুক্লিংদা লোইবী হাও পাখং মান্দে চিংনরম্বদু অশেঙবা খঙলবদা মুংঙাইথিবনা মতু চুংবদা নত্তনা মমিত্তা পিরাং ঈহৌরক্তুনা পাইখোম্ববু চিংনা য়েংলম্লগা পাউথুম অমত্তা পীদনা মরু লুকথরগা মতোমতা হিক্লা হিক্লা কপতুনা লৈখ্রে। মাগী মঙং মতৌদু উবদা ঙক্তুনা পাইখোম্বনা চঙশিল্লক্লগা ইংঙাল্লৈগী খুৎজেং পায়দুনা নহাক ঐবু মুংশিন্দ্রবরা ঐদি নঙবু য়াম্না মুংশি হায়না মখুৎনা শিঙ্খরিবা মপিদু তৈথোকপিরে। পাইখোম্বগী রাদু তাবদা ইংঙাল্লৈ কপ্পা তোক্তুনা লোইবী চনুরা ঐনা ঙাঙথিবা রাঙাঙ চৎথিবা শাজৎশিং অদু পঙলবী নচলনি থনবিদুনা রা-রৌবিগনু হায়রক্লে। পাইখোম্বনা মোমোন নোক্লগা করিগী রারৌগদৌ-রিবনো, করিমত্তা রারৌদে। ইংঙাল্লৈ নহাক খঙলবদি ঐনা হংলিবসি অশেঙবা তাফউ তকশিল্লক্লে। ইংঙাল্লৈ মরু লুক্তুনা ঙাহাক রাখল তৌরগা ইবুং মৈতৈ নিংথৌ! নোংমা খুলগী অহল অনিগা ইপা খুল্লাকপগা ফুঙ্গাদা ফমদুনা মৈ তিক্তুনা রারী শান্নবদা ঐনা চাক থোংতুনা ঙাহৌদি ইপা খুল্লাকপগী থেম্বুংদা মী মকোক অহুমথক লৈরিবদু মৈতৈ নিংথৌগী মচাগী মকোক্লা মথা ইথং থংনা থম্লবসু নোংঙাল্লগা মানা মথক ইথং থংনা হেক্তা লৈরম্মী হায়না ঙাঙনথিবা রাফমশিং অদু অমত্তা চিগ্থদনা পাই-খোম্বদা তম্লে। নোংমা খুল্লাকপা খুল্লাকপী লৈতবা মুমিত্তা শুমাং মতোন্দা কোম অমা মুঙনা চেকশিন্না কুপ্লিবা মপা খুল্লাকপগী থেম্বুং অদুগী মনাক তান্না মখোয় অনি লাক্লগা কোমগী মথক্তা কুপ্লিবা মুঙপাক অদু লৌথোক্তুনা য়েংবদা মী মকোক অহুমথক লৈরিবদু থেংনরে। পাইখোম্বনা মথক ইথং থংবা কোক্তী শম অদু পুনশিল্লগা মথা ইথং থংনা থম্লগা মথক্তা

মুঙপাক অহু কুপশিল্লে। নোংঙাল্লগা খুল্লাকপা থঙহন্দনা হ ংদোক্লুনা য়েংবদা ঙরাং মথা থংনা থমখিবা মশম পুনশিনবা মকোক অহুনা খ্বাইগী মকোক থংনা লৈরম্বহু উবদা মনাও কবোম্বগী মকোক্লি থাজরহুনা মহু পুরগা পাইখোম্বনা ইংঙাল্লোগা লোয়নননা অহৌংদা মরাম খুল তুংওইনরগা মৈতৈ কংলা তান্না চেল্লক্লে। সনা কোন্নুং য়োৌরবদা মৈতৈগী মায়চৌ (পণ্ডিত) শিংগা তান্নরগা কবোম্বগী তাংজ লুরেন অহু মুংগোইবীদা লালু চন্দুনা লুপুং থোল্লে, হরাও কুম্মৈ তৌরে। মৈদিংঙু পাইখোম্বনা মরাম চপ্প ইংঙাল্লেগী অনৌবা শঙলেন অমা শারগা লৈহনখি। অসোম মরাম খুন্দদি খুল্লাকপা খুল্লাকপী অনিনা মচান্নুপী ইংঙাল্ল তাঙনা শাৎচবী মুিং থা য়েংবগুম য়েংজহুনা লৈরম্বী মমোমহু করি তৌরমগদগে খনবদা তুম্বা চাবা চঙদনা ব্রানা খাঙখি। মৈদিংঙু পাইখোম্বনা লৈবাক্কী ফম্নাহ্নবা অঙম অথৌশিংগী মফমদা মাগী মতেঙ পাংলক্লবী মপাম মরাম খুলদস্থু হনবা য়াররোইদবী ইংঙাল্লেবু হায়নখিবা মতুংইন্না পোইরৈ মৈত্র-বাক্কী মৈতৈ লৈমা হাপকে হায়রক্লবদা লৈবাক্কী ফমদৌ অমদি মায়চৌ-শিংনা ইপা ইপু হাক্তক্তগী চৎনরক্তবা পথাপনি হায়না কন্না য়েংপদগী বা মথা তাবা ঙমদহুনা মৈদিংঙু পাইখোম্বা ব্রাথলনা মুংবংনহুনা তুমফম চাফম খঙদনা ব্রানা লৈরে। মবুঙো পাইখোম্বনা লৈবাক্কী নিংথৌ ওই-রবস্থু লৈবাক্কী চৎনবী ব্রাংমদা অঙম অথৌশিংগী মব্রা মপাউ লৌদনা মনীং মথা তম্বা ঙমদহুনা ব্রারিবহু উবদা পুকচেল চাউবী হ্নবেম্মা ইংঙাল্লেহু মথরায় মুংঙইরমদে। মবুঙোবু চিংনা য়েংলগা মমিত্তা পিগী ঈরা শিন্থনা ইনিংথৌ ইবুঙো! লোইবী চীংদা শাৎপী শিঙেল লৈনম চেন্দবা লৈরাং ওইবীনা মপুগী নাপ্পদা থেৎপা য়াত্রবনিনা অতোপ্পা মফমদা য়ুন অমা শারগা থম্বিয়ু। মফম অহুদা লাইবক চাওবী ঐগী পুন্সি লেঞ্জখ্রগে হায়-রক্লে। মশানৌ ইংঙাল্লেগী ব্রাহু তাবদা মৈদিংঙু পাইখোম্বা পাউথুম অমত্তা পীদনা মরু লুক্তুনা ব্রাথলনা নুংবংনহুনা লৈখ্রে। কংলা কাহুনা অঙম অথৌশিংগা লোয়নননা লৈবাক্কী থৌদা পুবা য়াওখিদ্রে। মবুঙোগী

অরাবা লৈবাক মীয়ামগী মায়োক্তা নিংথৌ ওইরবসু মনীং মথা তম্বা ওম-দবতু উবদা ইংঙাল্লৈনা নোংমা অথেওবা অহীংদা মবুঙো খওহন্দনা লোম্না চেনখিতুনা লাঙ্গোল চিংগী চীংশাং নাপোম মুরা নিংথৌগী মশাইগোন লাইকোন্দা থুপতুনা লৈখি। নোংঙাল্লগা মশানৌ ইঙাল্লৈনা মফম খওদনা মাওখিবতু পাইখোম্বনা মনাই থাতুনা খিহনবদা থিবা ফংখিদ্রে। মশানৌ ইংঙাল্লৈদি মুরা নিংথৌগী মশাইকোল লাঙ্গোল চীংদা কনা খওহন্দা পুক্লিং অনি লোওদনা লাইনীং পরৈ চেৎপী লাইনীংবী ওইরম্বদগী মৈ-থংদা লাই-রেম্বী ওইখি।

মৈদিংঙু পাইখোম্বদি মশানৌ ইংঙাল্লৈ কায়নবগী অরব মৈচাক্লা কংলা কাস্তুনা লৈবক্কী রায়েল থৌদাদা মপুক্লিং চওদবতু উবদা লৈবাক্কী ফম্নাইবা অওম-অথৌশিংনা ময়াম্বুং সনা হিহোনবা য়াইস্কুল লাকপা অমসুং তোনসেন ওম্বা খ্বাইলাকপগা তান্নরগা লৈবাক মরা চেৎনা পান্নবগীদমক্তা খৃঃ ১৬৬৮ শজিবু মচানি পানবা ইরাইদা হাওবম চনু নেংলেনখোম্বি বু মৈতৈ লৈমা হাপতুনা নিংথৌগী পুক্লিং ক্ষানবা থৌশিনখি। খৃষ্টাব্দ ১৬৭১ শজিবু থাদা কবো লৈবাক্তগী শগোল মানবা রথ অমা থোরকপদা মীয়াম্না ওক্তুনা য়েংনখি। খৃষ্টাব্দ ১৭০৩ ইঙাগী ৫নি পানব থাংজদা মৈদিংঙু পাইখোম্বগী মনাওম্নুপা তোনসেন ওম্বা, খ্বাইলাকপনা ভাংবম চনু ঙাইখোংঙম্বী পান্নতুনা চরাইরোংব পোকই। পাইখোম্বগী মপা তোনাবদি মচাগী নাক্তা চহি নিপাল্লোম লৈরম্নগা খৃঃ ১৬৭৪ ইঙা থাগী ২৬নি পানবা য়ুমশকৈশদা শিখি। নিংথৌ অসিগী হাক্তক্তা চেক শাতুনা চেক্লা ফুরা দলান কয়া শারম্মী। মবুধৌ থাগেম্বগী হাক্তক্তা থায়দোক্লম্বা লাইফম, থাবম, অহল্লুপ অমসুং নহারুপ কৌবা পানা মরি অতু পানা অনি অনি পুনশিল্লগা নৌনা মমিং থোল্লম্মী। লাইফম থাবম পানাবু খুঞ্জা অমসুং অহল্লুপ নহারুপ পানবুনা নাইজা কৌরম্মী। লৈবাক্কী রায়েল থৌদাদা নিংথৌগী মতেঙ পাংনবা অহল্লুপ লোয়শঙ, নহারুপ লোয়শঙ অমসুং অচোইবা লোয়শঙ কৌবা লোয়শঙ চনুমথক নৌনা লিংখৎতুনা লোয়শঙ

পুননবা ফম্মাইবা হাপ্লম্মী। তোনসেন ঙম্বা খ্বাইলাকপনা শিখ্রবা তুংদা চহী ১৬ শুরবা মজাইবুঙো চরাইরোংববু পাইখোম্বা নিংথৌনা য়াইস্কুল-লাকপা হাপতুনা নিংথৌগী মতেঙ পাংহল্লি। চরাইরোংবনা ফম্মাইবা চহী অহুমক্তদা মশক মতৌ ফজরবী সাপম চনু মুংথিলচাইবী লুহোংলম্মী।

মৈদিংঙু পাইখোম্বদি মগাম্নুপা অমত্তা পোক্তবনা মাগী মহুৎ শিন্দুনা নিংথৌ ওইগদবা লৈতবনা মতিক মথৌনা লৈরবা মপুরোইবা চরাইরোংবনা শোয়দনা পোইরৈ মৈতৈ লৈবাক্কী নিংথৌ ওইগনি থন্দুনা মুংথিলচাইবীগী মপুক্লিংদা মুংঙাইবা পোক্লম্মী। মপুরোইবনা কংলা ফম্বাল লাঙবদা মানা মৈতৈ লৈমা ওইরবদি মানা পোকচবা মচানুপা অহলনা মপাগী মহুৎ মরেং শিন্দুনা মৈতৈ লৈবাক্কী নিংথৌ ওইনবা মুমিৎ খুদিংগী লাইয়িংথৌ সনামহীগী লাইশঙদা চৎতুনা হৈরাং-লৈরাং কৎলগা নিংথৌ ওইবদা মতিক চাবা মথৌনা লৈবা মপারি অমা পীনবিয়ু হায়না তত্তুনা নিজরম্মী। অয়ুক মুংথিল মুংদাং থাক্তনা মবুংথোবু লাইনিং পরৈ চেৎনা নিংজবী সাপম চনু মুংথিলচাইবীগী মমঙদা সনামহীনা চরাইরোংবগী শক্তম লৌরগা লাক্তুনা নিংথৌ ওইবা য়াবা মতিক চাবা নপারি অমা ফংজরো হায় পীরম্মী। মমঙগী মুংঙাইবা পাউদু মবুঙোদা তম্বদা চরাইরোংবসু মথরায় মুংঙাইরম্মী। খোয়ুমগী থৌজাল্লগী হৈরাং মমি তমখিবা লোইদাম থাবুম অহুম মপুং ফারক্লবদা চরাইবোংবা অমদি মুংথিলচাইবী অনিদো মথরায় মুংঙাইরে। মপারি ওইনা পোক্লক্কদরা মমোম ওইনা শাৎলক্কদরা মপুক-নিংদা চিংনরিবদু কোক্লবা লৈবাক্কী অখণ্ড অহৈ পাক্তি অমদি পণ্ডিত কয়া কৌরগা লোম্না মপাউ হংলক্লে। ইবুঙো ইবেম্মা অনিগীদমক্তা লাইয়িংথৌ সনামহীনা পিরিবা অঙাং অসিনা নমোম ওইরবদি মমা মপাদা নত্তনা শাগে নাতৈ পুম্নমক চাওথৎকনি অরাৎ-অপা লৈরোই। করিগুম্বা নপারি ওইনা পোক্লবদি মতিক মথৌনা লৈবা মচাগী মখুত্তা মপাগী পুন্সি লোম্বদা নত্তনা মহাক থক্তা লৈবাক ইরাং থোক্কনি নিংথৌ পুন্সি মুংশাং-লোই। পণ্ডিতশিংগী রাসি তাবদা মতিক মথৌনা লৈবা মচা পামজবা

মমা মপা অনিদো মথন্নায় য়াখিবনা চাবা থকপা চঙখিদ্রে। মচাগী মখুত্তা মপাগী পুন্সি লোম্নপনি তাবদা মচাবু পামজবা মংশিজবগী য়াখলদা লৈগুম থোহলবা চরাইরোংবগী থম্মোয়দো খুদক্তা নুংগুম কনাগ্রে। মমাগী নাউবিকোন্দা লৈরিঙে মপাগি মমোম মশক খঙদ্রিভৈদা নাউরা মাবু মাঙহল্লসি হায়রকপা মপুরোইবগী অকনবা য়াথং অদু তাবদা মুংথিলচাইবা ইবেম্মা হোম্ন মায় পাউথুম পীবা ঙমদনা হিক্রা হিক্রা কপতুনা লৈরে। নোংমা নোংমা হৌখিবনা লোইদাম থাবুম মরি ফারকপগা লোয়ননা মমা মপা ওইরিবা অনিনী অরাবস্থ হাপকৎতুনা পোৎলুম ফারক্লে।

নোংমা চরাইরোংবনা মতাও হাওবম শেলুংববু কৌরগা লোন্না য়া তাম্নরক্লে। হাওবম শেলুংবনা তরেৎ তরা থোক্লা মরু লুক্লুনা ঙাহাক য়াখল তৌরগা লোইদাম থাবুম মরি ফারক্লবা নাউরাবু মমাগী নাউবিকোন্দা মাঙহন্নবা হোৎনবদা অঙাংদা নত্তনা মমা য়াওনা য়াইবী থরায় মাঙবা য়াই। করিগুম্বা মমা মচানা খুদক্তা য়াইবী মাঙলবদি লৈবাক য়াথোক ওইগনি, নিংথৌগী দণ্ডি ফংগনি হায়রকপা হাওবম শেলুংবগী অচুম্বা য়াতু তাবদা চরাইরোংবা য়া মথা তাবা ঙমখিদে। অসুম্না ঙাহাক মরু লুক্লা অফ-ফত্তা তরেৎ তরা থোক্লা খমুরগা শেলুংবা য়েংতুনা ইতাও! মমাগা হেক পোকপা নুমিত্তা ইমোম ওইরবদি করিস্থ কায়দ্রে, করিগুম্বা ইপারি ওইবা থোক্লবদি মমাগী থোম্নাং মায়োক্তভ্রিভৈদা লোন্না পুরগা তাক্তখাগী লাইজ ঈরোলঙুংদা। কনা অমত্তা খঙহন্দনা মাঙহল্লসি হায়রক্লে। মথোয় অনিনা লোম্না ঙাওনখিবা য়াফম অসি মনাই অমনা তমতুনা তারবদা মুংথিলচাইবী ইবেম্মা মচান্নীদমক্তা খনবদা য়াখিবনা চাবা থকপা য়াদ্রে, তুম্বা হিপ্পা চঙদ্রে, য়াখলনা পোথ্নাফম খঙদনা কপতুনা মতম লেপ্লক্লে। অসুম্না য়ানা মতম লেপ্লবস্থ লেপ্পা লৈতনা চৎলিবা মতম্নদি নোংমা নোংমা হৌখিজুনা লোইদাম থাবুম মাপাল মপুং ফারক্লবদা য়াতুনা কপ্পনদি মপারি য়াইবী কনবা ঙয়োই করম তৌরগা মপারিগী য়াইবী কনসিগে নৌনা য়াখল তৌরক্লে। নোংমা ইমুং মম্নে য়ায়রকপা মী পুম্নমক তুম্নখিতুনা

মীরাওখোল তারকত্রবা মতমদা অকি অখঙ তুংওইনরগা মাঙ্গোলদা থোরক্লে। মালংবনা লিরি খোঙদোইরকপদা কোয়াং ব্রাপন্দা ব্রানা ব্রারোল থোরকপা পামেল উগী উরোল তারকপা মতমদা নুংথিলচাইবী ইবেম্মা লোয়নবী মনাই কনাস্ত য়াওদনা তরেৎকী শেঞ্জা পুরগা লাইফম ব্রাঙ্গোন শঙলাকপা হাওবম শেলুংবগী ময়ুমদা লাক্লগা মপারি নাউব্রাগী মথব্রায় কনবিনবা তরেৎকী শেঞ্জা পীরগা কপতুনা হায়জরক্লে। মাগী অব্রাবা মতৌ উরবস্তু হাওবম শেলুংবনা মতেঙ পাংবা ঙম্মোইদবা পাঙ্গল থৌনা উৎপা য়ারোইদবা কয়াতু হায়রক্লবদা নুংথিলচাইবী ইবেম্মা নীংবা কায়তুনা হিক্লা হিক্লা কপ্লগা য়ুমদা চল্লক্লে। মপারি নাউব্রাগী মথব্রায় কন্নবা উপায় লম্বী উরক্লবদা লাইবকচাউবী ইবেম্মা লাইয়িংথৌ সনামহীবু থম্মোয় নুংদা চেৎনা কোল্লগা মপারিগী মথব্রায় কনবিনবা অয়ুক নুংথিল নুমিদাং খাক্তনা মমিত্তা মপি তানা খুরুমজুনা হায়জরক্লে।

ব্রারবস্তু ব্রানা লেনখিবা, নুংঙাইরবস্তু নুংঙাইনা হৌথিবা অব্রা নুংঙাই কয়াগা শাগোম্ননা চৎলিবা মতমগী খোঙচৎকা ঈচেল নাইনা লেপ্তুনা ঈপাক তম্না চেন্থুরিবা মতমগী ঈচেলগা পাংথক্লি। লোইদাম থাবুম তরা ফারক্লবদা কপ্লতনা মথৌদাং তারবী ব্রাজবনা মশিলশাং ওইব্রবী অহীং কয়া তুমদবনা চোকথরবী, চাদ-থক্তবনা থৌগংনরবী লাইবকচাউবী নুংথিলচাইবীদো নোংঙাল্লমদাইগী অঈংবা মালং শউম লাংবদা অব্রা-অনা পূম্নমক কাউরগা খঙহৌদনা তুমথখি। ঙাহাক উরোন উরোন তুমথরুরগা মিকপ থোরকপদা ইবেম্মগী পুক্লিংদা অনৌবা ব্রাথলগী মঙাল অমা ফাও-রক্লে। সনা কৈথেলদা থোক্লগা মচাগী মথব্রায় কনবা ঙমগদবা মরুপ-মপাং শাগৈ-নাতৈ কনাগুম্বা মীওই থেংনবরা য়েংগে খল্লতুনা মপুরোইবগী য়াথং লৌরগা লোয়নবী মনাই অমগা লোয়ননা তরেৎকী শেঞ্জা পুতুনা সনা কৈথেল য়েংবা থোরক্লে। লাইয়িংথৌ সনামহীগী নোংদমদগী নুমিৎ অসে মকেং থাঙ্গাল খুলগী খুল্লাকপা খুল্লাকপী অনিতু সনা কৈথেল কারকই। কৈথেলগী মতাই ওইরপ্না ফম্বী পোৎয়োনবী অমগী লুকমাই মতোন্দা

লোইবী হাওবা মতৈ-মনাওনা পোং লৈরিবদু উবদা ইবেম্মগী পুক্লিংদা উন্নগে খল্লদুনা লোয়নবী মনাই থাদুনা কৌহল্লুরে। ইপা হাওবা নহাকপু চীংদা তোংবা চীংমীর তমদা লৈবা হাওবরা নমিংনা করি কৌবগে নপুকনিংদা চিংনবা লৈতনা ঐঙোন্দা শেংনা ভাকউ ঐগা ভাই শাম্নসি হায়রক্লবদা ঐ মকেং থাঙ্গাল খুলগী খুল্লাকপনি খুম্নকই। মাগী ব্রাদু তাবদা নুংথিলচাইবী মথরায় নুংঙাইরদুনা শেল পাম্নে শেল পীগে, ব্রাহৈনা য়ারে পাওমেন্নগে খল্লদুনা লোইনবী মনাই থনম্নগা মখোয় অনি ব্রারি শাসি হায়না খরা লাপ্পা চৎথোক্লে। ঐ অসি মৈতৈ নিংথৌ পাইখোম্বগী মনাও নুপা য়াইস্কুল্লাকপা চরাইরোংবনা লোবা নুপীনি. ইমিংনা নুংথিলচাইবী কৌই হায়দুনা মশক তাক্লগা মাগী অব্রাবা পুম্নমক্কু লৌদুনা নাপ্পা চিক্লা ব্রাতান্নরক্লে। মবেম্মগী ব্রাদু তাবদা মকেং হাওবা খুল্লাকপা ভাহাক ব্রাখল তৌরগা ননাই হাওবগী পাঙ্গল থোক্লোইদোমানে হঙ্গৎলক্লে। নহাক্লা পাঙ্গল থোক্লোই হায়রিবদু নপুক্লিংদা চিংনবা করি লৈবগে ঐঙোন্দা শেংনা তম্মু হায়রক্লে। ননাইনা অঙাং অদু ছুমদা হাপতুনা পুরগা লম্মখাংদা খোম্লাং লামদুনা করিগুম্বা কপ্লরুবদি তাদবনা তাখি, খঙদবনা খঙখ্রগা অঙাং ছুরানবা তাদুনা নিংথৌগী চৈরাক ফংগদ্রা চিংনৈ হায়রক্লে। মাগী অকিবা ব্রাঙা দু তাবদা লৌশিং চাওবী ইবেম্মনা হাওবগী মপুক্লিং ফাগে খল্লদুনা খুল্লাকপা নহাক্লা চিংনরিবদু চুম্মি, অদুবু লাইনা পীবা অঙাংনি লম্মখাংদা মাঙবা য়ারোই। নোংমা নত্রগা নোংমদি পোইরৈ মৈতৈ লৈবাক্কী নিংথৌ ওইরগদবা ইচানি, মহাক্কী মপান্দগী নখোয় ঐখোয় নুংঙাইগদৌরিবনি। পারিনা হেক পোকপগা মমাগী খোম্লাং মায়োক্লদ্রিবৈদা ময়াদা ফিবুল নম্নগা নখুন তান্না পুখো। নখুন য়ৌদ্রি ফাওবা ইচাগী মথরায় মাঙদনবা চিংঙু মানা শোয়দনা কুম্বগনি, নপুক্লিংদা চিংনগন্নু হায়না থেম্নগা শেঙ্গাওদগী শেল খুবাম অমা লৌথোক্তুনা খুল্লাকপদা পীরে। শেলয়াম অদু উবদা খুল্লাকপা হরাওবনা শিবা কিরক্লে, নৌনা থৌনা হাপ্লক্লে। খুল্লাকপা থরায় থারবম্নু নজাইবুঙোগী মথরায়দদি কঞ্জরমগে হায়না হাওবা

পাম্বোম্ব তিংলক্লে। খুল্লাকপম্মী মপাউ অ্যাবদা মুংথিলচাইবী ইবেম্মা মুংঙাইবগী ওমথৈ লৈখিদ্রে। হয়েং নোংঙাল্লগা খুল্লাকপা খুল্লাকপী নখোয়ু অনিনা ছমদা পাল মাইরেল হাপ্লগা সনা কোম্নুংদা লাকউ। সাপম চমু মুংথিলচাইবী ইবেম্মতু ঐগী ইঙাইনি। ইঙাই উনগে, চীংদা পানবা পোৎ পীরমগে হায়তুনা ঐগী শঙ্গায় হংলগা চঙলকউ হায়না চেকশিন্না শিন্নরে। অস্নুম্না খুল্লাকপদা নাপ্না চিক্না পাওমেম্নরম্লগা মুংথিলচাইবী ইবেম্মা মনাই লোয়নবীগা লোয়নতুনা হল্লকুনা মথল্লায় মুংঙাইনা শঙ্গায়দা পোখাখি। মকেং থাঙ্গাল খুল্লাকপা খুল্লাকপী অনিতু মবেম্মনা পীবা শেলয়াম অতুদগী থরা লৌথোক্লগা সনা কৈথেন্দগী পোৎ চৈ ময়াম লৈরগা হরাওনা মখুলদা হনখি।

নোংঙাল্লে, মকেং থাঙ্গাল খুল্লাকপা খুল্লাকপী অনিতু ছমদা পাল মাইরেল, শিং য়াইঙংনচিংবা হাপ্লগ মুংথিলচাইবীগী শঙ্গায় হংতুনা চঙলক্লে। খুল্লাকপা খুল্লাকপী অনিনা চঙলকপতু উবদা রানা ঙাইজরবী মুংথিলচাইবী ইবেম্মদো মথল্লায় মুংঙাইনা শুমাঙ তাম্না থোরক্লগ মখোয় অনিবু তরাম্না কৌশিল্লে। মখোয় অনিনা পুরকপা পোৎচৈশিং অতু লৌশিল্লগা পীবা য় বা ফিরোল শেল থুম পীবিরে। ইপাম য়ুমদা লৈরিঙৈদদি ইঙাই নখোয়গা তোয়না উনতুনা রারী রাতাই শাম্নরম্মী, সনা কোম্নুংদা লাক-পদগীদি ওসি নখোয়গা উনরিবা অসিনা অহানবনি। ওসিগা হয়েংগদি সনা কোম্নুংদা লৈখো, রারী রাতাই শামিম্নখিনি হায়তুনা খুল্লাকপা খুল্লাকপী অনিতু কনা খঙহন্দনা শিংগৈদা লোম্না লৈহনখি। লৌশিং চাউবী সাপম চমু মুংথিলচাইবীনা লোয়নবী মবুক খঙবা মনাইমুবী, মাগা চাম্নবী মাইবী মায়োক্লবীশিংদা লোম্না তরেৎ শেঙ্গা পীতুনা রাচৎলে। শেলবু পামদবা কনা লৈবগে, মচা-মশু পোক্লরিবী মুপী ঙাক্কুনি, মুপীগী অরাবদি মুপীতনা খঙবনিনা মানা হায়জবতু য়াবিরে, মনা-মনিল নাইখিদ্রে। অস্নুম্না নোংমা নিনি লৈরগা মুংথিলচাইবী কনা খঙহন্দনা রাঙ্গোলশুঙদা চঙতুনা লৈরে। খৃষ্টাব্দ ১৬৯০ পোইন্নু ২২নি পানবা থাংজ মুমিংকী নোংঙাল্লম-দাইদা মজাইবুঙো অমা ফংজরে। পোকপদা ঙায়রিবা মমাগী খোম্নাং

মায়োক্লিড্রিবা অঙাং অদু মাইবী মায়োক্লবীনা ময়াদা ফিবুল নমদুনা হাওছম পোঙ্গেননুংদা হাপচিল্লে. মথক্তা পাংখোক্লানা চেকশিন্না কুপশিল্লগা থুল্লাক-পীদা শিন্নরে। নোং ঙানফুং ঙানফুং তোরকপা মীয়াম হৌনরক্লিঙৈদা থুল্লাকপীনা মাঙ থারগা থুল্লাকপনা তুং থংলগা সনা কোন্নুংদগী মপাল থোরক্লে, চেলনা চেলনা থাঙ্গাল হাওখুল পাংখ্রে। রাঙ্গোল শঙদদি অঙাংগী মহুক্তা থৌহু নুং ওইনা পোক্লে হ য়না হঙ্গৎলুরে। অঙাংগী মহুক্তা থৌহু নুং ওইনা পোকপগী পাউ অসি মৈদিংঙু পাইখোম্বা নিংথৌগী সনা নাকোংস্তু য়ৌরে। নিংথৌগী সনা য়াথং মতুংইন্না হৌনবী কায়দনা থৌহু নুংহু নুঙগোইবীদা শরেল চনশিল্লে। মচাগীদমক্তা মতম পুম্নমক্তা রাবনা চাফম থকফম খঙদনা লৈরিবা চরাহুরোংবহু মথরায় মুংঙাইরে। মানা রাজবহু লাইয়িংথৌ সনামহীনা উবিরদুনা খোয়ুম নোংদম নোংখায়-বিবনি খল্লদুনা লাইয়িংথৌদা হৈরাং লৈরাং কৎতুনা খুরুমজখি। অসোমদা ময়াদা ফিবুল নমদুনা ছমদা হাপ্লগা পুরক্লিবা অঙাং অদু থুল্লাকপা থুল্লাকপী অনিনা শিরবা হিংলিবা লম্বীদা হাংদোক্তুনা য়েংগে খন্দনা চেলনা চেলনা অরাবা খঙদনা পোত্থাবা নাইদনা লাকপনা থাঙ্গাল মথুন য়ৌরক্লে। ময়ুমদা হেক থুংবগা ছমদগী অঙাং অদু লৌথোক্তুনা য়েংবদা শিরমদ্রে, তুমদুনা লৈরম্মী। মহু উবদা থুল্লাকপী হরাওমনখ্রদুনা অঙাং অদু চুপ্লগা মতম্পাক্তা পমদুনা ইমাগী ইবুঙো মুংশিবা ইচাগী থরায় মাঙ-লম্নগদ্রা ইমানা রাক্লবদি চিংঙুনা থৌজানবিরে খন্দুনা মচা মুংশিবগী রাখলনা থম্মোয়দা পোক্লকপগা লোয়ননা খোম্মি কংলবী থুল্লাকপীহু মুমিৎতুদা নোনা খোম্লাং ঈহৌরক্লে। ইমাগী ইবুঙো ইমাগী খোম্লাং অসি থক্লগা পাবি পাঙ্গল চাউগনি অরাম থৌরাংবা কোক্কনি হায়না অঙাংগী ময়াদা খোম্লাং হেক তাহনবদা তুম্নম্বা অঙাংহু হংঙা কপ্লক্লবদা থুল্লাকপা থুল্লাকপী অনিহু মথরায় মুংঙাইনা য়েংমিন্নরগা নোকমিন্নরে। অম্মুম্না মকেং থাঙ্গাল খুলদা থুল্লাকপা থুল্লাকপী অনিনা মজাইবুঙো অহু চাউনবা য়োকখি।

পোকপদা ভায়রিবা মপারিনা পলেমগী খোম্লাং মায়োক্লদনা ময়াদা ফিবুস নমক্লুনা হাওছমদা হাপ্লগা লমদম তাম্না পুখিবা মপারিত্থ লম্মখাংদা মথল্লায় মাঙলমগজ্র', মাঙলম্লোইজ্রা খল্লুবদা পলেম মমা ওইরবী মুংথিল-চাইবী ইবেম্মদো ব্রাবনা পন্দোল লোমখ্রে। ফোংনা ব্রাসি র ভমদা লোম্না কপসি কপভমদা খম্মোয়মুংদা ওমচাক্লরিবা মচা কায়নবগী মৈচাক্তি মুংপা য়াদত্থনা মৈশা লাংবনা মিংলুদা পিরাং শিম্থরক্লে, মায়থোং থম্বাল চোং-লক্লে। ব্রাশা কৈরাথক্তা কায়দোংবী য়াহৌ থেংবী চেক্লানা মপুগী থোদা য়াওহৌদবনা চাংজৌ চোনবা লাইজবু থকউ নোংদমজ্রবী; কোরৌ মৈশা লাংবনা ব্রাংবল মৈচাক খাঙবদা লাইজ ঈথৌ লাংলবী, কুমগী নোংলেন ভাইবদা পোম্বী ব্রানা খাঙজবী নোঙ্গৌবী কৌবী চেক্লাগা পাংথক ওইরবী মুংথিলচাইবী ইবেম্মদো মচাগী মপাউ তানিংবনা তুমকম চাকম খঙদনা মীচিক-মীরাওখোল তাজ্রবা অহীংদা মপান থোরক্লগা মকেং থাঙ্গাল হাও-খুল ওন্দুনা নুবা হিক্লা কপ্লক্লে। অস্থুম্না ব্রানা খাঙলকপা থা অহুম ফারক্লবদা নোংমা খঙহৌদনা খুল্লাকপনা মুংথিলচাইবীগী শঙ্গায় তাম্না চঙলকপত্থ উবদা মুংভাইথিবনা ইবেম্মদো হুমাং ঈরিক কারক্লে খম্মোয় তনিক তনিক্লে। মাঙ্গোলদগী কুমথরক্লুনা শুমাং তাম্না থোরক্লগা ইবুং খুল্লাকপা হায়না তরাম্না কৌশিল্লগা ফিদা থাত্থনা ফমহল্লে। মচাগী পাউ তানিংবনা ভাওরবী ইবেম্মদো মনাইশিংগী মমাঙ ওইবনা ফোংনা হায়সি হায়ঙমদা লোম্না হংসি হংঙমদা ব্রাখলনা পোংলুম পুখরে, মরু লুক্লা তরেং তরা থেক্লা থল্লক্লে। ভাহাক ব্রাখল তৌক্লরগা "ইবুং খুল্লাকপা লৈগাক মরা তপ্পবা নিংথৌ পুন্সি মুংশাংনা পান্নবা নোংমদোল পাথংবদা কংফে খন্দুনা সনা কৈথেলদগী তরেং শেঙ্গা পীত্থনা লৈরগা নঙোন্দা য়োকউ পীথিবা য়েন্নাউ মচাত্থবু মফৈ তারব্রা।" হংলক্লে। মবেম্মগী হৈশিংবা ব্রাত্থ তাবদা খুল্লাকপনা মোমোন নোক্লগা "ইবেম্মা ননাইনা য়েনবী য়াও-দনা য়োকচবা য়েন্নাও মচাত্থ মফৈ তারে, য়েনথোং শুগদৌরে, মতম খরা লৈরবদি নবুধৌ পাথংবদা কংপা য়ারগনি" খুম্লক্লে। মুংভাইরে ইবুং

থুল্লাকপা, য়েন্নাউ কাইদোং ফাহল্লু য়েনখোং শুহল্লু হায়দুনা শেঙ্গাওদগী শেল লৌথোকলুরগা পীবিরে। অশুম্না ভাহাক ব্রারী শারগা থুল্লাকপা মথল্লায় নুংঙাইনা মথুলদা হনখি। সাপম চন্নু নুংথিলচাইবীনা মচা চাউবা ভাইদুনা ব্রানা খাঙলকপদু মতুংদদি চহী থুদিংগী ওইনা থুল্লাকপনা চীংদা পানবা পাল মাইরেল শিং য়াইঙং পুরকুনা মঙাইদা পীবা শাদুনা লাক্লগা মজাইবুঙোগী পাট হেক হেক পীরৈ।

লৈমা নিংথৌকোন্দা চদুনা অব্রা নুংঙাই মরক্তা মচা চাউব ভাইরিবী সাপম চন্নু নুংথিলচাইবী ইবেম্মদো মচানুপানা চহী মঙা ফারকপা মতমদা লেইদাম থাবুম তরা মাউপুবগা লোইযস্বা কৌবা মচানুপা অমগা খমুক পোক্লে। মজাইবুঙো অমা নৌনা মমিত্তা উংবস্নু মকেং থাঙ্গাল হাওখুন্দা থুল্লাকপা থুল্লাকপীনা য়োক্লিবা মমিং পোন্দ্রিবা মচানুপা অহল অদুবুদি মতম পুন্নমক্তা কাউবা ঙমখদে। মচানুপা লোইয়ম্বনা থা তরেৎ ফারকপদা মচা কায়নবগী অব্রাবা মৈচাক্লা মতম কুইনা থম্মোয়দা ব্রামৈঙম ওমচাক্রকপনা থম্মোয়গী লায়না ওইরকুনা নুংথিলচাইবী ইবেম্মা চাবা থকপা য়াদবনা নোংমা নোংমগী মপাঙ্গল মরেং তারক্লে। মতম পুন্নমক্তা অব্রাবা শক্লোন পুদুনদা লৈরবী নুংথিলচাইবীনা মপাঙ্গল শোম্বরকপনা অনাবা ওইরকপদু উবদা মাইবা-মাইবীনা ঈরাৎ চনান থাদুনা হিদাক-লাংথক্লা লায়েংবদা অনাবা ক্রবা ঙম্নক্তবদা চরাইরোংব মথল্লায় ব্রাবক্লে। পুন্সি চেংজেল য়াম্লকুবনা নুংশিরবা মচানুপা অহলগী মশক উদনা পুন্সি লোমলগদ্রা মপুক্লিংদা চিংনরদুনা নোংমদি নুংথিলচাইবীনা মনাই থাদুনা হাওবম শেলুংবা কৌহল্লুরে। শেলুংবনা থিন্দনা ইবেম্মগী শঙ্গায় তান্না লাক্লগা মনাই-মশল কনা অমত্তা তাহন্দনা লোন্না ব্রারী শারক্লে। অঙম্বা নঙগী মশক মত্তৌ চঙথেল্লবী নমোম অমা লৈরিবদু ঐগী ইচানুপাদা থাজরো, ভাই-শেল ওইনরসি হায়রক্লে। মাগী ব্রাদু তাবদা হাওবম শেলুংবা ওকপদা নত্তুনা মপুক্লিংদা চিংনবা অমগা লোয়ননা ইবেম্মনা তাকপিরিবদো করিনো, ইবেম্মনা পোকপা নচানুপা লোইয়ম্বদি থা তরেৎ মপুং ফারকপদা

মঙাইরি। থা তরেৎ শুরবা নচান্নুপাদা চহী অহুম মপুং ফারবী ইচান্নুপীবু করম্না থাজবা য়াগদৌরিবনো মহু চৎনবিগী রাংমদনি খুম্লক্লে। ঐনা পোকপা চহী তরুক মপুং ফারবা ইচান্নুপা অহলদা চহী অহুম মপুং ফারবী ন:মম্বু থাজবদা অঙম্বনা নপুক্লিংদা চিংনৰিরিবা কৰিগীনো হংলক্লে। মুংথিলচাইবীগী রাহু তারগা শেলুংবনা মপুক্লিংদা চিংনরিবহু হেনগৎলক্লে। ইবেম্মনা পোকপা চহী তরুক শুরবা নচান্নুপা অহলহু মফম কদায়দা লৈবগে, মনিংদা করি কৌবগে হংলক্লে। লাইবকচাউবা মমা ঐগী নাউ-বিকোন্দা পারি মানা লোইদাম থাবুম মাপল মপুং ফারকপদা অহৌংদা অঙম্বগী নয়ুমদা লাক্কুনা ইচাগী মথরায় কনৰিয়ু নত্রবদি মপানা তাক্লাখাদা হাংখ্রবনি হায়জবদা য়াবিথিদবা ইচান্নুপাহু থোহু মুঙদা মহুৎ শিল্লগা ইচানা মকেং থাঙ্গাল হাওথুন্দা থৈহুনা থুল্লাকপনা য়োকখিবা ইচান্নুপা অহলহু চহী তরুক মপুং ফারক্লে। মুংশিরবা ইচান্নুপা অহু ঙসি ফাওবা মমা ঐগী ইমিৎতা উবা ফংস্ত্রি, মমিং থোস্ত্রি। লাইয়িংথৌ সনামহীদা নীজহুনা তাঙনা ফংজবা নোংমা নত্রগা নোংমদি পোইরৈ মৈতৈ লৈবাক্নী ।ংথৌ ওইরগদবা ইচান্নুপানি। মমা ঐনা লৈত্রবা তুংদা অঙম্বগী নথৌনা নরৌশিংনা মপা মচা শক খঙনহল্লু অঙম্বগী নচান্নুপী পীরগা নমাক ওইহুনা পোইরৈ মৈতৈ লৈবাক্নী নিংথৌ শেম্বিরকউ। মমা ঐনা কোরৌ নোং-মদোল থক্কগী লৈচিল পোমায় হাংদোক্লগা মুংশিরবা ইচাগী মশক অহু ইমিৎ পেন্না য়েংজগে। অ:স হায়হুনা মিৎলুগী পিরাংগা লোয়নবা অঙম্বগী মথুৎ পাম্নহুনা হায়জরে। মুংথিলচাইবীগী মরিক চুম্বা রাহু তাবদা মতাও চরাইরেংবগা শাম্নখিবা র‍্যারৌ পণ্ডিতশিংনা হায়খিবা রাকমশিং অহু মথং মথং নীংশিংজক্কুনা মজাইবুঙো অসি নোংমা নত্রগা নোং-মদি মৈতৈ লৈবাক্নী নিংথৌ ওইরগনি মপুক্লিংদা থাজবগা লোয়ননা হাওবম শেলুংবা মৎরায় মুংঙাইরহুনা মায়থোং মকা লাম্নক্লে। ইবেম্মনা তাক-পিরিবা রা অহুনা অচুম্বা ওইরবদি ঐনা পোকচবী ইচান্নুপী লৈমাথুবীবু নজাইবুঙো অহলদা থাজহুনা মতিক চাবা অওং অউন তম্নহুনা চাউনা

লুহোংগনি। মতিক চারবা মতমদা মপা মচা শক খণ্ডনহনগনি। করি-গুম্বা মাবু পোকপা মপা চরাইরোংবনা ঈমাকপু মীরাইবা থোক্লবস্থু শেলুংবা ঐগী ইতিক ইথৌনানা নিংথৌ শেমদুনা পোক্টরে মৈতৈ লৈবাক্কী নিংথৌ ওইহনগনি, ঙমদবা থোক্লে ঐগী থরায় থাদোকনি। মশক উদতুনা মমিং থোক্লবস্থু মখাদা মনাও তারবনিনা ঈমাক্কী মমিং ময়াম্বা থোক্লসি হায়রক্লবদা লুংথিলচাইবী ইবেম্মদো মপুক্কিং পেন্না লুংঙাইজরে। হরাও লুংঙাইবগী ঈথক্কা লোয়ননা হৌরকপা পিরাংনা থুমহৎলবা লুংথিলচাইবী ইবেম্মগী মিৎস্না থম্বাল অনিনা হাওবম শেলুংববু চিংবা য়েংলম্লগা পাংলম্বা মমিং উইশিনখ্রে, ব্রা ঙাওখিদ্রে। মতু উবদা শেলুংবা লুংশাথীতুনা মনাই থারগা চরাইরোংবা কৌহল্লুরে। মাইবনা মিহুল কাংলোন য়েংবদা তাইবং চেংজেল লোইতুনা পুন্সিগী অবোইবা য়াহিপ তানগদৌরে হায়রক্লবদা চরাইরোংবা নিংঙমদবা মৈচাক্লা হেনগৎলক্কুনা মশানৌগী হকচাং কোল্লগা নোং থোংবগুম কপ্লক্রে। নবুঙোগী মিকপথোল তাবদা লুংথিলচাইবী মমিং পাংথোরক্কুনা অরোইবা ওইনা য়েংলম্লগা অরোইবা য়াহিপ তানখি। খৃষ্টাব্দ ১৬৯২ ব্রাকচিংগী ৪নি পানবা নোংমাইজিং নুমিত্তা নাওসোম পুখ্রম্বা, নোংমাইথেম নহারুপ লাকপা অনিনা লুচিংতুনা সোমসোক লান চৎপদা শগোল তোংবা লাম্মী ১৫ শগোলগা লোয়ননা ফারকই, থাঙ-তা নোংমৈনচিংবা খুৎশু খুৎলাই কয়াস্থু লোক্লকই। নহারুপ লোয়শঙদা নোংমৈনচিংবা লানগী খুৎশু-খুৎলাই থম্লিবতু শঙবা শরোখাইবম থেঙ্গা অমদি কৈশাম তোম্বনা অহীংদা লোন্না নোংমৈ অমমম হুতুনা পুখ্রগা কাংপোকপীদা কাপ্লতুনা মখোয় অনিমক শিমিল্লখি। মৈদিংঙু পাইখোম্বনা মোইন্থেদা লান্দাতুনা মোইন্থে নিংথৌ পাময়ানববু লান্দা মায়থীবা পীখিবা লানফম অতুগা মরী লৈনবা ব্রারীতু শৈরেংদা ইথোক্কুনা নিংথৌরোন পুয়া ইথি। কুয়োংনা লান হৌরক্কদৌরে পাউ তাবদা মৈতৈ লাম্মী থাতুনা কুয়োংবু লান্দা মায়থীবা পিরগা কুয়োং হাওয়াম ফারকই। মৈদিংঙু পাইখোম্বনা চহী ৩১ নিংথৌ ওইতুনা পাল্লম্লগা মচাম্বুপা অমত্তা পোক্কুনা খৃষ্টাব্দ ১৬৯৭ ব্রাকচিং ২৮নি পানবা শগোলশেল লুমিত্তা নোঙ্গাখি।

## চরাইরোংবা ( খৃঃ ১৬৯৭ ১৭০৯ )

মৈদিংঙু পাইখোম্বদি মচানুপা অমত্তা পোক্তবনা মনাওনুপা তোনসেন ঙম্বনা ঙাংবম চমু ঙাইখোংঙম্বী পান্নহুনা খৃষ্টাব্দ ১৭৫১ ইংঙা থাগী ৫নি পানবা থাংজ নুমিত্তা পোকপা চরাইরোংবনা মৈদিংঙু পাইখোম্বগী মহুৎ শিন্দুনা খৃঃ ১৬৯৭ লমতা থাগী ১০নি পানব ইরাই নুমিত্তা মৈতৈ লৈবাক্কী নিংথৌ ওইখি। মহ'ক্কা নিংথৌ ওইবগা ইকুই কুইদনা লোইবী নুংতেক হাওয়াম্না লান হৌরকপগী পাউ তারম্মী। মৈদিংঙু চরাইরোংবনা মৈতৈগী অকল অথৌ খোঙমী লাম্মী পুরগা তুংতেক্কা লান শোক্লবদা নুংতেক থুল্লাকপা নুংকারেন্নচিংবা লোইবা হাও ৫৩ লানফা ওইনা ফাহুনা পুরক্লগা কৈশুমশঙদা থনম্মী।

মৈদিংঙু চরাইরোংবনা নিংথৌ ওইবগা মপা-মপুশিংনা লাৎলম্বা লাইরেম্বী লাইরেম্বশিংগী মুর্ত্তি হৈরগা শঙলেন শাহুনা লাৎকে থল্লহুনা খৃষ্টাব্দ ১৬৯৯ পোইন্নু ১১নি পানবা য়ুমশকৈশা নুমিত্তা অহৈবম তারিবু পান্থোইবাগী মুর্ত্তি হৈহল্লগা লাৎলম্মী। ওল্লকপা চহীদনা লাইয়িংথৌ সনামহীগী মুর্ত্তি হৈহুনা শঙলেন শারগা অপোং ইংথোন্দা লাৎলম্মী। খৃষ্টাব্দ ১৭০০ কী শজিবু থাগী তরামাথোইনি পানবা লৈপাকপোকপা নুমিত্তা মৈদিংঙু চরাইরোংবনা মৈতৈগী অকল-অথৌ খোঙমী-লাম্মী শংগা লোয়ননা মাসেম, পোল্লান অমম্নুং মৈরাও থুল অহুমদা লান্দাবা লেংই। লান চৎপদা পুং য়ৈহুনা পেরে মোইবুং শিঙ্গা খোংহুনা য়াম্না পুক্লিং নুংঙাইনা লান্দাবা লেংই লাকম্নু ঙম্লকই। মতম খরা লৈরগা উরিষ্যা লৈবাক্তগী রায় বনমালি কৌবা ব্রাহ্মণ অমা লংকুনা সনা কোন্নুংদা থুংলরে। মহাক্কী পাউতাক মতুংইন্না রাধা কৃষ্ণগী মুর্ত্তি লিংখৎলগা নীংনবা বৈষ্ণব ধর্ম্ম দিক্ষা লৌরে। খৃষ্টাব্দ ১৭০৭ কালেন ১৯নি পানবা ইরাই নুমিত্তা চেক্লা ফুরা শারগা রাধা কৃষ্ণগী মুর্ত্তি লিংখৎতুনা রায় বনমালি ব্রাহ্মণবু সেবা চৎহল্লি। নিংথৌম্নু মরক মরক্তা মন্দির তাম্না লাকুনা রাধা কৃষ্ণবু থুরুম্মী। থুম্নুখোংগী গুরু অরিবম মন্দিরদা হৌজিক ফাওবা রাধা কৃষ্ণ অহু

লাংলি। মৈদিংগু চরাইরোংবনা লৈবাকী রায়েল থোৗদা কয়াবু হুংপাক্তা ইরগা লাই কাশাগী ফুরা মনাক্তা য়ুংলম্মী। নিংথৌনা লৈনরা মথোল অহুম গুবা শঙ্গায় শাতুনা য়ুমথক্তা শেঞ্জেংনা হৈরগা (হৌজিক্কী জিজ্মনা কুপ্পগুম) কুপ্লম্মী। মহাক্তি শান্ন-খোংনবদসু মপুক্লিং য়াম্না চঙই। নোংমা নিংথৌনা অঙুম অথৌ মাপলগা মিচং অমা ওইরগা মনাই তরানা অত্তোপ্পা মিচং অমা ওইতুনা কাংজৈ শান্নবদা নিংথৌনা লুচিংবা কাংজৈরোই তরানা থোই।

লেপ্তুনা চৎলিবা মতম্না নোংমা নোংমা হৌথিতুনা চহী কয়া ওনথ্রবদা মকেং থাঙ্গাল হাওখুন্দা খুল্লাকপা খুল্লাকপী অনিনা য়োক্লিবা মজাইবুঙো অতু পাথং কাংদোং ফারক্লবদা মপা-মচা শকখঙ-মায়খঙনল্লগে সনা ঈনি ত ক্লগে মতাগুম খুল্লাকপগী ফুঙ্গা লাইরুদা পাথংবগী শুরুং ফাওরক্লে। খুল্লাকপনা খঙদতুনা শুরুং অতু মেনশিল্লবসু মেনবা য়াবা শুরুংদি নত্তবনিনা খুল্লাকপা জ্ঞান মাঙলে, তৌফম খঙদ্রে। নোংমা খুল্লাকপগী মমঙদা পাথংবনা তাইবং মীগী শক্তম লৌতুনা লাক্লগা খুল্লাকপা নঙনা নপাক্লি শক্লা য়োক্লিবতু নিংথৌগী সনা ঈনি খঙনবা ঐনা শুরুং হুৎলকপনি। নিংথৌগী মজাইবুঙোনা নয়ুমদা লেঙদনা লৈরবনিনা থাঙ্গাল খুলনা চহী খুদিংগী নিংথৌদা লোইপোৎ কাবতু কুমশিদগী কারুরগনু। লোইপোৎ থোৗবা লাক্লবসু খুবমগী লাইনা য়াদে লোইপোৎ কাররোই হায়য়ু। অসুম্না মঙ-ফাওনবিরক্লবদা খুল্লাকপগী মপুক্লিংদা লোইপোৎ কাররোই লেপ্লতুনা চহী অতুমা মৈতৈ নিংথৌদা লোইপোৎ কাদ্রে। লোইপোৎ কারকপা মতম হেল্লক্লবা ফাওবদা মকেং থাঙ্গাল হাওখুলনা লোইপোৎ কারক্তবদা নিংথৌনা মনাই থাবক্তুনা লোইপোৎ থোৗবা লাকপদা খুবমগী লাইনা য়াদে কুমশিদগী হৌনা লোইপোৎ কাররোই হায়রক্লে। খুল্লাকপগী রাজু তাবদা চরাই-রোংবা নিংথৌ শাউরে। মৈতৈগী অকল-অথৌ খোঙমী-লাম্মীশিংগা লোয়ননা চরাইরোংবা নিংথৌ মশামক মকেং থাঙ্গাল হাওখুন্দা লান্দাবা খোঙশাল্লক্লে। লম্লেন দোলাইথাবীদগী থাঙ্গাল চীংশাং তাম্না লাকপদা পাই-রকপা লৈচিল মপৈ অমনা থাঙ্গাল চীংশাংতু থানা কুপশিনখিবনা থোক্লিবা

নুমিৎকী মঙাল চঙবা ঙমদহুনা মকম অদু অহীংগা মাম্নন মম্নে। মৈতৈ খোঙমী-লাম্মী ময়ামদো অমগা অমগা মশক উনরকত্রবদা চৎপ ঙমদহুনা চপ লেপতুনা লৈনরে। অঙকপা থৌদোক অদু উবদা নিংথৌ য়াথল খোকত্রে, মনাইশিংগা লোয়ননা মফম অদুদা লেঙদনা লৈরে। অসুম্না থাঙ্গাল চীংশাংদু মশক উবা ফংদনা লৈচিলনা কুপতুনা থমখিবা নুমিৎ মঙানি শুরবদা খোঙমী লাম্মী পুম্নমক চাকম থকক্কম খঙদহুনা য়ানবদু উবদা লান্দাবা য়ারয়োই থুবমগী লাইনা য়াত্রবনি থল্লহুনা মৈদিংগু চন্নাইরোংবনা অকল অথৌ খোঙমী লাম্মীশিং য়েংলগা, ইপা ইতোল ইচিল ইনাও পুম্নমক থাঙ্গাল থুলদা লান্দারগনুসি, শামায় লৈহুনা পোইরৈ মৈতৈ লৈবাক্তা হন্নসি সনা য়াথং পীরক্লে। নিংথৌগী য়াথং ফংবদা খোঙমী লাম্মী পুম্নমক শামায় লৈহুনা সনা কোম্নুং তান্না খোঙশাল্লকবদা থাঙ্গাল চীংশাং কুপ্লম্বা লৈচিলগী মপৈ অদু খঙহৌদনা অকনবা নোংলৈ মুংশিং অমা লাক্তুনা মায়কৈ খঙদনা হুমদোকখ্রবদা থাঙ্গাল চীংশাং ময়েক শেংনা উবা ফংলে। অঙকপা থৌদোক অদু উবদা চন্নাইরোংবগী মপুক্লিংদা চিংনবা পোক্তুনা ঐদি মকেং থাঙ্গাল থুল্লাকপা উন্নরকখিগে, নখোয় পুম্নমক্তি হল্লো হায়না লাম্মীশিং থাদোকখ্রগা মনাই থরগা লোয়ননা থুল্লাকপা উন্নবা সনা খোঙলেংলক্লে। মৈতৈ নিংথৌ চঙলকপা উবদা থুল্লাকপা চেম্হোরক্নুনা মবুঙোবু থুকম্নগা ময়ুম তান্না পুশিল্লক্লে। থুল্লাকপগী শুমাংদা থৌদু মুংপাকথক্তা ফমহুনা লৈরিবা মজাইবুঙোবু উবদা চন্নাইরোংবা মুংশিবনা মিৎকম হোংবা য়াদহুনা থুল্লাকপদা কনাগী মচানো হংলক্লে। ইনিংথৌ ইবুঙো, ননাইনা পোকচবা ইচাম্নপানি থুম্নকই। নচাগী মমিং করি কৌবগে হংবদা মমিং থোম্নি হঙ্গৎচৈ। পাখং ফারবা ফাওবদা মমিং থোম্নিবা নচানুপা অসিগী মমিং ঙসি ঐ থোনবিরম্নগে। নচা অসি য়েংবগী পেনবা নাইদে, নিংথৌ ঐনা মাবু উবদা থম্মোয় য়াওনা পামই থঙনবা পামহৈবা থোম্নসি সনা য়াথং তাকপিরবদা থুল্লাকপা মাস্থ হরাওরে। নপারি অসি কোম্নুংদা পুথৎলকউ নচাগী লোয়শঙ অমা শারগা মাবু শঙলাকপা হাপ্লিগে সনা য়াথং

ভাকিপিরবদা খুল্লাকপতু মথক্সায় নুংঙাইজরে। সনা য়াথং মতুং ইন্না খুয়া-খাদা ইচা কংচরগে মপুনা নুংশিনা চানবিনা য়োকপিয়ু হায়না খুরুমজদুনা হঙ্গৎলবদা নিংথৌসু মথক্সায় নুংঙাইরদুনা সনা কোন্নুংদা হনখি।

নোংঙাল্লগা খুল্লাকপনা পামহৈববু সনা কোন্নুংদা পুখৎলগে খল্লদুনা মাপা চৎমিন্ননবা মমান্নবা হাও পাখং অনি কৌরুরগা চৎনবা থৌরাং তৌরক্লবদা পলেম শরা নাউয়োক নাউকোঞ্জরক্লবী খুল্লাকপীদো মচা কায়-নরগনি খল্লুবদা য়াথিবনা থম্মোয় পুবা ভম্নক্তদুনা পামহৈবগী মনাক তান্না চঙশিল্লক্লগা মচাবু মথাদা চেৎনা কোন্দুনা হিক্লা হিক্লা কপ্লক্লে। "ইমাগী ইবুঙো নুংশিবা লায়রবী পলেম ওইবনা শেৎপা চাবা ননীং থুংখিদবা কয়া লৈরবসু য়ারোইগনুকো। মপু সনা কোন্নুং য়ৌথ্রবদি য়াৎতা-পাদবা নুংঙাই য়াইফবা মীয়ক্লা শেৎনিংবা শেৎ চানিংবা চাদুনা লৈখ্রবদি ইমাবু কাউ-থ্রগনিদো। নহাক্না কায়নরগনি. ইচাগী নুংশিরবা নশক অদু অমুক হন্না উবা ফংলরোই খল্লুবদা ইমাগী থম্মোয়সে পুবা য়ারক্তে। অসি হায়দুনা খুল্লাকপী মমানা কপ্লক্লবদা পামহৈবা মাসু কপ্লে। মমা-মচা অনিদু ভাহাক কপমিন্নরগা খুল্লাকপনা পামহৈববু মমান্নবা হাও পাখং অনিগা লোয়ননা সনা কোন্নুং তান্না পুরক্লগা মপু খুয়া খাদা কৎলরে। নিংথৌনা হাওবা পামহৈববু নুংশিনা চান্না তৌবিবগা লোয়ননা মাগীদমক্তা অনৌবা লোয়শঙ অমা শারগা হাওমচা লোয়শঙ কৌদুনা মাবু শঙলাকপা হাপ্পিরে। নিংথৌনা হাওবা পামহৈববু মচাগুম নুংশিনা লুনা চান্না তৌবসিদা মনাই-শিংসু মাগী মীচং ভাক্তা ভায়রে। নিংথৌনা মনাই থাদুনা হাওবা পামহৈববু সনা কৈথেল্দা পুরগা মানা পাম্বা মফি-মরোল লৈবিরে, পোৎ-লক্তা পুশিল্লগা মানা চানিংবা অচা-অথক খল্লগা পীজরে। অসুম্না খুমিং খুদিংগী নিংথৌগী মনাইশিংনা হাওবা পামহৈববু কৈথেল্দা পুরগা মানা চানিংবা অচা-অথক লৈদুনা পীজবগী মহুত্তা মনাইশিংগা তান্নরগা সনা কৈথেল্দা পোৎ-চৈ য়োল্লিবী পোৎয়োনবীশিংদা নখোয় নখোয়না য়োল্লিবা অহাওবা অচা-অথক্তু খুমিং খুদিংগী খরা খরা থাম্নগৎনরগা পালি ওইনা

হাওমচা লোয়শঙদা লোইপোৎ কারকউ হায়না পাউ পীরে। নিংথৌগী য়াম্বং কিবদগী পোৎয়োনবীশিংনা মখোয় মখোয়না য়োল্লিবা অচা-অথক্কী পোৎলমশিং অদু থরা থরা থায়গৎনরগা নুমিৎ খুদিংগী পালি ওইনা হাওমচা লোয়শঙদা থিনবা চৎলি। নুমিৎ খুদিংগী লেপ্পুনা থায়নরম্বা পোৎচৈশিং অদুগী মহুত্তা মতুংদদি শেল ওইনা থায়নাখি, মসিবু হাউমচা শেলথায় হায়না খঙনৈ।

হাওবা পামহৈববু নিংথৌনা মচাগুম্না নুংশিনা লুনা চান্না তৌবনা সনা কোন্নুংদা মনাং মথা তন্না লৈবদু উবদা চরাইরোংবগী মচানুপাশিং ইহজম চন্থু শেনগোইরেম্বীনা পোকপা কোংয়াম্বা অকোইজম তাবা, থাংজম্ন চন্থু থবা ঙম্বীনা পোকপা খম্নাং পানশাবা অমম্বুং মুংয়াম্বা অহুম্না কল্লক খম্বনবদগী লোম্না ব্রাহ্মনতুনা মাগী চেক্রবা ওইনা লৈথি। মমা তিন্নবা সাপম চন্থু নুংখিলচাইবীনা পোক্লম্বা লে য়ম্বাদ হাওবা পামহৈববু উবদা ঈ তিন্নবনা ময়াম্বগুম থন্দুনা নুংশি, পামহৈবনসু মাবু মনাওগুম্না থল্লি। মখোয় অনিদু পোকমিন্নবা মচিল-মনাওনা খঙনদ্রবস্থু মতম পূম্নমক্তা নুংশিননা চান্ননা লোয়নৈ। মাওই মীতৌ চঙথোনবা হাওবা পামহৈবগী মশক মতৌ উবদা লাইফম ব্রাঙ্গোল শঙলাকপা হাওবম শেলুংবদু মবুঙো চরাইরোংবগী মচানি সাপম চন্থু নুংখলচাইবানা পোকপনি থাজরে। নুংখিলচাইবানা শিরমদাইদা মঙোন্দা মপারি পামহৈববু শিন্নরম্বা মানা হায়থিবা ব্রাহ্মণশিং অদু নীংশিংলক্তুনা হাওবম শেলুংবা মপুক্লুং লাংতকনরক্লে। নোংমা নিংথৌনা হাওবম শেলুংববু কোন্নুংদা কৌরগা অচানবা নঙগী মশক মতৌ ফজবা নচানুপী অদু হাওবা পামহৈবদা থাজরো চাউনা লুহোংলসি হায়রক্লবদা শেলুংবা ঙাহাক মরু লুক্তুনা ব্রাথল তৌশিন্নরগা নোইনু ফৌথাদা পোকপা থাঙ্গাল খুল্লাকপগী মচানুপা হাওবা পামহৈবদা ইচানুপী থাজবদা লৈবাক্তা থিনা ঙাঙনরবস্থু সনা য়াথং লৈবাক তাবা য়াদবনিননা ইচানুপী লৈমাখুবীবু হাওবা পামহৈবদা থাজরে, সনা কোন্নুংদা লুহোংবিরো হঙ্গৎলবদা নিংথৌসু মথৱায় থুংঙাইরে। মজাইবেম্মা

লৈমাখুবীবু হাওবা পামহৈবদা থাজদুনা লুহোংলবঃ মতুং মতম খরা লৈরগা নোংমা হাওবম শেলুংবনা মমাক হাওবা পামহৈববু মযুমদা কৌরগা লোম্না মী কনা অমত্তা তাহন্দনা মাবু থাঙ্গাল থুল্লাকপা থুল্লাকপীনা য়োকখিবা হৌখিবা থোদোক কয়াদু ব্রারী ওইনা লৌদুনা তাহনখি। হৌজিক মৈতৈ লৈবাক্কী নিংথৌ ওইরিবা চরাইরোংবসি নঙবু পোকপা নপাবুংনি, সাপম চন্থ ষুংথিলচাইবীনা নঙবু পোকপী নমানি। নহাক্না লুনা চান্না তিন্নরিবা নিংথৌগী মজাইবুঙো লোইয়ম্বা অসিনা নঙগা পোকমিন্নবা ননাওনি। নহাকপু কায়নবগী মৈচাক্না থম্মোয়দুংদা চাক্তুনা মতম পুম্নমক্তা ব্রাহ্মনত্তা পুন্সি লেনখ্রবী নমা ইবেম্মা ষুংথিলচাইবীদো নহাক্না চহী তরুক মপুং ফারকপা ননাওনুপা লোইয়ম্বনা থা নিপাল চঙলকপদা নারক্তুনা নঙগী নশক উদনা লৈখিদ্রে। নমা ইবেম্মনা শিরমদাইদা নহাকপু ঐঙোন্দা চেকশিন্না শিন্নরম্বনি। হাওবম শেলুংবনগী মবিক চুম্বা ব্রারীশিং অদু তারগরগা হাওবা পামহৈবা থাঙবা ঙম্নক্রুবোই শেলুংবগী মখোঙ কোল্লগা মমা লৌদুনা নোং খোংবগুম কপ্লক্রে। মমাক পামহৈবগী মতৌ উবদা শেলুংবা মতিত্তগী পিবাং শিন্থখি। ষুংথিলচাইবীনা শিরমদাইদা হায়রম্বা মঙোন্দা শিন্নরম্বা ব্রাফ। পুম্নমক মমাক হাওবা পামহৈবদা লোয়না তম্লে। ইনিংথৌনা নহাকপু ষুংথিলচাইবীনা পোকপা মজাইবুঙো অহলনি হেক খঙবা মুমিত্তা য়েক্রুবা ওইনা খন্দুনা নহাক্কী অমাঙবা ওইরক্কনি। অদুনা ব্রাফম অসি নাকোং অনি শুনা তাহনবা য়াদে, চেকশিন্না মতম ঙাইদুনা লৈগদবনি। অম্মুন্না মকু-মমাক অনিদু পুকমেন-পাওমেন্নরগা পামহৈবা হনখি। মুমিৎ অদুদগী হৌনা য়েক্রুবা য়াম্মী খন্দুনা পামহৈবা মশা চেক-শিন্না লৈবা হৌখি।

মৈদিংগু চরাইরোংবনা খুৎকল-পাঙ্গনবা ঔব্রা তোংদোই নিংথৌ চেক্লোং লৈমাবদা মচানুপী চকপা মখাউঙম্বী থাজদুনা লৈবাক অনিসি পুকচেল খোয়জেল তিম্ননা পানমিন্নরম্মী। ঔব্রা লৈমা চকপা মখউ ঙম্বীনা মঙদ্রা কেঙদু কৌবা মচানুপা অমা পোক্লবা মতুং চহী খরা

লৈরগা মচানুপী চকপা মখাউ ঙম্বীদু ঔরা লৈমা ওইহল্লে পাউ তাবদা মৈদিংগু চরাইরোংবা য়াম্না শাউরম্মী। ঔরা লৈবাক্তা লান্দাহুনা মজা ইবেম্মা চকপা মখাউ ঙম্বীগী লমন খুমগে খন্দুনা লানগী থৌরাং তৌহুনা লৈরিবৈদা খৃষ্টাব্দ ১৭০৯ শজিবু ৭ নি পানবা লৈপাকপোকপা নুমিত্তা তুম্বুক হাওয়াম্না লান্দারক্লে পাউ তাবদা চরাইরোংবা নিংথৌনা মৈতৈগী অকল অথৌ খোঙমী লাম্মী পুরগা লান চৎলি। অকনবা লানফম অদুদা তুম্বুক হাওয়াম্বু মায়থোবা পীরগা ক্ষেত্রিনা লমহেনবা তুম্বুক হাও ১৫ ফারক্লগা ল্লাহেংবম লৈকায়দা থম্মী। মৈদিংগু চরাইরোংবদি ঙাফক য়াম্না পামই, অদুনা লৈতাং অমদি ইকোপনচিংবা পাংশিংদা ইত্তং তত্তুনা ঙা ফাবা চৎলি, থমচেৎ চাবসু লেংই। নোংমা চরাইরোংবা নিংথৌনা হি ইশমচাইবা তোংলগা তাক্লাখাগী থম্বাল শাৎপা পাংয়াইদা থমচেৎ চাবা লেংই। নুমিৎ অসিদা লাইজ ঈপাক্ত সনা অহীংবা মচুনা লৈতেংবা হিয়াং হিরেনগুম মবুধৌ পাখংবনা তাউখৎতুনা মচী চরোংনা হাইবদা চরোং লাংদোন নোমলিবহু নিংথৌগী মমিৎতা শজি শঙাইনা চেন্দুনা নোঙ্গা ওইনা উরুরে। করিম্বু লৈত্রবা য়াওরৌ শানা ঐবু উশিৎ থওই-দবদি মতিক চাবা চৈরাক পীগে খল্লহুনা মখুৎনা লিক্লং তেন পায়রগা কাপ্লক্লে। তেঞ্জিলনা পাইশিল্লক্লুনা মবুধৌগী চীরক্তা থৌগল তৌরক্লবদা পাখংবা শাউহুনা মফম অদুদা লুপথখ্রগা কোঙ্গোলনা পুরুক পুরুক শৌনা কাখৎলক্লুনা ঈমায়হু কোঙ্গোলনা পিক থনখ্রে। মহু উবদা নিংথৌগী পুক্লিংদা চিংনবা পোক্লে খঙহৌদনা মশা শিনবা থুংনা তু-চুংলে, সনা হকচাং ইরক্লে। কোঙ্গোলনা পুরুক পুরুক শৌনা কাবা মফম অদুবু লম্লেন পুরুকশৌবী হায়না খঙনখি। নিংথৌনা থুনা য়াঙনা সনা কোম্বুংনা হল্লক্লগা হংবদা শজি শঙাই নত্তে, নবুধৌ পাখংবনা য়াথোকপনি, খঙ–দহুনা ইনিংথৌনা নবুধৌদা তেলনা থৌগল তৌক্লবনি। নবুধৌনা শাউবা ফনবা ঙসিদগী নুমিৎ মাপলনি চুপ্পা চাদ-থক্তনা চরাই থোঙজিন্দা সনাগী লিফক থায়গা নবুধৌ পাখংববু ঈরাৎ থৌনিবিয়ু, ইনিংথৌগী পুন্সি

চেংজেল নিবিয়ু হঞ্জৎলক্লে। মুমিৎ অদুদগী হৌনা নিংথৌনা চাদ-থক্কনা মবুথৌ পাখংববু ঈরাৎ থৌনিবা হৌখি। মাপললনি শুবগী অমুক হঞ্জনবদা রাহেংবম লৈকাযদা থম্লিবা লমহেনবা তুমুক হাওশিং অদু অমুক ওাওরক্কনা য়ুম্লোন কৈরোম্লবা মীওই কয়াবু য়ু-চৈদুনা ওৎলকপা মখোয়গা মায়োক্লক্লবা মীবু তমথিনা হাৎলক্লবদা নিংথৌনা অওম অথৌ খরা তুমুক হাও লাকশিন্নবা থাখি। লমহেনবা তুমুক হাও অমা ফাবদা মীয়াম হোৎচিন্নক্কনা ফুবদা থুদক্কা শিরে। মদু উবদা তুমুক হাওশিংনা লাউদুনা থুল্লক্কী মৈতৈমচাশিংগ' মাযোক্লদুনা ফুনা-চৈনবম্বদগী খাম্বা ঙম্লকত্রবদা মীয়াম হৌরক্কনা হাৎন-শুনবদা মীয়াম্না শিবগী পাউদু তাবদা চাদ-থক্কবমথৈ মাপললনি শুরা মুমিৎকী অরোয়বা লাইনিং অদু মপুং ফানবা মবুথৌ পাথংববু নিংজরিবা নিংথৌদো লাইনিংদুনা লৈথোকপা য়াদদুনা মনাই খরগা তুমুক হাও লাকশিন্নবা রাহেংবম লৈকায তান্না লেঙথোরক্লে। নিংথৌ লাক্লে পাউ তাবদা তুমুক হাওশিং অদু কিদুনা মীয়াম মরক্কগী নাম্থোক্লগা য়ুম্লক শমদুনা তেরা কৈথেল তান্না চেনখি। মৈতৈ অওম-অথৌশিংনা হাওগী মতুং ইন্দুনা ফানবা তান্নথ্রিচৈদা মৈদিংঙু চরাইরোংবদি মুমিৎ নিপালনি চুম্পা চারা হল্লকপগী চোকথবনে, মুমিৎ য়ুংবা মতম ওইরকপগী মুংশাগী মৈশানা চাকপানে, মনাইশিংগী মতুং ইনবা ঙমদদুনা নম্বুল তুরেল মপান্দা মশা মরেং ফন্না হৌরিবা চাউরবা খোংনাং পাম্বাগী মখোঙদা পোথাদুনা লৈরে। মতম অসিদা হখঙ খঙহৌদনা অকনবা নোংলৈ মুংশিৎনা হুমদুনা পাইরকপা নোংগী মপৈ অমনা নিংথৌগী কোকতোন য়ৌরকপদা থাক লাউনা খোংলগা নোংমৈ শিংজং তারক্কনা খোংনাং পাম্বী অদু ময়ায়দা থাইবোক তানা খায়দোক্লে। অথাক অরাউগী মৈশানা য়ৈবদা চরাইরোংবা মাঙ্গেম থক্কা জ্ঞান মাওদুনা লোংনা রাম্বদুনা তারে। মতম অসিদা নিংথৌগী নাক্কা থৌগল তৌদুনা অচিক অকোম য়েংলিবা হাওবম শেলুংবনা মথুত্তা তা পায়রগা চঙশিন্নক্কনা নিংথৌগী থবাক মতা ফবন্না থিল্লে। পামহৈবনা চেল্লক্কনা মপাবুংগী মথবাক্তা য়ুংলিবা

ত্তা অদু শংলগা মপাবুংগী থৌগল তৌদুনা লৈরে। চরাইরোংবনা ঙাহাক ব্রাহ্মণরগা জ্ঞান লৌকুনা মমিৎ পাংলকপদা পামহৈবনা পাবুং স্নাথ্বা হায়না কোন্দুনা কপ্লক্লে। চরাইরোংবনা ঙকুনা পামহৈবদা মুন্না য়েংলগা নহাক্না পাবুং স্নাথ্বা কৌরিবা করিগীনো হংলক্লে। মপাবুংনা হংলকপা ব্রাহ্মণগী পাউথুম পীবা ঙমদদুনা মরু লুক্না লৈরিঙৈদা হাওবম শেলুংবনা চঙশিল্লক্লগা "ইনিংথৌ ইবুংঙো, সনা পুক্লিংদা চিংনবিগনু। লাইবকচাউবী সাপম চনু হুংথিল্লগাইবীনা পোকচবা মজাইবুঙো অহন পামহৈনি। মমাগী খোম্লাং মায়োক্লক্রিঙৈদা মকোং থাঙ্গাল হাওথুন্দা থৈদুনা খুল্লাকপনা য়োকখিবনি। থৌদু মুঙনা মাগী মল্হুৎ শিন্দুনা হুড়গোইবীদা ফুমখিবা থৌদোক কয়াদু মোক্নৌনা নিংথৌগী মক্কমদা ব্রারী ওইনা লৌরক্লে। হাওবম শেলুংবগী ব্রাদু ত্তাবনে মানা মপুক্লিংদা চিংনবনে. মথাংগৈ পণ্ডিতশিংনা মপারিগী মথুক্তা য়াইবী মাঙগনি হায়াথবা ব্রাফমশিং অদু মথং মথং নীংশিংলকুনা মপারি পামহৈবনা মাগী য়াইবা লোগে থৌরাংবনি মপুক্লংদা থাজরে। পাম-হৈববু চিংনা য়েংলগা পারি ইবুঙো পামহৈবা, নুংঙাইরে ইপা কোনগে হায়না মথুৎ তিংথোক্তুনা মপারিবু চেংনা কোনবিরে। পামহৈবস্থ মপা-বুংবু কোল্লগা পাবুং স্নাথ্বা নচাগী ইবাল ঙাকপিয় হায়না কপ্লক্লে। পারি ইবুঙো নহক্না ইপাগী ইল্হুৎ ইরেং শিন্দুনা পোইরৈ মৈতৈ লৈবাক্কী নিংথৌ ওইজরো। নহাক্কী মথুক্তা ইপানা য়াইবী মাঙবগুম নঙস্থ নঙনা পোকপা নচাগী মথুক্তা থল্লায় থাবা ওইয়ু। মদুনা নহাক্না লঙজবা পাপ পুম্নমক কোকপা ঙমগনি। অস্থুম্না মৈদিংঙু চরাইরোংবনা শাপকা বরগা লোয়-ননা মজাইবুঙো পামহৈবদা পীরবদা মপাবুংগী সনা য়াথংবু পামহৈবনা চরৈ ফিগাউ শানা ব্রাজখি। ঐনা ইবুধৌ পাথংবগী অশেংবা ধারামক্তা ওইরবদি থোংনাং নহাকস্থ হান্নগী মতৌগুম হৌথো, নমিংদি থোংনাং হোগায়বী থোল্লম্নগে সনা য়াথং তাকপিখি। মতম অদুদগী হৌনা হৌজিক কাওবা খোংনাং মখোঙদু শাংনা হৌদুনা অদুম হৌরি। লৈবাক্কী অঙম অথৌ ফম্লাইবশিংগী মমাঙদা মৈদিংঙু চরাইরোংবনা মজাইবুঙো অহল

পামহৈবদা নিংথৌ খুন্দম শিন্নবগা লোয়ননা নিংথৌ ওইরগা চৎকদবা লমচৎ-শাজৎ, লৈবাক ভাকপগী মওং মতৌ লৈবাক্কী চৎনবী পথাক, রায়েল থৌদা পুম্নমক ভাকপিরে। তাজিন্দগী শিন্থরকপা ঈনদি অরেপ্পা লৈতনা চেন্থরকপনা মিৎকুপ খুদিংগী পাঙ্গল ময়েং তাশিল্লক্লে. রা ভাওবা ওমশিল-লক্লে। রা ভাওনা ভাওনা জ্ঞান মতেক মতেক মাওশিল্লক্লবদা মনাইশিংনা সনক্রুপ দোলায় থক্লা হাপ্লগা সনা কোন্নুং তান্না পুরকপদা কৈথেল অচৌবা ময়ায় য়ৌরকপদা কৈথেল লাইরেম্বীবু মমিৎ উইশিন্দুনা খুরুম্নগা মিৎলুদা পিরাং শিন্থরক্লে। মিৎলু পিরাং মরক্তা মৈরী পিক্লা ভাল্লম্বা য়ামজেম মৈরানা মুৎখ্রবদা য়াহৈবী থরায় মভাদো হকচাং পোল্লাং থ দোক্লুনা কারো নোঙ্গানখি। মৈদিংঙু চরাইরোংবনা লৈখিদবা মুমিৎ অসি খৃষ্টাব্দ ১৭০৯ ইঙেল ৭নি পানবা নোংমাইজিং মশাগী চহীনা ৩৭ নি। মৈদিংঙু চরাইরোংবনা মনাও ইবেম্মা (লৈমা) অহুম্নি, মচানুপা মম্বা পোকই। (১) সাপম চন্থু নুংথিলচাইবীনা পামহৈবা, লোইয়ম্বা পোকই, নোংথোনবম চন্থু শেনগোইলেম্বীনা খমপাম্বা (কোংয়াম্বা) পোকই। থাংজম চন্থু থুব ওম্বীনা খম্লাং পানশাবা অমস্থুং মুংয়াম্বা পোকই।

## পামহৈবা (গরিবনিৱাজ) (খৃঃ ১৭০৯—১৭৪৮)

মৈদিংঙু চরাইরোংবনা নোঙ্গাখ্রবদা মজাইবুঙো পামহৈবনা মশাগী চহী কুম শুবকপা খৃষ্টাব্দ ১৭০৯ ইঙেলগী ২৩নি পানবা য়ুমশকৈশা মুমিত্তা মৈতৈ লৈবাক্কী নিংথৌ ওইখি, ফম্বালগী মিংলেন্না থোংনাং মম্নাম্বা থোল্লি। মহাকপু নিংথেম ময়াংঙম্বা, গরিবনিৱাজ, নোংপোক রাইরং পামহৈবা অমস্থুং গোপাল সিংহ হায়নস্থু খঙনৈ।

মহাক্না নিংথৌ হেক ওইবগা লোইয়ম্ববু য়াইস্কুল্লাকপা, কোংয়াম্ববু খাইলাকপা, খম্লাং পানশাববু রাংথৈলাকপা অমস্থুং মুংয়াম্ববু খুরাইলাকপা হাপতুনা নিংথৌগী রায়েল থৌদাদা মতেঙ পাংহল্লি। মৈদিংঙু পাম-হৈবদি মহা ওইরবস্থু মভিক মথৌনা লৈবা নিংথৌনি। মানা নীংখিবা

পুক্লিং হনবা লৈতবা, তৌগে খনবা থবক্তা নিংহন্নদনা পাংথোকপা ওম্বা নিংথৌনি। মমা অতোম্বী থাংজম চন্থু থবাওম্বীনা পোকপা খম্নাং পামশাবা রাংলৈাকপা অমদি মনাওম্নুপা মুংয়াম্বা খুরাইলাকপা অনিনা মপাবুং চরাইরোংবা হাৎখিবগী লমন খুম্নিংবগী রাথল চেন্দুনা নিংথৌ খুভম মীহৌ-রক্লুনা তুংদা মাগী য়েক্লবা ওইরক্লদবা মওং মতৌহ্ উবদা মপুক্লিংদা চিংনহুনা মকু ইবুংঙো হাওবম শেলুংবগা লোন্না রা তান্নরম্মী। নোংমা অহীং অথেংবদা মনাও খম্নাং পামশাবা রাংখৈলাকপা অমদি মুংয়াম্বা খুরাইলাকপা অনিবু তুম্মুক হাওনা লান হৌরক্লে লাম্হেংনরুসি হায়না অযমমদা ওইনা কৌথোক্লগা লোন্না কনা খওহন্দনা অপোং ইংথোলদা হাৎখি। নোংওল্লগা লৈবাক মীয়ামদনা অহীংদা লান্দারকপা তুম্মুক হাওয়ামগা লাম্হেংনবদা মথরায় থাখ্রে হায়না অরানবা পাউ শন্দোকখি। মশম খরা লৈরগা লান্দা শিবা নত্তে লোন্না হাৎখিবনি খওনরক্লুনা নিংথৌ কিবদগী ফোঙনা ভাঙনবদি ভমদহুনা লৈবাক্তী মচি ময়াদা কৈরোয় লৈকায় খুল্লক লৈরক্তা লোন্না লোন্না রাবী শান্নবহু মীচিল মেনবা ওন্নদবদগী মীয়াম তানরক্লুনা পাউরৌনবা ঈশৈদি "পাউনম ঈরেল খোঙবান্দা ফৈদা হিদেন মন্থুমাঙদা তরেৎ শেনফাং য়েনা রাংলেন পুংজাউ থিনবদি করিগী পুংখোলনো হংববু তুবি মরু মাখরে" হায়না পাউখুম্ননা ঈশৈ শরুখি। মৈদিংঙু খাগেম্বগী মতমদা লৈরম্বা মায়চৌ অহল মঙানা রারেপ্পরগা মানা মানা পাম্বা মফমদা খুপ্পখিবহু হায়নখিবা মতম শুরহুনা মাঙজৌননা মৈতৈ লৈবাক্তা পোক্লক্লে। মখোয় অহুদি লোরেম্বম খোংনাংথাবা, নিংতোম্বম অকোং, য়াম্বেম ফৌবাক, লাঙ্গোল লুখোই অমম্থুং মোইরাং লনচাম্বা, মায়চৌ মঙা অসিনি। মখোয়না নিংথৌগা শকখঙ মায়খঙনরগা মবুধো খাগেম্বগী মতমদা মায়চৌ অহল মঙানা লৈরোল চল্লম্বা হি—য়াই পুন্নমক্লু লৌথোক্লগা নিংথৌদা শিন্নহুনা কংলাদা চেকশিন্না মফম চানা থমখিবা মুমিত্তগী লৈবাক মরা তপ্পা চাহোং ভাহোংনা পাল্লক্লে। মতম অসিদা পামহৈবা নিংথৌদি লৈমা অহুম নৌনা লুহোংহুনা পান্নরবা

ফাওবদা মপাবুং চরাইরোংবনা থুপ্লমদাইদা শাই তরেৎকী মপা ওইয়্ হায়রম্লগা মমিত্তা মচানুপা অমত্তা উরক্ত্রবদা নিংথৌ পুক্লিং লাংতক্লরে। নোংগা পামহৈবা নিংথৌনা মায়চৌ (পণ্ডিত) মঙা কৌরগা মপাবুংনা থুপ্লমদাইদা তাকপিরম্লগা হৌজিক ফাওবা ইচানুপা অমত্তা পোকত্রিবসি করিগীনো হংবদা পণ্ডিত মঙানা কুপ্না খম্নরগা হঙ্গংলকই। ইনিংথৌ ইবুঙো সনা পুক্লিং লাংতক্লবিগনু নপাবুংগী সনা য়াথং লৈপাক তাবা য়ারোই। মতম শুদতুনা ঙাইহবনি হৌজিক্তি মতম অহু লাক্লে। ঙসিদগী তরেৎনি শুবা মুমিৎকী মুমিদাংব্রাইরমদা চরৈ ফিঙাং শেৎপী শকহেনবী নুজা অমা সনা কৈথেল কারক্কনি। মতু ফারগা লৈবাক লৈমা হাপ্লবদি নজা-ইবুঙো তরুক পোক্কনি হঙ্গংলক্লে।' মায়চৌ (পণ্ডিত) শিংগী ব্রাতু থাজ-রক্লবা তরেৎনি শুবা মুমিৎকী মুমিদাংব্রাইরমদা শামু য়াইশা তোংলগা সনা কৈথেল য়েংবা লেঙথোরকপদা ব্রাহেংবম চনু ইরোম ওংবী থম্বালনা চরৈ ফিঙাং শেৎতুনা সনা কৈথেল কারকপতু উবদা নিংথৌ পুক্লিং খোয়-দাখি। মনাইশিংদা নুজা মাবু থেমতুনা নৌতুনা কোনুংদা পুরকউ সনা য়াথং পীরম্লগা পামহৈবা নিংথৌদি শঙ্গায়দা লেঙশিনখি। মনাইশিংনা থম্বালগী মাক্তা লাক্লগা থেমতুনা নৌতুনা পুগে হোৎনবদা য়াদতুনা নমতুনা ফারগা সমা নাক্তা পুশিল্লকই। থম্বালনা কপতুনা ননাই ঐবু ফাবিগনু, ইপুরোইবা লৈরবী লোইদাম থাবুম ফানা খোইজি মিহুল লাংলবী নুজানি ঐবু থাদোকপিয়্ হঙ্গংলক্লে। ইবেম্মা নহাক শাউগনু, ঐ অসি পাবুং য়াথানা থুপ্লমদাইদা শাই তরেৎকী মপা ওইয়্ হায়রম্লগা ঙসি ফাওবা ইমিত্তা ইচানুপা উরক্ত্রবদা লৈবাক্কী মায়চৌ (পণ্ডিত) শিংনা নহাকপু লৈবাক লৈমা হাপ্লবদি মতিক মথৌনা লৈরবা ইচানুপা তরুক পোক্কনি হায়বতুদা ঐনা নঙবু লৈবাক লৈমা হাপকে খন্দুনা ফাবনি। লোইদাম থাবুম ফানা হৈবাং মমি তম্লিবা নাউম্বা অতুনা করিগুম্বা নপারি ওইনা পোক্লবদি মৈতৈ লৈবাক্কী ব্রাঙ্গোন নিংথৌ হাপকে য়াশক্লে। অম্লুম্না থেম-লবদা থম্বাল মবুকচেল ওল্লে, গোমতী হায়না মমিং থোন্দুনা পামহৈবা

নিংথৌগী লৈমাশিংদা চনখ্রে। মপুরোইবা ইরোম পাইখোম্ববু সনা নাক্রা কৌথংলগা থমতুনা মশক মতৌ ফজবী চম্নু নিঙোল অমা হায়নরগা লুহো বিরে লন-থুম মত্তিক চানা পীবিরে। অম্সুম্না মতম খরা লৈবগা ব্রায়েনবম চন্নু গোমতী ব্রাঙ্গোল শঙদা চঙতুনা মজাইবুঙো অমা ফংজরে, মমিংনা মরাম্বা শাই ( চিংশাই ) থোক্লে। মজাইবুঙো পোক্লবদা হায়নখিবা মতুংইন্না মৈতৈ লৈমা হাপ্লে, ফম্বালগী মিংলেন্না পাইথুলাম্বী থোক্লে, পামহৈবা সনা পুক্লিং থোয়দারে।

চবাইরোংবা নিংথৌনা মচানুপী চকপা মখাও ভম্বীবু ঔবা তোংদোই নিংথৌ চেকোং লমাবনা ঔব্রা লৈমা ফমদগী থাংথবা পাউ অদু তাবদা শাউদুনা লমন শিংগে খনবদু মপুন্সি তেমনা ভমখিদে। মপাবুংনা শিরমদাইদা শিন্নরম্বা থৌদা অদু পাংথোক্কে সবসু নহা ওইবনে, নিংথৌ ওইব।। কুইদ্রিবনে, মহাক্না মরৈবাক থাদোক্তুনা ঔব্রাদা লান্দাবা চৎখ্রিডৈদা মৈতৈ লৈবাক্না ব্রাথোক-লান্থোক থোক্লমগদ্রা নত্রগা লৈবাক মম্নুং অমস্নুং মপানগী য়েক্লবশিংনা লৌতুনরগা নিংথৌ খুভম মুনখিগদ্রা মপুক্লিংদা চিনবনা খুদক্তা পাংথাকপা ভমখিদে। খৃষ্টাব্দ ১৭৭৬ ব্রাকচিং ১০নি পানবা য়ুমশকৈশা নুমিত্তা ঔব না লৈম লাইবার ওইনা মচানুপী অহল তক্ষাসনা নিবা মৈতৈ লৈবাক্তা থুংলবে। পামহৈবনা অঙ। অথৌশিংগা থন্নবদা হন্দকী মতাং অসিদা লমন খুন্নবা তৌরসি লেপনবদুনা লৈমা লাইবার লাকপা ঔব্রাশিংদা নখোয়না পাম্বা লৈমাদু পীগনি হায়রে। ওল্লকপা চহিগী পোইম্নু থা পানখংলকপদা লৈমা পুন্তুনা সোমসোক তাম্না লাক্কে, ঔব্রা নখোয়সু মত্তিক-চাবা অঙম-অথৌশিংগা লায়ননা সোমসোক্তা লৈমা ওকলম্মু হায়নরদুনা ঔব্রাশিং অদু হরাওনা মলৈবাক্তা হনখি। মরক অসিদা নিংথৌনা সোমসোক লান চংনবা অকল অথৌশিংগা ত'ন্নরগা অরোনবা লানওং কয়া মাঙজোননা থৌরাং তৌদুনা থমখ্রে। হায়নখিবা মতুং ইন্না খৃষ্টাব্দ ১৭১৭ পোইন্নু তরেৎনি পানবা য়ুমশকৈশা নুমিত্তা দোলাই ময়াম শেম্নগা ফিঙৌনা চোলনা কুপতুনা নুপীশিংগী মহুক্তা খুংলায় পায়বা মৈতৈগী

অকল অথৌ ভাক্তুনা দোলাইদা তোংলগা খোঙনী লাম্মীনা ভাক শেন্দুনা লৈমা থিনবা শাতুনা সোমসোক তাম্না খোঙশাল্লক্লে। সোমসোক য়ৌ-রক্নদাইদা অরোনবা লানথং শীন্নরগা অকল-অথৌ লাম্মী থরদি মাংকৈ চাইথোক্লতুনা চৎনাখ্রে. নিংথৌনা লাম্মী থুরগা দোলাইশিংগা লোয়নননা সোমসোক তাম্না লাক্লে। হায়নখিবা মতমদু ইকায় কায়দনা ঔব্রাগী অঙম-অথৌশিংসু হিদা তোংলদুনা নিংথি তুরেল মরিন্দা সোমসোক তাম্না হাল্লক্লে। দোলাই চোমং ময়াম্না পারেং শানা লাকপদু উবদা লৈমা থিল্লক-পদা মৈতৈ নুপী মনাই মশল্ য়াম্না লোয়নরক্লে খল্লদুনা ঔব্রাশিংনা হরাওনা মখোয়না তোংলিবা হিশিং অদু তোর্ব্বান তাম্না হোঙ্গিল্লক্লে। দোলাইশিংসু মগোয়গী মনাক তাম্না পুশিল্লক্লে। ঔব্রাগী অঙম অথৌ নুপী ময়াম্না লৈমা ওক্কদবগী হিদগী কারক্তুনা তোর্ব্বান্দা হেক থু বা মতম অসিদা মায়কৈ চাইথোক্তুনা চৎনখিবা মৈতৈ লাম্মী ময়ামসু নাকোইনননা লাক্তুনা ঔব্রাবু পালোন শানা কোয়শিল্লে। মতম অসদা দোলাইদা নুপী শাতুনা তোংলিবা মৈতৈগী অকল অথৌশিং অদু মখুত্তা খুৎলায় পায়রগা দোলাই মখুংদগী থোরক্তুনা ঔব্রাশিংগী মমাঙদা লেপ্লরবদা ঔব্রাশিং অদু জ্ঞান মাংতুনা চপ লেপতুনা তোফম খঙদন লোরৈঙৈদা মৈতৈ অথৌবশিংনা চকপা মখাও ঙম্বীবু শুৎ নৈবিখিবগী লমন শিংবা ওইনা ঔব্রাশিংদু ফুবা হোবাক্র। ঔব্রাশিং অদু মায়কৈ শলাই খঙদন চেন্নরে. থরনা হিদা তেং-থৎলে. থরনা ঈশিংদা চোংথতুনা ঈরাক্লহুনা শিরে। মায়োক্লনা লেপ্লরিবা ঔব্রা অমদি মৈতৈগী অকল অথৌশিংদি খে ঙকম লেঙনবা য়াদতুনা অকনবা লান থেংনরে। অকনবা লানফম অদুদা থাঙশাবা হিদংনচিংবা মৈতৈ লাম্মী তরা ঔব্রাগী নোংমৈনা পান্দুনা শিরে। ঔব্রাগী মায়কৈদনা অঙম অথৌশিংগা কোন্নবা ঔব্রা লাম্মী ময়াম শিবদু উবদা লেমহৌবা লাম্মীশিং অদু মথরায় মাঙনিংদবদগী মায়কৈ শলাই খঙদনা চেন্নখি। চেনবা নং-হৌদবা তোর্ব্বান্দা লৈহৌবা ঔব্রা নুপা ৯০ গা ঔব্রা নুপী ১১ গা ফাতুনা কোন্নুং তাম্না পুরকই। লান্দা শিথিবা মৈতৈ লাম্মীশিং অদু পুরক্লগা

নিংথৌনা পুন্না কোন্নুংদা পোংলোইরিখি। লানফমম্বগী কাম্বতুনা চেন-খিবা, ঐব্রা লাম্মীশিংনা তম্বা পাউতু তাবদা ঐব্রা নিংথৌ চেকোং লৈমাবত্ন য় ম্না শাউরম্মী। ইকুই কুইদনা ঐব্রা তেঙ্গোল অচৌবা অমা মৈতৈ লৈবাক্তা লান্দানবা থারক্লে। ঐব্রানা লান্দারকপগী পাউ তাবদা মৈতৈ অকল অথৌ পুন্নমক লানগী শেম শাতুনা লৈখ্রে। ফাইরেন নোংমা পানবা নোংমাইজিং নুমিত্তা পামহৈবা নিংথৌনা মৈতৈ লাম্মী পুরগা ঐব্রাগা লাম্থেংনবদা মৈতৈগা মায়োক্নবা ঙমদতুনা ঐব্রা লাম্মী ১৫৭ নোংমৈ ১৬০ শগোল ১০ লোক্লকই। লানফম অদুদা ঐব্রানা অনিরক মৈতৈগী মখুত্তা মায়থীবা অসিদা মতু চাউবা খুৎকন পাঙ্গনবা ঐব্রানিনা তম্না অমুক লান্দা-বক্তুনা লান থেংনরিবৈদা লোৎবী হাওয়াম্না খুদোংচাবা লৌতুনা লোন্না লান্দারক্লবদি খুদোংচারোই থক্লতুনা লৌশিং চাউবা নিংথৌনা নোংপোক চীংশাংদা থুন্দারিবা তাংখুলনচিংবা লোৎবী খুল্লাকপা পুন্নমকপু কোন্নুংদা কৌরগা অচ-অথক পীজ-পীথক পীজনা হরাওহল্লগা মৈতৈগী অকল-অথৌশিংগা মরূপ শান্নহল্লে। করিগুম্বা ঐব্রানা মৈতৈ লৈবাক্তা লান্দা-রক্লবদি তেংবাংবিয়ু হায়বদা হাওয়াম্নসু হরাওনা য়াবিরে।

খৃষ্টাব্দ ১৭১৮ শজিবুগী ১৯নি পানবা নোংমাইজিং নুমিত্তা ঙাংবম কৈরুংবনা লুচিংলগা মৈতৈ লাম্মী পুতুনা সোমসোক লান লুম্বা চৎলি। লান্দা মৈতৈ লাম্মী খরা শিজহৌরবসু ঐব্রা লাম্মা অচঙবা তরেৎ খুৎলায়গা কোম্নবা ফাতুনা পুরকই। চহী অতুগী ফাইরেন নিনি পানবা নোংমাই-জিংদা ঙাংবম কৈরুংবা, য়ুমলেম্বা অনিনা লুচিংলগা শেলুংবা মঙাগা লোয়ননা মৈতৈ লাম্মী ময়াম পুরগা সোমসোক্তা লান খেংনবা চৎপদা ঐব্রা লাননী তরা শি, অচঙবা লানমী ১৪ ফারকই। সোমসোক লবুক্তা কুম্নগা ফৌ য়েতুনা পুরকই। খৃষ্টাব্দ ১৭২২ ফাইরেন ১২নি পানবা য়ুমশকৈশা নুমিত্তা য়ুম্লেম্বা কোপেংনা লুচিংবা মৈতৈ লানবী খরা সোমসোক্তা লান লুম্বা থাখি। মতমসিদা পামহৈবা নিংথৌনা মৈতৈ খোঙমী লানমী পুরগা চান্দা লান চৎলি। চান্দা চাইখাইদুনা খুনয়াই মৈ থারগা চান্দা

লানফা ৪৬০ গা লোয়ননা অঙ্গো চীংলোমদা লাক্লুনা সে'মসোক কোয়শিল্লে। সোমসোকা লান থেংনগদবগী শেম শারিভৈদা তখেলনা মৈতৈ লৈবাক্তা লোম্না লান্দারক্লুনা হাও লম্বু মরিগা আহৈমোম হাও তরুক্কা ফাত্নুনা পুখ্রে পাউ তাবদা নহাক্লুপ শঙলেন লাকপগা বামন হঞ্জবগা অনিনা লুচিংবা মৈতৈ লাশ্মী খবা তখেল লান ঙাকপা চৎখি। পামহৈবা নিংথৌনা সোমসোক থুলয়াই চঙনা লান থেংনত্নুনা মায়থীবা পীরম্লগা তখেলগা লান থেংনবা লেঙলকই। মৈতৈ লাশ্মীগা তখেল লানমীগা পুরুম হাওখুন্দা অকনবা লান থেংনবদা মীশিং য়াম্বা তখেল তেঙ্গোলনা মৈতৈ লাননীবু লাকচরে. লানফম অত্নুদা মৈতৈ লানমী ২০ মুক শিরে। মীশিং য়ামদ্রবস্থ মথৌনা লৈরবা মৈতৈ লানমীনা শিবা কিদনা তখেলগা মায়োক্লুনা লাম্বা পারিভৈদা নিংথৌ থুংলরবদা অনৌবা থৌনাগা লোয়ননা মৈতৈ লানমীনা অকনবা লান থেংনবদা তখেল তেঙ্গোল চাইথাইরে, তখেল লানমী কায়-ত্নুনা চেনখ্রে। তখেল লান তাল্লবা হল্লক্লুনা সনা কান্নুংদা থুংবগা নিংশা শোর চনিং তানা হোন্দোক ফাম্রিভৈদা ঔরানা নোংপোকলোমদগী মায়কৈ অনিদা মতম অমত্তুদা মৈতৈ লৈবাক্তা লান্দাবকপগী পাউ থুংলরে। নম্থৌ চীংদোন্দা ঔরানা তেঙ্গোল শাত্নুনা লৈরে পাউ তাবদা শনথিনবা কৈরুংবনা লুচিংবা মৈতৈ লানমী খরা ঔরা ঙাক্লবা হান্না থাখ্রগা নিংথৌ মশামক লান চৎনবা লানমী খুৎশু খুৎলায় লানগী থৌরাং তৌরে। মরক অসিদা ঔরানা খরা খরা তকশিল্লক্লুনা তম্পাক তারক্লে পাউ ফংলবদা পামহৈবা নিংথৌনা থুনা য়াংনা শগোল তোংবা লানমীনা মাঙ থারগা মৈতৈ তেঙ্গোল পুত্নুনা লাকপনা ঔরা তেঙ্গোলগা ৱাংজিং লবুক্তা থেংনরে, অকনবা লান শোক্লরে। লানফম অত্নুদা মৈতৈগা মায়োক্লবা ঙমদত্নুনা ঔরা কায়ত্নুনা চেল্লে, খুৎশু খুৎলায় য়াম্না মুলহৌরে, শামু অহুমগা লানমী খরসু ফাহৌরে। ঔরাগা কন্না লান থেংনরিভৈ মতম অসিমক্তদা তখেলনা অমুক মথারোমদগী লান্দারক্লুনা মোইরাং য়ৌরক্লে পাউ ফংবদা পামহৈবা নিংথৌনা মৈতৈ লানমী পুরগা মোইরাং তান্না লাক্লুনা তখেল তেঙ্গোল

চাইথাইরে, লান্দ ময়থীহুনা তখেল লানমী কায়হুনা চেনখি লানমী তরা দি ফাহৌই। তখেলগা লান শোক্লবা হেক লে ইবগা তাংখুল চীংশাংনা লান হৌরকপহুম্ নুদক্কা নমথরে। খুৎকল পাঙ্গনবা ঔরাগা লান থেংনরিবৈদা তখেলন খুদোংচাবা লৌগদবগী তোয়না তোয়না লান্দারকপা অহুগী মতিক চাব লমন খুমগে নিংথৌগী পুক্লংদা লেপ্লহুনা খৃষ্টাব্দ ১৭২৭ হিয়াঙ্গৈ ২০নি পানবা নিংপোকাবা মুমিত্ত পামহৈবা নিংথৌনা গুরু শ স্তিদাসনে, হাওবম অহল্লুং লাকপনে, ব্রংথৈ লাকপনে, অকল অথৌ কয়াগা লোয়নননা মৈতৈ লানমী তেঙ্গোল পুরগা তখেল খুহুম চনগদবগী লান্দাবা লেংলক্লে। তখেল লৈবাক যৌরহুনা লান্দানবা শেম শাহুন লৈবিৱৈদা তখেল নিংথৌনা কিবহুনা লান শোক্লবগনুসি মকপ শন্নবসি হ যজবহু পামহৈবা নিংথৌনা যাবিবহুনা লান শোক্লদনা হল্লক্লে। মতু ৎবেৎলোম লৈরগা খৃষ্টাব্দ ১৭৩৪ পোইন্নু থাদা তখেলনা অমুক লান লাক্লে পাউ তাবদা নিংথৌনা মৈতৈ লানমী পুরগা লালেং তাম্না লাক্লে। ব্রাঙাইতাং চীংশাং লাল্লগা থাইনে তুয়াইনে ব্রাংকোনোক্লে অহুম্না তিম্নফম শেকচাইদা মৈতৈনা তেঙ্গোল শাবগা তখেলগা লান থেংনবদা তখেল লান্দা মায়থীরে। তখেল লানমীগী লুচিংবা ছত্রজিৎ নবানগা কোন্নবা তখেল লানমী কয়ামুক ফারে। টিপ ইমুক্কা মথক ব্রাঙাইতাং চীংশাংগী ব্রাংমদা তাবা তখেল নিংথৌগী মখা পোনবা লম খরস্ত থোঙচৎ অহুদা লোই চনশল্লে। লান লোইরবদা তুযাই ঈরোংদগী উ য়ান্দুনা হি শারগা থাই তুরেল মরিল ইন্না হি তোংহুনা চৎলগা পামহৈবা নিংথৌনা গুরু শান্তদাসকা লোয়নননা শ্রীরাম লক্ষ্মণ অনি থুরুমই, তুয়াই ঈরোংদা মুড খিল্লম্মী। পামহৈবা নিংথৌগী মতিক মথৌনা লৈবা, লান্দা হৈশিংবা পাউহু তাসদা কাছার নিংথৌনা কিহুনা মৈতৈ নিংথৌ লাকপদা খুদোল কৎকে থনবহু ওমহৌদবদগী মুংশাথীহুনা মনাইহুপা ৮০ মৈতৈ লৈবাক্তা থারক্লুনা মমল য়াম্নবা খুদোল পে ৎ কয়া নিংথৌদা কৎলৈ। পোং নিংথৌনা মৈতৈ নিংথৌদা ঔরাবু লাকশিনবিয়ু হায়রজনক্লবদা ঔরাদা লান্দানবা শেম শাহুনা লৈরিবৈদা ঔরানা মৈতৈ

লৈবাক্তা অমুক লান্দারকপগী পাউ তারে। খৃষ্টাব্দ ১৭৩৯ পোইম্নু থাদা পামহৈবা নিংথৌনা ঔরাগা লান থেংননবগীদমক্ত চেগং তাম্না লেঙই। থোঙচৎ অসিদা পামহৈবা নিংথৌনা ময়াম্বু পাংগী নিংথৌ হাপতুনা দোংাই তাব্রংনচিংবা নিংথৌগী পোৎলোই শম্বোৎ কয়ান্নু পীরম্মী। ঔরানা মৈতৈ লৈবাক্তা তোয়না তোয়না লান্দারকপসি তোক্নবা হন্দক পামহৈবা নিংথৌনা ঔরাগা লান থেংনবসি লানফমদা ঔরাবু মায়থীবা পীবদা নত্তনা ঔরাগী মক্তওইবা সহর কয়ামক্তম লৌশিন্দুনা লানঙম ফিরাল থেৎতুনা চেগাইন কৌবা সহরদা লৈবা মমিং চৎলবা লাইশঙ কৌমুদো পেগোদাগী থোঙ-জাওদা মৈতৈনা ঔরাবু লান্দা মায়থীবা পীরে খঙনবা মথুৎশু থাঙলেন্না থাঙফম হকখি। লান্দা হৈশিংবা মথৌনা ফবা নিংথৌনা লান শোক্ল—শোক্লদুনা ঔরা কেন্নুং য়ৌনা তকশিল্লনগনবদা মৈতৈ নিংথৌগী ফিরাল অহু নুংশিৎনা হুনদোকুনা থুদেকপহু উবদা ফত্তবা থুদম চাংদম্নি খন্দুনা মপুক্লিংদা চিংনবদগী ঔরা নিংথৌগা শন্ধি তৌনরগা পামহৈবা মৈতৈ লৈবাক্তা হল্লকই। পামহৈবা নিংথৌগী য়াংথু য়েকতৈবা কৌবা মথুৎশু থাঙলেন অহুগী মপান্না য়েক্লবা কয়াবু মায়থীবা পীবখি হায়রৈ।

মৈদিংঙু পামহৈবসি শান্দা থৌবদা নত্তনা লাইনীং পরৈ চেৎপা নিংথৌনি। মহাক্না নিংথৌ হেক ওইবগা মপা মপুশিংনা নীংলম্বা মৈতৈগী লাই সনামহী, পান্থোইবী লাংলম্মী। লৈশাংথোংদা সনামহীগী মুর্ত্তি হকপা নুঙ থিল্লম্মী। গঙ্গাধর কৌবা ব্রাহ্মণ অমদগী সাক্ষ্য ধর্ম্ম লৌদুনা হিন্দু ধর্ম্মদা মায় ওনশিন্দুনা কালিকা অমদি রাধা কৃষ্ণ লাংখি। খৃ ১৭১৬ তা শ্রীহট্ট জিলাগী নরসিংহ টিল্লাদা লৈবা শান্তদাস ( শান্তিদাস ) কৌব রামান্দি ধর্ম্ম শন্দোকপা গোসাই অসিনা ভগবান দাস অমসুং নারায়ন দাস কৌবা অনিগা লোয়ননা নোংপোক পাংনা লাক্লুনা ডাপ্রুম চীংজেল লাল্লগা মৈতৈ লৈবাক্তা লাক্লুনা নিংথৌ শেনবা য়ারেকশঙদা মতম থরা লৈরম্মী। শঙলাকপা নিংথৌজাম্বনা শিন্দুনা নিংথৌগ শকথঙ মায়খঙনখিবা মুমিত্তগী ঔরা অমসুং তখেল লান চৎপদা শান্তদাস নিংথৌগা লোয়ননা চৎমিন্নৈ। শান্তদাসকী

হৈশিংবা ব্রাভাং শাজং অমদি মবুদ্ধি মরৌশিংনা নিংথৌগী পুক্লিং শুম-হৎতুনা মমৈথংদদি পামহৈবা শা-লানগী ব্রাথল থাদোক্তুনা ধর্ম্মদা পুক্লিং চঙখি। শান্তদাসকী পাউতাক মতুং ইন্না নিংথৌনা থায়নদগী চৎনরক্লবা চৎনরোল পথাপ কয়াবু নৌনা হোংদোক হোংজিন তৌরক্লবদা লৈবাক্কী অচৌবা ব্রাথোক ওইখিবশিং অদু মথং মনাও নাইনা লানগী মরক থৎনা পল্লবদি চক্ক চহিংনতুনা পাবা মুংভাইরোইদ্রা থল্লুবদগী পঞ্জখিদবনি। মবুথৌ-শিংগী হাক্তকুগী চৎনরক্লবা মৈতৈগী লাইনীং লাইশোল কয়াবু থাদোক্লগা রাম নীংতুনা রামান্দি ধর্ম্ম চৎনবা শান্তদাসনা পীবা পাউতাক্তু নিংথৌমু য়ানিংলে। ইমফাল তুরেল অচৌবা অমস্থং ইরিল তুরেল অনিনা তিন্নফম ঈরোং (লিলোং) দা নিংথৌগা শান্তদাসকা ঈরুপতুনা লেংদোক্লগা শান্ত-দাসনা নিংথৌবু মুকুন থাংবিরে, লাইমিং লৌবিরে। মুমিৎ অদুদা শান্তদাসপু গুরু কৌরে, নিংথৌবুনা মহারাজ কৌরে। খৃষ্টাব্দ ১৭৩৭ হিয়াঙ্গৈ নোংমা পানবা শগোলশেন মুমিত্তা মহারাজনাচিংবা মী ৩০০ মুকুন থাংই হায়না চৈথারোল কুম্বাবদা পল্লি। রামান্দি ধর্ম্ম চৎলবদা শ্রীরামগী মূর্ত্তি লিংখৎতুনা রামজি প্রভু কৌতুনা লাৎলে। মরাক অমস্থং ময়ুংদা লম চাম্মা/চাম্মা পাক-চাউবা পুখ্রি অমা ব্রাংখৈ লৈকায়দা তৌতুনা নিংথৌগী মমিংদা নিংথেম পুখ্রি হোংলে। পামহৈবনা নিংথৌ হেক ওইবগা মন্দির শাতুনা লাৎলম্বা রাধা কৃষ্ণ অমদি কালিকা লাই অনিহু রামান্দি চৎলবদা কোন্নুংদগী হোং-দোক্লগা নিংথেম পুখ্রি মপান্দা লাইশঙ শাতুনা ব্রাহ্মণবু সেবা চৎহল্লি। হৌজিক্কি রাধা কৃষ্ণ অনিহু নিংথেম পুখ্রিগী অরাং পাংবদা লৈবা শাইরেম্না লাইশঙ শাতুনা লাৎলি। ব্রাহ্মণ কল্যাণ্বর মিশ্রনা মাগী মচা-মশু লাই-রিক-লাইশু হৈবশিংবু পাঞ্জি তম্বিতুনা মৈতৈ লৈবাক্তা পাঞ্জিগী থবকসি ব্রাহ্মণশিংতনা তৌরম্মী। শান্তদাসনা ব্রাহ্মণমা পাঞ্জিগী থবক তৌবসি মথোয়গী মশিল নত্তে, মসিদি গোনোক ব্রাহ্মণগী থবক্কি হায়রবদা নিং-থৌনা ব্রাহ্মণশিংতু পাঞ্জি ওইবা য়ারোই থিংখিবদগী ব্রাহ্মণশিংনা শাউনতুনা ওন্না লৈবাক্তা চৎলসি থন্নরতুনা খোঙশানথ্রবদা নিংথৌনা মনাই থাতুনা

হুম্মহল্লগা রাংজিংদগী খামহুনা পুরকই। মপা-মপু হাক্তক্তগী লাইরেক্কা লাইহুইয়াংথৌ নোংশাবা, পান্থোইবী. সনামহীবু মৈতৈনা লাইনাং লাইশোল তৌবহু তোক্লুনা ব্রাহ্মণবু ঈরাং পুজা তৌহনখি। উমং লাইগী লাইশঙ পুম্নমক শিন্দোক্লগা উমং লাইগী কোমাই অমদি কোল্লু মথৈ মখম পুম্নমক্কী থিহুনা থোম্মগৎলগা মোংবহনবা (মহারাজ্জি) দা হৌবা অশি হৈবোংগী মনাক্তা ফুম্জিল্লি। মনা কৈথেলদা য়ুংবা নুঙজাউ তাহু লাশিল্লগা হনুমানগী মুর্তি শাহুনা মোংবহনবদা লাৎলম্মী। মমাংদৈদগী হৌনা মৈতৈ লৈবাক্তা চৎনরক্লবা, নুংশিংবকী পোৎলোই, ঈশিংগী পেৎলোই. নৈশাক্কী পোৎলোই অমসুং মৈগী পোৎলোই হায়না খঙনবা পে ৎলোই মথক মরিগী মসুংদগী মৈগী পোইৎলোই ভাক্লা দৈতৈ লৈবাক্তা পাম্মৈহবা নিংথৌনা চৎনহনখি। থাম্মী ঈরাংপা পোৎলোই হিথাবা কৌবা মৈগী পোৎলোই অসিবু শান্তদাসনা যজ্ঞ কৌহল্লে। শিবা মতুং মুখিৎ তরানিথোইনি শুবদা মাগী মাগী শাগৈ-নাতৈ পুম্নমক শেংদোক্লগা ২৩নি শুবা মুমিক্তা শিখিবা মী অক্তীদমক্তা পোৎলোই শম্বোৎ লাংহুনা কংথোকহল্লে। শিখিবা মীগী শরুক অতুনা হিমালয় চীংদগী নোংপোক লমদা চেল্লিনা অচৌবা নিংথি তুরেলগী তোনক্যাং হিদেন্দা থাদহনখি। মমাংদৈদা শিখ্রবা মীশিংগী শরুকশিংসু মোংকমদগী ফুক্লগা থাউ তুহুনা হাপচিল্লগা শামুনা পুহুনা নিংথি তুরেন্দা থাদহনখি। মৈতৈগী য়েক শলাইবু গোত্র কৌহুনা গোত্রগী মাকং লৌনা থোক্লম্মী। মৈতৈ ময়েক্লা ইবা গ্রন্থ অমদি পাথংবগী পাকন উবদা লাইরিক অসিদি মীগী লাইরিক নত্তে, ময়েক অসিসু লাইগী ময়েক্নি ময়েকশিং অসিনাইবা অক্লবা লাইরিকশিং অসি থোক্তনা থুংনা শোক্লপা দোষ ওইগনি অহুনা মৈদা লোইনা থাদোক্লো হায়রবদা নিংথৌনা লৈবাক্কী কম্লাইবা অমদি পণ্ডিত মহা- কৌংগা থমবদা লৌরেম্বা খোংনাংথাবনা হে ঈনিংথৌ ঙবুত্তো, ঈশা ইপুশিংনা থম্লিরম্বা মমল য়াম্লবা পুয়াশিং অসিবু মৈ থাদোক্লসি হায়রবসিদি য়াম্মা তৌহৈদবা নামুংবা রানি। ইরৈবাক্কী অফবা লিচৎ শাজৎপু হন্তোক্লগা মীরৈবাক্কী লমচৎপু অফবনি খল্লুনা চৎনবসি তুংদা লৈবাক নিংথৌনা

অমাগুবা ওইগনি হঙ্গংপবু শান্তদাসনা হায়বনা চুমই খন্দুনা নিংথৌনা চয়। ময়াম্রবদা খোংনা থাবহু মপুক্লিং নুংশিনা অফ-ফত্তা পুন্নমক লৈবাক্কী মপু ওইবিবিবা নিংথৌগী নশকক্লি হায়রম্লগা মক লুক্কুনা হনখি। নিংথৌগী য়াথং মতুংইন্না মনাইনা শামু তোংহুনা মৈতৈ ঐখোয়গী অরৈ অরৈবা লাংইবিক পুয়া মথৈ পুবক্কুনা কংলা উত্রা মাঙদা পৈনবা কৈথেলশিংদা পাউ চেল্লে। নিংথৌগী সনা য়াথং কিবদগী মৈতৈ পুয়া ময়াম কংলা উত্রা মমাংদা পৈররবদা শান্তদাসনা তাকপা মতুং ইন্না পুয়া ময়াংদু খাগা রা গা পৈরে। উচুক তরুক য়ুংলে, শিংখল তরেৎ হাপ্লে, থৌরি অহুম্না উয়ুক্কু ফংরে, চিথেক মরিদা উচিব্রা মরি য়ুংলে মথক্তা ফিনা থাকন খল্লে। শান্তদাসনা ঈশিং হাপ্লা চফু অমা মরেংবান্দা থাঙ্গৎলগা মথুক্তা থাঙ অমনে মৈবুন অমনে পায়রে। মহাক্না মাঙ থানা কোয়রগা চিথেক মরিগী উচুক অহুদা থাঙনা হক্লগা ঈশিং থরা থরা হৈরে, পুয়াদা মৈনা চুরে। মাগী তুংদা চৎলিবা নিংথৌ অমদি মীয়াম্নসু মথুক্ত মৈবুল অমমম পায়রগা পুয়াদা মৈ চুরে, তরেৎলক হন্না কোয়রে। অসুন্না পুয়াশিংদা মৈনা হেক চুবগা হুমাই হুম্বা মনাইশিংনা হুনাই হুমহুনা মৈ থাবে. নিংথৌ, শান্তদাস অমদি মনাই-মশাস পুন্নমক্না অচাকপা পুয়াদা থুরুম্লগা হনখি।

মৈ থাবদা য়াওখিবা পুয়াশিংদি (১) তাউরোইনাই য়াঙবী (২) পাথংবা য়াঙবী (৩) তাউরোইনাই পিচা (৪) পাথংবা নাউয়োম (৫) সনামহী নাউয়োম (৬) পাথংবা খিরেন (৭) সনামহী লাইহুই (৮) পাথংবা লাইহুই (৯) সনামহী লৈথন নোংখন (১০) লৈথক লৈখারোল (১১) লৈখা নোংখারোন (১২) লৈচিললোন য়ুম্বী (১৩) নোংপোন য়ুম্বী (১৪) নোংলোন য়াইচম (১৫) নোংলোন কারাংথোং (১৬) নোংদোন লানবুং (১৭) নোংদোন লৈচিললোন (১৮) লৈরোল য়ুমচেৎপা (১৯) লৈচিল্লোন নাউয়োম (২০) লৈপাক্তা হৌবা লৈচিল্লোন (২১) পাতাল লাংবুম (২২) থিরেন শাকোক (২৩) শাকোক থিরেন (২৪) থিরেন শিংকাপ (২৫) খুনুং শিংকাপ (২৬) থিরেন মৈরমলীবা (২৭) থিরেন

লায়াৎ (২৮) থিরেন লাইচম (২৯) থিরেন চপ্পি (৩০) থিরেন খি-পোকপী (৩১) থিরেন কারাথোং (৩২) লৈশাংখোং থিরেন (৩৩) য়ুম্বী থিরেন (৩৪) নোংমাইজিং থিরেন (৩৫) হৈপোক থিরেন (৩৬) লাঙ্গোল থিরেন (৩৭) কৌব্রু লাংথৈ (৩৮) থাংজীং লাংথৈ (৩৯) চিংথৈ শেকনিং (৪০) চীংডা লাংথৈ (৪১) ললাম্বুং লাংথৈ (৪২) ব্রাংব্রেন শেকনিং (৪৩) মুংলোন লম্বুবা (৪৪) মুংলোন য়ুম্বী (৪৫) মুংলোন খ্রা (৪৬) মুংলোন লাইচম (৪৭) খোই মহৌ (৪৮) মহৌ লাংবুম (৪৯) চাস্তু (৫০) মহৌ শেকনিং (৫১) মহৌ ফিজাপোক (৫২) মহৌ লাংবুম থেন (৫৩) তাম্বেং মহৌ (৫৪) লেমথোং মহৌ (৫৫) লোংপাই মহৌ (৫৬) লৈহৌ মহৌ (৫৭) য়ুম্বী মহৌ (৫৮) থেলথেন মহৌ (৫৯) লৈচাই মহৌ (৬০) থেনকা মহৌ (৬১) নোংলোন মহৌ (৬২) লৈ-রোই মহৌ (৬৩) চকপরোন মহৌ (৬৪) হিরি লাংস্নুং মহৌ (৬৫) কিথুম মহৌ (৬৬) চকপরোন থেনকাবা (৬৭) কেপারোন থেনকাবা (৬৮) কোনা মুংপুং কোইবা (৬৯) পাতাল লাংবুম অরিবা (৭০) নোং-লোন হিরি (৭১) খুন্নুং শামপুম (৭২) থিয়ানলোন (৭৩) মানংলোন (৭৪) চুলাংলোন (৭৫) মরাকলোন (৭৬) হিরি লাংস্নুংলোন (৭৭) চোংথুরোন (৭৮) খাম্বারোন (৭৯) লাইয়াৎ থেংগোরোন (৮০) চরাপলোন (৮১) অপোকলোন (৮২) অপোক লাংবুম লোন (৮৩) লংমাইচীং চীঙ্গাইরোন (৮৪) হৈপোক চীঙ্গোইরোল (৮৫) চীংথাং চীঙ্গোইরোন (৮৬) কৌব্রু চীঙ্গোইরোন (৮৭) থাংজীং চীঙ্গাই-রোন (৮৮) কোজেং কোকফাইরোন (৮৯) চোংথু লম্বী (৯০) খুন্নুং পুংগোইরোন (৯১) খাবী থেলেনলোন (৯২) শিবিকা (৯৩) জশিং (৯৪) খুম্বোক য়াংবী (৯৫) চীংশংলোন (৯৬) মহৌ য়াঙবী (৯৭) উরোন (৯৮) ব্রারোন (৯৯) পাবোৎ খাংচিংলোন (১০০) লাংবুম লাংবুমলোন (১০১) ক্রি লাংস্নুং লোন (১০২) থায়াং হিবুকলোন (১০৩) শিংখল লাংখল্লোন (১০৪) শীংতাপুং (১০৫) সনা

শেকনিং (১০৬) পোইরৈতোন খুম্থোকপা (১০৭) পোইরৈতোন নিংচিৎ (১০৮) খম্মেইহ্ যাম্মোই শেকনিং (১০৯) সনামহী থিরেন (১১০) পাখংবা থিরেন (১১১) নোংশাবা খুম্থোক (১১২) খুংবী নুংথালোন (১১৩) য়াবা লাংকালোন (১১৪) কোংখা লাইচৌরোন (১১৫) শেলোই নিংচিংলোন (১১৬) পাফম উহোরোন (১১৭) লুমিৎ থেনচংলোন (১১৮) থা গেম্ফংলোন (১১৯) খরান্নিচাক থেম্ফংলোন (১২০) তাউমা হিয়াং কোল্লোনা। পুয়াশিং অসিগী মথক্তা শক্ত শোন্নবা লাইশোল-তিনশোল ঈশৈ-নোংমাইনচিংবগী পুয়াশিং য়াওনা পুন্না মরুওইবা পুয়া ১২৫ রোম মৈ থাখি। মৈশা ফংবদা চাকপা ভমদবা নোংলোন অমসুং পাখংবা নাউয়োম কৌবা পুয়া অনিসি মথা পাংনা পাইখিত্বনা থাংজৗং চীংগী হৈচুমপেৎ হোৌবা মফমদা তাখি। হুমাই হুম্বা মতমদা তাউরোইনাই নাউয়োম্না চীংথৈ পাংনা পাইখিত্বনা খোইদ্রা চীংঙাংরেন্দা তাখি। অমুক হুমাই হুম্বনা শীংখল নাউয়োম, য়াঙবী থিরেন কৌবা পুয়া অনি অসিনা কৌক্র পাংনা পাইখিত্বনা লাঙ্গল কোনা রোক্কী তেরা অঙোবগী মখোঙদা তাখি। থিরেন শাকেকনা মৈরম পাংনা পাইখিত্বনা মচি শাকোক চীংদা তাখি। পারোল পুরোল কয়াদগী লৈরক্লবা মমল নাইদ্রবা পুয়া কয়াবু থোমগৎলগা পৈত্বনা মৈ থাদোক্লুনা মাঙহনবা অসিদা নিংথৌগী মায়োক্তা চোংথোকপা ভমদ্রবসু মৈ থাবা য়াওরবা মৈখিনচৈ পায়রিবা পুয়াবু মুংশিজবা মৈতৈমচাশিংনা খন্নরগা অরোনবা পাম্বেনা মৈ চাকপা হোৌরকপদা মমল য়াম্বা পুয়া খরদি চৈনা কোৎথোক্লুনা কনা খঙহন উহন্দনা লোন্না খমজিল্লগা অরাপ্পা মফমদা পুত্বনা ফুমখিবনি হায়নৈ। মপানথোংদনা মৈগী মৈশা ফংবদা হুমাই হুম্বদা চাকপা ভমদবা লাইওইরবা পুয়াশিং অত্ব অচাকপা মৈবু চাইথাইরম্লগা পাইখিবনি হায়না মীয়ামদা পাউ শন্দোকখি। মৈতৈগী মমল নাইদ্রবা পুয়াশিংবু মৈ থাদোক্লুনা মাঙহনখিবা লুমিৎ অসি খৃষ্টাব্দ ১৭৩২ মেরা থাগী ১৭নি পানবা নোংমাইজিং নুমিত্তা "মৈতৈ লাইরিক মাঙহনবা" হায়না চৈথারোল কুম্বাবদা পল্লি।

মৈতৈগী ইপা ইপুশিংনা চহ্চা কয়াদগী থম্বিরম্লবা মমল য়াম্লবা পুয়া কয়াবু মৈ থাদোক্লুনা মাঙহনখিবা অসিদা নিংথৌবু কিবদগী ফোংনা ভাঙনবা ভমদ্রবস্থ পামহৈবা অমদি শান্তদাসপু মীয়াম্না থম্মোয় শোক্লা শাউনখি। মরালনা মপোৎ ফারবা শান্তদাসপু ৱারকপা ভমদ্রবস্থ লাইগী ৱায়েল লাকতুনা মশাদা লাইথুং পক্লে। লাইথুং পকপা মশাতু উনশা পোকথায়তুনা নাই চাতুনা মচুম তারবদা মনম ননথিবনা মাগী মনাক্লা কনাস্থ নকপিদ্রে। হয়িং ৱা-ৱা ইনবা নমথিবা মনম্না শান্তদাস চাবা থকপা য়াদ্রে। মাবু উবদা মী পুম্নমক হঙ্গোইনরে। শান্তদাসকী লাইথুং অতু উবদা কোন্নুং মনুংদা থম্বা য়াদতুনা ৱাথা পন্থোংদা য়ুম অমা শারগা মনাই অমগা লোয়ননা থনম্মী। মথৱায় ফুংভাইতবদগী শান্তদাস মকোয়-মরাং কক্তবমথৈ ৱানা লৈবতু উবদা অহল-লমনশিংনদি নিংথৌবু কিবদগী করিস্থ হায়জবা ভমদ্রবস্থ মীকি-নাকিদবা নহাশিংনা শান্তদাসপু উবদা লক্লরম্মী। ৱাহৈদি "ৱাখা তাবা কোইজোম্বা নকোই ফৎ থদৎকে"। নহাশিংনা লক্লবদা শান্তদাস ইকায়-ন্নুংশি য়ান্নতুনা মপান্দা তোয়না থোক্লে। শান্তদাসনা ৱাথা পন্থোংদা ৱানা লৈবগী পাউতু মনাইশিংগী মচিন্দগী তাবদা পামহৈবা নিংথৌনা কৌথৎলগা কোন্নুংদা অমুক থনম্মী। নিংথৌনা লৌরেম খোংনাংথাবা কৌরগা গুরু শান্তদাসকী লায়থুংসি কোকহনবিয়ু হায়জরে। খোংনাংথাবনা নবুধৌ পাখংবগী য়াথোকফম তাক্লাখা পুরুক শোবী ঈকোন্দা ঈরুপচরবদি লাইথুং কোক্লনি তাকপিরে। খোংনাংথাবগী পাউতাক মতুংইন্না শান্তদাসনা নিংথৌগী মনাই অমগা লোয়ননা তাক্লাখা পুরুক শোবী ঈকোন্দা কুমথরগা পাখংবদা হায়জতুনা থয়োম লাক্লুনা ঈরুপ্পদগী তিনকোক লাইকোক্লুনা অৱাবা কোকখি। হুমিৎ অতুদগী শান্তদাসনা লৌরেম খোংনাংথাববু মপুক্লিংদা থাগৎখি। কংলা উত্রা মমাঙদা মৈ থাখিবা পুয়াশিংতু সনা কোন্নুংদা লৈবা মথৈগা নিংথৌগী পণ্ডিতশিংদা লৈবা থরগা নিংথৌবু কিবা মীওই থরদগী থোনগৎপা ওইরমগদ্রা থল্লি। পূয়া মৈ থাদোক্লগনি পাউ তাবদা পুয়াবু

মুংশিজবা মীওই কয়না নিথোগী চৈরাক কিদনা মথৱায় পাম্মুদনা নিংথৌগী মনাই খণ্ডহন্দনা অতোণ্ডবা মফমদা নত্ৰগা চীংদা মান্দা পুয়া কয়া লৈন্নুংদা ফুম্লম্বা নত্রগা অরাপ্পা মফমদা থৈরুবঙ্কু পুথে ক্লরকপা ওইবস্তু য়াই। পুয়া থোমগৎলগা মৈ থাগদোবে পাউ তাবদা খুৎলৈ থুনা শিস্তোকহৌবা পুয়াস্তু য়াওরমগনি হায়বদা চিংনবা লৈতে। পুয়া কয়া অমনা মীলৈবাক ঔৱা তেথাওদা লৈখিবা মৈতৈ মচাশিংদা থৈখিবস্তু য়াওরমগনি। মরম অদুনা মৈ থাবদা য়াওখ্রবা পুয়া কয়া মমিং মাম্লবা হৌজিক ফংনরিবসিনি।

শান্তদাসকী থৌশিন্দগী রামান্দি ধর্ম্ম চৎতুনা শ্রীরামজি প্রভু নীংলবদা লাইয়িংথৌ সনামহী থমতুনা নীংলুবা কাম্নদ্রে থম্লতুনা নোংমা পামহৈবা নিংথৌনা মোইরাং লনহাম্বা পণ্ডিতপু কৌরগা লোম্না ব্রা তাম্নরম্মী। লনহাম্বনা লাইয়িংথৌগী কোল্লু থুগায়বা ত্তৌহৈদে হায়জববু নিংথৌনা থওইনা তাবিদে। নোংমা অয়ুক অঙনবা মী কনা হৌগৎনদ্রিবৈদা অপোং ইংথোম্না লাৎলিবা সনামহীগী কোল্লুবু লোম্না থুগায়রে। কোঞ্জেংবম চম্মু নিংথেমনুবীনা অয়ুক্তা মপান্দা থোরকপদা সনামহীগী ওইথংবা পাম-বোম মচেৎ অমা পাইরকুনা নিংথেমনুবীদা থারে। নিংথেমনুবীনা লাইয়িংথৌগী পাম্বোম্নি খণ্ডলদুনা লোৎশিন্দুনা থমখি। কোল্লু থুগায়-বসিদা লাইয়িংথৌনা শাউদুনা নিংথৌগী মজাইবুডো সনাহলত্থ য়াঙ চিংতুনা নাহল্লে, মহারাণীবুস্থ লাইবু লাইওং খণ্ডদনা লাক্রে, লায়েংবা ঙমদ্রে, শিবা চঙবা মফম খণ্ডদনা ব্রানরে। নিংথৌনা মোইরাং লনহাম্বা কৌরগা য়েংহনবদা অনাবা লাইওংদি খণ্ডলগা মপুক্লিংদা চিংনরিবদু ফোংনা হায়-দোকপদি ঙমদতুনা চাক্কী ঈশিংগী মমলনি নোংমা মরাইনা ফজগনি হায়রগা মরু লুক্কুনা তুমিন্না ফমদুনা লৈরে। মাগী মওং মতৌ উবা চিংনবা ব্রাঙাংতু তাবদা মহারাণী শাউরে। ইপু নঙগী ব্রাসি মরৌ লৈ, নপুক্লিংদা চিংনরিবদু করিনো অশেঙবা হায়য়ু। ইপুবু মুংঙাইহনগে, ব্রাহনগে লোই থাগে ঙম্বা মহারাণী ঐনি হায়রক্লে। মবেম্মগী ব্রাত্থু তাবদা মোইরাং

লনহাম্বা তরেৎ তরা থোক্না রাখল তৌরুরগা ইবেম্মা লেংখৎপিরো, ফিশেং শেৎলগা ফক অহনবদা হিপ্পিরো ননাই নপু অনাবা লাইওং হঙৎচগে হায়রক্লে। মহারাণীদু ফিশেং শেৎতুনা ফক অহনবদা লোংনা হিপ্লে। ফি অঙোবা অমনা মকোক্তগী মথোং ফাওবা কুপশিল্লগা ফিগী মথক্তা খুদোল অনিনা হাই হাইদুনা য়েংলকপদা অনাবা লাইওং খঙলে। ইবেম্মগী য়েং থংবা নাকোংদা শরিক্কী মথোলগুম শ্রিং শ্রিং লাউনা তাবিরমগনি। ওইথংবা নাকোংদনা রা-রা লাউনা চেনবা ঈশিংগী ঈরাউখোল তাবিরমগনি হায়রক্লবদা মহারাণীনা চুম্মি তাই থুম্লকই। মদু নবুধৌ সনামহীগী খুদম চাংদম্নি হায়রগা রা মখা তাবা ওমদনা তুমিন্না লৈখি। মতম অসিদা কোঞ্জেংবম চমু নিংথেমমুবীনা লোন্না তারম্বদগী চঙলকুনা মানা লোৎশিন্দুনা থম্লিবা মবুধৌ সনামহীগী কোল্লু থুগায়বগী ওইথংবা পাম্বোম মচেৎ অদু পুথোকলকুনা উৎলে। ওহাক লৈরগা পামহৈবা নিংথৌ চঙলকুনা লনহাম্বদা অনাবা লাইওং হংবদা চাক্কী ঈশিংগী মমলনি করিস্তু তৌরোই থুম্লক্লবদা মহারাণীনা শাউদুনা মবুঙোদা ওনশিল্লগা লাইয়িংথৌ সনামহীগী কোল্লু থুগায়রুবগী শাউদুনা ইচা সনাহল ইমা ইচাদা লাক্লবনি হায়রক্লে। মহারাণীগী রাদু তাবদা নিংথৌ পাউথুম অমত্তা পীরমদনা শাউনা চৎখি। লাইয়িংথৌ সনামহীগী কোল্লু লোন্না থুগায়বদু কনাস্তু খঙবা উবা লৈখিদে, মোইরাং লনহাম্বনা মহারাণীদা তাকথোক্লুনা খঙবনি থল্লদুনা নিংথৌ শাউরে। নোংঙাল্লগা মনাই থাদুনা লনহাম্ববু ময়ুমদগী কোৎখৎলে। নিংথৌগী য়াথং ফংবদা শোয়দনা শিরগনি খঙলদুনা লনহাম্বনা মতু মচা কৌশিল্লগা পুকমেন পাওমেন্নরে, ফৈজোম ওইনা শেৎলে, কোয়েৎস্তু ওইনা য়েৎলে, ফিমু ওইনা ইল্লগা অশিবগী পোৎলোই শুনা শেৎতুনা ওইথংবা মখোঙনা থাংলগা কোম্লুং কারক্লে। মোইরাং লনহাম্বা লাক্লে পাউ তাবদা সনা নাক্তা চঙহন্রে। লমহেনবা লনহাম্ববু সনা কৈথেল্দা পুরগা শগাই মথক্তা পুন্দুনা মখাদা মোরোক মৈ থাদুনা হাৎলু সনা য়াথং পীরক্লে। মোইরাং লনহাম্ববু সনা কৈথেলগী শগাই মথক্তা পুল্লগা মখাদা মোরোক

মৈ থাদুনা হাংকদবগী থৌরাং তৌরক্লবদা লাইয়িংথৌ সনামহীনা নোংলৈ নুংশিং ওইনা লাক্লগা মোরোক্কী মৈথু ময়ামদু অমত্তা চোইথোক্লনা খোমজিল্লগা কোন্নুং তম্না হুমজিল্লক্লে। শগাই মথক্তা লৈরিবা লনহাম্বদি মোরোক মৈথু অমত্তা ফংখিদে। মোরোক্কী মৈথুনা কোন্নুং মমুংদা লৈবা নিংথৌদা নত্তনা লৈমা শিজা অণ্ডম অথৌ মনাই মশল কনা অমত্তা লৈবা ঙমদদুনা লোইনা মপান্দা চেন্থোক্লরক্লে। মুংশিংনা তান্না ত ম্না হুমজিললকপা মোরোক্কী মৈথুনা হাদুনা নিংশা শোর হোনবা ঙমদদুনা শিগদৌরবা মতম অসিদা লাইয়িংথৌনা নোংথক্কগী নোং খোংবগুম অথাক অরাউগী মথোলনা নাকোং য়ৈশিল্লে। অকিবা খোঞ্জেল অঙকপা থৌদোক্তু উবদা শান্তদাস কিবনা মশা থক থক নিক্লুনা নিংথৌগী নাক্তা চেল্লক্লুনা নবুধৌ সনামহী অসে অচম্বা লাই নত্তে. মানা ঐবু মৈতৈ লৈবাক্তা পুবিরকপনি। রাজনা অমা নত্তে, সনামহীনা অমা নত্তে, লাইদি অমত্তনি মমিং তোঙান তোঙান্না থোঞ্জবনি। মহারাজনা নবুধৌ সনামহীদা লাল্লে হায়জৌ। থুগায়খ্রবা কোল্লু অদু অমুক হন্না হৈরগা লাংচগে হায়দুনা রাশকউ হায়রবদা পামহৈবা নিংথৌনা মবুধৌদা লাল্লে হায়জরে, কোল্লু নৌনা অমুক হৈজরগে রাশক্লে। মোইরাং লনহাম্ববু শগাইদগী লৌথরগা দোলাইদা হাপদুনা ময়ুমদা থিনবিখি, মদুতদা মোরোক মৈথু তাকখি। নোংঙাল্লগা নিংথৌনা মনাই থাদুনা পানা মরিগী য়ুমথোং খুদিংদা চঙদুনা শেল খায়হল্লগা অরাংপদু নিংথৌনা হাপদুনা খৃষ্টাব্দ ১৭৩৩ খরান নোংমা পানবা নিংথৌকাবা নুমিত্তা লাইখ্বিংথৌ সনামহী অমদি লৈমরেল অনিগী মূর্ত্তিবু অমুক নৌনা শারগা তোল্লোং ইমফমদা (হৌজিক অহানবা মনিপুর রাইফলনা লৈরিবা মফম ) লাইশঙ শারগা লাংখি।

অন্থুম্না মতম খরা হৌখ্রবগী তুংদা নোংমা পামহৈবা, শান্তদাস, খোংনাংথাবা অহুম্না হি ইশমচাইবা তোংলগা লোক্তাক শমদুনা ফুবাল্লাদা উতোংচাক চাবা লেংঙি। লোক্তাক ঈয়াই য়ৌরকপদা হি অদু চরাং য়েনশম মরক্তা চঙশিনখিদুনা হোনবা স্মারকত্রবদা থোংবা হিমাইবনা নৌনা

হিবান্দা ফুরুবদা হি অদু ফেরে ফেরে হাইরগা লুপকদবগী তৌরক্লবদা হি মথক্তা তোংলিবা পামহৈবা নিংথৌদো মুংশা থীরে। শান্তদাসনা অন-শিল্লগা গুরুনা হি অসি ঈশিংদা লুপ্তুনবা খাম্বীয় হায়রবদা শান্তদাসনা মখুত্তা মস্ত্র শোল্লগা নানবদা হি অদু হান্নদগী হেন্না হাইর-হাইরদুনা লুপ-থরক্লে। মদু উবদা নিংথৌনা খোংনাংথাবদা ইপুনা হি অসি অমুক্তা খাম্বিদ্রবদি লোক্তাক ঈয়ায়দা লুপতুনা ঐখোয় পূন্নমক ঈরাক্লবা তারে হায়রক্লে। খোংনাংথাবনা হে ইবুধৌ শাউবিগনু, নত্ত ঐখোয়গী ইরাল ত্তাকপিয়ু হায়জদুনা মখুৎনা হিবান্দা নান্দুনা থেম্বদা লুপকে তৌরম্লবা হিদু তাউখৎলক্তুনা য়াঙনা চৎলক্লে। খোংনাংথাবগী মতিক মগুণ অদু উবদা শান্তদাসনা মপুক্লিংদা থাগৎলবস্থ মপান্থোংদা খোংনাংথাববু উশিং থওইদবা অদুমদি থক থাদোক্লে। অগুম্না হি তোংদুনা লেপ্তুনা লাকপনা ফুবাল্লা য়ৌরে। উচোক চাবা লোইরগা পামহৈবা শান্তদাস অমস্থং খোংনাংথাবা অছমদু ফুঙ্গা মুংদুম শানা ফম্বিন্নরুনা ব্রারী শারিঙৈদা ইখঙ খঙহৌদনা খোংনাংথাবনা পাখৎতুনা হা হায়না লাউরম্লগা চোংখৎপদা লৈপাক্তা তুশিল্লে, চেগাই মচেৎ লৈরমদুনা হোগায়বদগী ঈ থোরক্লে। মাগী মতৌদু উইবদা খঙদুনা তুরিবনি খল্লদুনা শান্তদাসনা উশিত্তবা মিৎয়েংগা লোয়ননা করেম্নদুনা অঙাংগুম্না উইদুনা তুরমানে হায়রক্লে। উশিং থওইদবা শান্ত-দাসকী ব্রাঙাংদু ত্তাবদা শাউগন্দবা খোংনাংথাবদু মৈতোল নেৎলবা লিলগী মতৌগুম শাউরক্লবদা নিংথৌনা ইপু শাউবিখিগনু হান্নমা থেমজিল্লগা ইপুনা খঙহৌদনা হা হায়না লাউদুনা চোংখৎলিবদু করিগীনো হংলক্লে। নিংথেম, নোংচুপলোমদগী থাংজ তরেৎ ( শনি ) পাইরক্তুনা সনা কৈথেল য়ৌবদা সনা কৈথেল কায়রে. কংলা তম্না পাইশিনখিদুনা কংলা মৈ হোরে। ইপুনা খামগে হোৎনবদা ঙমদদুনা তুবনি হায়রকপা খোংনাংথাবগী ব্রাদু তাবদা শান্তদাসকী মপুক্লিংদা থাজদে ইকায়দুনা চোইরোল লোল্লিবনি থল্লি। শান্তদাস খোংনাংথাবা অনিনা কংলা মৈ হৌই হৌদে কন্না য়েৎন-রক্লবদা পামহৈবা নিংথৌগী মপুক্লিংদা চিংনবা পোক্তুনা হল্লসি হায়রক্লবদা

চৎকদবগী থোরাং তৌরক্লে। মতম অসিদা কোন্নুংদগী শগোল শরিক থাং-ডুনা পাউ পুরকপা মনাইদো সনা নাক্তা থুংলরে, কংলা মৈ হৌরে পাউ তম্লরে। অডুকপা পাউডু তাবদা শান্তদাস ইকায়বনা মায়থোং লাংশিল্লি, খোংনাংথাবা মায়থেং মকা লাক্মী। নিংথৌনা ইপুগা গুরুগা অনিদি হি তোংডুনা থুনা কাবিরক্লো, ঐদি শগোল তোংডুনা চৎলম্লগে হায়রম্লগা শগোল তোংডুনা কোম্নুং তান্না লেংখি। মখোয়না তোংলকপা হিডুনা হিয়াংথাং য়োরবদা শান্তদাস খোংনাংথাবা অনিডু হিদগী কাখৎলগা কোম্নুং তান্না লাক্লে। নিংথৌনা শান্তদাসতা চাক্লিবা মৈসি গুরুনা মুৎপিয়ু হায়-রক্লবদা শান্তদাসনা কংলাগী অকোয়বদা পল থিংলগা ঈশিং থাজিন্দুনা মন্ত্র শোল্লগা ঈশিং হৈজিন্দুনা মৈ মুৎথৎকে হায়রবদা ডমদ্রে. থোইনা হেন্নডুম মৈচাক ফনা চাকথৎলক্লে। মডু উবদা মুংশাথীডুনা নিংথৌনা খোংনাং-থাবদা ইপুনা চাক্লিবা মৈসি অমুক্তা মুৎথৎপিদ্রবদি মৈরিকপীনা মৈজাওবী ওন্দুনা মৈতৈ লৈবাক তুম্বা তারে হায়রক্লবদা খোংনাংথাবনা কংলাগী অকোয়বদা থিংগৎলিবা ঈশিং পুম্নমক ফাত্তোক্তুনা কংহল্লগা কংলাগী মন্নুংদা চণ্ডাখডুনা মথুৎনা গুরুংদা থিংজিন্দুনা হে খাম্বী মৈত্রেং অরাবা মৈরি থোকপিরগনো খাম্বী মৈ মুৎপিরো হায়না তরেৎলক হন্না ওৎতুনা অচাকপা মৈডু মুৎথৎলে। কংলাদগী থোরক্লগা "নিংথেম, পান্দা চাক্লম্বা খাম্বী মৈদি ইপুনা মুৎথৎলে, মুংদা মৈরি থোক্তবা মৈচাক অমা লাকদৌরে চেকশিনবিয়ু" হায়রম্লগা খোংনাংথাবা ময়ুমদা হনখি। পুয়া মৈ থাক্লবগী মরাল্লনা শান্তদাস মশাদা লাইথুং পক্লবদা খোংনাংথাবদা হায়জবদগী পুরুকশৌবীদা লুপহন্দুনা লায়থুং কোকহনখি। নুমিৎ অডুদগী হৌনা শান্তদাসনা গুরু হায়না কৌডুনা খোংনাংথাবদা ব্যবহার তৌখি। মৈতৈগী পুয়া অয়াম্বা মৈ থাদোকপ্রবদা পাম্হৈবা নিংথৌনা অনৌবা পুয়া খরা ইহনগে থল্লডুনা অডোম গোপীবু কীর্ত্তিবাসনা ইবা রামায়ণ অমস্তুং গঙ্গাদাস সেন-না ইবা মহা-ভারত মৈতৈলোন্দা হন্দোকহল্লম্মী। মহাক থক্তা ডখেলডম্বা পুয়াস্তু ইখি। নিংথৌ মশামকস্তু পুয়া ইরম্মী। নিমান্দি ধর্ম্ম চৎপা মৈতৈ

কাংবু খরা নিংথৌনা দণ্ডি তৌরিবত্তু রামান্দি ধর্ম্ম চৎহন্নবা তৌবনি খন্নবত্তু নিংথৌনা অমুক রামান্দি ধর্ম্ম চৎপা মীওই কয়ামরুমস্তু ব্রাকোংই হায়না চৈথারোল কুম্বাবদা পল্লিবসিনদি নিংথৌনা পামত্তুনা চৎল্লিবা ধর্ম্ম অসি হিন্দু ধর্ম্মগী মনুংদা করম্বা মথলগী ধর্ম্মনো মহাক্না প স্লিবনা করিনো খঙবদা ব্রানা থোকই। অদুবু ধর্ম্মদা পুক্নিং লুপথিত্তুনা লৈভাক্লোন্দা কোম-থোক্পরা হায়বস্তু মহাক কুম্বা চেকশিন্না লৈবাক ভাকপা মনুং অঃসুং মপালগী য়েক্রুবশিংবু খুত্তুম চন্দুনা লৈবাক মরা তপ্না পানবা ভম্বা মৈতৈ নিংথৌ অতাভবনি। মপা মপু হাক্রুগী মৈতৈনা লাংংরিবা লাইয়িংথৌ, লৈমরেল, পান্থোইবী, লাইরা হায়বা, লমাবী, সোরারেল, হোইদোম পোকপীনচিংববু থওইরক্রবা উমং লাই কয়াগী কোল্লু কোমায়বু ফুমজিনবা, মৈতৈগী মমল য়াম্লবা পুয়া কয়াবু থোংগৎলগা মৈ থাদোক্তুনা মাভহনবা, ইর চৎপু তুংওইনরগা মীরমচৎপু শোগৎপা, ইরৈবাকচাগী মরা মপাউ লৌবিদব, শান্তদাস গুরুনা হায়রগা লোইরে থাল্লিবা পামহৈবা নিংথৌগী লমচৎ শাজৎপু পামদত্তুনা পণ্ডিত মণ্ডা অত্তু লোম্না ব্রা তান্নরক্লে। পাংহৈবা নিংথৌগী মতম লোইশিল্লকপা, মানা পোকচবা মচাশিং অত্তু অমগা অমগা স্নংশিনদনা নিংথৌ খুভমগীদমক্তা হাংন শুনগদৌরিবা, তুংদা থোক্লক্কদবা লৈবাক মরা তপরোইদবা কম্বাত্তু মাঙজৌননা খঙবা ভম্নবা পণ্ডিত মণ্ডাদো লৈবা মুংভাইররোই থুপ্লসি খন্নরক্লে। লৌরেম থোংনাংথাবনা কংলাগী হি য়াই, তিনফম লাইফম পুম্নমকপু ভাক শেন্নবা কংলাগী নমথাংদা চিংথ্রাউ পাম্বী ওইনা হৌগে হায়রে। য়াম্বেম ফৌবাক্তা নোংমাইজিং চীংদা খম্নোং ওইত্তুনা নেংপোক মায়কৈ ভাক্কে হায়রে। নিংভোম্বম অকোংনা অব্রাং চীংভাংলেন্দা শিদবা উপাম্বী ওইনা হৌত্তুনা অব্রাং মায়কৈ ভাক্কে হায়রে। মোইরাং লনহাম্বনা হৈবোক চীংদা উ শিদবা ওইনা হৌত্তুনা মথা মায়কৈ ভাক্কে হায়রে। লাঙ্গোল লুথোইনা লাঙ্গোল চীংদা লী ওইনা হৌত্তুনা কৌব্রু মায়কৈ ভাক্কে হায়রে। হম্বেং মতম চাবদা ঐথোয় মভানা মৈতৈ লৈবাক্তা অমুক হন্না পোকমিন্নত্তুনা লৈবাক্কী অফ-ফত্তা, অব্রা-অনা

পুমিন্নসি, ইপা-ইপুশিংনা চৎলম্বা লমচৎ-শাজৎ মাঙখ্রবসু অমুক হজিন্নবা হোংনসি তিনফম লাইফম, তু-খোং মুংখ্রবসু অমুক নোতৌনা শেমগৎতুনা মৈতৈ লৈবাক মুংঙাই য়াইফনবা থৌশিনসি। ঐখোয়না হায়নরিবা মফমশিং অসিদা লেঙদনা লৈনরম্বদগী মাঙনখ্রবদি ঐখোয় মঙা মীওইনা অমুক পোক্লে খঙনসি। অসুম্না রারেপ রাতেম্নরগা অফবা মুমিৎ অচংবা থাবান য়েংলগা মায়চৌ পণ্ডিত মঙা অহু থুপ্লখি।

পণ্ডিত মঙানা থ্‌ পপ্রবদা মৈতৈ লৈবাক্তা অঙকপা তাবদা তুজুংবা থৌদোক কয়া তারক্লে. ওইথোক্লোইদবা কয়াসু ওইগোক্ল। মপুরোইবনা মিরগা মাগী মুপীনা মতুং ইন্দুনা মৈথক্তা পোংলোইমিন্নবগী থৌদোক নোংমা নোংমগী হেনগৎলক্লে। নোনে হাওখুন্দগী রাই মঙা চাউবা উচি অমা ফারগা নিংথৌদা কৎলরে। অচৌবা উচি অহু উবদা মী পুম্নমক কিনৈ। মতম থরা লৈরগা খোংবানলাই তিনথাক্লা মী হাৎতুনা চাবগী পাউ অহু তাবদা নিংথৌনা খোংবানলাই তিনথাক হাংপা ঙম্বা মীওইদা মতিক চাবা মনা মথুম পীগনি তাকপিরবসু চাওরবা খোংবানলাই তিনথাক অহু উবদা কনাসু হাংকে চোংথোরক্তে। মমৈথংদা নিংথৌগী মনাই হিয়াং থাংতোনবনা থাংজ তরেৎতা তিন্দুনা শাবা তানা থিন্দুনা হাংলগা সনা নাক্তা পুথৎলফই। অশিবা খোংবানলাই তিনথাক অহু চাউমনসনা খিহুনা ওন্দুনা য়েংবদা চাউবনা রাই নিপালগা থুবাক্লি, শাংবনা লম নিপাল থগাইনি। হাংপা কিনরবা খোংবানলাই তিনথাকপু হাংপগীদমক্তা নিংথৌনা মজাইবেম্মা রাঙমলোন তক্ষাম্নাবু মনাই হিয়াং থাংতোনবদা থাজহুনা লুহাংবিরে। মানা পোকচবা মচাশিংগী রাঙাং শাঙাং মখোয় মশেল মুংশিনদবা মওং মতৌ উরকপদা পণ্ডিত মঙানা থুপ্লদাইদা ইনিংথৌগী মতম লোইশিল্লক্লে, নজাইবুঙোশিং অসি অমগা অমগা মুংশিনরোইদৌরে, নিংথৌ খুভম মুন্নবদা মপা মচা মচিন মনাও মশক খঙনররোই, নপাক নপাক তান্নহুনা হাৎন শুনরগনি হায়রম্বহু নীংশিংজ্তুনা নিংথৌ পুক্লিং লাংতক্লরে। নিংথৌ খুভম থাদোক্লগা পামহৈবা লাই নীংহুনা

লৈরগে থল্লক্লে। খৃষ্টাব্দ ১৭৪৮ কালেন ১০নি পানবা য়ুমশকৈশা মুমিত্তা পাইখুলাম্বী (গোমতী) না পোকপা মচাইবুঙো চিংশাইদা নিংথৌ খুড়ম শিন্নরম্লগা কোন্থাগী উয়ুং থেন্দা কোনুং শেমদুনা মৈদিংগু পামহৈবা লাই নীংদুনা লৈখি।

মৈদিংগু পামহৈবগী মনাও ইবেম্মা লৈমা তরানি। মখোয় মাপললনা মজাইবুঙো তরাতরুক অমসুং মজাইবেম্মা অনি পোক্লম্মী। (১) চিংঙাথম চনু অপাম্বানা মজাইবুঙো শ্যামশাই পোকই (২) রায়েনবম চনু পাইখুলাম্বী (গোমতী) না মজাইবুঙো চিংশাই, নন্দশাই, তঙ্গশাই, শবংশাই, ভরতশাই, শক্রুঘ্নশাই (তোলেনতোম্বা) পোকই। (৩) অরাম্বম চনুনা মজাইবুঙো নাহা অমসুং মজাইবেম্মা তক্কাসনা পোকই। (৪) হাওবম চনু থাগি কৈথেল থানবীদি মচা অমত্তা পোক্তে। (৫) ঙাংবম চনু পাঙ্গা কৈথেল থানবীনা মজাইবুঙো মুরারি পোকই। (৬) লাইরিকয়েংবম চনু হরিপৃয়ানা মজাইবুঙো আনন্তশাই পোকই। (৭) মাইবম চনু চরোইঙম্বীনা মজাইবুঙো ভৌরামশাই অমসুং মজাইবেম্মা হরিপৃয়া পোকই। (৮) য়াইখোম চনু হেরাঙম্বীনা মজাইবুঙো হরিশাই পোকই। (৯) মোইরাংথেম চনুনা মজাইবুঙো কেশোরশাই পোকই অমসুং (১০) চিংঙাথম চনুনা মজাইবুঙো গদাধরশাই, হরিচরন অমসুং দুলভশাই পোকই।

## চিংশাই (খৃঃ ১৭৪৮—১৭৫২)

খৃষ্টাব্দ ১৭৪৮ কালেন ১০নি পানবা য়ুমশকৈশা মুমিত্তা চিংশাইনা মৈতৈ লৈবাক্কী নিংথৌ ওইখি। মপাবুং পামহৈবনা কোন্থাদা কোনুং শেমদুনা লৈবসিদা মাগী মনাক্তা মচা মনাই ময়াম লাকুনা লৈমিন্নরে পাউ তাবদা মৈদিংগু চিংশাইগী মপুক্লিংদা চিংনবা পোক্লক্লে। লৈবাক অমগী মনুংদা ইনক নকুনা নিংথৌ অনি পানবসি মুংঙাইত্তে তুংদা অকায়বা লাকনি চিংনদুনা মপাবুংবু তাম্থেক্লে থল্লক্লে। মৈদিংগু চিংশাইনা তানথোকপদগী কোন্থা কোনুংদা লৈবা য়াদদুনা খৃঃ ১৭৫০ হিয়াঙ্গৈ ২৯নি পানবা

ইবাই মুনিত্তা পামহৈবা থাঙ্গদা লেঙখি। মক্তম অতুদা মতম থবা পোথাতুনা লৈরিবৈদা কা পাম্বী থারম্মী, হৈকোল লৈকোল শেম্লম্মী। থাঙ্গদস্থু অমুক মচা মনাইশিংগা পুন্দুনা লৈরে পাউ তাবদা চিংনবদগী মপাবুংবু অমুক তাম্বোক্লে। হন্দক্তি পামহৈবা নিংথৌনা মৈতৈ লৈবাক রাংমা লাম্না চৎলগে খল্লতুনা মজাইবুঙো শ্যামশাই খুরাইলাকপা অমদি মনাইশিংগা লোয়ননা ঔরা তান্না লেঙখি। খৃষ্টাব্দ ১৭৫১ হিয়াঙ্গৈ থাদা পামহৈবনা মনাইশিংগা লোয়ননা ঔরাদগী মৈতৈ লৈবাক্তা হল্লক্তদোরে পাউ তাবদা চিংশাইনা মথরায় মুংঙাইত্তহুনা মনাও অতোম্বা তোলনতোম্বা (শক্রুর শাই), নহাকপম থাবোই, কৈক্রেংবা হিদং, অয়াংহনবম হোংবা, ইরোম লানসিংনচিংবা থ'ডুনা মপাবুং পামহৈববু মৈতৈ লৈবাক্তা হল্লক্তনবা য়াথং পীরম্মী। মথোয়না পামহৈবা নিংথৌদা নত্তনা শ্যামশাই, কিশোর শাই, বাম্নোন ব্রারীবা হঞ্জবা মপা মচা, ব্রহ্মরাম কৃষ্ণ, লম্বোইবা লোকা দাস, মোইরাং লনহাম্বা কত্থান, অঙোম চন্দ্রমনি, নাওরোইবম শেলুংবা মনাও ফৈদা হঞ্জবা, নিংথৌখোংজম কামদেব, নিংঙোম্বম শ্যামরাম, রাংখৈ মাইমু ফৈদা হঞ্জবা, তখেল লম্বুনচিংবা মীওই পুম্নমক নিংথি তুরেলগী তোনফাং হিদেন্দা হাংখি। পামহৈবনা শিরমদাইদা মজাইবুঙো অতোম্বা তোলনতোম্ববু কৌশিল্লগা পানি ইবুঙো নহাক্না ইপাবু হাংপসি ইপা য়াম্না মুংঙ ইরে নবুধো চরাইরোংবগী শাপ মতোম লোম্লে। অতুনা নহাক্না ঐবু হাংলবনিনা মপা হাংপগী পাপ কোক্নবা ইপা বর অমা পীরমগে। ইপাগী বরদগী নহাক্না পোকপা নচাদদি মৈতৈ লৈবাক্তা নিংথৌ ওইবা ফংগনু মতুনা মচানা মপা হাংপগী পাপ কোকপা ওইজৌ হায়না বরগা শাপকা কোন্নরা মজাইবুঙো তোলেন তোম্বদা পীবিরে। তোলেন তোম্বনা মপাবুংগী মথাপংবু চরৈ ফিগাউ শানা ওকচৈ। পামহৈবা শিবা মুমিং অসিনা মৈতৈ লৈবাক্তা অকনবা য়ুহার হাখি। মপাবুং পামহৈবা শিগ্রবস্থ নিংথৌ খুন্ডম মীহোৌবা মচিন মনাও য়াম্না লৈবনিনা, চিংশাই মপুক্লিং খোয়দা লৈতানা পানবা ঙমখিদে। মহাক্না নিংথৌ ওইরকপা চহী মরি শুরকপদা

মমা তিন্নবা পোকম্নিনবা মনাও নুপা ভরতশাইনা নিংথৌ খুভম মুন্ননবগী-দমক্তা মনাওশিংগা লোন্না রা তান্নবগা লান হৌরক্লবদা মথন্নায় মাগুনিং-দবদগী চিংশাই অহাংদা লেপ্না ময়াং লৈবাক্তা চেনখি।

## ভরতশাই ( খৃঃ ১৭৫২ - ১৭৫৩ )

খৃষ্টাব্দ ১৭৫২ কালেনগী পুর্ণিমা থাংজ নুমিত্তা ভরতশাইনা ময়ান্নুং চিংশাইগী মছুৎ শিন্দুনা মৈতৈ লৈবাক্কী নিংথৌ ওইখি। মহাক্না নিংথৌ হেক ওইবগা মাগী য়েক্লবা ওইরক্কনি অমদি নিংথৌ খুভমদা মীহৌরক্কনি চিংনহুনা চিংশাইগী মচানুপা দেবশাই, মনাও সেনাপতি অমদি মেনখোম্বা মখোয় অহুম্নু ময়াং লৈবাক্তা তান্থোকখি। মনাও তোলেন তাম্বনা ওক্তোংদা নিংথৌগী দণ্ডি ওইনা লোই থাখি। আনন্তশাইনা নিংথি তুরেলগী তোনফাং হিদেন্দা মপাবুং পামহৈবগীদমক্তা সঙ্কীর্ত্তণ শকহন্দুনা শ্রাদ্ধ শোল্লুই। ভরতশাইনা নিংথৌ ওইবগা প্রজাগী য়াইফনবা লৈবাক্কী ব্রাহ্মণ খোঁদাদা পুক্রিং চঙলমদে। নিংথৌ খুভমদা মীহৌরক্কদবা অমদি তুংদা মাগী য়েক্লবা ওইরক্কদবা চিংনবা মীওই পুন্নমক মরাল লৈবস্নু লৈতবস্নু মরাল অমা শিজিন্দুনা মৈতৈ লৈবাক্কী তাম্থোক্লগা য়েক্ল-তিংখং লৈতনা লৈবাক মরা তপ্পা ঈংনা মতম শাংনা পানগে খল্লিবা মাগী ফত্রবা ব্রাখল মীনুংশি খণ্ডবা পুকচেল অদু উবদা প্রজা মীয়াম্না শাউনরক্লে। মপাবুং পামহৈবগী নীংবা থুংনবগীদমক্তা ফংফম থোকপা নিংথৌ খুভম্নু থাদোক্লুনা মপাবুংগী মতুং ইন্দুনা অন্না-অনা কয়া খাঙহুনা মপাবুংগী হাকন চঙবদা মথন্নায় থাগ্রবা পুকচেল চাউবা শ্যামশাই খুরাইলাকপনা পোক্লম্বা মচানুপা গৌরশ্যাম অমসুং ভাগ্যচন্দ্র মচিন-মনাওদা মপাবুং শ্যামশাইনা ফংফম থোকপা নিংথৌ খুভম হজিন্দুনা মৈতৈ লৈবাক্কী নিংথৌ ওইয়ু প্রজা ঐথোয়না নচিন ননাওগীদমক্তা পাম্মোম তিংগে হায়রক্লবা ফাওবদা মচিন মনাওনা য়াখিদে। ইথুরানা নিংথৌ ওইরিবৈদা ইচিল ইনাওনা করম্না নিংথৌ খুভম মুনগদগে য়াজদবা মচিল মনাওবুন ভরতশাইনা য়েক্লবা ওইনা

খনখি। ময়ামুং শ্যামশাইনা পোক্লম্বা গৌরশ্যাম, ভাগ্যচন্দ্র মচিল মনাওদা প্রজানা থেমডুনা নিংথৌ হাপকদোরে হায়নবা অরোনবা পাউহু তাবদা কাংথাদা লিন লৈবগুম ভরতশাই তুম্ব চাবা চঙখিদে। মচিল মনাওবু হাংনবা মনাইশিংগা লোন্না লৌতুনবগী পাউহু লোইনবী মনাইনা তমডুনা তাবদা মমা ইবেম্মা চাথা লোইথোম্বীনা মচানুপা গৌরশ্যাম অমসুং ভাগ্যচন্দ্র অনিবু অহাংদা লোন্না পুরগা তোংহু হাওখুন্দা লোৎখি। ভরতশাইনা মায়কৈ মরিদা অরোনবা মীহাৎপা মনাই থাডুনা মচিল মনাওগী খোঙ্গুল লিবা হৌরাক্ল। পাউ অসি হুক ফংবগা তোংহু নিংথৌনা মচিল মনাওবু খরা লাপ্পা থৈদোক্কে খল্লডুনা মরিং অমদি চিরু তাবা অরোনবা লম্বা অমা তাকাপরগা মশা কন্ননবা তা অমমমগা পীডুনা মমা মচা থাখি। খরা চৎলগা নিংথৌগী মনাই মীহাৎপশিংগা থেংনডুনা তা মুল্লগা মচিল মনাও হাংকদবগী তৌরিবহু লোন্না মচিল মনাওবু শেন্নরিবা তোংহু নিংথৌনা চৌংথক্কগী উরডুনা মরোই হাওয়ামদা থৌদাডুনা মৈতৈ নিংথৌগী মনাই মীহাৎপশিং অহু খুদক্তা হাত্তোক্লে। তোংহু নিংথৌনা মাঙ থারগা মমা মচা মখোয় অহুম্বু মরিং হাওখুল ফাওবা থিনাবিরক্লুনা মরিং নিংথৌদা চেকশিন্না শিন্নখি। মরিং খুন্দা মতম খরা লৈরিবৈদা মমাগা পোকমিন্নবা মামা খেলৈ নুংনাং তেলহৈবা (খেলেম্বা) না থিরক্লুনা মমা মচাবু মোইরাংদা পুরক্লগা চেকশিন্না থমখি। খেলৈ নুংনাং তেলহৈবনা শাগৈ নাত্তে মরুপ মপাং ময়াম খোম্লগা মৈতৈ নিংথৌবু লোন্না হাংনবা থৌরাং তৌরে, অমরোমদনা মৈতৈগী অঙম অথৌশিংনসু মখোয়গী মতেঙ পাংনবা শেম শারে পাউ তাবদা ভরতশাই লৈবা ঙমদডুনা ঔন্না তান্না চেনখি। ভরতশাইনা মৈতৈ লৈবাক্তা চহী অমগা মথায়দং নিংথৌ ওইবা মতমসিদা প্রজা মীয়ামসু মপুক্লিং খোয়দা লৈতানা পানবা ঙমখিদে।

## গৌরশ্যাম (মরাম্বা) (খৃঃ ১৭৫৩—১৭৫৯)

খৃষ্টাব্দ ১৭৫৩ হিয়াঙ্গৈ ২০নি পানবা নিংথৌকাবা নুমিত্তা গৌরশ্যাম (মরাম্বা) না পোইরৈ মৈতৈ লৈবাক্কী নিংথৌ ওইখি। মহাক শ্যামশাই

থুরাইলাকপনা রায়েনবম চম্নু চাথা লোইখোম্বী পাম্নহুনা পোকপা মচানুপা অহনি, য়ায়মনা ভাগ্যচন্দ্র, অতোম্বনা কৃষ্ণচন্দ্রনি। মহাক রায়েনবম খেলৈ মুংনাং তেলহৈবগী মচেনা পোকপনি। মতোল ইবুঙো আনন্ত-শাইনা গৌরশ্যাম অমসুং ভাগ্যচন্দ্র মচিল মনাওদা চহী মঙা মঙ নিংথৌ ওইনৌ অমনা নিংথৌ ওইরিবৈদা অমনা যুবরাজ ওইহুনা পুকচেল খোয়-জেল তিম্ননা লৈবাক ঙাকমিন্নৌ নত্রবদি য়েক্লবা য়াম্বা কল্লক মীচৌ কংবা মৈতৈ লৈবাক্কি নিংথৌ খুভম মুনখিনি তাকপিবহু মচিল মনাওনা হরাওনা য়ানরে। অসুম্ন য়ানরবদা গৌরশ্যামনা নিংথৌ, ভাগ্যচন্দ্রনা যুবরাজ, মতোল ইবুঙো অনন্তশাইনা সেনাপতি ওইহুনা মৈতৈ লৈবাক ঙাক-শেন্দুনা পাল্লক্লে। মতম অমদা পামহৈবা নিংথৌবু তোনফাং হিদেন্দা হাৎখিবা মজাইবুঙো অতোম্বা তোলেনশাই (শত্রুঘ্নশাই) বু ওকতোংদা লোই থাখিবহু গৌরশ্যামনা নিংথৌ ওইরে পাউ তাবদা নিংথৌ খুভম মুনগদবগী লান হৌরক্লবদা য়াংকোকচা মায়চৌনা পাম্থোইবী ইংখোন্দা থেমহুনা কারগা কব্রং থৌরিনা পুন্দুনা কাংপোকপিদা পুরগা হাৎখি। য়েক্লবা য়াম্বা মৈতৈ লৈবাক ঈংনা পানবা য়ানবা মমাগা পোকমিন্নবা মামা খেলৈ মুংনাং তেলহৈববু মোইরাং নিংথৌ হাপতুনা মথা মায়কৈ ঙাকহনখি।

গৌরশ্যামনা পানবা মতমসিদা ঔরা লৈবাক্ত অলুংপায়া ( কলোম্প্রা হায়নসু খঙনবা ) কৌবা মতিক মথৌনা লৈবা মরৌশিং চাউবা মীচম প্রজা অমনা মতোমদগী খুজিল থোরাংনা খৃষ্টাব্দ ১৭১২ দগী ৬০ ফাউবা ঔরাগী নিংথৌ ওইখি। মাগী মপাঙ্গলগী মথাদা য়ুম্লোন কৈরেন্নবা লৈবাকশিংদা ঔরাগী শক্তি শন্দোক্লে থন্দুনা লৈরিবৈদা ভরতশাইনা মঙোন্দা চঙজহুনা মৈতৈ লৈবাক্কী নিংথৌ ওইজবা ঐবু তাম্বোকপিহুনা নিংথৌ খুভম মুল-হোরে, নিংথৌ খুভম হঞ্জিনহনবিয়ু হায়জক্লরে। মৈতৈ লৈবাক্কী নিংথৌ কনানা ওইফম থোকপগে বিচার তৌমনি হায়হুনা ঔরা নিংথৌ অলুং পয়ানা মৈতৈ নিংথৌ গৌরশ্যামবু ঔরা কোমুংদা কৌবদা লাক্লবা অহুদা শাউবদগী ঔরা তেঙ্গোল অনি মৈতৈ লৈবাক্তা লান্দানব থারক্লে

খৃষ্টাব্দ ১৭৫৮ হিয়াঙ্গৈ থা পানথৎলকপদা সোমসোকলোমদা লাকপা ঔব্রা তেঙ্গোল অদু ভাগ্যচন্দ্র যুবরাজনা শাইখোম থাবম লাকপগা লোয়ননা মৈতৈ লাম্মী পুদুনা ঔব্রাগা লান থেংনবদা মীশিং য়াম্বা ঔব্রানা তকথো-রক্নুনা লৈশাংখোংদা লানবন শাদুনা লান ডাক্লুনা লৈরে। অনন্তশাই সেনাপতি মোংবিজম নহারুপ লাকপা অনিনা লুচিংলগা মৈতৈ লাম্মী পুদুনা তুমুলোমদগী লাকপা অতোপ্পা ঔব্রা তেঙ্গোল অচৌবদু পলেন্দা থিংবা ডমদদুনা ককচিং তান্না লান্নিং হল্লক্লে। পাউ অসি তাবদা হিয়াঙ্গৈ ২৮নি পানবা ইরাই নুংঙিত্তা গৌরশ্যাম নিংথৌ মশামক য়াওনা ককচিংদা ঔব্রা তেঙ্গোলগা অকনবা লান শোক্লবদা মীশিং য়াম্বা ঔব্রাগা মায়োক্লবা ডমদদুনা মৈতৈ লাম্মী পূম্নমক লানফমদগী কায়দুনা চেন্নখ্রে। ঔব্রা তেঙ্গোল-না ঈশিং ঈচাওগুম ফুজিল্লক্লবদা তম্পাক্তা লৈবা য়াদদুনা নিংথৌ অমদি প্রজা মীয়াম চৎন্নুং মান্নুংদা চেন্দুনা লোৎনখ্রে। লৈশাংখোংদা ঔব্রা তেঙ্গোলগা লাম্বা পারিবা ভাগ্যচন্দ্রস্থ ঔব্রাগা মায়োক্লবা ডমদদুনা চীংদা লোৎখ্রে। ঔব্রা নিংথৌ অলুংপায়ান মৈতৈ লৈবাক্তা থুংলবা মতমদা মৈতৈ নিংথৌদা নত্তুনা প্রজা তায়াম্বা লোৎনখিদুনা লৈরমম্রে। মতম অসিদা মোইরাং নিংথৌ খেলৈ নুংনাং তেলহৈবদি মাগী মীয়ামগা লোয়নননা ঔব্রা নিংথৌদা চঙজখি। আলুংপায়ানা মৈতৈ লৈবাক্তা মুমিৎ মাপলনি লৈরম্লগা করিস্থ তৌনিংঙাই লৈতদুনা কোনুংদা চংলগা মমল য়াম্লবা সনা লুপা অমদি লুপানা শাবা পোৎচৈ ময়াম খোম্লগা মরৈবাক্তা হনখি। ঔব্রা লাম্মীনা মৈতৈ লৈবাক ডাক শেন্দুনা লৈরিঙৈ মতমদা গৌরশ্যাম ( মরাম্বা ) নিংথৌনা চীং-মাংদা লোৎতুনা লৈখিবদু নোংমাইজিং চীংশাংগী নোংপোক থংবা চীংনা পল্লোন শানা কোয়শিনবা চীংলক, লম্বী থোং, চৎথোক চৎশিন খুদোং চাদদুনা মৈতৈ য়ুম্নাক খরদনা খুল লিংদুনা লৈবা অচিকপা মফম অদুদনি হায়নৈ। মরাম্বা নিংথৌনা মতম খরা কোনুং শেমদুনা থাঙ্গবাৎ তৌরম্বা মফম অদু হৌজিকস্থ লেঙদনা লৈরি। মরাম্বনা মতম খরা পাম্লমই হায়দুনা মরাম্বা পল্লেন হায়বদগী মফম অদু হৌজিক্তি মোইরাংপুরেন হায়না খঙনরি।

মৈত্রবাক্তা মতম থবা ঔরা তেঙ্গোল লৈরম্লগা মলৈবাক্তা হংখ্রে পাউ ফংবদা চানুং মাল্লুংদা লোংলুবা প্রজাশিং ময়ুম ময়ুম্মদা হল্লরাক্লে. গৌরশ্যামসু হল্লকুনা নিংথৌ অমুক ওইরে। ঔরা লান্দা চৌংদা লোংলুবা মতংতু থারগা মানা নিংথৌ ওইবা চহী তরুক শুজিল্লক্লবদা হায়নথিবা মতুংইন্না গৌরশ্যাম ফম্বালদগী কুমথরে।

## ভাগ্যচন্দ্র ( খৃঃ ১৭৫৯—১৭৬২ )

মচিল মনাওনা হায়নথিবা মতুংইন্না মৈদিংগু গৌরশ্যামনা ফম্বালদগী কুমথরবদা মনাও ইবুঙো ভাগ্যচন্দ্রনা খৃষ্টাব্দ ১৭৫৯ শজিবু ৭নি পানবা শগোলশেলগী পুংফম থেনফম কায়দনা ময়াম্বগী মহুৎ শিনদুনা মৈতৈ লৈবাক্কী নিংথৌ ওইরে, অথাম চনু ভানুমতীবু মহারাণী হাপ্লে। ময়াম্বুং গৌরশ্যামনা যুবরাজ, মতোল ইবুঙো অনন্তশাইনা সেনাপতি ওইদুনা অমুক মৈতৈ লৈবাক ঙাক শেন্দুনা পাল্লক্লে। মহাক্না নিংথৌ হেক ওইবগা হান্নদগী য়েক্লদুনতা লাক্লবা ঔরাদগী কন্ননবা মৈতৈগী লৈজবা লাম্মী, খুৎলু খুৎলায় অসিনদি য়েক্লবগা মায়োক্লবা ঙম্লোই অদুনা লাম্মী মতিক চানা লৈবা বৃটিশ সরকারগা মরুপ শান্নগে থন্দুনা লৈরিঙৈদা মৈদিংগু পামহৈবগী মচাইবুঙো চিংশাইনা তখেল ( ত্রিপুরা ) নিংথৌগী মতেঙ লৌরগা মতাকপু মরম চাদনা মৈতৈ লৈবাক্কী নিংথৌ খুডম মুল্লগা তানথোকপিরক্লে হায়বা রাকং অমা বাঙ্গালা সরকারদা লানথংথিবগী পাউদু তারে। পাউ অসি হেক তাবদা খুদোংথিবা থোকপা য়াই মপুক্লিংদা চিংনদুনা খৃষ্টাব্দ ১৭৬২ গী জুলাই থাদা ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা হরিদাস গোষাই নেক্লনা মহারাজ মশানা সহী তৌবা দরখাস্ত অমা পীরগা চিট্টাগোং ফেক্টরীগী লুচিংবা হেরী ভেরেলষ্ট উন্নবা থাবদা করি মরমদগী চিংশাইবু মৈতৈ নিংথৌগী সিংহাসনদগী লৌথোকখিবনো হায়বগী মরমদা শুগায়না ইবা চিঠি অমগসু পীরম্মী। হরিদাস গোষাইনা চিট্টাগোং তান্না চংদুনা মহারাজনা শিন্নরকপা মরম মরামদু হেরী ভেরেলষ্টতা শুগায়না রারী

লৌদুনা তারবা মতুংদা বৃটিশ সরকারনা ভাগ্যচন্দ্র মহারাজগা মরুপ ওই-নিংবদগী ঔরানা মৈতৈ লৈবাক্তা লান্দারকপা কন্নবা মতেঙ পীগে য়ারম্মী। খৃষ্টাব্দ ১৭৬২ গী সেপ্টেম্বর ১৪ দা হেরী ভেরেলষ্টনা বাঙ্গালা সরকারগী মহুৎ শিন্দুনা, হরিদাস গোষাইনা মহারাজ ভাগ্যচন্দ্রগী মহুৎ শিন্দুনা যান-চে অমা ইনরে। য়ান-চেগী ৱারোলদি—মৈতৈ নিংথৌনা বৃটিশ সরকারদা ভারা লৌদনা খুত্থুপ লিশিং নিপাল পাকচাউবা লম অমা মফম চাবা য়ংদুনা কারখানা অমগা লানবন অমগা শানবা লম পীবা। ইরাৱাদি তুরেলগী তম্পাক্তা লৈবা নেগ্রেইস কৌবা ইংরেজি কাংবুনা থুন্দাবা মফম অদুদা চাইনিজশিংনা ললোন-ইতিক তৌবদা মৈতৈ নিংথৌনা অয়াবা মতেঙ পীবা, অদুগা মৈতৈ লৈবাক তান্না থারকপা বৃটিশ সিফাইশিংগী খরচমু মৈতৈ নিংথৌনা পীবা। অসুম্না য়ানরদুনা সহা তৌনরবদা মৈতৈ নিংথৌগী মতেঙ পাংনবা বৃটিশ সরকারনা সিফাই পল্টন অমা খুৎলায়গা কোন্নবা থারকপদু কাছারগী কোন্নুং ওইরম্বা খাসপুরদা থুংলম্মী। নোং-জুথা ওইবনা মফম অদুদা চাফম থকফম খঙদবনে, অচৌবা লায়না কয়ানা সিফাই অয়াম্বা লানথক্লবদা মৈতৈ লৈবাক য়ৌবা ঙমদনা অনাবা সিফাই অয়াম্বা খাসপুরদগী হনখি। হরিদাস গোষাইনা মশা মউ ফবা নাদ—য়েক্কবা সিফাই খরগা লোয়নদুনা মৈত্রবাক্তা থুংলৈ। বৃটিশকী সিফাইশিং অদুবু মৈতৈনা তেলঙ্গা কৌই। সিফাইশিং অদু মাক্লং খুলগী মমাঙ লৈতোংবা অৱাং থুংবা ৱাপোকপী লম্পাক্তা লৈহল্লি, মফম অদুবু তেলঙ্গা মুনফম হায়না খঙনৈ। চহী অদুদা ভখেল নিংথৌনা নৈতৈ নিংথৌদা শামু পীরকপদু অনন্তশাই সেনাপতিনা মোইরাং তান্না চৎদুনা ওকলুই। মতম অসিদা ঔরানা লান্দারকপা য়াই চিংনবদগী অথাম মাধবরাম, উদম্বা ফৈদা হঞ্জবা অনিনা লুচিংলগা মৈতৈ লান্মী পুদুনা ঔৱা লান ঙাক্লবা ককচিংদা লানবন শাদুনা লৈখি। তাওবম খেলারামনা লুচিংবা মৈতৈ লান্মীনা হৈরোক্তা লানবন শাদুনা লৈহল্লি। অদুম্না মহুৎ অমসুং মপালগী য়েক্লবা কয়াবু ঙাকথোক্লুনা মচিল মনাওনা লৈবাক মরা তম্না ঈংনা

পাল্লক্লে। ভাগ্যচন্দ্রনা নিংথৌ ওইদুনা প ল্লকপা চহী অহুম শুরকপদা তাংখম খুলদা ব্রহ্মচারী অমবু মনাইনা মীহাৎ থিন' হাৎপগী পাউ তাবদা মহার'জগী থম্মোয় শোক্ল মুংঙাইখিদে। ঐনা নিংথৌ ওইবা মত্তিক চাদ-বদগী ব্রহ্মচারিনা শিবনি খল্লদুনা মীনুংশি চাউবা ধর্ম্ম চেনবা ভাগ্যচন্দ্রনা ফম্বালদগী কুমথরগা ময়াম্বুং গৌরশ্যামদা নিংথৌ খুডম শিন্নরে।

## গৌরশ্যাম ( মরাম্বা ) ( খৃঃ ১৭৬২ — ১৭৬৩ )

মৈদিংঙু ভাগ্যচন্দ্রনা ফম্বালদগী হেক কুমথবগা ময়াম্বুং গৌরশ্যাম্না খৃষ্টাব্দ ১৭৬২ দা অমুক মৈতৈ লৈবাক্কী নিংথৌ ওইরে, ভাগ্যচন্দ্রনা যুবরাজ ওইদুনা মচিল মনাও পুকচেল খোয়জেল তিন্ননা লৈবাক ঙাক-মিন্নরে। গৌরশ্যাম্না নিংথৌ হেক ওইবগা ভাগ্যচন্দ্রগা বৃটিশ সরকারগা সহী তৌনখিব খৃঃ ১৭৬২ গী য়ান-চে অহু মহাকপু য়ারে হায়না বাঙ্গালাদা লৈবা বৃটিশ সরকারদা পাউ পীরম্মী। চহী অহুগী ফাইরেন থাদা ভাগ্য-চন্দ্রনা হরিদাস গোষাই অমদি বৃটিশ সিফাইশিংগা লোয়ননা সে'কপাওদা লান্দাবা চংলি, লান ঙমদুনা লানফা কয়ামরুম ফারকই। চহী অহুদা অকনবা নোংলৈ মুংশিংনা য়ুম-কৈ য়াম্না থুদেক্লম্মী। গৌরশ্যমদি নিংথৌ ওইবা চহী অমা থরা হেল্লকপা খৃষ্টাব্দ ১৭৬৩ থৱান থাগী ২৯নি পানবা লৈপাকপোকপা নুমিত্ত থঙহৌদনা নাশিল্লক্লুনা লাইকনবা ঙমদনা নোঙ্গাখি।

## ভাগ্যচন্দ্র ( খৃঃ ১৭৬৩ — ১৭৯৮ )

খৃষ্টাব্দ ১৭৪৮ পোইম্বু ১৩নি পানবা লৈপাকপোকপা নুমিৎকী অয়ুক পুং ১০ তাবা মুমিৎনা রাতোন লোম্বা মতমদা য়াইস্কুল জন্মস্থান্দা ভাগ্যচন্দ্র পোকই। রায়েনবম চনু চাথা লোইখোম্বীনা মাবু পোকপী মমানি। ময়াম্বুং গৌরশ্যাম্না নোঙ্গাপ্রবদা খৃষ্টাব্দ ১৭৬৩ থৱান ২৯নি পানবা লৈ-পাকপোকপা নুমিত্তা ভাগ্যচন্দ্রনা অমুক মৈতৈ লৈবাক্কী নিংথৌ ওইখি,

অথাম চন্ন ভানুমতীবু মহারাণী হাপখি। ময়াম্বুং গৌরশ্যাম্না মূর্ত্তি লিং-খৎতুনা লাৎলম্বা রাধারমণ অদু ভাগ্যচন্দ্রনা লাৎলে। ভাগ্যচন্দ্রনা নিংথৌ ওইবা চহী অমা ফারকপদা মোইরাং নিংথৌ ওইরিবা খেলৈ মুংনাং তেলহৈবা (খেলেম্বা) না মোইরাংসু মৈতৈ লৈবাক কুম্না মনীং মথা তম্না থুংকল পাঙ্গলনা পানগে খল্লদুনা মৈতৈ নিংথৌদা লম নিগদবগী শগোল তোংলগা সনা কোনুংদা চত্তলক্লে। ভাগ্যচন্দ্রনা মাতুল মোইরাং নিংথৌবু হরাও তরাম্না ওকচথি। চামিন থকমিন্নদুনা ব্রারী ব্রাতাই শাদুনা ভাহাক ফম্মিন্নরগা খেলৈ মুংনাং তেলহৈবনা "মাক্লৌরেম ইবুঙো, মামানা নিংথৌ ওইদুনা পাল্লিবা মোইরাং লৈবাকসে মীনা য়াম্বনে, লমনা পিকপনে, খুঞ্জাও লৈচাউনা পানবা ঙমদ্রে। লম্লেন চীংঙা চীংগী মখাদগী মোইরাং য়েৌবা ফাওবসি মামাগী লম ওইজরগে" হায়রক্লে। "মাতুল ইবুঙো, লৈবাক নিবসি ইবুধৌশিংগী সনা হাক্তুক্তগী চৎনরক্তে, পীসু পীনরকতে" খুম্নকই। ভাগ্যচন্দ্রগী ব্রাদু থংতুনা নক্তে মাক্লৌরেম, মামানা লম কারাম-দুনা নিবা নক্তে, পিকমন্দুনা মী লৈবা চন্দদুনা লোক্তাক খোংবান্দা ব্রানা ফোপ হারগা লৈনবা, থাংজীং চীংগী চীংমায় খোৎতুনা থুন্দাবদু মামা য়েংবা লুংঙাইতে। মাক্লৌরেম্না চীংঙাদগী পীনিংদ্রবসু লম্লেন মাইবম লোকচীংদগী পীবিয়ু মামাগী অব্রাবসু থনবিয়ু হায়রক্লে। খেলৈ মুংনাংবগী ব্রাদু তাবদা ভাগ্যচন্দ্র থম্মোয় ফাবা ঙম্নক্রে। ঐখোয় ইচিল ইনাও অদুসু পোকপী পলেম ইমাগা পোকমিন্নবা মামানি খন্দুনা ব্যবহার কায়রমদবা ভাগ্যচন্দ্র শাউরকুনা মাতুল ইবুঙো, অদুক য়াম্বা লমদি হায়রুমু, য়েৎতুম মতোন্দা পকপা লৈপাক মচেৎ অমা ফাওবা নমাক্তি পীবা ঙমজরোই হায়রক্লে। মমাক্তী ব্রাদু তাবদা খেলৈ মুংনাং তেলহৈবা মমায় ঙাঙনা শাউদুনা ব্রা মখা তাদনা ফমফমদগী হোগৎলগা মকোক্তী কোয়েৎ লৌথোকুনা কল্লম্নগা মোইরাং পাংখি। মোইরাং নিংথৌনা মথক খোংবা মৈতৈ নিংথৌদা উৎ-লিবা লমচৎ ব্যবহার অসি কনাগুম্বা মীওই অমা ওইরম্নবদি খুদক্তা মথব্রায় মাঙবগী দণ্ডি পীবা য়ারবনি। ঐখোয় অদুবু ইচিল ইনাও পোকপী ইমাগী

মৌপ্‌্রানি, মাগীনা মা-নি, অমরোমদনা ইচিল ইনাওনা রারবা মতমদা য়োকপি থাকপিথিবদা নত্তনা মাগী খুজিল খোরাংদগী নিংথৌ খুম্ভম ফংবনি থল্লুবদা ধর্ম্ম কায়নিংদবা মীমুংশি খঙবা ভাগ্যচন্দ্রনা অশাউবা পুম্নমকপু ফাজিল্লগা মরু লুক্কুনা লৈহৌই। মনীং-মথা তম্বা নিংথৌ অম ওইনা পানগে থল্লিবা মরৌ চাউবা খেলৈ ঙুংনাং তেঙহৈবদো নীঙবা কায়রুনা তুম্বা চাবা চঙখিদ্রে। করম তৌরগা মান নীংলিবত্নু থুংগদগে তরেৎ তরা থোক্লা থল্লুরগা মোইরংগী হেপনাইবা নোংথো-ববু ঔরাদা থাতুনা ঔরা নিংথৌদা মচানুপী শমজ্‌ লৈমা থাজগে ঙাই শেল ওইনসি, মৈতৈ নিংথৌদা লান্দাবদা তেংবাঙবিয়ু হায়জবদা য়াবিরতুনা মৈতৈ লৈবাক্তা লান্দানবা ঔরা তেঙ্গোল থারক্লে। পাউ অসি মাঙজানবা খেলৈ ঙুংনাং তেলহৈবা লাক্কুনা ভাগ্যচন্দ্রদা তাক্লরে। লানগী পাউত্নু তাবদা ভাগ্যচন্দ্র অকিবা লৈতনা ঔরাগা লাম্থেংননবা লানগী থোরাং তৌরক্লে। মহৌশানা ঔরাদি ঈশিংগী লান্দা হৈনদে খঙলত্নুনা অহীংদা মী থাতুনা রাংবল পল্লি থোল্লগা রাংজিং তুরেল অরোং তুরেল থিংগৎতুনা তুরেল অনিগী শুগৎলকপা ঈশিংনা নোংপোক্কী লমহাং তুহাংদা নত্তনা লবুক ফাওবা ঈশিংনা পাথোক-তুনা অচৌবা ঈপাক অমা ওইনা উহল্লে। মৈতৈগী লাম্মীনা হি তোংতুনা ঈশিং লাম্থোক্লগা লান থেংনবদা ঔরা মায়থাতুনা মরৈবাক্তা হনখি। খেলৈ ঙুংনাং তেলহৈবনা হেপনাইবা নোংথোনববু ঔরাদা অমূক থাতুনা মৈতৈ লৈবাক্তা অমুক্তগা লোম্না লান্দাবিরকথো মোইরাং নিংথৌ ইশামক ঐগী মীয়ামগা লোয়ননা লান পাংজগে, ঐগী ইচানুপীদা নত্তনা অরৈবা সনা লুপাম্থ কৎচগে, নথা পোনবা নিংথৌ ওইনা লৈজগে হায়জক্লরে।

খৃষ্টাব্দ ১৭৬৪ রাকচিং থাদা ঔরা নিংথৌনা খুৎশু-খুৎলায় মশীং শুনা শুবা মীশিং য়াম্বা ঔরা তেঙ্গোল অচৌবা থারক্লুনা লান্দারক্লে পাউ তাবদা ভাগ্যচন্দ্রনা মতোল ইবুঙো হরিচরণ সেনাপতিনা লুচিংলগা ঔরা লান ঙাক্লবা তুমু ফাওবা চঙশিন্দুনা তুমু কৈথেন্দা অকনবা লান থেংনবদা খুৎলায় ফবা ঔরাগা মায়োক্লবা ঙমদনা চেল্লক্লে। লানফম অতুদা নহাক্লপ

হাজারি, ক্ষেত্রি চৈতন্যনচিংবা মৈতৈ লানমী খরা শিগৌরে। পাউ অসি তাবদা ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা ফাইরেন ২৮নি পানবা ইরাই নুমিত্তা মৈতৈ লানমী তেঙ্গোল পুরগা ককচিংদা লানবন শাহনা ঐব্রাগা অকনবা লান থেংনবদা খুংলায় ফবা ঐব্রাগা মায়োক্লবা ভমদহনা বাজি হরিদাস. ধনলকচান অমদি নাকনবা হাজারী অহুমদা শিন্নরম্নগা ভাগ্যচন্দ্র অনৌবা লাম্মী থাজিন্নবা সনা কোন্নং পাংলক্লে। ককচিংগী লানফমদা ঐব্রানা ঈশিং ঈচাউগুম ফুজিল্লাকপহ থিংবা ভমদহনা মৈতৈ লাম্মী পুম্নমক শমজি থাইহনা চেম্নখি। পাউ অসি তাবদা ভাগ্যচন্দ্রনা মজাইবুঙো লাবণ্যচন্দ্র অমস্থং মধুচন্দ্র অনিগা লোয়ননা উশোইপোকপি তান্না লাক্লে। মহারাজনা লাবণ্যচন্দ্র, মধুচন্দ্র অনিগা লোয়ননা উশোইপোকপিদা ঐব্রাগা লান থেংনবদা মীশিং য়াম্না খুংলাই ফবা ঐব্রা তেঙ্গোগী মমাঙদা থাঙবা ভমদহনা মৈতৈ লাম্মী লাম্লিং হল্লে। ঐব্রানা তকশিল্লক্লনা থৌবাল কৈরাম্বী চীংখোংদা মৈতৈগা অমুক অকনবা লান থেংনবদা ঐব্রাগা মায়োক্লবা ভমদহনা মৈতৈ লাম্মী শমজি থাইহনা মায়কৈ খঙদনা চেম্নখ্রে। চুম্লাং পাংতা ঐব্রা লাম্মীনা ঈচল ঙাগুম কোয়শিল্লগা লাবণ্যচন্দ্র, মধুচন্দ্র মচিল মনাও অনি ফাখ্রে। নাকল অমরোমদনা ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা মনাই খুম্বোং, চন্দ্রমনি নন্দলাল মচিল-মনাওগা লোয়ননা অকনবা লান থেংবদা ঐব্রা তেঙ্গোলবু লাকচহনা রাংজিং, শলুংথেন ভাইরোংথেম্না কোনবা লম ফাগুবা তকথোক্লে। মতম অসিদা ঐব্রা তেঙ্গোলনা মচান্নুপা অনি ফাখ্রে পাউ তাবদা ভাগ্যচন্দ্র শাউখিবনা মশা থক থক নিক্লা ময়া কুক কুক চিক্লনা অকিবা লৈত্রবা মথৌনা লৈবা ভাগ্যচন্দ্রনা শগোল তোংহনা অরাম্বাই তেন্দোং থাদা য়ান মখুত্তা থাঙশাং পায়রগা মচান্নুপা অনিবু কনগে হোৎনবদা ঐব্রা লাম্মীনা পল্লোন শানা কোয়শিন্দুনা ভাকখিবনা হেক্লিনবা ভমদহনা নাংবা কায়না শগোল শামায় লৈরগা সনা কোন্নং তান্না চেল্লক্লে। ঐব্রা লাম্মীনা ঈশিং ঈচাউগুম্না ফুজিল্লকপহ থিংবা ভম্নরোই খল্লহনা মহারাজ ভাগ্যচন্দ্রনা থৌরাণী, চীংঙাখম্বী রাণী অনিনে, রাংখৈ পণ্ডিত গোপীরাম,

অয়েকপম রসমন্নচিংবা মনাই—মশক খরগা লোয়ননা সনা কোন্নুং থাদোক্লগা নোংচুপ পাংনা চেপ্লকুনা শণ্ডাইথেন্দা অহৌং অমা পল্লে। ঐরা লাম্মানা মৈতৈ নিংথৌ ফাগদবগী থোঙ্গুল লৌদুনা তান্নরক্লবদা শণ্ডাইথেন্দা পনবা য়াদদুনা ঙাপ্রুম চীংজেল লান্দুনা থারম পল্লেন্দা অহৌং অমা লেপ্লগা অমুক লাকুনা অয়াং থুল য়োরে। ইরং তুরেল লান্দুনা তাওবম থুল তারগা খেবু চীংগী হাওথুন্দা অহৌং অমা লেল্লগা অরাং পাংনা থিবোম্মৈ (কোহিমা) লোমদা লাকুনা থুনুমা তুরেল মপান্দা অরাং হাওয়াম থেংনরে। অরাং হাওয়াম্না মাবু ফারগা হাংকে তৌরক্লবদা ঐ মৈতৈ লৈবাক্কী নিংথৌনি ঈমিংনা ভাগ্যচন্দ্র কৌই হায়বদা হাওয়াম্না থাজদ্রে। ঐনা হায়রিবসি থাজদ্রগা নমিংনা য়েংজো হায়রম্লগা মথুক্তা তা পায়দুনা মবুধৌ পাথংবগী মিংলেন শোন্দুনা থেঙ্গৌরোল চোংলপা ফুট ২০ মুক পাকপা মুংপাক অমগী মথক্তা চোংথংপদা থোঙ্গুল তারে। মদু উবদা অরাং হাওয়াম্না লাইনি খন্দুনা মাবু কিরে, শাউগম্নু থেমজিল্লগা মানা চংকদবা অশম্বা লম্বী তাকুনা লমজিংবিরে। হাওয়াম্না তাকপা অশম্বা লম্বীদা মহারাজ ভাগ্যচন্দ্রনা মনাইশিংগা লেপ্তুনা লাকপনা কাছার লৈবাক য়োরকুনা কাছারগী নিংথৌ সন্ধিকারীগী কোন্নুং মাইবংদা লেঙশিল্লগা চঙজম লৌ-দুনা লৈখি। ভাগ্যচন্দ্রনা মৈত্রবাক থাদোকুনা চেনখ্রবদা ঐরানা মতম খরা ঙাকুনা লৈরিঙৈদা মোইরাং নিংথৌ খেলৈ মুংনাং তেলহৈবনা ঐরা নিং-থৌদা চঙজদুনা মাগী মখা পোনবা নিংথৌ ওইনা পাঞ্জগে হায়জবদগী য়াবিরদুনা মঙোন্দা মৈত্রবাক শিন্নরবদা ঐরা লানমী খরদং মলৈবাক্তা হনখি। খেলৈ মুংনাং তেলহৈবনা কংলা ফম্বালমক্তি কাদনা মতম খরা ঙাক শেন্দুনা লৈরগা ভাগ্যচন্দ্রগী মীচঙ ওইরম্বা মী মখৈ লোম্না হাংপা হৌরক্লে। ভাগ্যচন্দ্রনা কাছার নিংথৌগী মনাক্তা শাইদাংদুনা লৈরে পাউ তাদুনা মহারাণী ভানুমতীনা মজাইবুঙো হেমচন্দ্রগা লোয়ননা কাছারদা লাকুনা মপাবুংগী নাক্তা মতম খরা লৈরম্লগা মমা মচা অনিমক নাদুনা শিখি।

গরিবনিৱাজনা পোক্লবা মজাইবুঙো চুলভশাই, লৌক্রাকপম হাজারি, চিংঙাখম হিনাউথনবা শঙলেন হঞ্জবা শ্রীরাম মখোম্ন মরিবুম্নু মোইরাং

নিংথৌ খেলৈ নুংনাং তেলহৈবনা হাৎলে। ওল্লকপা চহীদা মোইরাং পল্লি নত্রগা কাওরেন ওস্থা পলজাও থোল্লম্বা মনাওন্নুপা চন্দ্রমনিগা নিংঙাই তৌনবদগী মনাওবুস্মু হাত্তোক্লগা য়েক্কা-হিংখং লৈতনা খেলৈ নুংনাং তেলহৈবা মৈত্রবাক্তা নিংথৌ ওইনা মনীং মথা তম্মা পাল্লক্লে। ঔরানা মৈত্রবাক্তা লান্দাহুনা মৈদিংগু ভাগ্যচন্দ্রনা মলৈবাক থাদোক্তুনা কাছার নিংথৌগী নাক্তা চঙজফম লৌহুনা লৈরিবা পাউ অসি বাঙ্গালদা লৈবা বৃটিশকী অঙম অথৌশিংনা তারবস্মু মৈতৈ লৈবাক্তা বৃটিশ সিফাই থাবগী রফম কাংথোক্লখিদে। মরমদি মতম অসিদা আফগানগী নিংথৌ অহমদ শাহা অবদালিগী মায়োক্তা লান্দানবা দিল্লিগী নিংথৌ শাহা আলমনা বৃটিশ ওফিসারদা চিঠি পীরকপদগী বৃটিশ সিফাই অয়াম্বা দিল্লিদা থাখিরম্মী। মতাং অসিদা ভাগ্যচন্দ্রগা বৃটিশকা সহী তৌনখিবা খৃষ্টাব্দ ১৭৬২ গী য়ান-চে অহুগী মতাংদা বৃটিশকা মৈতৈ নিংথৌগা মরী লৈনবগী ঈ-পাউ পুন্নমক পুমকক কক্লবগুম তৌখ্রে, লংলা-লংজিন থঙনখিদ্রে।

মতম অসিদা কাছার নিংথৌ সান্ধিকারী অসি তেখাও নিংথৌ স্বর্গদেব রাজেশ্বরগী মখা পোন্দুনা লৈরম্মী। নোংমা সন্ধিকারীবু তেখাওদা লাক্লবা কৌবদা লাক্তবদগী শাউহুনা তেখাও নিংথৌনা মাগী সেনাপতি বরবরুরা, চলাধর ফুকন, হাজারিকাগা লানমী থরগা কাছার নিংথৌগী নাক্তা থারক্লবদা সন্ধিকারী চত্তবা য়াদহুনা ভাগ্যচন্দ্র পুরগা তেখাওদা লাক্লে। কাছার নিংথৌনা শামু ময়া মরি, শামু নিপাল ফিরোললচিংবা মমল য়াম্বা পোৎচৈ কয়ামরুম তেখাও নিংথৌদা কৎলে। ভাগ্যচন্দ্রস্মু সনাগী পুথম অমা সনাগী মৈহাং অনিগা তেখাও নিংথৌদা কৎলবদা শাউরম্বা তেখাও নিংথৌ স্বর্গদেব হরাওরে। নিংথৌ অনিনা থুংলবা নুমিৎ অসিদা তেখাওগী অঙম অথৌ শুনা তিন্দুনা তেখাওগী অফাওবা ঈশৈ শকপশিং কৌরগা ঈশৈ শকহল্লে, আসামগী শুমাং লিলা রাবন বধ শান্নহন্দুনা য়েংমিন্নরে। নিংথৌ অনিনা স্বর্গদেবদা মৈতৈনা ঔরাগা লান থেংনবদা তেঙবাংবিয়ু হায়জবদা য়াবিরহুনা ভাগ্যচন্দ্র তেখাওদা থনম্লগা সন্ধিকারী

মরৈবাক্তা হল্লক্লে। ভাগ্যচন্দ্রনা মতম খরা লৈবসিদা তেখাও নিংথৌ স্বর্গ লৈবদা ভাগ্যচন্দ্রগী মতিক মগুণ মথৌনা খঙহনগে মৈতৈ নিংথৌবু মতিক চাবা ইকায় থুম্নহনগে থল্লহুনা মবুথৌ পাখংবনা নিংথৌগী শামু য়াইশা অমুক্তা ভাওদবহু মচুম তাহুনা ভাওহল্লে, মনাক্তা মী চঙবা ঙমদহুনা য়োংকী পোরোন লোন্দুনা থমখ্রে। মতম অসিদা তেখাওদা মী থাহুনা লোন্না পাউ লৌরিবা মনাইশিংগী মচিন্দগী তেখাও লৈবাক্তা ভাগ্যচন্দ্র লৈরে পাউ তাবদা খেলৈ নুংনাং তেলহৈবনা তেখাও নিংথৌদা ইবা চিঠি অমা মনাই মুপা অহুমদা শিন্নরগা তেখাওদা থারক্লে। চিঠিগী য়ারোলদি "তেখাও নিংথৌ রাজেশ্বর! নহাক্কী নফমদা মৈতৈ নিংথৌ খেলৈ নুংনাং তেলহৈবা এনা চিঠিনা খঙহনখিবনি। নিংথৌগী মনাক্তা মৈতৈ নিংথৌ শাশিন্নহুনা লৈরিবা মুপা অহু নিংথৌ শেম্বনি। মহাক মৈতৈ লৈবাক্তা লৈবা য়াদহুনা চেনখিবনি মাবু থুনা হাংহৌদ্রবদি তুংদা নহাক্কী য়েক্লবা ওইবক্কনি"। খেলৈ নুংনাং তেলহৈবগী চিঠি অহু পাবদা তেখাও নিংথৌগী মপুক্লিংদা চিংনবা পোক্লুনা অঙম অথৌ ফম্নাইবশিং কৌরগা লোন্না য়া তান্নবক্লে। মৈতৈ নিংথৌদি লাইগী মচা-মগুনি হায়নৈ মহাক অশেংবা মৈতৈ নিংথৌনি খঙননবা নিংথৌগী শামু য়াইশা মনাক্তা মী চঙবা ঙমদহুনা য়োংকী পোরোন লোন্দুনা থম্লিবা অঙাওব শামু অসি কাংজৈবুংদা থাদোক্লগা ভাগ্যচন্দ্রবু মীয়ামগী মমাঙদা ফাহনসি। অঙাঙবা শাহুহু ময়া পায়হুনা ফাবা ঙম্নবদি মৈতৈ নিংথৌ অশেংবনি খঙনসি শেংদ্রগা শামুবু হাংহনসি লেপ্লরে। তেখাও নিংথৌনা মনাই থাহুনা ভাগ্যচন্দ্রবু কৌরগা মাগী অঙাওবা শামু য়াইশাহু খরা তেহনবিয়ু, ঐ তোংবা কিরে হায়রক্লে। লানফমদা মচানুপা অনিবু ঔন্নানা ফাখিবগী মথল্লায় য়াহুনা লৈবনে, য়েক্লবনা মরৈবাক মুলহৌহুনা লান চেল্লকপগী নুংঙাইতবনে, মনাক্তা মী চঙবা ঙম্নদবা অঙাওবা শামু ফাও হায়বসিদা ভাগ্যচন্দ্র হায়ফম তৌফম খঙদহুনা ঙাহাক মরু লুক্লুনা তরেৎ তরা থোক্লা য়াখল তৌক্লরগা মৈতৈ নিংথৌ মচাশিংগী মতিক-মথৌনা মরিংজেল

মহাক থক্তা ময়েং তাহনবা য়াদে, ঙম্লে অঙাওবা শামু ফাহগা মীরৈবাক্তা মিংচৎ থনমগে, ঙমদব থোক্লে ইশৈবাকীনি থরায় থাদোক্কে হায়না মপুক-নিংদা চপ য়ুংনা লেপ্লে। ভাগ্যচন্দ্রনা তেথাও নিংথৌ য়েংলগা "মহারাজ রাজেশ্বর! নহাক্কী নরৈবাক্তা শাইদাংতুনা নরল-নথুম চাতুনা লৈবনিনা নহাক্না হায়বা পুন্নমক ঐনা তৌবা তাবনি, অতুনা হয়েং মীয়ামগী মমাঙদা নহাক্কী অঙাওবা শামু য়াইশাতু ময়া পায়তুনা ফারগা তেহনগে" হায়-রক্লে। ভাগ্যচন্দ্রগী ৱাতু তাবদা তেথাও নিংথৌ হরাওরে, অঙম অথৌ-শিংস্তু মথরায় ন্থুংঙাইরে।

ভাগ্যচন্দ্রনা তেথাও নিংথৌগা বিদাই তৌনরগা মাগী লৈফম তান্না হল্লক-পদা লম্বীদা চৎলি হায়বতু মঙাইরে ৱাখলনা লাঙ্গোই চনখ্রে, খোঙথাং খুদিং খুরৌ চল্লক্লে। মবুঙোনা মায়থোং লাংশিন্না চঙলকপতু উবদা রাণী অনিদো ন্থুংশা থীরে, চঙশিল্লগা মেঙলবা ৱাহৈনা তেথাও নিংথৌগী করম্বা অকনবা ময়াথং লৈবগে, ননাইন্থুবা ঐথোয় অনিস্ত ইনিংথৌগী অৱাবা শরুক য়াজগে হায়রক্কে। মীনা লীংবনা অমা লাইনা তম্বনা অমা হায়নবতু ঙসি ঐঙোন্দা থোক্লে। ঔৱাগী কৈশুমশঙদা লৈরিবা ইচান্থুপা অনিগী লমন খুমগে, মৈতৈ লৈবাক্কুগী ঔৱাবু তান্থোক্কে থন্দুনা ইমান্নবা তেথাও নিংথৌদা চঙ-জফম নিতুনা লৈবসি অরেম্বা ওইরে। হয়েং কাঙজৈবুংদা নিংথৌগী অঙাওবা মনাক্তা মী চঙবা ঙমদবা শামু য়াইশাতু ময়া পায়তুনা ফারগা তেহনবা তারি। লাইবকথীবা ভাগ্যচন্দ্র ঐনা মীলৈবাক্তা শিরবা তুংদা নখোয় অনিনা ঐগী ইতুং ইনগে থনগন্থু। ইলৈবাক্তা হন্দুনা ঔৱাগী কৈশুমশঙদা অৱাবা থাঙতুনা লৈরিবা পারি ইবুঙো লাবণ্যচন্দ্র, মধুচন্দ্র অনিগী খোঙ্গুল লীরুচো। মপা ঐদি ইচা অনিগী লমন খুম্বা ঙমদনা মীলৈবাক তেথাওদা পুন্সি লোম্মু নোংদম্বা মানা তমথ্রবনি। অসি হায়রম্লগা মচাগী মৈচাক্না থম্মোয় পুবা য়ারক্তবোই ভাগ্যচন্দ্র পোইরে মৈতৈ সনা লৈবাক ওল্লগা মচা অনিবু কৌতুনা নোং খোংবগুম কপ্লক্লে। মবুঙোগী মতৌ উবদা রাণী অনিতু থম্মোয় পুবা য়ারক্তুনা মিৎলু অনিদা

তত্তনা পিরাং শিঙ্গুরগা ইমাগী ইবুঙো লাবন্যচন্দ্র, মধুচন্দ্র নথোয় অনিদি ঔরাগী কৈশুমশঙদা ওন্থোক্লা রানা লৈরিনিদকো হায়না মচাবু কৌদুনা হিক্লা হিক্লা কপ্লক্লে। নিংথৌবু ভাক-শেল্লিবা মনাইশিংসু পাউ অসি তাবদা মথৱায় রাখিবনা চিনবাল মথক-মখা কংনখ্রে। তুমিৎ অদু নিংথৌ রাণীদা নত্তনা মনাইশিংসু চাগনি থক্কনি খন্দনা মথৱায় রানদুনা মাগী মাগী তুমফম কাদা তুমিন তুমিন চঙনখি. রাখলনা তুম্বা য়ানখিদে। ভাগ্যচন্দ্রনা চাগনি থক্কনি খন্দনা ফম্মংদা ফক থারগা ফমদুনা লৈরে, পোথাগে হিপকে নীংখিদে। মৈতৈ লৈবাক্তা লৈহৌরব ময়াম্বুং গৌর-শ্যামগী হাক্তকুগী সেবা চৎতুনা লাৎচরক্লবা রাধা রমণ ইবুঙো ইবেম্মা অনিবু নীংশিংদুনা মিৎলু নাপোম থিংঙমদ্রবা পিরাংনা থুমহৎতুনা "হা রাধা রমণ তোল্লবগী মবুঙো মনাইনা রারিবসি লাপ্লবসু নক্লবসু ইবুঙো-ইবেম্মা অনিদি উবিরিবনি" হায়না রাধা রমণবু কৌরগা হিক্লা হিক্লা কপ্লক্লে। শাংলবা অহাং অদু ভাগ্যচন্দ্র মিৎকুপ অমত্তা তুমদনা রাখলগী সমুদ্রদা তাউদুনা চাংজৌ মাপা থঙদনা রাবগী মপাল নাইদরে, কপ্লগী লোইবা লৈতরে। নোংঙাল্লমদাইগী ঈংলবা নুংশিৎনা মশাদা য়ৈ-বদা ভাগ্যচন্দ্র খঙহৌদনা উরোল-উরোল তুমথখি। লাপ্পা-নকপা লৈতবা থম্মোয় শেংনা পুক্নিং শেপ্তুনা নীংজবা মনাইগী নাক্তা লেৎদনা লৈবিবা মনাইনা রাববু উবিবা মপুনা মনাইগী নীংবা পুক্নিংবু থুংহনবিরগে খল্লদুনা নীংথিজরবা ফিজেৎনা লৈতেংবা মবুঙোগী কোক্তা ধরা-চুড়া, অমদি খুত্তা বাঁশি পায়বা মোমোন নোকপা মীনোক্লা তাইবং জীববু শুমহৎপা শ্রীগোবিন্দগী নীংথিজরবা মুর্ত্তিনা ভাগ্যচন্দ্রগী মমঙদা লেঙবিরকুনা মমাঙদা লেপ্লগা মোমোন নোকপা চিনবান্দগী থোক্লকপা মেঙলবা খোনফম্না "মহারাজ ভাগ্যচন্দ্র, করিগী রারিবনো? নহাক্কী নতিক-নগুণ অশেঙবদু তেথাও নিংথৌদা খঙহনগে খুন্দুনা ঐনা নিংথৌগী শামু য়াইশাদু ভাগ্‌হনবনি। অঙাওবা শামু য়াইশাদু ঐ ফাবিগে। নহাক্কা মীলৈবাক্তা অরা-অনা থাঙদুনা লৈবসি মতম কুইরে, ঐগা লোয়ননা মৈতৈ লৈবাক্তা চৎলসি,

নিংখৌ খুভম হনজিঞ্জরো।" মবুঙোগী রাজু তাবদা ভাগ্যচন্দ্রনা চরণ শোক্লা থুক্রুম্লগা "হে গোবিন্দ ইবুঙো. নহাক্না মৈত্রবাক্কী নিংথৌ ওইবিয়ু, ননাইনা ভাণ্ডারী ওইজগে" হঙ্গৎলক্লে। "নহাক্না ঐবু মৈত্রবাক্কী নিংথৌ ওইয়্ হায়রবদি ঐগী মুর্ত্তি অসিগা মান্নবা শাউ। ঐ কাইনা চীংদা থৈবোং পাশ্বী ওইনা হৌদুনা ভাইরমগে।" অসি হায়রম্লগা শ্রীগোবিন্দ মাঙ-থোকখ্রে, ভাগ্যচন্দ্র মিংকপ থোরক্লে। মমঙদা উখিবা নীংথিজরবা শ্রীগোবিন্দগী মুর্ত্তিদু থম্মোয়দা ময়েক শেংনা মমি তাখিবদু নীংশিংলুবদা প্রেমগী ইথক হৌরকুনা মিৎলু অনিমক চোৎলক্লে, মখোল থোক্লা হিক্লা হিক্লা কপ্লক্লে। মবুঙোগী মিৎকপখোল অদু তাবদা উরোন উরোন তুম-থক্লরবা রাণী অনিদো মিৎকপ থোরক্লনা হৌগৎলক্লগা মুংশাথীবগা লোয়ননা সনা নাক্তা চঙলক্লে. মবুঙোদা হঙ্গৎপদি ভমদদুনা চপ লেপ্তুনা মরু লুক্লুনা লৈরে। মনাইনুবী অনিগী মতৌদু উবদা ভাগ্যচন্দ্র মোমোন নোক্লগা ইবেম্মা অনিমক, ভসি ঐগী মঙদা শ্রীগোবিন্দ লেঙবিরক্লুনা হয়েংগী শামু য়াইশা অঙাওবদু ফাবিগনি রাক্লরগনু তাকপিরম্মী। অদু-দম্ব নত্তনা মপু-মনাইনা ভাঙনখিবা রারম পুম্নমক অদু রাণী অনিদা মথং-শিৎনা তম্বদা ইবেম্মা অনিদো হরাওবগী ভমখৈ লৈখিদ্রে, নুংঙাইমন-খিবনা মিৎলু পিরাং ইহৌনরক্লে।

মৈতৈ নিংথৌ ভাগ্যচন্দ্রনা শামু য়াইশা অঙাওবা ফাগনি হায়বগী পাউসে তেখাও লৈবাক শিনবা থুখ্রে। তেখাও প্রজা মীয়ামদো অয়ুক্কী চাকভল চারগা কাংজৈবুংদা শামু ফাবা কুম্মৈ য়েংগদবগী তিল্লক্লে, মীভনা ফিভৌ ফোখ্রে। তেখাওগী মীয়াম্না শোং তৌরে, পল থারে, শগাই মথক্তা তেখাও নিংথৌ স্বর্গদেব মনাইশিংগা লোয়ননা লেঙথৎলে। নোং—ঙানবগা ভাগ্যচন্দ্র মহারাজ হকচাং শেংদোক্লুনা ঈরু-মায়থজরগা মাঙ্গোন্দা হৈরুক তাঙ্গা পানা তাঙ্গা লৈচন শুনা লেংবা ফজরবা লৈ পরেং তাঙ্গা মথক্তা হাপ্লগা ধুপ-থাউমৈ থাদুনা ভরাং মমঙদা উখিবা শ্রীগোবিন্দগী মুর্ত্তিদু থম্মোয়দা নীংশিংলগা মথুৎ লোম্নদুনা কৎলগা থুক্রম্লে। অয়ুক্কী

চাক্লেন চারগা থামেন চৎপা কৈক্তোম শোংলে, রেশম ফুরিৎ কুন্দো থিনবা সনানা ফিবান চেনবা ফুরিৎতু লিংশিল্লে, লংথাং খুৎলৎ ফি য়েৎলে, সনা খুজ তাল শিরগা শ্রীগোবিন্দদা কৎপা নির্মলা লৈ পরেং অদু মরাইৎক্তা কৎলগা মণ্ডকশমদা শিজিল্লে। থম্মোয়দা মালা কোন্দুনা ব্রাংথৈ পণ্ডিত গোপীরাম, অয়েকপম রসমন কৈরুংবা অনিনা সনা থৌগল তৌরগা পুংফম খেনফম চানা যাত্রা তৌদুনা কাংজৈবুং তান্না লাক্লুনা তেখাও নিংথৌগী মনাক্তা চঙলক্লে। ভাগ্যচন্দ্র লাকপা উবদা শগাই মথক্তা ফম্লিবা তেখাও নিংথৌ রাজেশ্বর শগাইদগী কুমথরক্লগা নিংথৌ অনিদু নুংশিননা লেঙ্গোন্নরে। মতম অসিদা তেখাওগী মীয়াম্না ভাগ্যচন্দ্র উবদা হরাওনা নীল খোংদুনা লাউনরকপা মীয়ামগী মীখোল তাবদা মচুম তারিবা শামু য়াইশাদু ঙাওবা হেনগৎলক্লুনা খেক্লা লাউনা খোংলগা য়ে ৎকী পোরোন থুদেক্কদৌরে। তেখাও নিংথৌনা মনাইশিংদা শামু থাদে ক্লো য়াথং পিরম্লগা শগাই মথক্তা লেংখৎখি। শামুগী থোঙ পুরিবা মনাইশিংনা য়োৎকী পোরোন অদু শৎলগা থোঙ হাংদোকপদা মন্নুংদা লৈরিবা অঙাঙবা শামুদো মপান্দা থোরক্লে। মীয়ামগী মীখোল তাবদা ঙাওরবা শামু য়াইশানা শামান্নবা উবদা শামান্নবা লাকপদা শাথেংগে মতাগুম অশাউবনা মাঙওইনদুনা খেক্লা লাউনা খোংদুনা শাউনা লাকপদু উবদা শ্রীগোবিন্দনা মাঙদা লেপ্লিরি, তুংদা মবুঙোগী থৌগল তৌজরি মপুক্লিংদা থন্দুনা ভাগ্যচন্দ্রনা করিসু নাচুদনা শামুগী মনাক্তা চঙশিল্লক্লে। অঙাওবা শামু অদুনা ভাগ্যচন্দ্রবু হাৎলগে মতাগুম খোঙথাং লাউনা থাংদুনা চঙশিল্লকপনা মনাক য়োগদবা লম মরি মঙারোমদা ঙায়রক্লবদা হৈনম্না চুরবা লৈনম্না হারবা শ্রীগোবিন্দগী অঙ্গগন্ধ চেনবা নুংশিরবা লৈ পরেংগী লৈনম অদু নুংশিৎনা হুমদুনা শামুগী মনাতোন্দা ফংবদা ঙাওরম্বা শামু অদু থঙহৌদনা মশা পুম্বা তু চুংলে, চপ লেপতুনা মম্রিৎ অনিক্ত কুপ্তরমথৈ ভাগ্যচন্দ্রদা মুন্না য়েংদুনা লৈরে। জীববু নুংশিবিবা ধর্ম্ম লৈবা মীনুংশি থঙবা ভাগ্যচন্দ্রদু শামুগী মমিত্তা শ্রীগোবিন্দগী নুংশিরবা মুর্ত্তি ওইনা

উরদুনা মচুম ভাদুনা ভাওরবা শামু অদু মন্তনা শুন্ধৎতুনা তেহনবগুম মমিং তুধরক্লে, মনা লেকথরক্লে, মমৈ অদু চামরগী মতৌগুম তপ্পা তপ্পা হাইরক্লে। ভাগ্যচন্দ্রনা শামুগী মনাক তাম্না চঙশিল্লকপদা চাউরবা শামু য়াইশাদু খুমাং অনি কুম্হদুনা ময়া অনিনা লৈপাক্তা য়ৈশিল্লগা মনাতোল্লা রাংনা থাঙ্গৎতুনা মবুঙোগী থোগল তৌগদবগী ভাইরক্লে। ভাগ্যচন্দ্রনা শামু অদুবু মুংশিনা নানবিরগা মানা পীবা খুদাদা কাথৎপদা মবুঙো শ্রীগোবিন্দনা মথক্তা লেংখৎলে থল্লদুনা শামুনা মথহায় মুংঙাইনা খোংলগা হৌগৎলক্তুনা মীয়ামগী মমাঙদা লেম্নবগুম নোম্না নোম্না কাংজেবুং থুংনা চৎলক্লে। ভাওরবা শামুনা খঙহৌদনা তেথখিবদু উবদা কুম্মৈ য়েংলবা মীয়াম্না ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা জয় ওইরে হায়না লাউনরক্লে। ভাগ্য-চন্দ্রনা শামু তোংলগা তেথাও নিংথৌগী মনাক্তা লাকপদা তেথাও নিংথৌ শগাইদগী কুমথরগা মথুং থাঙ্গৎলক্তুনা চঙশিল্লকপদু উবদা ভাগ্যচন্দ্র শামুদগী কুমথরগা নিংথৌ অনিদু মুংশিননা লেঙ্গোম্নরে। লাইগী মচা ধর্ম্ম চেনবা মৈতৈ নিংথৌ নঙোন্দা ঐনা লংজখিবা ইরাল ভাকপিয়ু হায়রক্লবদা ভাগ্যচন্দ্রনা মহারাজগী করিস্নু দোষ লৈতে, পুম্নমক ইবুঙো মাগী থুজিল থোরাং ভাক্তনি, ভাইবং মী ঐখোয়না খঙবা ঙম্বা নত্তে খুম্লক্লে। তেথাও নিংথৌনা লৈবাক মীয়াম মমাঙদা ঙসি ভাগ্য-চন্দ্রগী মহারাজগী মমিং জয়সিংহ থোনজরবনি হায়রকপদু তাবদা ভাগ্যচন্দ্র মথয়ায় মুংঙাইনা য়াকখি। অসিদগী নিংথৌ অনিদু তেথাও কোঙ্গুং তাম্না মনাইশিংনা থোগল তৌরগা লাকমিন্নদুনা ফমফম অংতুদা ফংমিন্নদুনা হরাওনা চামিন থকমিন্নরগা মৈতৈ লৈবাক্তা লান্দাদুনা ঔন্না তান্থোক্লবা বা থন্নবা হৌরক্লে। তেথাও নিংথৌনা মহারাজ জয়সিংহগী মক্তেঙ পাংনবা তেথাও লম্মী কয়া পীয়ুগে কৈদৌটৈ থাসিগে হংলক্লবদা ভাগ্যচন্দ্রনা ঐ মৈতৈ লৈবাক্তা অমুক্তা চৎতুনা প্রজা মীয়াম্না ঐবু মুংশিবিরম্লবদি মৈতৈ লৈবাক্তগী ঔন্না তান্থোক্লবা লান্দাগনি, করিগুম্বা মুংশিবিরমদ্রবদি ঐ মৈতৈ লৈবাক্তা অমুক হল্লরোই, মহারাজগী তেথাও

লৈবাক অসিদা পুন্সি লেল্লগে হায়রক্লে। মাগী রাজত্বদু তাবদা মবুক চল উবদা তেথাও নিংথৌ স্বর্গদেব রাজেশ্বরগী মপুক্সিংদ ভাগ্যচন্দ্রবু থাংগৎখি। তেথাওগা চহী মৌরৌনদুনা মুংশিননা পানমিন্নবা ময়াম্মুং গৌরশ্যাম্না পোকচবী ফোংদা লোকপীব স্বর্গদেবদা থাজরে, তেথাও নিংথৌস্ হরাওনা য়ারে।

ভাগ্যচন্দ্রনা লোইবী হাওগী মশক মান্নবা থুবোম য়াই খুদাং য়াই শিদুনা চরৈ ফিমু শেৎলগা মখুত্তা তা পায়দুনা মৈতৈ লৈবাক্তা থোরক্লে। খেবু চীংগী চীংথক মুংনাংনা শমচেৎ লোনব শেম্বাংনা মায়কুরুনা পাইত্তমদবা ও ন্থক শাবা চীংদোন্দা কাখৎলগা পোকফম লমদম মুংশিবী পোইরৈ মৈতৈ লৈবাকপু য়েংবদা ভাগ্যচন্দ্র মহারাজগী মিৎলু নাপোম অমিদা পিনা ঈথক হৌরক্লে। চিংঙ নোংজ্রেন পাখংবা তুবি নৈনাপুং লাইরেন লুনা রাং ইবুধৌগী নমু লাইবক চাউবা ভাগ্যচন্দ্রনা মৈতৈ লৈবাক্কী নিংথৌ ওইগনবা লৈরবদি থৌদু নুংপাক থক্তা খোঙ্গুল তাহনবিয়ু খুদম চাংদম থত্তজগে। ওইরোইদবা লৈরগনা চীংদোন্দগী ওন্থদুনা থর য় থাজগে হায়না মবুধৌগী মিংথৈ শোন্দুনা মখুত্তা তা পায়রগা খৌশারোল কায়দনা চোংকল্লগা পৌদু নুংপাকথক্তা চোংথৎলে। মবুধৌগী থৌজালদগী কল্লবা থৌদু মুংপাক্তু লৈখোমগুম পেৎহল্লবোই মাগী খোঙ্গুল তারে। মদু উবদা ভাগ্যচন্দ্র মথল্লায় নুংঙাইরদুনা অরাব থিদনা অরাম্বা থত্তদনা ইরং তুরেল লাল্লগা লম্মাংদোং পাংলক্লে। লোইবী চীংলোন মাপল লান্দুনা লাকপদা লম্বীদা থেংনবা হাওখুলশিংদা চঙলগা হয়েং মানা ঐরাগা লান থেংনবদা মতেঙ ওইনবা লোইবী হাওয়াম খোমগে মপুক্সিংদা থল্লদুনা খুল্লাকপশিংদা মাগী মশক লোৎতুনা রারী কয়া শাম্নরম্মী। অম্মুম্না লেপ্পুনা লাকপনা লম্মাংদোং কৈথেল য়ৌরক্লে। মাবু মশক খত্তব্রা খত্ত-দবরা য়েংগে মপুক্সিংদা থল্লদুনা কৈথেল মঙ্গুংদা চঙলকপদা পোৎয়োনবী নুপী ময়াম্না মাবু মুম্না য়েংলগা ইবুং হাওবা নহাকপু করি খুলগী হাওবনো, নমিংনা করি কৌবগে, মৈতৈ লৈবাক্কী ইমিংথৌ ভাগ্যচন্দ্রগী চেংলৌ

শক্তম মানখ্রেদা। ইনিংথৌদো, মৈতৈ লৈবাক থাদোক্লুনা মীলৈবাক্তা লাঞ্জেনখ্রে। মহাক্না অমুক্তং নিংথৌ ওইহনা পাল্লরবদি মুংঙাইথ্রনিদকো হায়নরক্লে। পোৎয়োনবী ইমা ইবেলশিংনা মাবু মুংশিনা শোনবিবহ্ন তারগা ভাগ্যচন্দ্রনা পলেম মানবী ইমাথোয়, চীংদা তোংবা হাওবনি, মৈতৈ নিংথৌগা চেংলৌ শকমাল্লৈ হায়বিগন্নু তৌহৈদে হায়রক্লে। মাগী মরাইহ তাবদে মশক উবদা মুংশিবনে পোৎয়োনবী ইমা ইবেলশিংনা মানা মানা য়োম্লিবা অচাপেংশিং অহ্ন থায়নরগা হাপ্লিরে। ভাগ্যচন্দ্রনা পোৎ-য়ামহ্ন য়োমশিন্দুনা পুরগা নিংথৌখোং তান্না লাক্লুনা মাগা রামিন্নরকপা মনাই থুম্বেং চন্দ্রমনি নন্দলাল মচিল-মনাওগী খোঙ্গুল লৌরক্লে লাঞ্জেনফম থিরক্লে। মনাই অনিগী লৈফম খিবা ফংলক্লবদা হন্নুবী লুখ্রাবীনা য়োক-চবী নিংথৌখোং নিঙোল কেশোরীগী য়ুমদা থুগা লানবা হাওবা শাহনা থুংলগা মুমিৎ মঙানি লৈরম্মী। কেশোরীনা ভাগ্যচন্দ্রগী সেবাদা মপুক্লিং চঙবহ্ন উবদা পেল্লহনা মাগী অশেঙবা মশক তাক্লগা নজাইবুঙো অমা ফংজরো হায়হনা থর পীবিখি। মনাই অনিগী লৈফম খিবা খঙদ্রবদা ভাগ্যচন্দ্র ক্বাকৈথেল তান্না লাক্লুনা মাগী মরূপ কবিচন্দ্রগী ময়ুমদা চঙলক্লে। লোইবী হাওগী ফিজেৎ শৎতুনা মশক ওংম্বাক্লগা মুনিদাংদা শুমাংদা লেপ্ল-রবদা কবিচন্দ্রহ্ন মবুঙোনি খঙদ্রে। হান্না মরূপ ওইরম্লবসু হৌজিক ঐগী মী ওইরিব্রা ওইদ্রবরা খঙনিংহনা ভাগ্যচন্দ্রনা মথোল শেমহনা ইপাং কায়-নরবা লোইবী হাওবনি, ঙসি অহাৎ অসিদদি ইপাগী য়ুমদা থুংজরগা হয়েং নোং হেক ঙানবগা ইথুলদা চৎচখিগে হায়রক্লে। মহাকী ঙাঙথোরকপা মরাইহ অহ্ন তাবদা মপুক্লংদা চিংনরহনা কবিচন্দ্রনা ইমুংদগী উচান মৈরা লোথোকলুরগা য়েংবদা চেংলৌ শকফমদি মাক্লে, ফিজেৎতি চিংনরে। ওইথংবা থুবোমদা পকপা চা অহ্ন লৈত্রা চেপথহনা য়েংবদা লৈরম্লবদা মবুঙো ভাগ্যচন্দ্রনি খঙলহনা মথুৎতা পায়রিবা উচান মৈরাহ্ন থাদরগা মথুৎ অনিনা মবুঙোগী মথোঙ কোল্লগা কবিচন্দ্র অঙাওবগী মতৌঙুম নোং খোংবগুম কপ্লক্লে। মনাইগী মতৌ উবদা ভাগ্যচন্দ্রসু মিৎলু পিরাং

ঈহৌরক্লে। কপ্পা থাঙলগা ভাগ্যচন্দ্রনা মনাইবু মখুৎ পায়দুনা ইমুংদা চঙশিন্নরগা মতম কুইনা কায়নকরবা মপু-মনাই অনিচু চেৎনা কোম্নদুনা কপমিন্নরে। অসুম্না ভাহাক কপমিন্নরগা মবুঙোগী চানা থরুবা থৌবাং তৌদুনা চামিন্নরে। অহীং চুপ্পা তুম্দনা মপু মনাই অনিদো হৌখিবা থৌদোক ব্রাথোক কয়া হৌদোক্লদুনা ব্রারী শান্নরে। মপাবি শ্যামচন্দ্র মধুচন্দ্র অনিগী মপাউবু হংবদা হৌজিক ফাওবা কৈন্সুংঙ্গ অরাবা থাঙলি হঙ্গৎলে। ইমুং অসি হেক ভানবগা ঐ তেথাও লৈবাক্তা হল্লগা তেথাও লাম্মী পুরক্লুনা লান্দাংগে, নহাক্না খুম্বোং চন্দ্রমনি নন্দলাল মচিংশ মনাওবু লোম্না খিরগা নখোয় অহুম্না ঐবু ওক্লম্মু হায়না কবিচন্দ্রদা চেৎনা পুকমেন পাওমেন্নরম্নগা নোংভাল্লমদাইদা হৌগৎতুনা ভাগ্যচন্দ্র তেথাও লৈবাক পাংলক্লে। অয়ুক নুংথিল মুংদাং থাক্লনা তুম্বা চাবা চঙদনা অশম্বা লম্বী হংল হংলদুনা লাকপনা তেথাও লৈবাক য়ৌরক্লে।

তেথাও লৈবাক্তা মতম থরা লৈরগা স্বর্গদেব রাজেশ্বরগা ভান্নদুনা তেথাও লাম্মী ৮০,০০০ পুরগা মৈতৈ লৈবাক্কী ঔরা ভাম্থোক্লবা লাকপদা লম্বী খোং ফত্তবনে, লমশাং চৎপগী ব্রাবনে লাম্মী ময়াম্বা মিরাপ তুরেল তোর্বান্দা থনম্লগা মশা-মউ ফবা লাম্মী ১০০০০ পুদুনা ভাগ্যচন্দ্র মৈতৈ লৈবাক্তা থোরক্লে। মতোল ইবুঙো সেনাপতি, খুরাইর কপা মনাও হুবুঙো ভবানন্দ, মোইরাং মশেম্বনিংবনা মহারাজবু ওকপা লাকপদা লম্মথাংদা থেংনদুনা শঙাইথেন্দা লানবন শাদুনা লৈরে। মতম অসিদা খেলৈ মুংনাং তেলহৈবদি ঔরাদা লুহোংবা চৎখিদুনা লৈরমদে। থারম লবুক্কী অরাং থংবা মায়কৈদা তেথাও লাম্মীনা লানবন শারে, মথাদনা ঔরা লাম্মীনা তেঙ্গোল শাদুনা লবুক ময়াইদা অকনবা লান থেংনরে। মচানুপা অনি কায়নরগী মৈশা লাংলবা ভাগ্যচন্দ্রনা লাঙ্গোই শগোল তোংদুনা মথুৎতা থাঙশাং পায়রগা ঔরা লাম্মী মরক্তা শগোল থৌজিন্দুনা তঙ্গোল চাইথায়হুনা হাংলক্লবদা ঔরা লাম্মী অমনা পাকথরগা চঙলক্লুনা ভাগ্যচন্দ্রনা তোংজিবা শগোলগী থুদুংদা থাঙনা য়ানবদা শগোল তুরে, ভাগ্যচন্দ্র লৈমায়

থক্তো ওন্থরে। থৌনা ফবা ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা লোংনা চোংখংলক্তুনা লেপ্লগা মাবু হাংকদবগী চেনশিল্লকপা ঐরা লুচিংবা অহু হংলগা থাওলেন নোংথাং কুপ্পগুম হাইর হাইরদুনা মাক য়েংতা লৈবা ঐরা লাম্মী ময়ামদো য়েন্দম থরাক শোইবগুম মৌবী পোমশং য়ানবগুম হাংলক্লে। লবুক লময়াইদা অশিবা ঐরা লাম্মীনা পোইন্নু থাদা ফোবোম তাবগুম ঐরা লাম্মী ময়াম শিহুনা তারিবহু উবদা ঐর লাম্মী পুম্নমক লানফমদগী কায়হুনা চেল্লে। লানফম অহুদা মোহ্বরাং মশেম্বনচিংবা লাম্মী থরা শিজরবম্ভু ভাগ্যচন্দ্রনা লান মায় পাক্লে। ঐরদা লুহোংবা চংলুবা খেলৈ মুংনাং তেলহৈবনা হল্লকপদা ময়ু য়ৌদ্রিবৈদা মাবু ওাইহুনা লৈরিবা খুম্বোং চন্দ্রমনি নন্দলাল মচিল মনাওনা তান্নহুনা থারি লবুক লময়াইদা হাংলগা কণ্ডশঙদা লৈরিবা লাবন্যচন্দ্র মধুচন্দ্র অনিবু পুহুনা লাক্লগা মহারাজদা কংলরে। মতম কুইনা কাযনরুরবা মচাম্নুপা অনিবু চেংনা কোনবিরে। ঐরা লাম্মীনা কায়হুনা মলৈবাক্তা চেনখ্রবদা ভাগ্যচন্দ্রনা মৈতৈ লৈবাক্তা নিংথৌ ওইহুনা শওাইথেন্দা কোম্নুং শেম্লগ পাল্লে। মতম থরা লৈরবা ফওবদা ঐরানা অমুক হন্না লান্দারকত্রবদা খৃষ্টাব্দ ১৭৬৮ শজিবু থাদা শওাইপরৌদা হোংলে। লান লোইরবদা তেখাও লাম্মী পুম্নমক মলৈবাক্তা হুলহন্থি। চহী আসদা তেখাও নিংথৌ স্বর্গদেবদা থাজখ্রবী ময়াম্নুং গৌরশ্যামনা পোকচবী মজাইবেম্মা ফোংদা লোকপীবু বীরমনি, হাওবম বিষ্ণুরাম, লোইতোংবা কৈরুংবা অহুমনা তেখাও তান্না থিল্লুই। তেখাও নিংথৌনা শামু তরুক খুদোলপোং ওইনা পিরকই। মশক মতৌ চঙ-খোনবী মজাইবেম্মা ফোংদা লোকপীবু শজি মিংতা তানা ফজ্জে হায়হুনা তেখাওনা কুরঙ্গনয়নী মমিং থোনথি। য়েক্লবগী মথুক্তা তাখ্রগদবা তেখাওগী সিংহাসনবু মহাক্কী মরৌশিং অমদি মথৌনানা কনবগীদমক্তা আসামগী ইতি-হাসতা শীংথানরিবী মমিং চংশী রাণী কুরঙ্গনয়নীনি।

ঐরাগী লানওং খুওদবদগী মফম অমদা নিংওাইদনা লৈবা য়াদহুনা লানগী খুদোং চাগদবা মফম য়েংলগা লৈবনা ফগনি খল্লহুনা খৃষ্টাব্দ ১৭৬৯ দা

ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা মতম খরগী ওইনা চজিংদা কোন্নুং শেংদুনা লৈরে। মতম অসিদা হাওবম কৈবিরামনা থুজিল থৌরাংদগী ঔরাদা শিন্ন ইদুনা লৈব ঘনশ্যাম অমসুং মোইরেংজম যুগিন্দ্রো। অমনন ঔরা লাম্মী নেক্রগা মৈতৈ লৈবাক্তা লান্দারক্লবদা লাম্মী মতিক চাদবদগী লান থায়েক্লবা ডমদ-দুনা ভাগ্যচন্দ্র ময়াং লৈবাক্তা অমুক চেনখ্রে, হাওবম কৈবিরাম্না লৈবাক ঙাক্নুনা লৈরে খৃষ্টাব্দ ১৭৭০ দা ভাগ্যচন্দ্রগী মনাও ইবুঙো ভবানন্দনা ঔরা লৈবাক্তা চংখ্রগা ঔরা লানমী পুথোরক্নুনা মৈতৈ লৈবাক্তা লান্দারক্লে পাউ তাদুনা নিংথৌ ওইরিবা কৈবিরাম্না ঔরা লান ডকপা লাকপদা ক্রুদ্ধারোক্তা অকনব লান থেংনবদা কৈবিরাম শিরে মনাও কোকিলা-নন্দবু মৈতৈ লৈবাক্কী নিংথৌ হাপ্লম্লগা ভবানন্দদি ঔরাদা চণ্ডুনা লৈখি। মনাও কোকিলানন্দনা মৈতৈ লৈবাক্কী নিংথৌ ওইরে প উ তাবদা ভাগ্য-চন্দ্র ময়াং লৈবাক্তগী পোরক্নুনা শঙাইথেন্দা থুংলরে। ময়াম্সুং থোরকপগী পাউ কংবদা কোকিলানন্দ লম্নুনা ময়াম্সুংদা থুরুম্লগা নিংথৌ খুভং শিন্ন-ববদা ভাগ্যচন্দ্র অমুক হন্না মৈতৈ লৈবাক্কী নিংথৌ ওইদুনা পাল্লে। মতম অদুদা তখেংদা লৈহৌরিবী রাণী অনিদু মনাই থাদুনা লৌথোকহল্লুই। মহাক্না নিংথৌ ওইবা চহি ফাঙ্ক্রিদৈদা খেলৈ মুংনাং তেলহৈবগী মচানুপা মান শেনবনা ঔরা নিংথৌদা মপা হাংখিবগী লমন শিংবিয়ু হায়জক্লবদা য়াবিরক্নুনা ঔরা লানমী থারক্নুনা মৈতৈ লৈবাক্তা অমুক লান্দারক্লে। মীশিং য়াম্না ঔরা লানমীগা লান্থেংনবদা মায়থীদুনা খৃষ্টাব্দ ১৭৭২ ফাই-রেন নিনি পানবদা ভাগ্যচন্দ্র কাছার তান্না চেনখ্রগা তেখাও লৈবাক য়ৌখি। মৈতৈ লৈবাক্ত নিংথৌ ওইবা য়াবা মতিক চাবা মীওই কনা কনা লৈবগে হায়না ঔরা লানমী লুচিংবনা থিরক্লবা পুখ্রম্বমচা রাংথৈ বিনোদ্রাম্না থোরক্নুনা ঔবু নিংথৌ হাপ্পিয়ু মৈতৈ লৈবাক ঙাক্নুনা ঔরাগী মথা পোম্না লৈগে হায়জরবদা মাবু মৈতৈ লৈবাক্কী নিংথৌ হাপ্লম্লগা ঔরা লানমী পুক্লমক মরৈবাক্তা হনখি বিনোদ্রাম্না রাংথৈ লৈকাইদা কোন্নুং ওইদুনা মৈতৈ লৈবাক ঙাকখি। বিনোদ্রাম্না নিংথৌ ওইদুনা পাল্লকপা চহী অহুম

হেন্নকপা খৃষ্টাব্দ ১৭৭৫ কালেন ৯নি পানবদগী মুমিৎ হুম্নি লেপ্তুনা অকনবা নোং চুবদগী ১২ নি পানবা থাংজ নুমিত্তা ঈশিং চাউহুনা বুম-কৈ য়াম্না থুম্লে ঈচ উহু অতুক্কা মতিক চাউখ্রে, তম্পাক্কী লমদম পূম্নমক পাৎকা চপ মান্নখ্রে, লম্বী খোং মশক উথিখ্রে, য়েংবদা অকিবা পোক্লে। য়ুমগী য়াংগেন ব্রাত্তোন উত্তোন্দা কাহুনা লৈমরে, চীং মান্দা লৈখিবশু য়াওনরে। ঈশিং মরেং তাখিবগা চাক তাংহুনা চাবা ফংদবদগী মী য়াম্না শিরে। মতম অতুগী ঈশিং ঈচাউ অহু হৌজক ফাওবা ব্রাংখৈ হাক্কী ঈশিং ঈচাওহু হায়না পাউরৌনরি। ব্রাংখৈ বিনোদ্রম্না লৈবাক ঙাক্তুনা পাল্লে পাউ তাবদা ভাগ্যচন্দ্র তখেলদগী থোরক্লুনা লোইবী চীংশাংদা তাবা চীংমী ময়াম থেম্নগা লান্দারক্লে। লান লাক্লে পাউ তাবদা ব্রাংখৈ বিনোদ্রা কিহুনা লান শোক্লদনা সোন্না ময়াং লৈবাক ৩ রা চনখি। চহী অতুগী ফ ইরেন ১৯ নি পানবা থাংজ নুমিত্তা ভাগ্যচন্দ্র মহারাজ লম্মাংদোংদা কোন্নুং শেমহুনা অমুক নিংথৌ ওইরে।

হন্দক মহারাজ ভাগ্যচন্দ্রনা লম্মাংদোংদা কোন্নুং শেমহুনা পানবসি লানগী খুদেংচাবা মফম য়েংহুনা অব্রাংবা চীংথক্তা লৈরগা ঔব্রানা লান লাক্লবশু মাইরাং নত্রগা তখেলনা লান লাক্লবশু নত্রগা অনকপা লোইবা চীংনীশিংনা চান্দারক্লবশু মাঙজোননা থঙলবদি লানগং শেম শাবা নংগনি, লান থেংনবদা খুদোং চাগনি থন্দুনা হোজিক কলেজ ওইরিবা চীংথক অন্তুদা কোন্নুং ওইরম্বনি। ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা তেথাওদগী থোরক্লুনা মতম খরা নিংথৌ ওইরগা লান্দা মায়থীহুনা তোয়না তোয়না ময়াং লৈবাক্তা চেন্দুনা লৈখিবহু ঔব্রাবু কিহুনা চেনবা নত্তে। কাছার লৈবাক্তা লাক্লেন্দুনা লৈবা মৈতৈ খরগা মাবু নুংশিবিবা মৈতৈ অমদি চীংমী খরগনা লানমী ওইরগা মহারাজ মশামক্তা অকনবা লান থেংনবদা মীশিং য়াম্বা থুংলায় ফবা ঔব্রা তেঙ্গোলগা মায়োক্লবা ঙমদহুনা চেল্লবশু ৩ান শোক্লবা লেপ্লগে মপুক্লিংদা থনখিদে। মহাক মরৈবাক নাংবা, মরিংজেল খাবা, নাংখবা পুক্লিং হোংদবা, শা-লান্দা অকিবা লৈতবা মথৌনা লৈবা নিংথৌনি।

মোইরাং নিংথৌ খেলৈ মুংনাং তেলহৈবনা তুংদা লেপ্পগা মীশিং য়াম্বা ঔব্রা তেঙ্গোলগা হন্না হন্না লাম্থেংনবদা হনবা লৈতব, মচান্নপা লাবণ্যচন্দ্র মধুচন্দ্র অনিবু লানফমদা ঔব্রানা ফাগ্রবদা মচাগী মথৱায় মাঙগনি, মহাক শিগনি থন্দনা অকিবা লৈতনা নীংহন্নবা তৌদনা মরিংজেল মখৌনা ফুদোক্তুনা হন্না হন্না লান থেংনদুনা মরৈবাকপু য়েক্লবগী মথুত্তগী কন্নবা হোৎনখিবা, মহাক পোক্লম্বদগী পিক্লবা মৈতৈ লৈবাক্লা ঙসি নোংপোক ভারতকী লমদমদা তোমখিন ঙানবা মণিপুর ঙাল্লিবনি।

ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা নিংথৌ ওইদুনা পাল্লকপা শা-লানগী ঈরাং নেমথৱকপা, য়েন্নিংথা লাক্লুনা অরং-অনৌ শিন্নদুনা হৈপাল লৈপাল পুন্নমক অনৌবা য়েন্নিং হুল্লকপা ফ'ইরেল থাগী থাশিরমদাইদা কাইনা চৌংগী থ-নোংচুপ পাংবদা লৈবা লৌশম লোক্কী হাওথুন্দা হাওন্নবা লুথ্রাবী অমগী মচান্নপা হাওবা শনারৈনা ঙন্না চয়োম পুরগা লৌশম লোক্কী চৌংমায়দা পাম য়াল্লিরৈদা ফজবা ফিজেৎনা লৈতেংবা মশক মজৌ য়েংবদা পুক্লিং হুনা মুংশিবা মুপামচা অমা মমান্নবা শাদুনা লাক্লগা ইতাও এহাক নহাক্কী পাম য়ানবা পাংগে লাকপনি হায়দুনা মাগা পাম য়ানমিন্নরে। ঙাহাক পাম য়ল্লগা ব্রারদুনা পোৎইরৌ খোংজিন পাৎতা চেন্থরকপা লৌশম লোক্কী অরূবা ঈশিং অদু থকমিন্নদুনা পোৎথ'রে। এনা পুরকপা অথুম অহাও অসি চামন্নসি হায়দুনা মানা পুরকপা ময়োমদু থোক্তুনা মখোয় অনি য়েন্নদুনা চামিন্নরে। ইতাও এ মৈতৈ লৈবাক্কী নিংথৌ ওইগদৌরে, এনা নিংথৌ ওইরে পাউ হেক তাবগা ইতাওগী পামদা হৌরিবা লফু অসি পুরগা কোন্নুংদা লাকউ। অশুন্না পুকমেন পাওমেন্নরন্নগা মমান্নবা অদু চৎখি। তেথাউ লৈবাক্তা লৈরিরৈদা মমঙদা শ্রীগোবিন্দ লংলক্তুনা এ কাইনা চৌংদা থৈবোং ওইনা হৌদুনা ঙাইরমগে তাকপিরম্বা ব্রাফমদু নীং-শিংলক্তুনা লমতা থাগী নোংমা পানবা য়ুমশকৈশা নুমিত্তা মহারাজনা মনাইশিংগা লোয়ননা কাইনা চৌংদা থৈবোং হৌফম থিবা লেংলক্রে। থৈবোং লৈরে খঙলবদা মহারাজ মথৱায় মুংঙাইরদুনা সনা কোন্নুংদা

হল্লক্লে। মুমিৎ থা অক্কবা য়েংলগা মহারাজ মশামক য়াওনা মীয়াম চঙডুনা থৈবোং পাম্বীগী অকোয়বদু তৌথোক্লগা মক্ক য়াওনা ফুকহল্লে। থৈবোং পাম্বী অদু ইরোই কাংকোৎতা হাপ্লগা ইরিল তুরেন্দা চিংথরগা লিলোং তান্না পুরকউ তাকপিরম্নগা মহারাজদি লেংখি। ইরিল তুরেলগী ঈচেলগা ঈরোয়ননা তাউরম্বা থৈবোং পাম্বী অদু লিলোং য়োৎপদবা থরা রাংলিডৈদা ঈশিং মসুংদা লুপথগ্রে মনাইশিংনা িংবদা লেঙবা ঙমগ্রে। পাউ অসি ভাগ্যচন্দ্র মহারাজদা হঙ্গৎলুবদা শামু থারক্লুনা চিংহনবদসু ঙমদ্রবদা মহারাজ মশামক য়াওনা মীয়াম্না চিংথৎপদা লুপ্লম্বা থৈবোং পাম্বীদু তাউথৎলক্লুনা লৈরাইদা চিংশিল্লে। রায়েনবা ওজানা ঈশৈ শক্লগা ব্রাহ্মণনা হৈরুক তাঙ্গা, পানা তাঙ্গা লৈ-শু থারগা আরতি কৎতুনা থুকল্লে। থৈবোংনা লুপখিবা মফমদু উরূপ, আরতি কৎখিবা মফম অদুবুনা আরতি মমিং থোনখি। অমুক চিংহুনা পুরকপনা তুরেল অচৌবা অমদি ইরিল তুরেল অনিনা তিন্নকম ঈরোং ওইরিবা মফম লিলোং য়োৗরবদা লৈশাং চিন্নেন মরিল তম্না চিংহুনা পুখৎলক্রে। লংথবান য়োৗরবদা মীয়াম হৈজিং হৈরাং লৈ-শু কৎলিবা অতুগী মথক্তা চিংহুনা পুখৎলকই হায়বগী মফমদু হৈজাগাং থোনখি। মফম চাবা য়েংহুনা থৈবোং পাম্বীদু উরাং কংনবা ফোহুনা থমখি।

মহারাজ ভাগ্যচন্দ্রনা তেথাওদা লৈরিডৈদা মমঙদা উখিবা শ্রীগো-বিন্দগী মুর্ত্তিদু রাংথৈ পণ্ডিত গোপীরাম পাৎচাহনবদা তাক্লগা চেবা দা য়েকহনখিবা মুর্ত্তিদু পুথোক্লুনা মৈতৈগী থুৎহৈবা পুম্নমক্তা তাম্নরে। থৈ-বোংগী মক্ক অদু খাক্লগা কক্লুনা রাংথৈ পণ্ডিত গোপীরাম্না লুচিংলগা মহারাজনা তাকপিবা চাউবা শাংবা কায়হন্দনা শ্রীগোবিন্দগী মুর্ত্তি শারে। নিনবা মাম্নবা শাথেক চুনবা নিংথিজরবা শ্রীগোবিন্দগী মুর্ত্তিদু উবদা মহারাজ মথরায় ফুংঙাইরে। খৃষ্টাব্দ ১৭৭৬ হিয়াংগৈ ১২নি প্যানবা ইরাই হুমিংকৗ অয়ুক য়ুথক মতুং পুং অমা চঙলকপদা শ্রীগোবিন্দ নিরূপন তৌহুনা জীবন্যাস লোইরবদা মীয়াম্না হরাওনা দণ্ডবৎ তানা থুক্লম্লে। হুমিৎ অদুদা

মহারাজনা য়াংখৈ পণ্ডিত গোপীরাম পাৎচাহনবদা শ্রীগোবিন্দগী মুর্ত্তি শাবগী সনা খুজি, ইরিপ তুরেল য়াংমা শামাং লাইকোদা লৌ পবি তরেং, নাই ফুঙ্গা অমা, ইরোই অমা, শগোল অমা মনা ওইনা পীবিরে. য়াংখৈ লাকপা ফমস্থু হাপ্পিরে। য়াম্নিরুক্লবা অয়েকপম রসমন কৈরুংববু সেনা-পতি হাপ্লে। থৈবোং পাম্বী অতুগী অবেস্থনা গোপীনাথ, বিজয় গোবিন্দ, অদ্বৈত, নিত্যাইনন্দ লাই মরিস্থু শাহল্লে। মহারাজ ভাগ্যচন্দ্রগী মজা-ইবুঙো কলারাজনা গোপীনাথ নিংথৌখোংদা লাংখি। মতোল ইবুঙো আনন্তশাইনা বিজয় গোবিন্দবু শগোলবন্দা, অরাম্বম ওংবী মচেমশিংদা নিত্যাইনন্দ অমসুং আদ্বৈতনা লম্মাংদোংদা লাংখি। লাইয়ামশিং শাবা লোইরবদা ক্ষত্রি পানেম, আনন্দসিং কোনসব, চক্রপানি কোনসবা, অনিরুদ্রাম কোনসব, খেলেম্বা কোনসবা, হাওজৌ কোনসবা, শামুরো কোনসবা মখোয় তরেৎনা রাজেশ্বরীগী মুর্ত্তি শারগা নিরূপণ তৌরে। মখোয় তরেৎতনা মহারাজনা লৌ পরি অহুম অহুম, নাই অমমমগা ইরোই অমমমগা পীবিখি। শ্রীগোবিন্দনচিংবা লাইয়াম শারগা লাৎনরক্লবদা মহারাজ গৌরশ্যামনা লাৎলম্বা রাধারমণ অতু মনাও ইবেম্মা ভাংবম চনু য়াংঙম্বী লৈমখুবীনা নবদ্বিপ্তা পুর্ণিন্দুনা লাংখি। উমং লাগ অমদি চৌং মান্দা লৈখ্রবা লাইফম গুরুং কয়াস্থ শমজিন শাজন্দুনা মহারাজ মশামক পণ্ডিতশিংগা লোয়ননা চৎতুনা ঈরাং খৌনিজখি। লম্মাংদোংদা কোম্নুং ওইতুনা মজাইবুঙো অহল লাবণ্যচন্দ্রনা যুবরাজ, মধুচন্দ্রনা ফেদা হুঞ্জবা মতোল ইবুঙো আনন্তশাইনা নোংথোনবা ওইতুনা চহী অহুম খরা হেন্না লৈবাক ভাকুনা পাম্লরুবা ফাওবদা ঔরানা অসুক হন্না লান্দারকল্লবদা লৈবাক মরা তপ্পা চাকহোং ভাহোংনা পানখি। খৃষ্টাব্দ ১৭০৯ শাজিবু ১৩নি পানবা য়ুমশকৈশা খুমিজা যুবরাজ লাবণ্যচন্দ্রনা লুচিংলগা খুৎহৈবা পুন্নমক্কা লোয়নন কাঞ্চিপুরদা মহারাজনা লৈনবা শঙ্গায় শারে, শ্রীগো-বিন্দগী মন্দির, সনামহী অমসুং পাখংবগী শঙলেনস্থ শারে। অঙম অখৌ-জিংমা লৈনবা শঙ, লোয়শঙ, য়ামেলশঙনচিংবা শাজুনা কোম্নুং অমা

ওইবদা মতিক চানা শেমগৎ শাগৎপা সোইরতুনা কালেন থাগী ৩নি পানবা লৈপাকপোকপা মুমিত্তা লম্মাংদোংদগী কাঞ্চিপুরদা কে ন্নুং হোংলে।

মহারাজ ভাগ্যচন্দ্রনা কাঞ্চিপুরদা কোন্নুং হেংলকপগা শ্রীগোবিন্দবু অভিষেক তৌগে জগোয় রাস কৎকে মপুক্লিংদা লেপখিবতু পাংথোক্লগে থল্লতুনা লৈবাক্কী অহে অশিং পণ্ডিত কয়া, জগোয় ঈশৈ হৈবা ওজাশিং, বেদ শাস্ত্র নিংথিনা থগুবা ব্রাহ্মণশিংগা ফম্মিন্নতুনা কুপ্পা রা তান্নবা থন্ন-নৈনবা হৌরক্লে। অনিশুবা ব্রজ বৃন্দাবনগা মান্ননা ফজরবা রাস মণ্ডল অমা শেমগৎলে মতম অসিদা মহারাজগী মজাইবেম্মা তম্ফা বীম্বাবতী চহী নিপাল শুরক্লে। মুমিৎ খুদিংগী সন্ধ্যাগী ধুপ আরতি মতমদা বীম্বা-বতী মনজুরৌনা মমা সিজাগী মতুং ইন্দুনা শ্রীগোবিন্দ থুরুম্বা চৎপদা শ্রীমূর্তিবু চিংনা য়েংলগা মবুংতোগী ওইদা রাধা শাতুনা থৌগল তৌজরবদি ওন্থোক্লা নুংভাইজনিদকো থনজবা মাগী রাগল. মংজবা পুক্লিংতু শ্রীগো-বিন্দনা উবিরতুনা মহারাজ ভাগ্যচন্দ্রগী মপুক্লিংদা ফাওহল্লে। জগোয় রাস কৎপদা মজাইবেম্মা বিম্বাবতীবু রাশেশ্বরী শাহনগে মপুক্লিংদা চপ য়ুংনা লেপহল্লে। কোন্নুং হোংলকপা চহী অতুগী হিয়াংগৈ ১১নি পানবা ইরই. হরউথ্থান নুমিত্তা কাঞ্চিপুরদা নৌনা শেমগৎপা রাস মণ্ডলদা শ্রীগোবিন্দ অভিষেক তৌবগা মজাইবেম্মা বীম্বাবতীনা রাধা শাতুনা নুমিৎ মঙানি চুপ্পা মেরা রাফুকপা পুণিমা নুমিৎ ফাওবা শান্নখিবা জগোয় রাসতু ভঙ্গি অচৌবনি হায়নৈ। মতমতুদা মীলৈবাক্কী ধর্ম্ম শন্দোকপা লাকপা প্রেমানন্দ, গঙ্গারামনচিংবা বেদ শাস্ত্র কুপ্পা থগুলবা ব্রাহ্মণশিং অমদি মৈতৈগী ঈশৈ জগোয়গী ওজাশিংগা ফম্মিন্নতুনা কুপ্পা তান্নতুনা মৈতৈগী য়েলহৌভেদগী লৈরক্লবা লাই হরাওবনচিংবদা শারিবা জগোয়গী থুংথেক শাথেল খোঙথাংনচিংবা অতু কায়হন্দনা লৌখৎতুনা মফম চানা হাপচিল্লগা শ্রীমদ্ভাগবতমগী রাসপঞ্চধ্যায়দা পীরিবা রাসকী ফজবা মওং মতৌ অতুস্তু কায়হন্দনা মহারাজ ভাগ্যচন্দ্রগী সনা পুক্লিংদা নীংলিবা রাখল অতুগস্তু চান্ননা তুং-মাঙ য়েংনা মতম চঙনা থন্ন-নৈনরগা পুথোরকপা

মৈতৈগী জগোয় রাসনি। বৃন্দাবনচিংবা লাইফম কয়াদা উৎলিবা রাধা কৃষ্ণগী জগোয় রাসকা মৈতৈ লৈবাক্তা উৎলিবা জগোয় রাসকা য়ায়া খেন্নৈ। ভক্তি প্রেমা যুমফম ওইরগা পুখোকপা খুৎথেক্তি, থম্মোয়দা চেৎনা লৈরিবা ধ্যান ভক্তি রস অদু ফোংদোকপা শাথেক্তি। য়েংলিবা ভাবোকশিংনা মুপীগী ফজবা মায়থোং পুক্লিং হুবা মিৎচি অদু উরগা ভক্তিদা অকায়বা লাক্তনবা মায়খুম শীজিন্নবগী মওং, হকচাংগী ফজবা শাওং-শাদা ফিভম্না লেং-.থাৎপদু উরগ রাখল চোইদনবা থ্বাংদগী পে সু-রালনা য়োমশিল্লগা ইথক ইরাং য়াওদনা চৗং লেম্না শাব মৈতৈগী জগোয় রাসনি। ভারতকী মফম অতৈদা শান্নরিবা ভারত নাত্যম, কথক, কথ-কালিমচিংব। জগোয়দি য়েংলিবা ভাবোকশিংনা হরাও থুংঙাইবা উৎতুনা নিল থোংই। মৈতৈগী জগোয় রাসতি ভাবোকশিংনা তুমিন্না রা মচেৎ অমত্তা ঙাওনদনা হোৎদগী লোইবা ফাওবা মপুক্লিং চঙনা রাখল চোইদনা থম্মোয় চেৎনা ভক্তি রস চুপতুনা য়েংনরিবনি। জগোয় রাসতা নত্তনা মহারাজ ভাগ্যচন্দ্রনা পুথোকপিরম্বা সাঙ্কর্ত্তণ অসন্থু তোপ তোপ্পা মগুণ অমগা লোয়ননা অখণ্ড-অহৈশিংনা শিংথানরি। বেদ শাস্ত্র কুপ্পা খঙলবা ব্রাহ্মণশিংগা মৈতৈগী শক্লাইরবা ঈশৈ শকপা ওজাশিং অমাদ পণ্ডিতশিংগা কুপ্পা তান্নরগা মৈতৈগী অকল অথৌশিংনা শা-লান্দা শীজিন্নবা থেঙ্গোরোল, খোশারোলগী খুৎথেক খোঙথাং শাথেক অদু লোরগা তাল মেন খোঙথাং চোলোম শেমদুনা মৈতৈগী শৈশক শৈদাগা তোৎশিন্নরগা পুন্নৌ নৌনা পুথোকপা মৈতৈগী সঙ্কির্ত্তণনি। মহারাজগী হাক্তক্তা তেখাওদগী খো-রকপা ব্রাহ্মণনা রামায়ন অমসুং মহাভারতকী রারী লীবা অমসুং ধর্ম্মগী লাইরিক থীবা হায়বসু হৌদোকখি।

শ্রীগোবিন্দ অভিষেক তৌদুনা জগোয় রাস কৎলবা তুংদা নোংমা ইথঙ খঙহৌদনা লৌশম লোক্তী হাওখুন্দা লৈবা হাওবা শনারৈনা লফু মতুপ অমা পুরগা সনা কোম্নুংদা চঙলক্লে, নিংথৌ খুরুমগে হায়রগে। কোম্নুংগী থোঙ ঙাকপশিংনা মাবু সনা নাক্তা পুশিল্লগা নিংথৌ খুরুম্মু

হায়বদা হাওবা সনারৈনা য়াদ্রে, ভাগ্যচন্দ্রদা মুন্ন য়ংদুনা লৈরে। মাগী চিংনবা মওং মতৌদু উবদা মহারাজনা সনা নাক্তা কৌশিল্লগা নহাক কনা উন্নবা লাকপনো, নমিংনা করি কৌবগে করি খুন্নদগীনো হংলক্লে। ঐ লীশম লোক্কী হাওখুন্দা লৈবনি, ইমিংনা হাওবা শনারৈ কৌই। ওরাং ঐগী মঙদা ঐগী মরুপ অদু লাকুনা ইতাও ঐ মৈতৈ লৈবাক্কী নিংথৌ ওইরে নহাক্কী পামদা হৌবা লফু অদু পুরগা কোম্নংদা লাকউ হায়রম্মী, অদুনা ঐ মাবু উন্নগে লাকপনি, নিংথৌ কদায়দা লৈবগে হংলক্লে। মাগী ৱাদু তাবদা মহারাজনা নোক্লদুনা হাওবা শনারৈ, ঐ মৈতৈ লৈবাক্কী নিংথৌ ভাগ্যচন্দ্রনি হায়রবা ফাওবদা মহাক য়ানিংলমদে। নুমিদাংৱাইরম ওইশিল্লকুনা সন্ধ্যাগী ধুপ আরতি কৎকদবগী মী পুম্নমক শ্রীগোবিন্দগী মন্দির তাম্না চংনখ্রে, মহারাজ মশামকসু লেঙখ্রে। হাওবা শনারৈসু ময়ামগী মতুং ইন্দুনা মন্দির তাম্না লাক্লে। মন্দিরগী থোংজাউ হাংদোক্লুনা শ্রীগোবিন্দনা সিংহাসন্দা ভাম্থোইরিবদু উবদা হাওবা শনারৈনা মীরক থায়দুনা মন্দির তম্না চঙশিল্লক্লগা ঐগী ইতাওদি অসিদা লৈরে, মানা ঐবু উরগা কৌদ্রবা করিগীনো হায়রক্লবা মীয়ামদু ঙক্লরে। ধুপ আরতি কৎতুনা খুরুম্বা লোইরগা মহারাজনা হাওবা শনারৈবু সনা নাক্তা কৌশিল্লে। শ্রীগোবিন্দদি লাইনি, নহাক্তা মাবু নঙগী মরুপনি হায়রিবা করিগীনো হংলক্লবদা হাওবা শনারৈনা হৌখিবা থোদোকশিং অদু অমত্তা চিথদনা ৱারী ওইনা লীরক্লে। মবুঙোনা কাইনা চৌংদা থৈবোং ওইনা হৌরিঙৈদা মনাই হাওববু চানবিবনি থল্লদুনা মহারাজনা হাওব শনারৈদা নহাক ওম্থোক্লা নরাইবক ফৈদকো। নহাক্কা মরূপ শান্নে হায়রিবা লাইশঙ মনুংদা লৈরিবা শ্রীগোবিন্দ ইবুঙোসি মী নত্তে লাইনি, মহাক মৈতৈ লৈবাক্কী নিংথৌনি, ভাগ্যচন্দ্র ঐনা মাগী সেবা চৎ-চরিবা মনাইনি। হৌজিক লাইগা মীগা ৱা ঙাওনবা য়াবা মতম নত্রে, নহাক্কী নপুক্নিংদা চিংনরগমু। নহাক্তা মরূপ্তা পীজগনি পুরক্লিবা লফু অসি ঙসিদগী হৌনা নুমিৎ খুদিংগী থোংলগা শ্রীগোবিন্দদা কংকে, মদুগী মহয়

নষ্টাক ফংজৌ। অসি হায়ডুনা ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা হাওবা শনারৈনা পুরকপা লফু অদু ব্রাহ্মণশিংদা শিন্নডুনা শ্রীগোবিন্দগী লুক হৌবদা য়াও, নিত্তিগী লফু মথেল অমা কায়দনা কৎলু সনা যাংথং তাকপিরে। ঙুমিং অতুদগী হৌনা ঙসি ফাওবা শ্রীগোবিন্দগী লুক কৎপদা লফু মথেল য়াও-নরিবান। মহারাজনা শেল থুম মতিক চানা পীরবদা হাওবা শনারৈ হন্নাওম মথুন্দ হৎখি। মনাই হাওবগী নীংজবা থুংনবা মন্দিরগী মাকলদা হাওশনারৈ থংডুনা মবুঙোগী সেবা ফংহনখি।

নোংমা নোংমা হৌখিবনা মজাইবেম্মা বীম্বাবতী মনজুবী লৈশাবী মপুং কারক্লে, থাজ-য়েংঙ্গু য়ারক্লে। মশক মঙৌ চঙথোনবী মজাইবেম্মগী মতিক মাপা চাবা মাক থিগে খল্লডুনা মহারাজনা মনাইনুবী থাজিন্দুনা মজাইবেম্মগী মবুক মপাও হংলক্লে। বীম্বাবতীদি মবুঙো শ্রীগোবিন্দগী মনাইনুবী ওইগে মপুক্লিংদা চপ য়ুংনা লেপখিবনা মপাবুংগী ব্রাতু মনাদা হাপত্রবসু মপাবুংদা হঙ্গৎপদি ঙমখিদে। মজাইবেম্মগী মপুক্লিংনা নীং–জরিবা পামজরিবা অচেৎপা বাফম অদু মনাইনুবীনা হঙ্গৎপদা মহারাজ বাখলনা ঙুংবংনরে, পালেপফম খঙদ্রে। ভক্ত বৈষ্ণবকী শেংলবা লম্মোয়বু খঙবা উবিরিবা শ্রীগোবিন্দনা মনাইগী নীংজবা পুক্লিংবু থুংহনবিগে, মপাবুংদসু খঙহনগে খল্লডুনা নোংমা সন্ধ্যা গী ধূপ আরতি কৎপা লোইরগা সেবা চঙলিবা ব্রাহ্মণনা মন্দিরগী থোঙজাউ লোনশিল্লগা ময়ুমদা হনগ-দবগী মফি মরোল হোংলিঙৈদা মন্দিরগী থোঙজাউ অদু হাংবগী মথোল তারম্মী। ব্রাহ্মণনা ঙক্তুনা চঙশিল্লগা মথুৎনা থোঙজাউ নমডুনা য়েংবদা হাংলমদে। অঙকপা থোদোক অসি মহারাজদা হঙ্গৎকে খল্লডুনা মজা-ইবেম্মা বীম্বাবতীনা লৈরিবা শঙ্গায়গী শুমাং ফাওডুনা লাকপদা হৈনম লৈনমগী নুংশিরবা শ্রীগোবিন্দগী অঙ্গগন্ধ ফংবদা ব্রাহ্মণদু ঙক্তুনা শুমাং ময়ায়দা চপ লেপতুনা লৈরে। কদোমদগী লাকপা অঙ্গগন্ধনো খন্দুনা লৈরিঙৈদা মজাইবেম্মগী শঙ্গায়লোমদগী নুংশিৎনা পুরকপা অঙ্গগন্ধনি খঙলবদা মহারাজদা হঙ্গৎলে। ব্রাহ্মণগী ব্রাতু তাবদা মহারাজসু ঙক্লে।

রাখল লাম্বা ফংদ্রে। নোংঙান্দুনা অয়ুক্কী লুক কৎপা মতম ওইরদুনা মন্দিরগী থোঙজাউদু হাংদোক্কে হোৎনবদা থোঙ হংবা য়াদ্রবদা লুক কৎত্রে, মহারাজ মথৱায় মুংঙাইতদুনা মুমিৎতু চারা হেল্লে। সন্ধ্যাগী মতম ওইরদুনা ধূপ আরতি কৎনবা অমুক থোঙ হাংগে .হাৎনবদসু হাংবা ঙমদ্রে. মপান্দা কৎলে। মবুঙো শ্রীগোবিন্দগী মন্দির থোংজাউ হাংবা য়াদদুনা দর্শণ ফংদ্রবদা মহারাজগী মপুক্লিংদা য়াম্নঃ লাংতক্নরে। মহাক্না লংজখিবা করি ইরাল লেরবননো খল্লদুনা থুম্মোয় শোক্না মুংঙাইখিদ্রবোই মহারাজ ৱা ঙাঙখিদ্রে. চারা হেল্লো ঈশিং ফাওবা থকখিদ্রে। পাউ অসি মজাইবেম্মা বীম্বাবতীনা তারদুনা মপাবুংগী নাক্তা লাকপদা মহা- রাজদি মমিৎ উইশিন্দুনা ধ্যান তৌদুনা লৈরম্মী। মপাবুংনা ধ্যান লোইরদুনা মমিৎ পাংথোরকপা মতমদা মজাইবেম্মনা চঙশিল্লক্লগা পাবুং মাখ্বা, চারা অনি শুনা লুক হাদ্রবদি সনা হকচাং ময়েং তারগনি। হয়েং নচানা শ্রীগোবিন্দদা লৈ পরেং কৎনবা থোঙ হাংহল্লগে, মুংদাংগী লুকতি হাব্বিয়ু হায়রক্লে। মচাগী ৱাদু তারগা ইবেম্মা, পাবুংদি শ্রীগো- বিন্দদা লুক কৎতুনা দর্শণ ফংদ্রিবা ফাওবা মঙানি খঙদে তরানি খঙদে চারা হেল্লগনি হায়রকপা মপাবুংগী অচেৎপা ৱাফমদু তাবদা ৱা মখা তাবা ঙমদনা বীম্বাবতী হনখি। মহারাজনা চারা হেনবগী পাউসি তাবদা লৈবাক্কী অঙম অথৌ ফম্নাইবা পুম্নমকসু মথৱায় ৱানরে। মুমিৎ অদু হৌখিদুনা নোং ঙাল্লে। অয়ুক অঙনবদা মজাইবেম্মা বীম্বাবতী মশা শেংদোক্লগা মকোক মরু তুমথোক্তুনা শেংনা ঈরু মায়থক্জরগা ফিশেং শেৎতুনা লৈশক লৈচু হেল্লবা লৈরাং লৈখল কয়ানা লৈচল চানা লৈথল নাইনা হাপতুনা ফজরবা লৈ পরেং অমা লেংলে। অয়ুক্কী লুক কৎপা মতম ওইরদুনা মহারাজসু ঈরু মায়থক্জরগা ফিশেং শেৎতুনা মন্দির তান্না লাক্লে। মুমিৎ অসি ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব ময়ামসু শুনা শ্রীগোবিন্দগী দর্শণ তৌগদবগী লাইমাঙদা থুংলরে। ঈশৈ শকপশিংনা ইবুঙোগী মতিক মগুণ থাদুনা মথৱায় য়াওনা ঈশৈ শক্লক্লে। মতম অসিদা মজাইবেম্মা বীম্বাবতী

মনজুবীনা মথুৎমক্কা লেংজবা লৈ পরেং অতু য়েন্দাইদা হাপতুনা পুরক্লগা মরাইবক কংতুনা মন্দির কাখৎলগা শ্রীগোবিন্দগী থোংজাউ মনাক্তা লেপতুনা "হা গোবিন্দ প্রাণনাথ ! তোল্লবা ননাইনা লেংজবা লৈ পরেং অসি ইবুঙোদা কংচগে থোঙ অমুক্তা হাংতোকপিয়ু" হায়জরগা মথুৎনা থোঙজাউতু নম্বদা হাংতোরক্লে। মতু উবদা ভাগ্যচন্দ্র থরায় মুংঙাই-মনখ্রদুনা লাইমাঙদা দণ্ডবৎ তোনা খুরুম্লগা নোং খোংবগুম কপ্লক্লে। ব্রাহ্মণনা লৈ পরেং অতু শ্রীগোবিন্দগী ওকশমদা থোনবদা ফুগায়না শাৎপা থম্বালগুম মকা লাম্বা মায়থোং, তঙাংলবা চিনবান্না মোমোন নোকপগুম শ্রীগোবিন্দগী মুংশিরবা শ্রীমূর্ত্তিবু উজবদা মীয়ামতু মপুক্লিং পেন্না মুংঙাইনরে। ব্রাহ্মণনা ধূপ আরতি কংলে, মহারাজশু চারা হেনবা তোক্তুনা লুক হারে। মজাইবেম্মনা নীংজবা পুক্লিংবু থুংহনবিগ খল্লদুনা মহারাজনা নবদ্বিপতা মন্দির শাবিদুনা বীম্বাবতীনা অমু প্রভু লাংতুনা শিজ লাই ওংবী ( লাইরোইবী ) মমিং ওন্দুনা মকমতুদা লেঙদনা লৈখি।

ভাগ্যচন্দ্রাদি নিংথৌ অমগুম অক্ল-অহেনবা ফিজেৎনা লৈতেংবা অহাওব চিঙ্গাক চাদুনা মতম লেনবগী মতুত্তা অচবা ফিজেৎ শেৎতুনা অচম্বা চিঙ্গাক চাদুনা মালা জোপ তৌদুনা লাই নীংলগা মতম লেল্লম্মী। ধৰ্ম্ম চেনবা মিন্নুংশি থঙবা ব্রাহ্মণ বৈষ্ণবপু লুনা তৌবা ঋষিগী গুণ চেনবা নিংথৌনি হায়বগী রাজর্ষি মিংথোল পীদুনা ইকায় খুম্নে। চীং-তম খাল্লদনা প্রজাশিংবু চপ মান্ননা মুংশিবিবা মথৌনা লৈবা চীংমীশিংদা থামেন চৎপা. নিংথৌফিনচিংবা মনা পীদুনা পুক্লিং থৌগৎপিবগী লোই-নাই চীংথংখোম্বা কৌই। রাশী-গুণ চঙখোনবা মরাইবক ফবা নিংথৌনি হায়বগী ভাগ্যচন্দ্র থোল্লি. কর্ত্তা, জয়সিংহ হায়নশু খঙনৈ। খৃষ্টাব্দ ১৭৯০ থরান ১৮নি পানবা ইরাই মুমিত্তা লৈশাং হিদেন্দা নিংথৌজা কাংলুপকা খুমন শলাই কাংলুপকা মাগী মাগী শলাইগী মচু ফিজেৎ লৈতেং সুনা শেংলগা হিয়াং তান্নরম্মী। লিলোং লাফুপাউদগী থারকপা হিয়াংতু লাংথবান কোন্নুং মমাঙদা হান্না থুংননবা হোম্নরকপা হিয়াংতু নিংথৌজানা

থোই। অমুক হন্নবদনা খুমন শলাইনা থোই। মথংদা হি হোনবদা খুৎলোইবা ইমু ইঙৌ অনিনা অমুক হিয়াং তান্নে। লোক্তাক খোং-বান্দা তাবা থ'ঙ্গ মোইরাংগী মীওইবু ইমু, তুরেল অচৌবা মপান্দা তাবা ব্লাংঙু শুগ্নুগী মীওইবুনা ইঙৌ হায়না খঙনৈ। অগানবা হিয়াং তান্নবদা ইঙৌনা থোই, অমুক হন্নবদনা ইমুনা থোই। নিংথৌনা মনা মথুম য়ে'ল্লি। চহী অহুদা তেখাও নিংথৌ গৌরীনাথনা ভাগ্যচন্দ্রদা মোরানগা লান শে'ক্লবদা তেংবাংবিয়ু হায়জরক্লবদা মতোল ইবুঙো স্বর্গদেব রাজে-শ্বরনা পাল্লিহৈদা ঔব্রাগী লান্দা তেংবাংবিখিবা অহুগী তৌবিমল খঙবা উংকে খল্লহুনা শগোল তোংবা মৈতৈ লান্মী ৫০০ সিফাই ৪০০০ গা পুহুনা মজাইবুঙো মধুচন্দ্রনচিংবা মৈতৈগী অকল অথৌ কয়াগা লোয়নবা মহা-রাজ মশামশক তেখাওদা লান পাংবা চৎলি। ঔব্রাগী লানফম কয়াদা অব্রা-অনা নংলবা লান্মীশিং অহু তেখাওগী লান পাংবদা মথ্রায় থাবহু পামদবদগী লানফম য়েৌদ্রিহৈদা লম্বী লমখাংদগী লান্মী অয়াম্বা লোম্না চেন্নখিবনে, লেমহৌবা লান্মী খরা অহুনসু মপাঙ্গল থেক্লা মথরায় পাম্মুদনা লান শোক্লনিংদবনা লানফমদা মহারাজ ভাগ্যচন্দ্র মায়থীরে। লানফম অহুদা মাগী মমিং চৎলবা খোঙনেৎশা শগোল ভদ্রসিংসু শিহৌই। তেখাও নিংথৌগী মমাঙদা ইকায়বদগী শগোল হঞ্জবা রূপনচিংবা লান্মী ৭০০ থনম্লগা অতৈ লান্মীদি মহারাজগা লোয়ননা মৈতৈ লৈবাক্তা হল্লক্লে। তেখাও লান চৎপদা লম্বী লমখাংদগী লোম্না চেনখিবা মৈতৈ লান্মীশিং অহু মহারাজনা লোই লমদা থাহুনা ব্রারকখি। মতম খরা লৈরগা মনাও অতোম্বা কৃষ্ণচন্দ্রনা মনাইশিংগা লৌতুনহুনা ময়াম্বুংগী নিংথৌ খুভম্ মুন্নবা কোনুংগী থোঙ অহুমদা মতম অমত্তদা লান চঙলক্লুনা শঙ্গায় মৈ থাবা হৌরক্লে। অহীংগী লান অহুদা খুৎলায়না পান্দুনা মৈনা চাক্লুনা মী য়াম্না শিরে। মমৈথংদা মধুচন্দ্রনা লুচিংবা মৈতৈ অকল অথৌশিংনা কোয়শিন্দুনা কৃষ্ণচন্দ্র ফারগা মহারাজদা কৎলে। মরাল লৈরবা লালহৌবশিং অহুবু ফু-চৈহুনা দন্তি পীবগী মহুত্তা মহারাজনা

হৌরাওনা মবুক থম্না পীজ-পীথক্লগা মতুংদা অমুক লান হৌরক্লবদি মীশৈ-বাক্তা তাম্হেক্নি হ'য়না কিহল্লগা মনাওমুপা কৃষ্ণচন্দ্রবু খোবুম হাওখুন্দা থাখি, মাগী মনাইশিংবুনা লোই লমশিংদা য়েন্হেক্লদুনা থাখি।

মহারাজ ভাগ্যচন্দ্রনা কাঞ্চিপুরদা চহী ১৮ পাল্লম্লগা খৃষ্টাব্দ ১৭৯৬ শজিবু থাগী ২৫নি পানবা নিংথৌকাবা নুমিত্ত কাঞ্চিপুরদগী খ্বাই য়ুমফম কোন্থোজম য়ুমফম ( হৌজিক্কা গভর্ণরনা লৈরিবা মফম ) দা কোন্নুং হোংখি। মবুথৌশিংনা কোন্নুং ওইদুনা পাল্লম্বা কংলাদদি ভাগ্যচন্দ্র চঙখিনে। মৈদিংগু থাগেম্বগী সনা হাক্তক্তা মৈতৈগী হৌরবফম য়ুম্নাক শাগৈ শলাই থঙনবা মৈহৌরোল পুয়া ইবা হৌখি। হায়রিবা পুয়া অসিদা শাগৈ অদুদা পোকপা মুপা মথৈগা মখোয় মখোয়না লোবা মুপীগী য়ুম্নাক অমম্তং মখোয় মখোয়না পোকপা মচামুপা মখেদমক ই। গরিবনিৱাজ মহারাজগী হাক্তক্তনা শাগৈ শলাইদা নত্তনা গোত্রনা চংবসু ইশিল্লি। খৃষ্টাব্দ ১৭৮৯ য়াকচিং থাগী ২৮নি পানবা য়ুমশকৈশা নুমিত্তা মৈহৌবরোল পুয়াবু অমুক পাকথোক চাউথোক্লা কুপশিন্না য়াংথৈ পণ্ডিত গোপীরাম পাচা হনবনা ইথোকপগীদমক ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা পেল্লদুনা পণ্ডিত অসিদা তাংখমগী লৌ পরি মঙা মনা পীখি। মবুথৌশিংগী সনা হাক্তক্তগী চৎমরকপা শাগৈগী মশিল অমদি নিংথৌগী চৎনরোল, থৌ-গল্লোন, মিংগৌরোল, রাজব্যবহার, থকসি-খাসি কয়ামরুম গোপীরাম্না লুচিংবা পণ্ডিত মঙানা তান্নরগা ইথোক্লনা থম্বিরম্মী। লৈবাক্কী মকোক থোংবা পাঞ্জি অহুম্না তান্নরগা চন্দ্রাব্দ কৌবা চহী মশিং থিবা ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা হৌদোকখি।

মতম অসিদা য়াহেংবম লৈকাইদা শামুলাইলাৎপম কোকপৈ কৌবা ব্রাহ্মণ অমা লৈরম্মী। মহাক অসি ব্রাহ্মণগী লীচৎ-শাজৎ চত্তবা মীমুংশি খঙদবা মুপী অডাংদা নত্তবা লমচৎ চৎপা মীওইনি। ব্রাহ্মণ ওইবদুদা কৈরোয় লৈকায়নসু মত্তিক চানা য়ারকপা ভমদ্রে, নিংথৌদা য়াকৎলুরবসু মত্তিক চাবা দণ্ডি পীনিংদদুনা মাবু কৌরগা মীমাঙদা চৈ থাংদুনা

ফিহল্লগা মাগী মরাল অহু কোকপিরম্মী। অস্তুম্না হুণ্ডি পীবগী মহুত্তা চৈরগা মরাল কোকপিবদা কোকপৈহু নরাংলে। মীয়াম্না শাওনিংহুনা লোম্না কনা খঙহন্দনা হাক্তোক্লবা রাকম ফাওবা খন্নবা হৌরক্লে। নোংম্না কোকপৈনা মরাল লৈজদবী ব্রাহ্মণ মুবী অমবু থাগুনা য়ান্দুনা হাত্তোক্লে। পাউ অসি তাবদা নিংথৌনা ব্রাহ্মণ হাৎলবনিনা কোকপৈহু সনা কৈ-খেলদা পুথোক্লগা মীয়াম মমাঙদা থোঙোইনৌ সনা য়াথং তাকপিরক্লবদা মনাইশিংনা কোকপৈবু ফারগা মীয়াম মমাঙদা থোঙোইনমবগীদমক্তা সনা কৈথেলদা পুথোরকপদা কৈথেল কাবী মুপীশিংনা ব্রাহ্মণী হাৎপা পাপী কোকপৈ হাৎলো হায়না ফুগদবগী হাংথক্লিক্লবদা নিংথৌগী মনাই-শিংনা কোকপৈবু কল্লগা কোম্ভুং তাম্না পুরক্লুনা নিংথৌদা হুঙংলে। মৈতৈ লৈবাক্তা লৈরবদি শোয়দনা শিরগনি, ময়াং লৈবাক্তা থাজিনখ্রো সনা য়াথং পীরক্লবদা মনাইশিংনা লম্মাংদোং ফাওবা পুরগা চীংলোন লান্দুনা চংশ্রা থাজিনখি। কোকপৈনা মত্তোমদা চীংলোন লাম্না চংখ্রে তশেংনা খঙলবদা মনাইশিং অহু কোম্হুংদা হুল্লকই। থরা চংলগা মরালনা মপোৎ ফারবা কোকপৈহু মানা তৌখিবা পাপকী থবকশিং অহু থল্লুবদা মথরায় মুংঙাইরকত্রহুনা ময়াং লৈবাক য়োদনা লম্মথাংদা মত্তোমদা থাগুনা খিন্দুনা শিজরে। পাউ অসি তাবদা মহারাজ ভাগ্যচন্দ্র মথরায় শোক্তা মুংঙাইখিত্রবোই, চাবা থকপা চঙখিদ্রে। ব্রাহ্মণী অমা হাৎপগী দণ্ডি পীবদা ব্রাহ্মণ অহুনা মত্তোমতা শিজরক্সু নিংথৌগী য়াথংনা শিবনি ঐস্ম ব্রাহ্মণ হাৎপগী পাপ থরদি পুকম থোকই থল্লুবদা মহারাজ মথরায় য়ারে, চাগনি থক্কনি খঙখিদ্রে। ধর্মদা প্নাক্কং চঙথিবনা লৈবাকী য়ায়েল থৌদাদা অকায়বা লাক্কদবহু উবদা মত্তোল ইবুঙো আনন্তশাই নোংথোম্ন "নিংথেম! ধর্ম য়েংলিভৈদা রাজনিতি কায়বা তারে" হায়না পাউতা কয়া পীরক্লবা ফাওবদা মহারাজগী পুক্লিংদা চিংনরিবা অমদি নীংজিং রাখলহু থাদোকপা ঙমখিদে। ঐনা নিংথৌ ওইরমদহুনা দণ্ডি অ! পীরংত্রবদি ব্রাহ্মণী হাৎপগী কাকপৈ অহু শিরম্মোইদবনি। ব্রাহ

ব্রাহ্মণী অনিনা মীশি চাদনা শিবগী দোষনা মীয়াম্না রাগদবা লৈবাক্তা নিংথৌ ওইদুনা পানবগী মহুত্তা নিংথৌ খুভম থাদোক্লগা তীর্থ খুদিংদা কোয়না চৎতুনা লাই নীংলুরগে থল্লদুনা খৃষ্টাব্দ ১৭৯৭ ফাইরেন ২০নি পানবা নিংথৌকাবা মুমিত্তা মজাইবুঙো লাবন্যচন্দ্রদা নিংথৌ খুভম শিন্ন-রম্লগা মহারাজ নবদ্বিপ্তা লেংখি। লাবন্যচন্দ্রনা অঙোম চন্দ্রমনিবু সেনাপতি হাপ্লগা লৈবাক ঙাক্লম্মী। ভাগ্যচন্দ্রনা মৈত্রবাক থাদোক্লুনা তীর্থ চৎখ্রে পাউ তাবদা তখেল, কাছার, জয়ন্তিয়ানচিংবগী নিংথৌশিংনা মাগী মাগী লৈবাক্তা চঙবিরকউ নোংমতা ওইরবস্থ মহারাজগী সেবা তৌজগে হায়জখি। মহাক্না তীর্থ চৎপদা মী তাদবা লমহাং তুহাংদা শমতুনা চৎলি, মফম চাবা য়েংলগা অহীং লেকথোকই। তীর্থ অমদি লাইশঙশিংদা লাই থুরুম্বা মতমদা ভাগ্যচন্দ্রনা ঈশ্বরগী মতিক মগুণ থাদুনা শকপা ঈশৈ তাবদা মফম অদুদা লৈরম্বা মীওইশিংগী মপুক্লিং শুম্নাৎখি। অম্মুনা তীর্থ কয়া লাইফম কয়া চংলুরবা তুংদা ভাগ্যচন্দ্র মহারাজ নবদ্বিপ্তা লাকুনা অনুপ্রভুগী সেব চৎতুনা মতম থরা লাই নীংদু লৈরম্লগা খৃষ্টাব্দ ১৭৯৮ লাংবন ৩নি পানবা ইরাই মুনিত্তা মশাগী চহী ৫০ শুরবা রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্র মুর্শিদাবাদকী মমুংদা লৈবা শ্রীবাৎক্ষেত্রদা নোঙ্গাখি। মহা–রাজ ভাগ্যচন্দ্রগী ফমথোল কাবা লৈমরেল ( মহারাণী ) অপাম্বী অহন, অপাম্বী য়ায়মা, অপাম্বী নহা, লৈমথুবী অহল, লৈমথুবী য়ায়বা অমসুং লৈমথুবী নহানা মজাইবুঙো তরানিথোই পোক্লম্মী। (১) অথাম চনু লীক্লাংখোম্বীনা সনাহল নবানন্দ, লাবন্যচন্দ্র, সনাতোম্বা অহুম পোকই। (২) ঙাংবম চনু মেতু লোইখোম্বীনা মধুচন্দ্র পোকই। (৩) খুম্বোংময়ুম চনু তবং লাম্বী থাম্রন অঙ্গোফাবীনা বিশ্বনাথ ( খোংজাইঙম্বা ), গম্ভীর সিংহ পোকই। (৪) সোরাইশম চনুনা রমাকান্ত পোকই। (৫) চিংঙাখম চনু শোকপাউঙম্বীনা হেমচন্দ্র, চৌরজিৎ পোকই। (৬) অথাম চনুনা তুলজিৎ পোকই। (৭) য়াংঙম্বম চনুনা পুররাজ পোকই। (৮) নোংথিন চাইবী শেনবী লাম্বী ( অথাম চনু চন্দ্রমুখি ) না মারজিৎ পোকই।

# অনিশুবা মতাং

## লাবণ্যচন্দ্র ( খৃঃ ১৭৯৮—১৮০১ )

ভাগ্যচন্দ্র মহারাজনা নোঙ্গাখিবা থা মরিগী মতুং খৃষ্টাব্দ ১৭৯৮ রাকচিং ১০ নি পানবা য়ুমশাকৈশ নুমিত্তা মজাইবুগো য়ায়মা লাবণ্য-চন্দ্রনা মৈতৈ লৈবাক্কী নিংথৌ ওইরে। মাগা পোকমিন্নবা ময়াম্বা নবানন্দ যুবরাজদি মপাবুং ভাগ্যচন্দ্র হিংলিঙৈদা শিথিবনা মনাও ইবুংগো মধুচন্দ্রবু যুবরাজ হাপ্লুনা মচিল ননাও পুকচেল খেয়াজেল তিন্নবা লৈবাক ঙাক শেন্দুনা পারক্নে। চহী ৩৫ চুপনা থাদোক্লবা মবুধৌ-শিংনা কোম্নুং ওইরম্বা কংলাদা হোংজিন্নবগীদমক্তা কংলা শেম শাবা হৌরক্নে। মতম অসিদা মপাবুং ভাগ্যচন্দ্রগা লুনা চান্না তিন্নরম্বা খুম্বোং চন্দ্রমনি নন্দলাল মচিল মনাও অনি অসি য়াম্না তৌবা ঙম্বা মীশক অমা ওইরক্নে। মপাবুংগী হাক্তক্তা অরা লান্দা রামিন্নরক্লবনি খন্দুনা লাবণ্যচন্দ্র নিংথৌনা মখোয় অনিনা হায়রিবমখৈ য়াহুনা লাক-পনা মনৈথংদদি হুইনাও মচা চানগা লৈতোন লেকই হায়নবা মৈতৈ পাউরৌহু চপ চানা থোক্লরে। মখোয় অনিনা ঙাউনিংবদা ঙাঙবা তৌনিংবদা তৌবনা লৈঙাক রায়েলদা অকায়বা লাক্কদৌবহু উবদা মনৈথংদা নিংথৌনা অথিংবা পীরক্নে। মহুদা মথরায় নুংঙায়তহুনা মখোয় অনিনা লাবণ্যচন্দ্রবু য়েক্লবা ওইনা খন্দুনা নিংথৌ শেমনবা লোন্না রা তান্নবা হৌরক্নে। ভাগ্যচন্দ্রগী মচানুপা য়ায়মা লাবণ্যচন্দ্রগী মনাও খুম্বোং-মযুম চনু তবংলাম্বীনা পোকপা খোংজাইওম্বা (বিশ্বনাথ) নিংথৌ শেম্নগা মনীং মখা তম্না পানগে খল্লহুনা চন্দ্রমনি অমসুং নন্দলাল মচিল মনাওনা লাবণ্যচন্দ্রবু হাৎনবা লোন্না শরৌ শিন্নবা হৌরক্নে। নোংমা খুম্বোম চন্দ্রমনিনা মহারাজ লাবণ্যচন্দ্রদা নিংথৌ-মচাশিংগা অতম অথৌশিংগা মপাল কাংজৈবুংদা শাগোল কাংজৈ শান্নহুনা লৈবাক্কী কুম্মৈ ওইহনসি, মহারাজহু কাংজৈ থোনবিয়ু হুঙ্গৎ-

পদা য়াবিরদুনা মহারাজ লাবণ্যচন্দ্র য়াওনা শগোল কাংজৈ শান্নরম্মী। শগোল কাংজৈ শান্নবদা চন্দ্রমনি নন্দলাল মচিল মনাওনা লৌতুনরগা কাংদ্রম্না থাবদা মফম চাদনা পান্দূনা লাবণ্যচন্দ্র খুদক্তা শিরে। পাউ অসি হেক তাবগা মবুধৌ অনন্তশাই মন্ত্রি পুনসিবনা মধুচন্দ্রবু ময়াম্বগী মহুৎ শিন্দূনা খুদক্তা নিংথৌ হাপলে। মমিংতু খৃষ্টাব্দ ১৮০০ হিয়াঙ্গৈ ২৭ নি পানবা থাংজনি। মমিংতুদগী চন্দ্রমনি নন্দলাল মচিল মনাওদি নীংবা কায়দুনা হনখিবদগী মতম খরা কোন্নুং কারককখিদ্রে।

## মধুচন্দ্র ( খৃঃ ১৮০১ - ১৮০৬ )

অনন্তশাই মন্ত্রি পুনশিবগী খুজিল থৌরাংনা লাবণ্যচন্দ্র শিবা মমিংতা মধুচন্দ্রবু খুদক্তা হাপখিবা নিংথৌনিনা মচিল মনাওশিংনা তুংদা য়েৎপা ঙমদনবা খৃষ্টাব্দ ১৮০১ কালেন ১৭ নি পানবা শগোলশেল মমিত্তা চহী ৩৭ সুরবা মধুচন্দ্রবু তমলেন খোঙ্গা ফম্বাল মিংলেন থোঙ্গগা হাওবম চন্থ য়াংলৈওম্বীগা লোয়ননা লৈবাক্কী ফম্নাইবা অঙম অথৈ শিংগী নমাঙদা হৌনবী মতুং ইন্না ফম্বাল তোংহনখি। মমিং অদুদা মনাও ইবুঙো চৌরজিৎপু যুবরাজ, মারজিৎপু সেনাপতি হাপখি। অদুম্না মচিন মনাও অহুম্না পুকচেল খোয়জেল তিম্নবা লৈবাক ঙাকমিন্নখি। নোংমা মধুচন্দ্র নিংথৌনা মবুধৌ অনন্তশাই মন্ত্রিবু সনা নাক্তা বৌশিল্লগা লোন্না রা তান্নরম্মী। ইবুধৌ, নহুনা মৈতৈ লৈবাক্কী নিংথৌ ওইবসি কাংখাদা লিন চঙবগুম, খুজিন্দা তুম য়ুবগুম পুক্কিং খোয়দা লৈতনা পানবা ঙমদে। য়াম্মৎ লাবণ্যচন্দ্রবু শগোল কাংজৈ শান্নবদা খুম্বোং চন্দ্রমনি নন্দলাল মচিল মনাওনা লৌতুনদুনা হাংখিবা অদুগী লমন থুমদ্রিবা মথৈ ঐগী থরায়সি মুংঙাইগদবা লৈত্রে। লমহেনবা মচিল মনাও অনিসি নমথহৌদ্রবদি তুংদা নিংথৌগী য়েক্কবা লৈবাক্কী মাঙনবা শীনবা মীশক ওইরক্কনি। ইপুনা অদুম তৌরগা ফগনি খনবিবদু অদুম তৌবিয়ু, নহুদি ইয়া য়াজরে হায়রক্লে। নিংথৌগী য়াথং ফংলবদা

নোংমা অনন্তশাই মন্ত্রিনা অমম অথৌ হুনা ঙিনবা হুমিত্তা মহারাজ মধুচন্দ্রগা হৌজিক লৈরিবা বংলা অসি শিবমণি য়েংবা হুংগাইতে অনৌবা বংলা অমা হুম্মা শারগা হায়রগী বলা অমনবসি শিন্তে কসি হঙ্গংলক্লবদা মধুচন্দ্র নিংথৌন্নু য়ারে। অনৌবা বংলা শানবংদমক্তা যাত্রা উখুল য়ানা হুনা চাউনা তৌহল্লে! অনন্তশাইনা মাগী মীওইনা মথৌনা লৈবা মী খরদা খুম্বোং চন্দ্রমনি নন্দলাল মচিন মন ওবু লোন্না হাৎনবা শিন্নরগা বংলা শাবদা য়াওহল্লে। নোংমা খুম্বোং চন্দ্রমনি মতে মদা ওন্তা কোন্নুং কারকপদা অনন্তশাই মন্ত্রিনা কৌশিল্লগা ইবুংগো চন্দ্রমনি, অসি বংলা যাত্রা হুন নি য়েংলুসি হায়রুনা লাবমিন্নরগা যাত্রা হুন্নবা উখুল তৌরিবসি লুবা ওক্রত্রা অমুক্তা য়েংবিয়ু হায়রক্লবদা চন্দ্রমনিনা মকোক লুকখত্নুনা য়েংলিদৈ অনন্তশাইনা লেপ্পা ইঙ্গিৎ তৌবদা মনাক্তা লেপলিবা মাগী মশিংনা চপশিল্লগা চন্দ্রমনিবু কংলা উখুলদা নমহুনা হাংলে। ওাহাক লৈরগা মন ও নন্দলাল কোন্নুং কারবপদা ময়াম্বু বংলা উখুলদা নমহুনা হাংপগী পাউদু তৌবদা নাকন্দগী থাং শংলগা কনানো ঐগী ইয়াম্বা হাৎপা হুপাদু চেংথো-রকউ ঐগা লাম্না পাসি হায়না থাঙ পায়হুনা লেপ্তুনা লৈপ্তবদা অনন্তশাইনা লাক্লুনা থেমজিল্লি। নিংথৌগী মনাই অচানবা তৌবা ওন্না অওন্না নহাক্লা নথুংগা থাঙ পায়হুনা লৈরবদি নহাবপু কিহুনা বনাহ্ নমাঙদা চোংথোক্লক্লরোই। ঐখোয় অনি চংনা লোন্না থিরগা নয়াম্বা হাৎপা হুপা অদু মতিক চাবা লমন খুমসি। কোন্নুংদা নিংথৌগী মমাঙদা থাঙ পায়হুনা লৈবসি থৌগল্লেন কায় হায়হুনা থেম্নবদা খুম্বোং নন্দলাল শাউবা ফরহুনা থাঙখুমদা থাঙ হক্লিল্লগা মমায় ওন্দুনা চংকে তৌরক্লবদা অনন্তশাইনা তুংওইননা নন্দলালবু হুপবোল কোন-শিল্লগা ফারবদা মানা নেকপা মীশিং অহুনা চেনশিল্লক্লুনা নন্দলালগী মবুক্তা থাঙনা থিন্দুনা হাংতোক্লে। লমহেনবা খুম্বোং চন্দ্রমনি নন্দলাল মচিল মনাওনা শিরবদা মধুচন্দ্র মথরায় হুংগাইরে য়েংবা তিংথং

লৈরুনা ইংনা পারগনি খল্লিবা মাগী লুংঙাইরবা মংলান অদু ওন্না ওন্না তৈননা ওইনা মঙফাওনরক্কদৌরে। মীওইবগী পুন্সিদা মীনা নীংবনা অমা লাইনা তম্বনা অমা হায়বদু মঙোন্দা থোক্কদৌরে।

পোকমিন্নবা মমা তিন্নদবা মচিল মনাওশিংগী মরক্তা নিংথৌ ওইনিংবগী খোয়রাংবনা মথোয় মশেল অমগা অমগা য়েংখিনরবপা শাঙাগী শাজংকুম অমনা অমবু হাৎপগী রাখল ফাওবা চেন্নরক্কে। চৌরজিৎ যুবরাজনা ময়াম্বুং মধুচন্দ্রবু তাম্থোক্লগা নিংথৌ ওইগে মপুক্লিংদা খরদুনা খৃষ্টাব্দ ১৮০২ লাংবন ৫নি পানবা থাংজ লুমিডা বৃন্দাবন চংখনি হায়রন্নগা চৎখিদুনা কছারদা লৈখি। মফম অদুদা লৈদুনা মৈতৈ মচা ময়াম খোমল্লগা লাম্না শেমগৎতুনা মৈতৈ লৈবাক্তা লান্দারক্কে। চৌরজিৎনা লান্দারকপগী পাউ তাবদা মারজিৎ সেনাপতিনা মতিক চাবা মৈতৈ খোঙমা মথৌনা লৈবা শগোল তোংবা লাম্মী ময়াম পুরগা শাঙাইথেন্দা তেঙ্গোল শাদুনা চৌরজিৎকা লান থেংনবা ঙাক্তুনা লৈখি। কোন্নুংদনা মহারাজ মধুচন্দ্রনা মনাও চৌরজিৎনা লন্দারকপগী শাউদুনা চৌরজিৎপু পোকপী মমা শিজা চিংঙাখৈ শোকপাউ ঙম্বীগী মনাক্তা চৎতুনা ইমা শিজা• নজাইবুংগো চৌরজিৎনা নিংথৌ খুদম মুনগদবগী লান লাক্কে। নিংথৌ ঐগী নাক্তা লৈবিরগদু, নজাইবুঙোগী নাক্তা লেংবিরো হায়ররে। নিংথেমন্নবী চিংঙাখৈদু ইকায়রবদগী কোন্নুং থাদোক্লগা মচাগী নাক্তা লাকপদা শাঙাইথেন্দা তেঙ্গোল শাদুনা লৈরিবা মারজিৎ সেনাপতিগী মনাক্তা লাক্কুনা কপলরে। ইমাগী ইবুঙো মারজিৎ, নঙবু পোকপী নমা ইবেম্মনা মথুং মতম চাদনা লৈখিদ্রবদা ইমানা নঙবু ইবুকথোক্কী ইচাগুম তরা খোম্লাংমায়োক্কদুনা য়োকচরকপা নমা ঐগী অরাবসি নহাক্তা কোকহল্লু। চৌরজিৎ মচিল মনাও অনিবু উনরম্লগা ইমাদি শিজরগে খল্লদুনা লাক্লবনি। ময়াম্বুং ইবুঙো মধুচন্দ্র নিংথৌনা ইমাবু মাগী লৈবাক্তা লৈবিরগদু তাম্থোকশিরক্কে। ইমাদি শিবা নত্তনা মৈতৈ লৈবাক্তা ঐগী লৈফম লৈত্রে।

অসি হায়রদুনা চিংঙাখৈবীনা মারজিৎপু কোম্পনা নোং খোংবগুম বপ্পক্লে। মমা শিজাগী রাজ্য তাবদা মারজিং থম্মোয় শোক্লা হুংঙাইখিদ্রবোই, ময়াম্বুং মধুচন্দ্রবু মপুক্লিংদা রারোরে। মচানুপানা মাগী মথক্তা লান্দা-রক্নগা করিস্থ মরাল লৈজদ্রবী অহল ওইরবী ইমা শিজাবু তাম্থোকপদি ফজমন্দে, অপোকপী মমা নত্তদুনা হুংশিদ্রিবনি। ঐবু পিশক পিল্লি-দৈদগী মচাশরা য়োকপী থাকপিরকপী ইমা শিজাগী অরাবসি কোক-হনগে খল্লদুনা ইমা শিজা রাবিরগনু ইমানা পাংদু নচাদা তাবপিরো হায়রক্লে। ইমাগী ইবুঙো মারজিৎ, নহাক্না নয়াম্বুংগী মতেং পাংনা নখোয় অনিনা মীচং অমত্তা ওইদুনা কোন্নংদা লান্দাবদা ইমাগী বরদগী লেপ্পমক মঙ্গল ওইয়ু। নয়াম্বুং মধুচন্দ্র তাম্থোক্লগা নচিল ননাওনা চহী মশা/মশা নিংথৌ ওইনদুনা লৈবাক ঙাকমিল্লৌ। অমনা নিংথৌ ওইরিঙৈদা, অমনা যুবরাজ ওইয়ু হায়রক্লে। মমা শিজাগী রাজ্য তাবদা নিংথৌ ওইনিংবনা খোয়রাংদুনা লৈরিবা মারজিৎ সেনাপতিদু ঈরুজ-নিংবগা থোংগা তেকপগা মাল্লে হায়বগুম খুদক্তা মরুকচেল ওল্লক্লে। শাঙাইথেন্দা তেঙ্গোল শাদুনা লৈরিবা মীগী খোঙমী লাম্মী ময়ামদু পুগা খোংজাওরোক তান্না ময়াম্বুং চৌরজিৎ উল্লবা লাক্লে। থোং-জাওরোক্তা মচিল মনাও রাশক্লরগা লাম্মী তেঙ্গোল অনিগী লুচিংবা ওইদুনা মায়কৈ অনিদগী মতম অমত্তদা কোন্নুং তন্না লান্দারকলে। চৌরজিৎ মারজিৎ মচিল মনাওনা পুন্নগা লান্দারকপগী পাউদু তাবদা মধুচন্দ্র লান থেংনগে খন্দনা ময়াং লৈবাক তান্না চেনখিদুনা কাছার নিংথৌ গোবিন্দচন্দ্রদা চঙজদুনা মাগী মচানুপী লৌদুনা লৈখি।

## চৌরজিৎ ( খৃঃ ১৮০৩—১৮১৩ )

খৃষ্টাব্দ ১৮০৩ ফাইরেন ৯ নি পানবা নোংমাইজিং নুমিত্তা মশাগী চহী ২৭ শুরবা চৌরজিৎনা ময়াম্বুং মধুচন্দ্রগী মহুত্তা মৈতৈ লৈবাক্কী নিংথৌ ওইখি। মনাও ইবুঙো মারজিৎনা যুবরাজ অমসুং সেনাপতি

অনিমক মপুা ওইহনা মচিল মনাওনা চহী মসা/মসা নিংথৌ ওইনসি য়ানহনা পাল্লকে। ওরকপা চহী খৃঃ ১৮০৪ কালেন থাদা ময়াম্বং মধুচন্দ্রনা লান্মী ৭০০ পুহনা ঐঙ্গা খোংনাংনা লুচিংলগা মৈতৈ লৈবাক্তা লান্দাবা থোরকপতু ময়াং লৈবাক্তা চৌরজিৎ মহারাজগী মরূপ ওমনা মাঙজৌননা লাক্লগা পাউ পিররে। লানগী পাউতু তাবদা চৌরজিৎ মহারাজনা হিয়াংথাং লাইরেম্বীদা যজ্ঞ বৎতুনা লান জয় ওইজগে নিরগা পানা মরিদগী লান্দা হৈশিংবা মথৌনা লৈবা মীওই খন্দুনা খোমগৎলগা মারজিং সেনাপতিনা লুচিংতুনা কৈনৌদা লানবন শাতুনা লৈরে। মধুচন্দ্রনা লান্মীগা লোয়ননা লাকপনা শামুপল য়ৌরক্লে। পাউ হেক ফংবগা মহারাজ চৌরজিৎ মশামক্লা শগোল লান্মী পুহনা কৈনৌদা লাক্লগা মচিল মনাও পুন্দুনা নুমিদাংদা কৈনৌদগী খুংক ফাওহনা শামুপল তান্না লাক্লগা মধুচন্দ্রগী লান্মীবু ঈচল ডাংশল কোইশিল্লগা য়ুথক অমা লেপ্তনা লান থেংনবদা লানফমদা মধুচন্দ্র অমদি মজাইবুডো মদনশাই শিরে, ময়াং লান্মী ১০০ সু মথরায় থারে। লান্মীগী লুচিংবা ঐঙ্গ খোংনাং অমসুং বলরাম অনিরু লান্মী ৬০০ কা লোয়ননা ফারে। লান ডম্বগী হুংডাইবা উৎতুনা চৌরজিৎ মহারাজনা মৈতৈ লান্মীশিংদা মনা মথুম য়েনবিখি। চহী অতুগী পোইন্নু ৪ নি পানবা থাংজদা মপাবুং ভাগ্যচন্দ্রনা কোন্নুং ওইনা শেম্লম্বা খাই য়ুম্ফম (হৌজিক গর্ভপানা লৈরিবা মফম) দগী মবুধৌনা কোন্নুং ওইরমবা কংলাদা হোংজিল্লে। চংলিবা থাতুগী ১২ নি পানবা থাংজ নুমিত্তা কংলাগী শঙলেন মমাঙদা ফিজং খন্দুনা মহারাজ চৌরজিৎনা রাইরং পানহৈবা মিংলেন লৌরগা লাইশ্রম চন্থু খোংনাং লাম্বী মহারাণীগা মাইয়োক্লনা ফম্মিল্লহনা অঙম অথৌশিংগী মমাংদা হৌনবী মতুংইন্না ফম্বাল তোংলে। কুমারী ব্রাহ্মণী ১০৮ না ফিশেং শেৎতুনা মথুৎতা চফু পায়রগা মহারাজ অমসুং মহারাণী অনিগী কোকথক্তা ঈশিং হৈথহল্লগা থুম মপাক ১০৮ দক্ষিণাগা লোয়ননা দান তৌরে। রাধা

কুণ্ডদগী ব্রহ্মণনা শোকলুবা অশেংবা ঈশিং য়াওনা অভিষেক তৌরবদা নিংথৌ পুক্লিং হন্নাওরে। রাধা কুণ্ডদগী ঈশিং শোকলুবা কুঞ্জরাজ ব্রাহ্মণদা তৌবুলগী অফবা লৌফমদগী খল্লগা লৌ পরি অমা দান তৌরে। চৌরজিৎনা নিংথৌ ওইদুনা পাল্লবপা চহী মঙা হেক শুরক-পদা মারজিৎ যুবরাজনা ময়াম্বংগী নাক্তা চংলক্লগা য়াম্বং ইবুঙো ইচিল ইনাওনা হায়নখিবা মতুংইন্না য়াম্বংনা নিংথৌ ওইবা চহী মঙা শুরে, মনাওদা নিংথৌ খুভম শিন্নবিরো হঙ্গৎলক্লে। নিংথৌ ওইবগী থুংঙাইবদু থাদোকপা ওৎদদুনা ইনাও ইবুঙো মতম খরদদি ঙাইখো হায়রক্লে। ময়াম্বংগী য়াহু তাবদা নিংথৌ ওইনিংবনা খোয়রাংলবা চহী ৫ রানা খাঙলক্লবা মারজিৎ যুবরাজদো মপুক্লিংদা য়ানিংদ্রে। নোংমা মারজিৎনা ময়াম্বং নিংথৌদা লন্নক্তা উতোং চাক চাক্লগে হায়রন্নগা চৎখিদুনা য়ুাক ৩২ দা তাবা লমলেন লানশোনবি খুলদা চৎতুনা খুলদুগী দুপা পুন্নমক খোয়ান্না লানচাক থাংদুনা মৈতৈ লৈবাক্কী নিংথৌ ওইগে, ঐবু তেংবাংবিয়ু। করিগুম্বা ঐনা লান ওম্বা থোক্ল-বদি মতিক চাবা মনা মথুম পীগে ফম পান্নবসু হাপকে হায়জবদু মীয়ান্না য়াবিরে। অসুন্না নিংথৌ শেম্বগী লানচাক খাঙদুনা অরোনবা লানওং শিনবগী পাউসি চৌরজিৎ মহারাজগী সনা নাকোং য়োথ্রে। নিংথৌ শেম্বগী দঙি ফংবা তারে খন্নরদুনা নুমিৎতুদা তিল্লিবা দুপা ২৭৩ অদু পুরগা মারজিৎ ওন্না লৈবাক্তা চৎখি। মারজিৎনা চৎখিবগী পাউসি হেক ফংবগা চৌরজিৎ মহারাজনা বামন হঙ্গুরবময়ুমগী নন্ত, থোকচোম কৃত্তিবাসি শেলুংবা অনি থাদুনা খামহনববু মারজিৎনা য়াদদুনা লিল্লোংদগী হল্লক্লে। নোংঙাল্লগা অমুক সাপম রুপা লাইফম লাকপা, নানদৈবা কৈরুংবা অনিবু থাদুনা মনাও মারজিৎপু হেমদুনা খামহনবদা য়াদদুনা পলেন্দগী হল্লকই, মারজিৎতি তুম্মু তাম্না চৎওগা মফমদুদা তেঙ্গেল শেমদুনা লৈখি। পাউ অসি তাবদা চৌরজিৎ মহারাজনা পানা মরিমক্তগী অবল অথৌ ফন্নাইবা পুন্নমকপু বোন্নংদা

কৌথৎলগা নিংথৌ ঐগী মীচংদা লেপ্তুনা মারজিৎকা লান থেংনবদা মায় লৈরোই হায়না কংলাদা নিংথৈগী মাংদা রাশকহল্লে। ইবুংশি রমা ক্ষেত্রী শগুলাকপবু সেনাপতি হাপ্তুনা পানা মরিগী হাজারিনা লুচিংলগা শগোল তোংবা মৈতৈ লামীনা পলেন তাল্লা চংতুনা মারজিংনা লান্দারকপতু থিংবদা ওমদতুনা চেল্লক্লে। চৌরজিৎনা ময়াম্বুং লাংগা-চন্দ্রগী মজাইবুভো ফৈরাবদা অমুক সেনাপতি হাপ্তুনা মারজিৎকা নুমিৎ মঙানি চুপ্পা লান থেংনবদা ঈশিং ঈচাউগুম অকিবা লৈতনা ফুজিল্লকপা মারজিংকী লাম্মীশিংতু থিংবা ওমদতুনা সনা কৈথেল চৌরক্লে। হল্লবা লৈতনা শোক্লবা লানফম অতুদা মায়কৈ অনিমক্কী লাম্মী য়াম্না শিনরে। চৌরজিং মহারাজনা মাগী লাম্মীদা মনাও মা নিঙা অতংনা নোংমৈ কাপকনু খল্লবসু মারজিৎকী লাম্মীনা য়ুম লাইশঙ খরা মৈ থাদোক্লগা কোন্নুংগী সনাথোং তম্না চংশিল্লকপতু উবদা কোন্নুং পায়-খিবা তারে খল্লতুনা থাবম লাইফম লাকপা পানা অনিগী অবল অথৌ লুচিংবশিংনা খল্লরগা নোংমৈ কাপ্তুনা মাংজিন থারিবা মারজিৎকী লাম্মী খরা হাংলক্লবদা মথায় মাংনিংদবা মারজিৎকী লামীশিংতু কোন্নুং মমাঙদগী শমজি খাইতুনা চেল্লে, মারজিৎ লান্দা মায়খিতুনা চেনখ্রে।

নিংথৌ ওইনিংবনা লাংতক্লরবা মারজিৎ মায়থিরবা ফাওবদা লান লেপকে খন্দে। অরাং হাওখুলশিংদা কোয়না চংতুনা অরাং হাও-য়াম নেক্লগা অমুক হল্লা। মৈতৈ লৈবাক্তা লান্দরক্লুনা খুদৈবন্দা মায়কৈ অনিমক্কী তেঙ্গোল শান্নরগা থা অমা চুপ্পা লান থেংনবদা মারজিৎ মায়থিরতুনা তুমুলোমদা চেনখিতুনা ঐরা নিংথৌদা মতেং পাংবিনবা হায়জক্লরে। মতম অসিদা ঐরা লৈবাক্তা বাদাও পায়না খৃষ্টাব্দ ১৭৭৯—১৮১৯ফাওবা ঔরাগী নিংথৌনা ওইরম্মী। ঔরা নিংথৌনা ঔরা ফম্নাইবা অমা মৈতৈ লৈবাক্তা থারক্তুনা চৌরজিৎ মারজিৎ মচিল মনাও অনিবু থেমতুনা শন্দাইনহল্লে। মারজিৎ অমুক হন্না মৈতৈ লৈবাক্কী য়ুবরাজ ওইরে। হন্দক্তি চৌরজিৎ মহারাজনা মনাওগী

পুংচেল ফানবা য়ান্না লুনা চান্না থমলে। নোংমা নিংথৌনা যুবরাজ মারজিৎপু কৌরগা ইনাও ইবুংঙোনা নিংথৌ ওইগে খল্লবস্থ মোইরাংদা নিংথৌ ওইরগা মনীং মথা তম্না পাম্লু। যুবরাজ ওইহুনা অসুম লৈগে খম্রগনা অনিশুবা নিংথৌগুম্না মৈতৈ লৈবাক্তা লৈহুনা ইচিল ইনাও লৈবাক ভাকমন্নসি হায়রক্লে। ময়াম্বুংগী সুংশুবা মরাহৈ অহুনদি মানা নিংথৌ ওনিংবগী খোয়রাংবা অহুদি কোকহনবা গুম্রে। মৈতৈ লৈবাক্তা লৈরগা নিংথৌ ওইনবা থৌরাংদি য়াম্বুংনা নিংথৌ ওইবনিনা মাগী মীচং লৈরবাই খাহুনা মারজিং মৈতৈ লৈবাক থাদোক্লগা ময়াং লৈবাক্তা চংখিহুনা কাছার নিংথৌ গোবিন্দচন্দ্রদা লান পাংবিয়ু হায়রুরে। মমাক মধুচন্দ্র নিংথৌবু হাংখিবগী মলোম্না মারজিৎতা লমন খুমগে ঢৌরকবদা মারজিৎনা লোম্না আরকান লেমদা চেনখিহুনা ঔরা কোয়ুং লোখ্রে। নিংথৌ ওইনিংবগী রাখলনা মারজিৎ ইকায় ইকি রাংমা লানখ্রে। মপা মপু হাক্তুগী হৌনা য়েরুবা ওইহুনতা লাক্লবা ঔরা নিংথৌদা অমুক চঙজকম লৌহুনা মাগী নীংবা থুংনবা হায়জ নোঞ্জবা চৌরগে। হায়জ চংচা তৌহুনা ঔরাদা চহী মরিরোম লৈরক্লবা তুংদা ঔরা নিংথৌ বদও পায়াগী মশুংপা ফোংদ্ধগা মরুপ শান্নরে। মাগী মরুপকী মপাদগী মারজিৎনা হায়জবহু ঔরা নিংথৌনা য়াবিরদুনা মতেং পাংবিগে হায়রক্নে। নোংমা ঔরা নিংথৌনা মচিল মনাও থংনবগী বিচার তৌনবা চৌরজিৎ মহারাজবু ঔরা কোনুংদা লাক্লবা মী থারক্নে। চৌরজিৎনা ঔরা নিংথৌনা কৌবহু থৌশাদহুনা চৎত্রবদা ঔরা নিংথৌ শাইরে, মারজিৎকী মতেং পাংদুনা মৈতৈ লৈবাক্তা লান্দবা য়াবিরে। মারজিৎনা ঔরা নিংথৌগা য়ানচে অমা সহী তৌনরে। বারোলদি কবো তম্পাক অসি ঔরাদা পীথোকপা, মৈতৈ লৈবাক্লা ঔরাগী মথা পোনবা, ঔরাদা ফংবা পোংচৈ মৈতৈ লৈবাক্তা য়োনবা মৈতৈদা ফংবা পোংচৈস্থ ঔরানা অপাম্বা খাগা লৈবা, লালান ইভিক চৌমিন্নবা, শান্দলান্দ মতেং পাংনবা। অসুম্না য়ানরবদা

ওরা নিংথৌনা মখা থাবা শনজোক নিংথৌগা লোয়নমা ওরা লাম্মী মশীং য়াম্না থাদনা মৈতৈ লৈবাক্তা লান্দামবা মাগী সেনাপতিদা য়াথং পিরক্লে। ওরা লান্মী ময়ামগা লোয়ননা লাবপনা তুমু য়ৌবদা তেঙ্গোল তনি থোক্লা থায়দোক্লে। তেঙ্গোল তমনা মারজিৎনা লুচিং-লগা আইমোম লোমদা ফাওজিন্নকুনা কবচিং খুলেন ময়াদা লানবন শাদনা লৈরে। অতোপ্পা তেঙ্গোল তমদনা শনজোক নিংথৌনা লুচিংলগা মচি খুল লোমদা লাকুনা হৈরোক্তা লানবন শাদনা লৈরে। খৃষ্টাব্দ ১৮১৩ লমতা ৬নি পানবা নোংমাইজিং নুমিৎতা মধুচন্দ্র মহা-রাজগী মজাইবুংো পীতাম্বরনা লুচিংবা মৈতৈ লাম্মীনা হৈরোক্তা লানবন শাদনা লৈরিবা ওরাগী তেঙ্গোলগা নুমিৎ মঙানি চুপ্পা লান থেংনবদা মহা ওইরবস্থ মথৌনা লৈরবা পীতাম্বরনা শগোল তোংদনা মখুত্তা থাংশাং পায়রগা অকনবা লান থেংনবদা শনজোক নিংথৌ হাত্তুনা ওরা লাম্মী চাইথায়রে, মমায় লৈদনা চেনখ্রে। কবচিং খুলেন ময়াদা লানবন শারিবা মারজিৎনা লুচিংবা ওরা তেঙ্গোলনা চৌরজিৎ মহা-রাজনা লুচিংবা মৈতৈ লাম্মীগা নুমিৎ তরামাথোইনি চুপ্পা অকনবা লান থেংনরে। মারজিৎকী মখুত্তা চৌরজিৎ মহারাজ মাথৌরদনা মৈতৈ লাম্মী ময়াম হুন্দোক্লম্লগা কছার তাম্না চেনখিদনা কাছারগী নিংথৌ গে বিন্দচন্দ্রদা তেংবাংবিগ্নু হায়জবদা য়াবিদ্রবদা চৌরজিৎ নীংবা কায়তুনা জয়ন্তিয়াদা লেংশিনখি। মফম অতুদা গোবিন্দচন্দ্রগা হেক্রবা রামসিংহ অমস্থং তুলারামগা লৌতুনতুনা কছারদা লান্দনবা হোৎনখি। চৌরজিৎ ( রাইরং পামহৈবা ) না লাইশ্রম চন্নু খোংনাং লান্থবী তমস্থং মহারাণী ভাংবম চন্নুনচিংবী নুপী ৫০ পাম্লে। নুপী ৪০ দি শোই-নাইদে ( মচানুপা পোক্তে ) লাইশ্রম চন্নু খোংনাং লান্থবীনা সনাহল প্রসাদ পোকই।

## মারজিৎ ( খৃঃ ১৮১৩ ১৮১৯ )

চৌরজিৎ মহারাজনা ময়াং লৈবাক্তা চেনখ্রবদা খৃষ্টাব্দ ১৮১৩ লমদা ১৭ নি পানবা মুমশবৈশা নুমিত্তা মশাগী চহী ৩৪ শুরবা মারজিৎনা মৈতৈ লৈবাক্কী নিংথৌ ওইখি, কম্বালগী মিংলেন্না নোংপোক রাইরং পামচৈবা থোনখি। মহাক্না নিংথৌ ওইবা মতমসি মৈতৈ লৈবাক্তা চানা থক্রবা পোং-চৈ মরাং কাইনা মংদবদগী য়াম্না রানরম্মী। মরমদি মচিল মনাওশিংগী মরক্তা নিংথৌ খুতম মুম্নবগী তোয়না লান শোক্নবনা লৈবাক মরা তংবনা লৌউ-শিং-উবা মতম নাইদবদগী পোখোক রাংতুনা রানবদু উবদা মারজিৎনা ওরা লৈবাক্তগী অরাং অপা পুমমক লেরে, মৈতৈগী ফিরেলনচিংবা পোং-চৈ কয়ানা ওরাদা য়োন্দুনা লৈবাক তানিনা লনলোন ইতিক তৌনরবদা মৈতৈ লৈবাক অরাবা কোবলে। মবুধোশিংগী হাক্তক্তা অরাং অপা লৈতনা নুংডাই য়াইফনা পাল্লমবা মৈতৈ লৈবাক্কু মহাকথক্তা অমুক হঞ্জিল্লক্লনা ইনাক খুনবা লৈবাক অমা ওইরক্লে। অদুমনা অরাং অপা লৈতনা নুংডাই য়াইফনা পাল্লক্রবদা ময়াম্বুং চৌরজিৎ মহারাজগী মীচং ওইরম্বা তুংদা মাগী য়েক্নবা ওইরক-কদবা মীওই কয়াদু তান্থোক্লগা লৈবাক মরা তপ্না মনাং মখা তম্না পানগে থল্লক্লে। মরাল লৈজদবা মীচম প্রজা কয়াস্থ য়েক্নবনি খন্দুনা লেম্না লেম্না হাংলকপা মঙোন্দা য়েংলক্দবা ময়াম্বুংগী মচা মগু ফাওবা মাঙনবা খুজিল থৌরাং তৌরবপসি উবদা মহাক্না নিংথৌ ওইবসি প্রজা মীয়াম্না পাম্নদ্রবস্থ ওরাগা মরুপ মপাং ওইবা নিংথৌ-নিনা ওরাবু বিবদগী তুমিন তুমিন লৈনখি। ওরা লৈবাক্তা মতম কুইনা শাইদাংদুনা লৈরুরবা মারজিৎ মহারাজদু ওরাগী কেবা মৌবতু হৈনরক্লনা মানা লৈনবা শঙ্গাই অমা ওরা নিংথৌগী কোন্নুংগুম ফজনা শাগে থক্লে। হাম্না মৈতৈগী লম ওইরগা, মানা নিংথৌ ওইনিংবদগী ওরাদা পীথেকথ্রবা কবো তম্পাক্তা হৌবা চিংস্থ পাইদু কজ হজবা

খল্লগা তুমিন্না য়ানবা চৌরক্লে। য়ুফম রাংনা থোল্লগা উপাকনা কাংথক হাদুনা য়ুমথক্তা সনাগী তপোপ্পি সনরুপা কুপ্পুনা কা তরেংকী ফজরবা শঙ্গাই অমা শারে। সনাগী সিংহাসন শারগা মমল য়াম্লবা ফিজেং লৈতেং শেংতুনা ফমলে শ্রীগোবিন্দগী মন্দিরদু ফুরা চৌহনা শারে, সনাগী নেকনিন খল্লে। কোমুংগী অকোয়বদা চেক্লা রাংনা চেকপল থাজিল্লে। হাওবম মন্ত্রিবু নিংথৌ শেম্বা য়াওই হায়দুনা মাগা লোয়নবা মীশিংবু হাৎলক্লগা মৈতৈ মচাশিং থমোয় শোক্না শাউনরে নোংমা গম্ভীরসিংহনা মরাম্বুং মরজিৎ নিংথৌ খুরুম্বা লাকপদা মমাংদৈ ডাউজি খোংজাইওম্ববু নিংথৌ ওন্নবা খুপ্পোং চন্দ্রমনি নন্দলাল মচিল মনাওনা ময়াম্বুং লাবণ্যচন্দ্র নিংথৌবু শগোল কাঙ্জৈ শান্নবদা হাৎখি-বদু মাদু য়াওরমগনি মপুক্নিংদা চিংনখিবদু খুদক্তা মীশিংলকতুনা গম্ভীরসিংহদা মমিং থানা য়েংলদুগা শঙ্গাই মচুংদা লেংশিনখি। ময়াম্বুং মারজিং নিংথৌগী মওং মতৌদু উবদা গম্ভীরসিংহ মথরায় নুংঙাইতদুনা ময়াম্বুং ডাউজি খোংজাইওম্বগী মনাক্তা লাক্লগা য়াম্বুং ইবুংঙো, য়াম্বুং মারজিং নিংথৌসি নিংয়েং নায়েং চুমদে, মমুক্তা ফত্তবা রাখল খনবা মান্নি, ইচিল ইনাও মকম অসিদা লৈবা নুংঙাইরোইদোরে, কছারদা চংলসি হায়নদুনা মচিল মনাও অনিদু নুমিৎতুনা লোইবা চীশাং লান্না চংখিদুনা মীরৈবাক কছার জিলাগী ললাং খুন্দা লৈখি।

ময়াম্বুং চৌরজিৎ নিংথৌগী মথুক্তা মায়থিদুনা মারজিৎনা কছার নিংথৌ গোবিন্দচন্দ্রদা লান পাংবিয়ু হায়জরুবদা মচানুপী লৈবা মমাক মধুচন্দ্র হাৎপগী লমন খুমগদবগী মত্তোন্দা চংখিবা শাজৎতু মারজিৎনা নিংথৌ ওইরবা ফাওবদা কাউবা লৈখিদে। খৃষ্টাব্দ ১৮১৭ মেরা ২৬নি পানবা শগোলশেল নুমিত্তা মারজিৎ মহারাজনা মৈতৈগী অকল অথৌ খোউমী লান্মী মরাম পুরগা কছার লৈবাক্তা লান্দারক্লে। লানফম অদুদা ময়াং লান্মী য়াম্না ফারে, মৈতৈ লান্মীগী মনুংদনা নোংযোনবা রামসিং শিরে। লন্দা মারজিৎ নিংথৌনা লাকচরবদা কছার নিংথৌ

গোবিন্দচন্দ্রনা জয়ন্তিয়াদা লৈরিবা চৌরজিৎ মহারাজগী মনাক্তা চৎখিহুনা মৈতৈ নিংথৌ মারজিৎকা লান খরা শোক্লবিয়ু। মহারাজনা লৈবদা মতিক চাবা লন্ন ঐগী লৈবাক্তা পীজগে, অৱাৎ অপাসু নত্তেং পাংজগে হায়রুরে। ককচিং খুলেনগী ওৱা লানফমদা মনাও মারজিৎনা ওৱা তেঙ্গোল মমাঙদা লাকচখিবহু মতিক চাবা লমন খুমগে খললহুনা চৌরজিৎনা লাঞ্জংনবা লাম্মী শেম শারে। ময়াম্বং চৌরজিৎনা ময়াং লাম্মীগী লূচিংহুনা মাগা লান থেংনগদবগী শেম শারে পাউ তাবদা মারজিৎ পাখংলে। ময়াম্বংগী মীচং ওইরম্বা মীওই কয়া মানা হাৎ-খিবা, খরনা মীরৈবাক্তা তান্থোকখিবদা মাবু মৈতৈ প্রজাশিংনা শাউই খঙবনিনা ময়াম্বং চৌরজিৎ উবদা মৈতৈগী খোঙমী লাম্মী পুন্নমক মাগী মীচং ওইখিগদ্রা মপুক্লিংদা চিংনরে। লান শোক্লদনা ময়াম্বং চৌরজিৎ উনদ্রিঙৈদা চংহৌবনা ফরগনি খল্লহুনা মারজিৎ মৈতৈ লৈবাক্তা থুনা হনখি। মারজিৎনা লান শোক্লদনা চৎথ্রবদা হায়নখিবা মতুং ইননা চৌরজিৎ মহারাজ গোবিন্দচন্দ্রগী লৈবাক্তা নুংঙাইনা লৈরে, নিংথৌনসু হৱাওহুনা মগী অৱাৎ অপা মত্তেং পাংবিরে তস্নুম্না মতম খরা লৈরবা তুংদা ললাংদা লৈরিবা গম্ভীরসিংহসু ময়াম্বং চৌরজিৎকী মনাক্তা লাক্লুনা লৈররে। মচিল মনাও তান্নহুনা গোবিন্দচন্দ্রগী অয়াম্বা লম খোপচিল্লগা অনিশুবা নিংথৌ গুম কাছার লৈবাকতা মনীং মখা তম্না লৈরে।

মতম অসিদা ওৱা লৈবাক্কী অহল ওইরবা নিংথৌ বাদাও পায়ানা লৈখিদ্রবদা মশুনুপা বগিদাওনা (খৃঃ ১৮১৯—১৮৩৭) ওৱা লৈবাক্কী নিংথৌ ওইরে। নহা ওইনা নিংথৌ ওইবনা নাপল কারবা বগিদাওনা চাউজনিংবদগী মানা সিংহাসন কাবগী অভিষেক তৌবা মুমিত্তা ওৱাগী মখা পোনবা নিংথৌ পুন্নমকপু বার্তোন তৌহুনা কৌরগা মঙোন্দা চেং কৎহনগে, মীয়াম মমাঙদা মখোয়বু মাগী মখা পোনবা নিংথৌনি লাউথোক্কে খল্লহুনা অভিষেক্কীদমক্তা মাঙজৌননা থৌরাং চাউন তৌরক্কে। মারজিংনা মানা লৈনবা শঙ্গাই শাবদা ওৱা নিংথৌদা তাক্তনা মঙোন্দা

পীথোকখ্রবা কবো তম্পাক্কী চীংশু য়াম্লগা মীখা পোনবা নিংথৌ মানা ঔৱা নিংথৌগী শঙ্গাইগা মাম্মনা মথক্তা সনরুপ্না যুপ্তনা শারগা সনাগী সিংহাসন্দা ফমলুবগী ঔৱা নিংথৌনা মমাম্নবা নিংথৌশিংগী মমাঙদা চপ্তনা হংলক্লবদি মতিক চাবা পাউখুম পীনিংঙাই লৈতহ্নুনা ইকায়বা নংগনি চিংনহ্নুনা অভিষেক য়াওদনবা চিঠি তমা ইরগা মৈতৈগী ফম্নাইবা অঙম্বা অমা ঔৱা কোন্নুংদা থারক্লে। মারজিৎনা পিরকপা চিঠিগী ৱারোলদি ঐদি ইচিন ইনাও য়েক্নবা য়াম্বনিনা ঐগী তুংদা নিংথৌ খুভম মুনখিগদ্রা চিংনহ্নুনা মহারাজগী অভিষেক য়াওবা ঙম্মোইদোরে। মৈতৈগী ফম্নাইবা অঙম্বা অমা থাখিবসিনা ঐগী ইহুৎ শিলহনবিয়ু। মতম চাবদা মহারাজগী নাকতা লাকচগে ঐবু ৱারৌবিগনু হায়জরকপা চিঠি মরোল অহু পাবদা ঔৱা নিংথৌ য়াম্না শাউরে। মহাকনা হায়জহ্নুনা মপুবোক নিংথৌগী মপালনা মৈতৈ লৈবাক্কী নিংথৌ ওইরগা নাপল তৌহ্নুনা মীগী তৌবিমল খন্দবা মহাক মতিক চাবা লাক্লগে খল্লহ্নুনা মহাবন্দুলা কৌবা ঔৱাগী জেনেরেল অমনা লুচিংলগা ঔৱা তেঙ্গোল অচৌবা অমা মারজিৎ ফানবা মৈতৈ লৈবাকতা থারক্লে। খৃষ্টাব্দ ১৮১৯ পোইন্নু নিনি পানবা নোংমাইজিং নুমিত্তা মৈতৈ লৈবাক্তা ঔৱানা লান্দারকপগী পাউ ফংলে। মৈত্রবাকতা পোকপা মৈতৈগী শেংলবা ঈনা শিংলিদা চেনবা নিংথৌমচা মারজিৎ মপুক্লিংদা চিংনবা লৈতনা অৱাগা মায়োক্লনা লান থেংনগে খল্লহ্নুনা মৈতৈ খোংমী লাম্মী শেম শাহ্নুনা লৈরে। ৱাকচিংগী ৫ নি পানবা লৈপাকপোকপা নুমিত্তা মারজিৎ মহারাজ ককচিংদা ঔৱাগা চয়োল অমা অকনবা লান থেংন-বদা লাম্মী মশিং য়াম্বা খুৎশু খুৎলায় ফবা ঔৱা তেঙ্গোলগা মায়োক্লবা ঙমদহ্নুনা মৈতৈ তেঙ্গোল কায়রে, ১২ নি পানবা লৈপাকপোকপা নুমিত্তা মারজিৎ লেমা কছার লৈবাকতা চেনখি। মাবু ফাবা ঙমহৌ-দবদগী ঔৱা লাম্মীশিংনা মগী খোঙ্গুল লিবদা মাগী লোৎফম থিবদা মৈতৈ মচা ফু-চৈহ্নুনা লাক্লরক্লবদা লৈবা ঙমদহ্নুনা মৈতৈ অয়াম্বা চীন্নুং

মানুংদা লেৎতুনা লৈনখি। চীংনুং মানুংদা লোৎলিবা মৈতৈ মচা ময়ামত্থু কৌথোক্লগে খল্লহুনা মৈতৈ লৈবাক্কী নিংথৌ ওইবা য়াবা নিংথৌগী মচা মণিমতিক চাবা বনা বনা লৈবগে মাগী মরুপ মপাংশিংগা লোয়ননা থোরক্লো মৈতৈ লৈবাক্কী নিংথৌ হাপ্লল্লগা এখোয় ওৱা লৈবাকতা হনখগে হায়না মীনম চাউবা ওৱা সেনাপতিনা লৈবাক শীনবা থুংনা পাউ চেল্লে। লমলেন হাওতকতা লেৎতুনা লৈবিবা ইবুংশি জয়রাম্না নিংথৌ ওইগে খল্লহুনা চীংনুং মানুংদা চাইনা লোৎতুনা লৈখবা মৈতৈ মচা ময়াম ৱানা চৎতুনা খোম্লগা নিংথৌ ওইনবা থোরকপদা লৌনম চাউবা ওৱা সেনাপতিনা জয়রাম অমদি মাগা লোয়নরকপা মীয়ামত্থু ফারগা মখুৎ পুন্দুনা শা-ষণ হোইবগুম ফু চৈহুনা ওৱা লৈবাক্তা পুশিনখি মারজিৎ ফাবা ঙমহৌদবগী ওৱা নিংথৌগী দণ্ডি ফংগনি কিবনা জেনেরেল মহাবন্দুলানা শাউহুনা ওৱা লান্মীশিংদা য়ুম্লক খুল্লক্তা চঙহুনা মৈতৈ নুপা নুপী থাক্তনা ফু চৈনবা য়াথং পীরক্লে। ওৱা জেনেরেলগী য়াথং ফংলবদা মীনুংশি খঙদ্রবা ওৱা লান্মীশিংনা লৈরক খুলক্তা চঙহুনা মৈতৈ নুপা নুপী অমৎতা থাক্তনা ফু-চৈহুনা লাক্লবদা নত্তনা ফারগা মখুবাক্তা নম্রগা মনাদা য়াইরিনা লেঙলগা শা-ষণ চিংবগুম চিংহুনা পুরক্লে। চৎপা ঙমদবা অশোল অনা অহল-লমনশিংবুনা য়ুম মনুংদা হোইজিল্লগা থোঙ লেনশিন্দুনা ইমুংদা মোরোক মে থারগা মোরোক্কী মৈখুনা হাদুনা মতোমদা শিজবত্থু কয়ানি। ওৱাবু বিবদগী উথক্তা কাদুনা লোৎচবা তু-খোঙ খোংবান লুক্লাংদা লোৎতুনা লৈজবা নুপী মচা নহা অঙাংবু ফারগা তমথিনা লাক্লবা, মথাদা কোঞ্জবা অঙাংবু মুল্লগা নুংপাক্তা হাইহৎতুনা হাৎতোকপা মীনুংশি খঙদবা ওৱাগী মীহাৎতু উবদা তম্পাক্তা লৈবা ঙমদহুনা অরাপ্পা চীংনুং মানুং উমং ৱামংদা মতম খরা লোৎতুনা লৈরম্লগা চাবা থকপা ফংলক্তহুনা পোকনকম লমদম মৈত্রবাক থাদোক্লগা কপ কপ্পুনা মীরৈবাক্তা চৎনখি। আসামগী

মক্কম অয়াম্বদা কোয়না চংতুনা তাংজক্কম ফবা, চাবা থকপা রাংলোইদবা অহাংবা চীংয়া তময়া লমহাং কয়াদা মৈতৈ মচাশিংনা খুন্দাতুনা লৈনখি। হন্দক ঐরানা মৈতৈ লৈবাক খুহুম চন্দুনা মতম খরা লৈবসিদা মরিংজেল মথৌনা লৈরবা মৈতৈ কৌবা জাতি অসি মৈতৈ লৈবাক্তা থল্লরোই মতাঙ্গুম লাক্লরক্লে। মমাংঙৈ পামহৈবা নিংথৌনা ঐরাদা তোয়না তোয়না লান্দাতুনা ঐরাবু মায়থীবা পীবদা নত্তনা ঐরাগী মরু মরু ওইবা সহর কয়া খুতুম চন্দুনা ঐরাগী কোন্নুং ফাওবা লৌশিনগে হোৎনবদা মরাইবক থীবদগী মাগী ফিরাল নুংশিৎনা হুমদোক্লুনা তেকপতু উবদা ফত্তবা খুদম চাংদমনি মপুঙ্গিংদা চিংনতুনা ঐরা নিংথৌগা সন্ধী তৌনরগা হনখিবা অতুগী নুংঙাইতবা মলোম্না ঐরাশিংনা হন্দক্তি মতম চারে লমন খুম্লগে মতাঙ্গুম মরাল লৈজদ্রবা মীচম প্রজাশিং মীনুংশি খঙদনা ওৎ-নৈবদা নত্তনা মথরায় ফাওবা লৌবিরে। মরৈবাক থাদে ফিংদবদগী লোৎতুনা লৈজরম্বা মৈতৈ কয়া ঐরাগী তমখিবা ওৎ-নৈবতু খাঙবা ঙমদতুমা মীরৈবাক্তা চেন্নথবদা মৈতৈ লৈবাক উন রাইমুক চিকথ্রে, উচেক রায়াগী নুংশিবা মখোল শা-কৈগী অকিবা খোঞ্জেল নত্তনা মীখোল তাবা ফংখিদ্রে। মতম অসিদা ঐরাগী মীচং ওইরিবা হুইদ্রোম সুবলদা ঐরা লাম্মী খরগা লোয়ননা মৈতৈ লৈবাক ঙাক্লবা শিন্নরম্লগা ঐরা লাম্মীগী লুচিংবশিং জেনেরেল মহাবন্দুলা মরৈবাক্তা হনখি। সুবলনা মাগী মরি মতা মরুপ মপাংগা লোয়ননা মৈতৈ লৈবাক ঙাক শেন্দুনা লৈবা মতম অসিতু মৈতৈ পুয়াদা চহী তরেৎ খুন্তাকপা হায়না ময়েক শেংনা ইতুনা থমলি, ঙসি ফাওবা কাউনদনা নীংশিংনরি।

ঐরা লাম্মীনা মরাল লৈজদ্রবা মীচম প্রজাশিংবু ওৎ-নৈবা মীহাৎখিনা হাৎপা পাউতু তাবদা লাবণ্যচন্দ্রগী মজাইবুঙো হেরাচন্দ্রনা চীংনুংমনুং উমং রামংদা চাইনা লোৎতুনা লৈরিবা মৈতৈ খরতু খোমলগা মৈতৈ লৈবাক ঙাক শেল্লিবা ঐরা লাম্মীশিং অতু লোন্না লোন্না

হাৎপা হৌরক্লে। ময়েক্লনা ঔরাগা লান থেংনবদি ঙমদবনিনা ঊনাপুংবা উপাল রপালগী মথক্তা কাখৎতুনা লোৎলগা নাইতোম চংপা ঔরাবু উথক্লগী খুংলায়না থাদ্বুনা হাৎপা, অশিবা ঔরাশিং অদু লৈপাক্তা ফুমজিনবা অসিদা ঔরা লান্মীশিং অদু নাইতোম চৎতুনা চানবা ফৌ চেং খোম্বা য়েনশাং নাপী থিবদা পুম্নপ পুম্নপ হৌনরগা চৎলে। মখোয়না চংপা মফম খুদিংদা উতোন রাতোন্দা মৈতৈ লুমতুনা লৈবরা য়েংল য়েংলহুনা চৎনরে। পাউ অসি তাবদা চীংনুং মনুংদা লোৎলিবা মথৌনা লৈবা মৈতৈমচাশিং থোরক্লগা হেরাচন্দ্রগী মতেং পাংহুনা লান্মী মশিং নাইদনা হাৎলক্লে। মপান্দা থোক্লুনা চানা থক্লবা থিবা য়াদবদগী ঔরা লান্মীশিং অদু মোইরাংদা কুমহুনা লৈখ্রে। পাউ অসি তাবদা হেরাচন্দ্র, অঙোম সুবুনাথ মনি, অকোইজম খম্বা, এলাংবম অমু, মৈয়েংবম শ্যাম, মোইরাংথেম লবঙ্গ মখোয় ৬ না লুচিংলগা মোইরাংদা লৈবা ঔরা লান্মী ৫০০ দা লান্দাহুনা ঔরা ২০০ হাৎ-তোক্লে, ঔরা লান্মী কায়হুনা চেনখ্রে। হেরাচন্দ্রনা ঔরা লানমী ময়াম হাৎপগী পাউসি কছার লৈবাক য়োৌখিহুনা চৌরজিৎ মহারাজগী সনা নাকোংদা হেক তাবগা মধুচন্দ্র মহারাজগী মজাইবুঙো সনা যুমজাও তাববু হেরাচন্দ্রগী মতেং পাংনবা কছারদগী থারক্লে। হেরাচন্দ্র যুমজাও তাবা মচিল মনাওমা অরোনবা লানওংদা নোংমা নোংমগী লেগুনা হাৎচিন্নকপদা ঔরা লান্মী অয়াম্বা শিরক্লবদা লেমহৌবা লান্মীশিং অদু লৈবা ঙমদহুনা মরৈবাক্তা চেনখ্রে। ঔরা লান্মী লৈত্রবদা হুইদ্রোম সুবলসু ঔরাদা চেনশিনখি :

## হেরাচন্দ্র ( তাকু নিংথৌ ) খৃঃ ১৮২০

ঔরাগী জেনেরেল মহাবন্দুলানা শিন্নরমহুনা মৈতৈ লৈবাক ঙাক-লম্বা হুইদ্রোম সুবলনা ঔরাদা চেনশিনখ্রবদা হেরাচন্দ্র, সনা যুমজাও তাবা মচিল মনাওনা চহী অমমম নিংথৌ ওইনরগা লৈবাক ঙাকমিন্নসি

রারেপনখি। ময়াম্বা হেরাচন্দ্রনা খৃষ্টাব্দ ১৮২০ দা চহী অমা নিংথৌ ওইরগা সনা য়ুমজাও তাবনা সেনাপতি ওইদুনা মচিল মনাওমা মৈতৈ লৈবাক ঙাক শেন্দুনা পাল্লম্মী।

## সনা য়ুমজাও তাবা খৃঃ ১৮২১

মৈদিংঙু হেরাচন্দ্রনা নিংথৌ ওইবা চহী অমা ফাওবদা খৃষ্টাব্দ ১৮২১ দা মহারাজ মধুচন্দ্রনা কোনশম চনু পান্নদুনা পোকপা সনা য়ুমজাও তাবনা মৈতৈ লৈবাক্কী নিংথৌ ওইরগা হেরাচন্দ্রনা সেনাপতি ওইদুনা মচিল মনাও পুকচেল খোয়জেল তিম্বনা লৈবাক ঙাকমিন্নরক্লে। মহাক্না নিংথৌ ওইদুনা পাল্লকপা মতম অসিদা কছারদা লৈরিবা চৌরজিৎ মারজিৎ অনিনা মনাও গম্ভীর সিংহবু মৈতৈ লৈবাক্তা ইরাং য়েংলুচো থারক্লে। গম্ভীরসিংহনা মৈতৈ লৈবাক্তা হেক থুংলবগা সনা য়ুমজাও তাবনা মপাগা পোকমিন্নবা মপাবুং গম্ভীরসিংহদা থুরুমদুনা নিংথৌ খুত্তম শিন্নরে। মহাক থা অনিরোমদা নিংথৌ ওইদুনা পাল্লম্মী।

## গম্ভীরসিংহ খৃঃ ১৮২১

খৃষ্টাব্দ ১৮২১ শজিবুগী ২৬ নি পানবা শগোলশেন লুমিংতা গম্ভীরসিংহনা মৈতৈ লৈবাক্কী নিংথৌ ওইরে, হেমচন্দ্রনা যুবরাজ অমসুং সনা য়ুমজাও তাবনা সেনাপতি ওইদুনা পাল্লক্রবদা ওরা লাম্মী বিবদগী চীংনুং মানুংদা লোৎতুনা লৈরিবা মৈতৈ মচা পুৎমক ময়ুম মযুমদা হন্নরক্লে। চহী অনিরোম ওরা লানগাইনদুনা ময়ুম মকৈ থাদোক্তুনা চেন্নখিবনা লবুক্তা লৌ উরক্তবা ইংখোলদা য়েনশাং নাপী থানদবদগী চাক তাংদুনা চারা হেনবদগী মী য়াম্না শিরে, পোলোইবা ঙক্রে।

---

মৈদিংঙু লাবণ্যচন্দ্রনা পোকপা মজাইবুগোনা হেরাচন্দ্র পোকই।
মৈদিংঙু মধুচন্দ্রনা কোনসম চনু পান্নদুনা সনা য়ুমজাওতাবা পোকই।

অরা অনা মীশি মীনা মরক্তা মৈদিংঙু গম্ভীরসিংহনা রানা নিংথৌ ওইদুনা পান্নকপা থা তরুক শুরকপদা মৈদিংঙু পামহৈবগী মশু জয়সিংহনা ওরা লান্মী পুরক্লগা মৈতৈ লৈবাক্তা লান্দারবপগী পাউ তারম্মী। জয়সিংহ হায়বসি মৈদিংঙু পামহৈবগী মনাও ইবেম্মা গোমতী মহারাণীনা পোকপা নন্দশাইগী মচানুপা দুবিলানন্দনা অহৈবম চনু পান্নদুনা পোকপা মচাইবুঙোনি। মৈদিংঙু পামহৈববু তোলেন তোহনা ওরাগী তোলফাং হিদেন্দা হাংখিবগী নুংঙাইতবা মলোম্না ওরা লৈবাক্তা শাইদাংদুনা লৈখিবনি। ওরা নিংথৌ বগিদাওনা জয়সিংহবু মৈতৈ লৈবাক্কী নিংথৌ হাপলগা ওরা লান্মীবু লুচিংলগা লান লাক্নুনা থৌবাল মোইজিংদা কোন্নুং শেমদুনা লৈরে পাউ তাবদা খোঙমী লান্মী মতিক চানা লৈতবা গম্ভীরসিংহনা ওরাগা মায়োক্নবা ৎমেলোই খল্লদুনা লান শোরুদনা নীংবা কায়না মীরৈবাক কছারদা লোম্না চেনখি।

## জয়সিংহ (খৃঃ ১৮২১—১৮২২)

মৈদিংঙু গম্ভীরসিংহনা কছার লৈবাক্তা চেনখ্রবদা মৈদিংঙু পামহৈবগী মচানুপা নন্দশাইগী মচানুপা কুবিলানন্দ (কোবিলানন্দ) না অহৈবম চনু পান্নদুনা পোকপা জয়সিংহ ওরদা লৈখিবদু ওরা নিংথৌনা মৈত্রবাক্কী নিংথৌ হাপলগা মৈতৈ লৈবাকতা থারক্নুনা পাল্লরে। খৃঃ ১৮২১ হিয়াঙ্গৈ থাগী ১০ নি পানবা নিংথৌকবা নুমিৎতা মহারাজ জয়সিংহনা থৌবান্দগী কংলাদা কোন্নুং হেঙ্গৎনুনা পানখি। মরুধৌশিংনা থারুনদগী চৎনরকপা লিচৎ শাজৎ কয়াদু কায়দনা চৎলম্মী। জয়সিংহনা কোন্নুংগী সনথোংদা ফম্নদুনা অরা অনা তারবা লৈত-লায়রবা হিবিক্তা চানা থরুবা ফৌ-চেং ফিরোল য়েনহিখি। ওরা লানগাইনদুনা মী চৎনদবদগী নাপী শিংবীনা থুমহৎলবা লম্বী থোং পুরমক নিংথৌ মশামক য়াওনা লম-তু শেংদোক্নুনা নৈনা লমী শেম্লম্মী। অদুগা নিংথৌ

ওইদুনা পাল্লকপা চহী অমা হেল্লকপদা ঔরা নিংথৌনা কৌশিল্লকুনা খৃষ্টাব্দ ১৮২২ লংবন ১৮ নি পানবা য়ুমশাকৈশা নুমিৎতা ঔরা চৎখি।

## যদুসিংহ, নোংপোক চিংলেন খোম্বা ( খৃঃ ১৮২২–২৩ )

মৈদিংঙু জয়সিংহনা ঔরা লৈবাক্তা চৎথরবদা গৌরাম শাইগী মজাইবুঙো ভদ্রসিংহ নোংচুপ লমগাইঙম্বীনা থাংজম চনু হরিপ্রিয়া পাল্লদুনা পোকপা যদুসিংহ নোংপোক চিংলেন খোম্ববু মৈত্রবাক্কী নিংথৌ ওইকুরো হায়না ঔরা নিংথৌনা ঔরা লাম্মী ১০০০ গা লোয়ননা মৈতৈ লৈবাক্তা থারকুনা খৃষ্টাব্দ ১৮২২ হিয়াঙ্গৈ থা পানথংলকপা মশাগী চহী ৩৩ শুবদা কংলাদা চঙদুনা নিংথৌ ওইরে। মহাকনা নিংথৌ হেক ওইবগা মবুধৌ পাখংবগী তিলথুল লাইথুল, তিনকম লাইফম খিবিক শেমগংতুনা ইরাৎ থৌনিবা হৌখি। ঔরা লানগাইনবদা ঔরাগী চেংগং খুন্দা লৈখ্রবা মবুধৌ সনামহিবু শগোলশেম শেইপাই থাদুনা লৌহল্লরগা ইরাৎপা হৌখি। মহাক্তা সনাথোংদা ফমদুনা লৈতংলায়রশিংদা চেং ফৌ য়েনবি। নহাক্তা নিংথৌ ওইরে পাউ তাবদা কছারদা লানজেন্দুনা লৈরিবা মচান্নপা রাঘবসিংহনা শাগৈ নাতৈমরুপ মপাং মৈতৈ ১৫৬ কা লোয়ননা মৈতৈ লৈবাক্তা থোরকই। খৃঃ ১৮২৩ মেরা থাশি নুমিত্তা মৈদিংঙু যাদুসিংহ নাদুনা শিরবদা মবুধৌশিংগী মংলেন্দা হৌনবী কায়দনা পোৎলোইখি।

## রাঘবসিংহ ( খৃঃ ১৮২৩–২৪ )

মৈদিংঙু যাদুসিংহনা নোঙ্গাখ্রবদা লিকমাবম চনুনা পোকপা চহী ১৬ তা ঙায়রিবা মজাইবুঙো রাঘবসিংহনা মপাবুংগী মহৎ শিন্দুনা খৃঃ ১৮২৩ হিয়াঙ্গৈ নোংমা পানবা নিংথৌকবা নুমিত্তা মৈতৈ লৈবাক্কী নিংথৌ ওইরে। ঔরা নিংথৌনা চহী অমা নত্রগা অনিগী ওইনা মৈতৈ নিংথৌ মচাশিংবু নিংথৌ হাপ্তুনা মৈতৈ লৈবাক্তা পাল্লিডৈ নতমসিদা

কছার লৈবাক্তা শাইদাংহনা লৈবা মারজিংনা ময়াম্বুং চৌরজিংকী মনাক্তা লাক্লুনা মানা ৱাখল থেনবনা ময়াম্বুংগী মফমদা লানথিবা পুন্নমকপু ভাবপিয়ু খুরুম্লরে। পুকচেল চাউবা চৌরজিং মহারাজনা মনাওবু তরাম্না কৌশিল্লগা চৌরজিং, মারজিং, গম্ভীরসিংহ পোকমিন্নবা মচিল মনাও অহুমসি পুন্না গোবিন্দচন্দ্রগী লৈবাক্তা শাইদাংহনা লৈমিন্নখি। অসুম্না মতম খরা লৈরগা য়ুমদাংবনা কৈনাই হায়নবা মৈতৈ পাউরৌহ কছার নিংথৌ গোবিন্দচন্দ্রদা চপ চানা থোক্লে। মারজিংকী খুজিল থৌরাংদগী মচিল মনাও অহুম্না কছারগী মখাথংবা লম অয়াম্বা লৌশিল্লগা গোবিন্দচন্দ্র নিংথৌবু মরৈবাক্তগী তাম্থোক্লবা শরৌ শিন্নরক্লে। গোবিন্দচন্দ্রনা ইষ্ট ইণ্ডিয়া কম্পানিগী সাহেবশিংদা মৈতৈ নিংথৌ মচাশিংবু কছারদগী তাম্থোকপিরগা মাবু ভাক শেনবিয়ু হায়জবদা গম্ভীরসিংহগা মরুপ মপাং ওইনা তিন্নবা মৈতৈ লৈবাকপু মনীং-মখা তন্না থমগে খল্লিবা সাহেবশিংনা থওইনা তাবিরক্লবদা উপায় লৈত্রহনা ওবা নিংথৌদা হায়জরুবদা য়াবিরক্লে। মতম অসিদা মচিল মনাও অহুম্না মৈতৈ লৈবাক্তগী ওবা তাম্থোক্লবা ৱা খন্নবা হৌরক্লে। ইচিল ইনাও ঐখোয় অহুম্না লুচিংলগা চাইহনা লৈরিবা মৈতৈ মচাশিং খোমজিল্লগা সাহেবকী মতেং লৌরগা ওৱাগা লান থেংনহনা মৈতৈ লৈবাক কল্লগা য়াম্বুংনা নিংথৌ ওইবিয়ু, ননাওনা যুবরাজ, ইনাও গম্ভীরসিংহনা সেনাপতি ওইহনা মৈতৈ লৈবাক্তা অমুক পানমিন্নরুসি হায়না মারজিংনা ময়াম্বুং চৌরজিংতা হঙ্গৎলক্লে। মারজিংকী ৱাহ তাবদা চৌরজিং মহারাজনা ইনাও ইবুঙো, ওৱাগী লান্দা ইয়াম্বনা মায়থীবা নুমিত্তা ইখুংসু ব্রজসিংহ কৌবা থাঙলেন পায়হনা ওৱা হাৎলগা মৈতৈ লৈবাক কনগে, থাঙদা তৈবা ওৱাগী ঈহু নিংথি তুরেলদা চামলগা মৈতৈ পোকপী ইমাগী লমন শিংগে ৱাশকপনি। অহুবু নোংমা নোংমা হৌথিহনা চহী মশিং য়ামশিল্লকপগা লোয়ননা ইয়াম্বগী পাঙ্গলসু ময়েং তাশিল্লক্লে, ৱাখলসু হন্থরক্লে। ওৱা তাম্থোক্লুনা মৈতৈ লৈমা ইমাবু

কনবা ঙমগনি ইয়াম্বা থাজরক্লে। নচিল ননাওনা ইয়াম্বগী ব্রজসিংহ থাঙশাং শিন্নগে, নখোয় অনিনা ঔরাবু মৈতৈ লৈবাক্কী তাম্মোক্লগা মৈতৈ লৈমা ইমাগী খোম্লাং লমন শিংগদো। ইয়াম্বদি শ্রীধাম নবদ্বীপ্তা চৎতুনা পাবুং সনাগ্বানা লিংখৎলম্বা অনুপ্রভুগী সেবা চৎতুন লৈরুরগে হায়রক্লে। ময়াম্বংগী রাজ তাবদা মারজিৎ মরু লুক্লুনা ঙাহাক রাখল তৌরুরগা মনাও গম্ভীরসিংহ য়েংতুনা হায়রকই। ইয়াম্বগী ইবুঙো গম্ভীরসিংহ! ইনাওগী নপাঙ্গল নথৌনা ইয়াম্বনা মুম্না থঙই। ইনাওদি ইষ্ট ইণ্ডিয়া কম্পানিগী সাহেবশিংগা থগনতুনা মরুপ শান্নবনিনা সাহেব শিংগী মতেং লৌরগা ইরায় লায়না মৈতৈ লৈবাক্কী ঔরা তাম্মোকপা ঙমগনি। মিন্নুংশি থঙদ্রবা ঔরাশিংবু মতিক চাবা দণ্ড পীদুনা তাম্মোক্লগা মৈতৈ লৈবাক্তা মনীং মথা তন্না নিংথৌ ওইদুনা পাল্লরো। ইয়াম্বসু য়াম্বংগী মতুং ইন্দুনা নবদ্বীপ্তা লাই নীংদুনা লৈজখগে। নিংথৌ ওইরমদাইদনা ইকায় ইকি রাংমা লান্না শিবা নাবা বিদ্রগা ইবৈপাক্কী য়েক্লবা তাম্মোক্লমদাইদনা লৈথোক্লকপা ময়াম্বং অনিগী মবুকচেল উবদা রাঙাং তাবদা শাউগন্দবা গম্ভীরসিংহ শাউনিংলে, মৈতৈল নেৎলবা লিলগুম মমিৎ ঈ কারক্লে। পোকমিন্নবা ময়াম্ব ওইবনা ব্যবহার কায়নিংদবদগী অশাওবা পুং মবপু থম্মোয়দা ফাজিল্লগা হায়রকই, য়াম্বং অনিনা তিল্লাং মাবু থয়োংনা অমুক্তদি থন্থবিখো। ননাওনা খুয়া খাদা হঙ্গৎচগদৌরিবা রাফমসি থক-খা ব্যবহার কায়রবসু ঙাকপিয়ু। পোইরৈ মৈতৈ লৈবাক্তা ঔরানা লান্দারক্লুনা কাংখোং চাইরিবা, মরাল লৈজদ্রবা মীচম প্রজাশিংনা ঔরাগী ওৎনৈবদা থাঙবা ঙমদতুনা মীরৈবাক্তা চেংখিবা, মরৈবাক থাদোক্লিংদবা কাংবু খরদনা ঔরাগী চৈথেং খাঙতুনা চীংন্নুং মানুংদা রানা মপুন্সি লেপ্লিবসি য়াম্ব অনিনা নিংথৌ খুত্তম মুন্নবদগী থোকখিবনি। ময়েক্কী অতাবী থিরুরবদি হন্দক মৈতৈ লৈবাক্তা চহী তরেৎ খুন্তাক লানশিন্তুনা অরাবা নংলিবা মীশি মীনা থেক্লিবা অসিগী পাপ পুন্যাদি য়াম্বং অনিনা পুবিদম থেকই।

নবদ্বীপতা লাই নিংহুনা পুন্সি লেনবিগে খল্লবস্তু হান্না মৈতৈ লৈবাক্কী ঐরা তাজোকপিখো। ঙমদবা পোকহনা পোকনফম লমদম ইমাগীদমক্তনি খন্দুনা মায়োক্নবা লানফমদা লোমা নোমা য়াইবী থরায় থাদোক-পিয়ু। মনাওসু য়াম্লুং ওনিশি থৌগল তৌজগে মতুংদা লাই নীংবগী মইহৈ ফংগনি। ইচিল ইনাও ঐখোয় তশ্না রাশন্নরগা থরায় খুবাক্তা হাপ্লনা মৈতৈ লৈবাক বলহৌত্রবদি নিংথৌ মচা পুংনবী মিংচৎ লৈখা তাখিন্দা নতনা মৈতৈ হায়রবা জাতি অসি মরৈবাক্তা খুল লিংবা ঙমদহনা মীরৈবাক্তা শাইদাগনা অয়াম্বা চংনগনি। ঐবাগী মথা পোনবা লৈবাক অমা ওইহনা লৈহৌরগনি। মদুমা তুংদা থৌরকপা পোইরৈ চাদোন শুদান শিংনা মপা মপু ওইবা ঐখোয়না খিনা ঙাঙনহৌরগনি। মরম অনিদ, য়াম্লুং অনিনা অমুক্তগা হন্না তরেৎ তরা থোক্না খন্থবিখো। মনাও গম্ভীরসিংহগী অচুম্বা রাজ্য তাবদা চৌরজিৎ মারজিৎ অনিদো না মথা তাবা ঙমদনা মরু লুক্কনা লৈপি। সুমিৎ অতুগী খন্নবতু যস ভাবা ঙমদনা অতুম লোইশিনে গম্ভীরসিংহদি চাবা থকপা চংখিদ্রে, রাখলনা অহীং তুম্বা য়াখিদ্রে। মাগী পুকচেল থোয়জেল শিন্নবা মতিক মথৌনা লৈবা মৈতৈ মচা বনাগুম্বগা মীচং ওইরগা মথরায় খুবাক্তা হাপ্লনা লান থেংনরগা মৈতৈ লৈরাক্কী ঐরা তাম-থোকপা ঙম্বা মপাঙ্গল মথৌনা পীনবিয়ু হায়না শ্রীগোবিন্দবু থম্মোয় নুংদা চেৎনা কেন্দ্রুনা লৈরক্রে।

অসুম্না মতম খরা হৌখ্রবগী তুংদা নোংমা নরসিংহনা কছারগী লেংওন্দবী পাং ঈশিংপদা ঈরাইপনদা গম্ভীরসিংহগা উম্মহনা রারী শান্নবদা মচিল মনাও থোক্রম্মে। নরসিংহনা ঙৌত্রাম শাইনা পোকপা ভদ্রসিংগী মচানুপানি। গম্ভীরসিংহনা ভাগ্যচন্দ্রনা খুম্বোংময়ুম চনু পাম্ন-হনা পোকপা মচানুপানি, মপা মপু পোকমিন্নবা পামহৈবা নিংথৌগী মশু ঙাক্তা ওইরম্নবদা মখোয় অনিমক মথরায় নুংঙাইরে। চহী হংনবদা গম্ভীরসিংহনা অহল ওইরম্লহনা নরসিংহনা য়াম্লুং কৌরে, মখোয় অনি

মুংশিননা লেঙ্গোম্লরে। গম্ভীরসিংহনা থা তরুক মৈতৈ লৈবাক্তা নিংথৌ ওইহনা পাল্লিদৈদা মৈতৈ লৈবাক্তা থেংনরকপা খুদোং থীবা অৱা অনা কয়া নংখিবা, ওৱানা ওং-নৈবিবদা মীচম প্রজাশিংনা ৱাখিবা পুন্নক অহু লীহনা তাবদা নরসিংহ থম্মোয় শোক্লা মুংচাইখিদে। করম তৌরগা য়েক্লবা ওৱাবু ইরৈবাক্কী তান্তোক্লুনা মৈতৈ লৈমা ইমাগী খোন্নাং লমন শিংবা চনগাগে হংলক্লে। মনাও নরসিংহগী মমা নীংবা মবুকচেল, মথৌনা মরিংজেল লৈবা ৱাওহু তাবদা মগী মীচং ওইরগা মৈতৈ লৈবাক্কী ওৱা তান্তোকপা ঙমগনি মপুক্লিদা থাজরহনা গম্ভীরসিংহ মথৱায় মুংচাইরে। ঈশিংপদা কাবা ঙা অহু খোংহনা চামিন্নরগা গম্ভীরসিংহ নরসিংহ মচিল মনাও অনিনা মৈতৈ লৈবাক্কী ওৱা তান্তোকপদা মায় লৈনগন্নুসি ঙমলে মৈতৈ পোকপী ইমাবু কমসি, ঙমদবা থোক্লে ইমাগীদমক্তনি নীংহন্নদনা য়াইবী থাদোক্লসি হায়না থাও চিক্লুনা মুমিংতুদা ৱাশক্লরে। নোংগাল্লগা মৈতৈ লৈবাকতগী চেল্লকপা কছারগী মফম পুন্নমক্তা লৈথবা মৈতৈ মচাশিং খোমগংনবা মচিল মনাওনা জাত্রিবোন, বোরখোল্লা, লক্ষিপুরনচিংবা মফমদা কোয়না চৎতুনা মীয়ামগা উন্নহনা মৈতৈ লৈবাক্তা লান্দারগা ওৱা তান্তোক্লবা ৱারী শাবা হৌরক্লে। মথৱায় শোক্লবা মৈতৈ মচাশিংসু মখোয় অনিনা হায়বহু য়ানিংলে। মতম অসিদা কছারগী লমদা ওৱাগী মপাঙ্গল শন্দোরক্লবদি কছারদা নত্তনা শিলেট পুম্বা মখোয়গী লম ওইখিবা য়াই চিংনবদগী ভারতকী গভর্নর জেনেরেল লর্ড আমহষ্টকী পাউতাক মতুংইন্না কছার নিংথৌ গোবিন্দচন্দ্র অসি বৃটিশনা ঙাক শেনবা নিংথৌনি হায়না ওৱা নিংথৌ বগিদাওদা খঙহন্নরমী। বৃটিশকী ৱাকম অহু য়ানিংদহনা মৈতৈ লৈবাক্তা নত্তনা কছার পুম্বা মাগী মখাদা থমগে খল্লিবা ওৱা নিংথৌনা কছার নিংথৌ গোবিন্দচন্দ্রবু কছার সিংহাসন্দগী লৌথোককদবগী হোৎনরিবা চৌরজিৎ মারজিৎ গম্ভীরসিংহ নিংথৌমচা অহুমবু ফারুনবা ওৱাগী লানমী লুচিংবদা য়াথং পীরক্লে। নিংথৌগী অকনবা

য়াথংতুগী মতুং ইন্না ঔরা লানমীশিংনা খৃষ্টাব্দ ১৮২৪ গী অওনবা শরুক্তা মায়কৈ হস্তুমদগী কছার তম্না ফজিল্লক্কে। ঔরা লাম্মীনা টিলাই চীংদোল অমহুং কছারগী ডুটপাতলীদা লানবন শাহনা লৈরেপাউ তাবদা গভর্নর জেনেরেলনা খৃষ্টাব্দ ১৮২৪ গী মার্চ তং ৫ দা ঔরাগী মথক্তা লান্দানবা হুকুম পীরক্কে। ভারতকী নোংপোক সিমানা অরোয়বা লৈবা মৈতৈ লৈবাক্তা ঔরানা খুন্দাহনা লৈখ্রবদি তুংদা অকায়বা থইরক্কদবা মরমনা ঔরা অমদি কছার লমগী মরক্তা লৈরিবা মৈতৈ লৈবাকপু মনাং মথা তম্না নিংথৌনা পানবগীদমক্তা গম্ভীরসিংহবু কৌরগা ঔরাবু মরু ফনা নমথনবা বৃটিশ সরকারগা পুন্না ঔরাগী মথক্তা লান্দামিন্নসি য়ারেপ- নরে। কছার নিংথৌ গোবিন্দচন্দ্রদসু মখোয়না ওাক শেন্দুনা থম- গনি খঙহন্লে। রাফম অসি য়ানরহনা কছারদা লৈবা মৈতৈ নিংথৌ মচা পুন্নমক্তা পেনসিল পীবগী য়াকমসু য়ানহনা মহারাজ চৌরজিৎপু থাদা লুপা ১০০ পেনসিল পীহনা নবদ্বীপ্তা লৈহনখি।

মৈতৈ লৈবাক্তগী লান চেল্লক্লুনা কছারদা লৈবা মৈতৈ মচাশিং অমদি কছারগী সিফাই খরগা বৃটিশ অফিসার য়াওনা সিফাই ৫০০ না শেম্বা মনিপুর লেভী কৌবা সিফাই পলটন অমা লিংখৎলগা লানগী লানওং খুংগু খুংলায় নোংমৈ কাপ্পনচিংবা তম্বিরে। লেপ্টেনেন্ট কর্নেল বাউননা মহাক্কী লাম্মী পুরগা ডুটপাতলীদা লৈবা ঔরা লাম্মীগী মথক্তা লান্দাবদা মায়থীরহনা যত্রাপুরদা হন্দোক্লুনা লৈখি। বৃটিশনা ঔরাবু কছারগী সিমানাদগী তান্থোকপা ওমদ্রবদা গম্ভীরসিংহ নরসিংহ মচিল মনাওনা বৃটিশকী মতেং লৌরগা মনিপুর লেভী অমসুং বৃটিশকী সিফাইগা পুন্নগা তেঙ্গোল অনি শেমলে। তেঙ্গোল অমনা নরসিংহনা লুচিং- লগা বদপুরদগী খুন্নক ফাওদোক্লুনা বরাক খোংহুং লাক্লগা শিদ্ধেশ্বর মন্দিরদগী টিলাই লানবন তম্না চঙশিল্লগা ঔরাগা লান থেংনরে। অতোপ্পা তেঙ্গোল অমহনা গম্ভীরসিংহনা লুচিংলগা ডুটপাতলীদা শারিবা ঔরাগী তেঙ্গোল থুগায়হনা ঔরা তান্থোকখ্রে। লানফম অসিদা ঔরানা

ফারুরবা সাহেব তমবু ঔরাগী মখুৎতগী মুন্না পুররক্লবদা সাহেবশিংনা গম্ভীরসিংহ নরসিংহ মচিল মনাওবু থাগৎপদা নত্তনা তৈ বিমল খঙবা উৎতুনা ইকায়খুমখি। কছারগী ল নকমদা মায়থীবা ফংহুনা চেল্লকবা ঔরাগী সেনাপতি অতোংউন মা মৈতৈ নিংথৌ রাঘবকা লোয়ননা খৃষ্টাব্দ ১৮২৪ রাবচিং মিনি পানবা য়ুমশাকৈশা নুমিত্তা ঔরা লৈবাক্তা চংখি। ঔরা লাল্মী ৫০০ দি মৈতৈ লৈবাক থাক্লবা থনম্মী।

## ভদ্রসিং থাবা (নোংচুপ লমগাইঙম্বা) খৃঃ ১৮২৪

মৈদিংঙু রাঘবসিংহন মৈতৈ লৈবাক থাদোক্লুনা ঔরা লৈবাক্তা থুংখিবগা ডৌরাম শাইনা মোইরাংথেম চনু পোংলেনখোংগী পাংহুনা পোকপা মজাইবুঙো চহী ৭১ শুরবা ভদ্রসিং থাবা (নোংচুপ লমগাইঙম্বা)বু ঔরা নিংথৌ ৰগিদাওনা মৈতৈ নিংথৌ হাপলগা থারক্লুনা খৃষ্টাব্দ ১৮২৪ শাজিবু ২৪ নি পানবা নিংথৌকাবা নুমিত্তা মৈতৈ লৈবাক্কী নিংথৌ ওইরম্মী। মহাক্না নিংথৌ ওইবা মতম্লসিদা কচারদা লাঙেন্দুনা লৈবা গম্ভীরসিংহ নরসিংহ মচিল মনাওনা কছারদা খুন্দারিবা মৈতৈ মচাশিং থোমহুনা বৃটিশনা খুৎলায় পীরগা লিংখৎপা মনিপুর লেভি কৌবা মৈতৈ লাল্মীগা লেপ্টেনেন্ট পেম্বরটন তমদি মাগা লোয়নরবপা বৃটিশ সিফাইশিং পুরগা মৈতৈ লৈবাক্তগী ঔরা লাল্মী তাম্থোক্লবা কছার থাদোক্লম্মী। নোং বল্লা চুবনা চীং লম্বীদা খুদোংথিবা বয়ামরুম নংলবসু নীংহল্লবা তৌদনা অল্লা অনা বয়া থাওহুনা চীংলোন লাম্থোক্লগা খৃষ্টাব্দ ১৮২৫ ইঙা ২৪ নি পানবা ইরাই মুমিত্তা মাক্লং য়োরক্লে। গম্ভীরসিংহ নরসিংহ মচিল মনাওনা বৃটিশকী মতেং লৌরগা লানগী খুৎসু খুৎলায় নোংমৈনচিংবা পায়বা সিফাই ময়ামগা লোয়ননা মৈতৈ লৈবাক্তগী ঔরা তাম্থোক্লবা লান্দারক্লে পাউ তাবদা মফম অমদা পুন্না লৈমিল্লরিবা ঔরা লাল্মীশিং তন্থু চাইথোক্লহুনা কামেং, তন্ত্রো-

নম্বৈ.ল ত.মম্ভং য়ুনালচীংদা ল.নবন শাদুনা লৈনখি। নম্বৈলদা লানবন শাদুনা লৈরিবা ওইরগী লন্মী তেঙ্গোলদু নরসিংহনা লুচিংবা মৈতৈ লান্মীনা খুরাইলাকপা পলদা লানবন শারগা লাম্বেংনবদা ওইরা লান্মী মশিং যিঙমদনা চিরবদা ওইরা লান্মীশিংদু লানবম থাদোক্লুনা চেনখি। কামেংদা শাবা ল.নবন্দা লৈবা ওইরা তেঙ্গোল অচৌবা ত.মদি য়ুনাল-চীংদা শাবা ওইরা তেঙ্গোল ত.নিমক লানণ্ডং খংনা লাম্বেংনবা মথৌনা লৈরবা গম্ভীরসিংহনা শগোল তোংদুনা লাম্বেংনবদা ম.য়োক্লবা ঙমদদুনা ওইরা লান্মী ময়ামদু মরৈবাক ওইরা ত ম্না চেনশিনখি। লানফম ত নিদা ওইরা লান্মীনা মায়খাইদুনা চেনখ্রবদা চহী ত.মতং মৈতৈ লৈবাক্তা নিংথৌ ওইরিবা অহল ওইরবা ভদ্রসিং খাবা মায়োক্লনা লান থেংনবা ঙমদদুনা ওইরা লৈবাক্তা চেনখি।

## গম্ভীরসিংহ ( খ্বঃ ১৮২৫ - ১৮৩৪ )

মৈদিংগু ভদ্রসিং খাবা ( মোংচুপ লমগাইংখ্বা ) না লান্দা মায়-খিদুনা ওইরা লৈবাক্তা চেনখ্রবদা খৃষ্টাব্দ ১৮২৫ ইংগী ২৬ মি পানবা নোংমাইজিং নুমিত্তা গম্ভীরসিংহ ( চিংলেন নোংদ্রেন খোম্বা ) না মশাগী চহী ৩৯ শুবদা মৈতৈ লৈবাক্কী নিংথৌ ওইরে। ওইরা লনগাইনবদা চহী তরেৎলোম খুন্তাক লানশিন্দুনা তরা তনা নংলবা মৈতৈ লৈবাক্তা চানবা চিঙ্গাক মতিক চান্না লৈতবনে, মখোইনা পুরবপা ব্রিটিশ সিফাই খরা অদুনা ওইরানা ত.মুক হন্না লান্দাগ্রক্লবদি মায়োক্লবা ঙম্লরোই খল্লদুনা মনাও ইবুংগো নরসিংহ সেনাপতিদা চেবশিন্না লৈবাক ডাক-লম্ম শিন্নরম্নগা চানবা চিঙ্গাক অমদি সিফাই লৌরুনবা গম্ভীরসিংহনা লেপ্তেনেন্ট পেম্বরটনগা লোয়ননা কছারদা চংখি। চহী অদুগী হিয়াঙ্গৈ ১৩ নি পানবা ইরাই নুমিত্তা মৈদিংগু গম্ভীরসিংহ, কেপ্তেন গ্রান্ট, লেপ্তেনেন্ট পেম্বরটন সাহেব তনিনা লুচিংবা ব্রিটিশ সিফাইশিং ত.মদি চানা থরুবা চিঙ্গাক ময়ামগা লোয়ননা মৈতৈ লৈবাক্তা খুংলমী।

মৈতৈ নিংথৌ অমদি বৃটিশ সিরাই ময়াম থুংলবগী পাউ তাবদা তম্পাক্তা চাইথোক্লুনা লোন্না থুগা লৈরিবা ওইরা লাম্মীশিংহ মৈতৈ লৈবাক থাদোক্লুনা চেনখ্রগা তুমুদা লানবন শাহনা লৈখি। শান্লানগী খুদোংচাবা য়েংহনা মপাবুং ভাগ্যচন্দ্রনা কোন্থুং ওইরবা বিষ্ণুপুরগী চীংথক্তা কোন্থুং শেনহনা মৈদিংগু গম্ভীরসিংহ মতম খরা পাম্লম্মী। নিংথৌনা বৃটিশ সিকাই পলটন মরিবু সনা কোন্নংদা চাক কৌহনা পীজরম্মী। মহাক্না নিংথৌ ওইবা চহী অহুগী পোয়র থাদা ওইরানা মৈতৈ লৈবাক্তা লান্দানবা শেম শাবগী পাউ তাবদা মহারাজ গম্ভীরসিংহনা মনাও নবসিংহ সেনাপতিগা লোয়নননা লাম্মী তেঙ্গোল পুগা নাকোয়নননা অগোঙবা উমং রামং ফাওহনা তুমু তম্না চংশিল্লমী। মখোয়না তুরেল ময়া য়ৌশিল্লকপহ ওইরা লাম্মীনা উরহনা নোমৈ কাপ্পা হৌরকই। মৈতৈগী অকল অথৌশিংনা তকশিন্দুনা ওইরা লাম্মী তেঙ্গোলহ কোয়শিল্লগা লান শোক্ননা নুমিং মগানি চুপ্পা থাদা লানহুংদা চাকম থকক্ম খণ্ডবা ওইরা লাম্মীশিংহ অহীংদা লানবন থাদোক্লুনা চেংখি। মথৌনা লৈবা মীওই ৩০০ না শাবা মৈতৈ লাম্মী কাংবু অমনা চংশিল্লগা নিংথি তুরেলগী য়েংথংবা তোর্ব্বান্দা লৈবা ওইরা লানবা অহ খুহুম চনশিনবদা ওইরানা ফাখিবা মৈতৈ লানফা ২০০ রোমগী মথবায় কনখিখি. লানফম অহদা চেনবা নংহৌদবা সোমসোক নিংথৌ শোইমাওলা, কলেরা নিংথৌ পোইয়োংনচিংবা ওইরা লাম্মী ৩০ ফাবগা লোয়নননা নোংমৈ, অচা অথক্কী পোংয়াম, ফিবোল সনা লুগাগী লিক-কোলনচিংবসু খোয়্লগা পুরকই: গম্ভীরসিংহ নরসিংহ মচিল মনাওনা লুচিংলগা ওইরা লাম্মীশিংবু তুমু ফাওবা তানশিন্দুনা মারজিং মহারাজনা ওইরাদা পীথোক্লম্বা কবো তম্পাক অমুক লৌশিন্নে। অকনবা লানফম অহুদা কলেরা কোন্থুং পায়রে, সোমসোক নিংথৌগী কোন্থুং থুগায়রে, নিংথি তুরেল রাংমা লান্না ওইরা তেঙ্গোল তানথায়রগা নিংথি তুরেল তোর্ব্বান্দা মৈতৈগী লানিঙম ফিরাল য়ুংখি। ময়াম্বুং চৌরজিং মহারাজনা

য়াগকখিবা ব্রসিং মৌবা থাঙশাং অতু নিংথি তুরন্দা চামলগা গম্ভীরসিংহ নরসিংহ মচিল মনাও মৈতৈ লৈবাক্তা হল্লক্লে।

মহারাজ গম্ভীরসিংহগী মখুৎতা হন্না হন্না মায়থীরবদা ঔরা নিংথৌ-গা বৃটিশকা খৃষ্টাব্দ ১৮২৬ ফেব্রুৱারী তাং ১৪ দা য়ানচে (সন্ধী) তৌনখি। য়ানচে অতুগী মতুংইন্না ঔরানা কছার, জয়ন্তিয়া অমসুং মৈতৈ লৈবাক অহুম অসিদা খুৎ থিংজিন্নরোই অমসুং গম্ভীরসিংহনা মৈতৈ লৈবাক্কী মনীং মথা তম্বা নিংথৌনি। বৃটিশকী মতেংদগী মৈতৈ লৈবাক্কগী ঔরা তাম্বোক্লুনা গম্ভীরসিংহনা নিংথৌ ওইবদা বৃটিশকী মথা পেনগনি হায়বগী য়াফম য়ানচেদা য়াওদ্রবসু বৃটিশ সরকারগী মকোক থেংবশিংগী মপুক্লিংদা মৈতৈ লৈবাকসি মখোয়না ঙাক শেন্দূনা খমনিংবগী য়াখল পোকখি। মখোয়গী অপাম্বতু মপুক্লিংদা ফুমতুনা থম্বা কনা অমৎতদসু কাংথোক্তনা মৈতৈ নিংথৌদসু খঙহন্দবা য়াফম অসি লৈরবসু বৃটিশকা মৈতৈ নিংথৌগা মরুপ শান্নবগী নুংশি-নবা মরী অতুদি কায়দনা লৈরম্মী। খৃষ্টাব্দ ১৮২৬ শজিবু ২০নি পানবা য়ুমশাকৈশা নুমিংতা বিষ্ণুপুরগী চীংদোন্দা নৌনা শারবা শঙ্গায়তু শংগারগা মহারাজ গম্ভীরসিংহ হোংজিল্লে। ঔরা লানগাইনবদা কছারদা পুশিনখিবা শ্রীগোবিন্দবু লৌথোকলুরগা বিষ্ণুপুর কোন্নুংদা লাৎলে। মনাও জয়বীর (খোঙশাংবা) না যুবরাজ, নরসিংহনা সেনাপতি ওই-তুনা মচিল মনাও অহুম্না পুকচেল খোয়জেল ত্তিন্ননা পাল্লকপা মতমসিদা ঔরা লান্দা চীংনুং মাহুংদা লোৎতুনা লৈরুবা মীরৈবাক্তা লাঞ্জেল্লবা মৈতৈ মচা পুন্নমক থোরক্লুনা মৈতৈ লৈবাক মরা তপ্পা ঈংনা পানবা হৌরক্লে। গম্ভীরসিংহ নরসিংহ মচিল মনাওগী পাম্বোমগী পাঙ্গলনা অরাংলোমদা থিবোমৈ (কোহিমা) নোংচুপলোমদা জিরি, নোংপোক-লোমদা কবো তম্পাক ফাওতুনা নিংথি খোংবান ফাওবা মৈতৈগী লম ওইখি। অরা লমথৈ কোহিমাদা মৈতৈগী লমনি খঙনবা মহারাজ গমভীরসিংহগী খোঙ্গুল হকনা নুং য়ুংলম্মী।

ঔরাগী ল্যান্দা চহী তরেৎ খুন্তাকপদা লান্দা মী কয়ামক্কুম তাং-খিবা, খরনা ঔরানা ফাত্নুনা পুথগা ঔরাদা খুন্দাত্নুনা লৈখিবা, লাঙ্গেমবা কাংবু খরনা কছারগী তোঙান তোঙানবা লমশিং, শিলেট, ত্রিপুরা, আসামগী তম্পাক তমস্নং ঢাকা ফাওবা চেনখিত্নুনা মযমত্নুদা খুন্দাত্নুনা লৈখিবনা মতমত্নুদা মৈতৈ লৈবাক্তা নুপাগী মশিং তসি লিশিং তত্নুমদগী পংহেন হেল্লমোই হায়নৈ। অত্নুবু গম্ভীরসিংহনা নিংথৌ ওইদুনা লৈবাক মরা তপ্না পাল্লকুবা মতমদা মীরৈবাক্তা লাঙ্গেল্লবা মীওই কয়া লাক্কুনা মৈতৈ লৈবাক্তা নৌনা খুন্দা লৈতানখি। মহারাজগী লমজিং মখাদা যুবরাজ অমদি সেনাপতিনা বম্মা হোৎনবদগী মতম কুইনা লেপ-লুরবা লৌউ-শিংউবা অমদি শুবা নোম্বগী থবক অমুক হন্দিল্লক্কুনা রানা চারা হেন্দুনা লৈরম্বা মীয়ামত্নু শেৎপা চাবা মনীং থুংবা ঙম্মকলে। মবুধৌশিংগী হাক্তক্তগী মীরৈবাকচা ব্রাম্মণশিং লাক্কুনা মৈতৈ লৈবাক্তা খুন্দাবা হৌখিবত্নু গম্ভীরসিংহগী মতমদনা অমুক হেন্না খুন্দাবা হৌরক্লে। শা-লানগী মওং য়েংত্নুনা মতম খরা বিষ্ণুপুরদা কোন্নুং ওইত্নুনা পাল-লম্লগা খৃষ্টাব্দ ১৮২৭ মেরা ১০ নি পানবা নোংমাইজিং নুমিত্তা মবুধৌ ভাগ্যচন্দ্রনা কোন্নুং ওইরম্বা লাংথবান্দা কোন্নুং হোংত্নুনা পানবা হৌখি। চহী অত্নুগী হিয়াঙ্গৈ থাদা বিষ্ণুপুরদগী লাংথবাল য়োবা লম্বীগী নাক তনিদা লফু চু য়ুংত্নুনা ধুপ থাউমৈ থাত্নুনা মীয়াম্না লম্বীগী মতাইদা পরেং শানা লেপলগা মখুত্তা লৈ পায়ত্নুনা অথেন পোৎয়ামগা লোয়ননা অয়ুক্কুগী শ্রীগোবিন্দ লেংলকপা ঙাইত্নুনা লৈনখি। অঙৌবা ফিশেংনা মায়কৈ মরি থাজিল্লবা লৈখল শুনা লৈতেংবা লৈগী দোলাইদা শ্রীগোবিন্দ লেংখৎলে। দোলাইগী অকোয়বদা ধুপ চামরনা থৌগল তৌরগা হরি সঙ্কীর্ত্তণ শকপা পালানা মাঙ থাত্নুনা তুংদা ভক্ত বৈষ্ণব ময়ামগা লোয়ননা লেংলকপা শ্রীগোবিন্দগী দর্শন ফংবদা তিক্লিবা মীয়ামদো মথবায় মুংঙাইরত্নুনা মখুত্তা পায়রিবা লৈয়ামদো দোলাই মথক্তা চাইর চাইরত্নুনা মীয়াম্না থৌগল তৌরগা সন্ধ্যা মতুংদা লংথবালগী মন্দিরদা

লেংশিল্লে। ধুপ আরতি বংতুনা শ্রীগোবিন্দগী নির্মাল্য ফংলবদা মীয়ামত্ হরাওনা মঘুম মঘুমদা হন্নখি। নোংঙাল্লগা লৈশাং হিদেন্দা পানা মরিগী হিরোইশিংবু হিয়াং তাম্নহন্দুনা নিংথৌ মহারাণী অঙম অথৌ পুম্নমক হিয়াং কুমৈ য়েংতুনা নুংঙাইনিন্নখি। খৃষ্টাব্দ ১৮৩০ ইংলে ১৫ নি পানবা লৈপাকপোকপা নুমিত্তা লংমাইথেম চম্নু তুলসি প্রিয়া মহারাণী নেঙাখি। চহীহুগী লাংবন ৮ নি পানবা ইরাই নুমিত্তা মাইসনান চম্নু অপানবী নহা কুমুদিনীবু মহারাণী হাপখি।

মতম থরা লৈরগা কেপ্তেন পেম্বরটন্না লুচিংবা সাহেব অহুম লারুগা লাংথাল কোনুংদা মতম থরা লৈরম্মী। মোংমা সাহেব অহুম অদুনা গম্ভীরসিংহ মহারাজদা শঙন শবু অমগী লম বাঙ্গলা শানবা নিরবদা মহারাজনা কোম্বৌজম ঘুমফম (হৌজিক গভর্ণরনা লৈরিবা মফম) দা পীখি। মরৌ চাউবা লৌশিং শিংবা সাহেবনা শঙন শবু অদু য়াম্না কুপ্না য়াৎলগা মদুনা তিংথোক্তুনা ওনবদা ফংবা লমদা বাঙ্গলা শারগা সাহেবশিং লৈখি। খাসি লানহৈদা বৃটিশনা তেংবাং বিঘু হায়জরক্লবদা গম্ভীরসিংহনা সাহেবকী মতেং পাংদুনা খাসি নিংথৌবু মায়থীবা পীবদগী গম্ভীরসিংহবু খাসিওম্বা মিংথোল পীখি। আঙ্গামী নাগাশিংনা বৃটিশকী মথক্তা তরাবা পীবা হৌরক্লবদা গম্ভীরসিংহনা মৈতৈ লাম্মী পুরগা কোহিমাগী ময়াদা লৈবা আঙ্গামী নাগাশিংবু নমথখি। গম্ভীরসিংহনা শ্রীগোবিন্দ সেবা চৎলি, মনাও ইবুঙো নরসিংহ-না শ্রীবৃন্দাবনচন্দ্র সেবা চৎলি। খুম্বোং দেববিশ্বর পাণ্ডি শংলাকপা, লৈমাপোকপম তানচৌ, পেমানন্দ মখোয় অহুমদা ঘরীগী পুংজাগা মান্নবা তানয়ৈ পুংজা কায়দনা য়ৈনবা সনা য়াথং পীরবদা অহুমনা মতম চানা য়ৈদুনা প্রজা মীয়ামদা মতম খংহল্লি। নিংথৌনা ব্রাহ্মণ অমদা ফজরবা কাংঙা অনিখক চাউনবা য়োকহল্লি। কাংঙা অদুনা মপুং ফারক্তুনা ফজরবদা নোংমা ব্রাহ্মণ অদুনা নিংথৌদা কাংঙা অমা শিরে পাউ হঙ্গৎলরে। লুনা চান্না থমজবা কাংঙা অদু শিবগী পাউদু

তাবদা শাউমনখিহনা নিংথৌনা মথৌ খণ্ডদবা ব্রাহ্মণ অতুদা নহাক অশিবা কাংঙা অহু চারগা জাং ওস্লে। সনা য়াথং পীরক্রবদা ইকায়-বদগী ব্রাহ্মণ অহু জাং তাখি। মরিল ফবা মথৌনা লৈবদা নত্তনা হায়খিবা রা হোংদবা নীংখিবা পুক্লিং লেপ্পা নিংথৌনি হায়না সাহেব-শিংনা মহারাজ গম্ভীরসিংহগী মতিক মগুণ থাগৎতুনা ইরমী। অসুম্না সাহেবশিংনা মাবু থাগংপগী পাউ অসি তাবদা মহারাজগী মপুক্লিংদা নাপল কারক্লুনা মৈতৈ নিংথৌরেল শক্রা কংলাগী মেল তোংগে মপুক্লিংদা লেপলে। খৃষ্টাব্দ ১৮৩১ ইঙা ২৪ নি পানবা নিংথৌকাবা নুমিৎতা চীংগী নিংথৌ খুম্লাকপশিং, মৈতৈ শলাইগী নিংথৌশিং, লৈবাক্কী অওম অথৌ ফম্নাইবশিং পুমকপু কৌরগা মথোয়গী মমাঙদা মহারাজ গম্ভীর-সিংহনা চিংদ্রেন নোংদ্রেন খোম্না মিংলেন লৌহনা হৌনবী মতুংইন্না নিংথৌরেল শক্রা কংলাগী মেল তোংলে, মাইস্নাম নিংোল কুমুদিনি (অপানবী) মহারাণীনা থৌগন তৌরে, মচু ইবুঙো মাইসনাম গৌরশ্যাম্বু লুরাং নিংথৌ হাপলে। ওল্লকপা চহী খৃষ্টাব্দ ১৮৩২ হিয়াঙ্গৈ ১৩ নি পানবা লৈপাকপোকপা নুমিত্তা কুমুদিনি মহারাণীনা মজাইবুঙো অমা ফংজরে। মপোক ময়ি ফবা মরাইবক থম্বাল শাহনা ভারত শিনবা থুংনা মমিং চৎলগদবা মজাইবুঙোগী মতিক মগুণগা চান্নবা খুম্বোং দেবকিশ্বর পাঞ্জি শংলাকপনা চন্দ্রকীর্ত্তি মমিং থোস্নে। চহী অতুদা জগনাথ ক্ষেত্রগী লাকপা পাণ্ডা ব্রাহ্মণ অমনা হৈবোক চীংদগী হৈনৌ য়ান্দুনা শ্রীজগনাথ দেব (জগবন্ধু) গী মুর্ত্তি শাহল্লগা ইঙেলগী নোংমা পানবদা জীবন্যাস তৌরগা নিনি পানবদা কাং চিংবা হৌদোকখি।

মতম অসিদা ভারতকী রায়েল চুপলি পায়রিবা কলিকাত্তাদা লৈবা গভর্ণর জেনেরেল ওইরিবা লর্ড উইলিয়ম বেনটিঙ্কতা ঔরা নিংথৌনা ঔরা লৈবাক্কী লৌউ-শিংউনবা লম মরাং কায়দ্রে। মৈতৈগী লম ওই-রিবা কবো তম্পাক অসি ঔরাদা পীবিনবা হায়জরকপহু বৃটিশ অমদি ঔরা নিংথৌ অনিগী চান্নবা নুংশিনবা মরী অহু কায়হন্নিংদবদগী মেজর

গ্রান্ট অমসুং কেপ্তেন পেম্বরটন সাহেব অনিনা বৃটিশ সরকারগী অপাম্বতু মহারাজ গম্ভীরসিংহদা হায়জনবা থারক্লমী। মখোয় অনিনা গম্ভীরসিংহ মহারাজদা তুং কোইনা মরুপ ওইবগী রাফম উৎতুনা কবো তম্পাক অসি পীথোকখিবনা মৈতৈ লৈবাক্কী তুংদা য়াইফবদা নত্তনা ঔরানা লমগী মীকাহুনা তত্তনা লান্দারকপহু ফগনি অমদি বৃটিশকা মহারাজগা তুং কোইনা মরুপ মপাং ওইবগী নুংশিনবসু হেনগৎকনি হায়রম্মী। ঔরা নিংথৌনা মহারাজদা থা তরুক তরুক্কী ওইনা থাদা লুপা কোনশেং ৫০০ ক্ষেতিপুরন ওইনা কবো তম্পাক মাঙখিবগী পীগনি। করিগুম্বা মখোয়না পাম্লক্তুহুনা অমুক মহারাজনা লমহু হজিনবা থোক্লবসু মখোয়না পীরিবা শেলফম অসি অমুক হম্ললোইদবনি হায়না বৃটিশ সরকারগী রারেপ অহু তাবদা মহারাজ জ্ঞান মাঙহুনা ঙাহাক মরু লুক্লুনা তবেৎ তরা থোক্লা রাখল তৌরগা গভর্নর জেনেরেলগী হুকুমগী মায়োক্তা থবক চৎথবা ঙমদবদগী নুংঙাইতবা রাখলনা মহারাজ গম্ভীরসিংহ থম্মোয়গী লায়না ওইখি। খৃষ্টাব্দ ১৮৩৪ পোইন্থ ১৪ নি পানবা য়ুমশাকৈশা নুমিত্তা ঔরাদা কবো তম্পাক পীবগী য়ানচে ( সন্ধি ) অহু ঔরা অমদি মৈতৈ লৈবাক অনিনা সহী তৌনরে। গমভীরসিংহ মহারাজনা সহী তৌরবা য়ানচে ( সন্ধী ) অহু মেজর গ্রান্ট অমসুং কেপ্তেন পেম্বরটন্না ঔরা নিংথৌদা পীখি।

অসুম্না অরা নুংঙাই কয়াগা শাগোন্নবা মীওইবগী পুন্সিনিনা নোংমা নোংমা হৌখিহুনা মজাইবুঙো চন্দ্রকীর্ত্তি চহী অনি ফারক্লে। মপোক ময়ি ফবা মগুণ লৈবা মজাইবুঙোনা চহী অনি মপুং ফারকপদা মহারাজগী অচৌবা লাংফম অমা লৈ পুন্সি নুংশাংনবা লাই নীংথিয়ু হায়খিবা পাঞ্জি শংলাকপগী রাহু মহারাজ গমভীরসিংহগী মপুক্লিংদা নীংশিংলক্লে। মবুধোঁ পাখংবা হরাওরগা পুন্সি নুংশাংনবা থৌনিজগে খল্লহুনা লৈবাক্কী মাইচৌ শেন্না পণ্ডিত কৌরগা তাম্নহুনা পোইন্থ ১২ নি পানবা নিংথৌকাবা নুমিত্তা পাখংবা হরাওরে। মহারাণীনচিংবী কোন্নুংগী

লৈমা শিজা অমদি অঙম অথৌশিংগী ইবেম্মাশিং হরাওবদা শরুক য়াহুনা জগোই শারে ঈশৈ শক্লে। অসুম্মা মবুধৌ পাখংবা হরাওবা লোইরবা ফাওবদা মহারাজগী মপুক্রিং খোয়দা লৈতাদবনা চায় হাউফম থঙদ্রে, তুমমি পোম্বাফম থঙদ্রে। মবুধৌ পাখংববু চেংলৌ শকয়েংননা খুরুম্লগা পুন্সি মুংশাংনবা বর নীগে লেপলহুনা পেবা পণ্ডিত কৌরগা তাম্লরে। পেবা পণ্ডিতনা হৌখিবা খোদোক কয়া লীহুনা নবুধৌগা চেংলৌ শকয়েংনবা তৌহৈদে হঙ্গৎপবু মহারাজনা ময়াদ্রবদা পেবা পণ্ডিততু নিংথৌগী য়াথং হিক্তোকপা ঙমদহুনা মুংজেং পুখ্রীদা থয়োম লাক্লুনা হৌনবী কায়দনা তিলশোল লাইশোল কয়ানা ইরাংহুনা থৌনিরক্লে। মহারাজনা মুংজেং পুখ্রিগী মপাদা খুরু খুদক মুম্মুনা মবুধৌ উনগদবগী ঙাইরকপহু মুমিং মুংবা মতমদা লাইজ ঈয়ায়দা খুবিমুক চাউবা সনা অহীংবা মচুনা লৈতেংবা মমৈবু ময়ানা চিকপা মবুধৌ পাখংববু উবদা থঙহৌদনা মহারাজগী হকচাং শিনবা থুংনা হু চুংখিননা মবুধৌবু লাপ্না খুরুমজরে। মবুধৌগা চেংলৌ শকয়েংনবদা কিবনা থম্মোয় তুজুংলবা মহরাজ গম্ভীরসিংহদো পুন্সি মুংশাংনবা বর নীগে খল্লম্বা রাখল লৌশিং পুন্নমক খুদক্তা মাংগ্নবদা মিকুপ থরদং মশক উংলম্লগা মবুধৌ পাখংবদি থুপখরে। শঙ্গায়দা চংশিন্নগা ঙাহাক্তং পোম্বাগে হোৎনবদা য়াদ্রে, মমিত্তা মবুধৌগী শক্তম তংহুদা উহুনা লৈরে। চাগনি থক্কনি কাওরবা পোৎথাফম থঙদ্রবা নিংথৌদো অনাবগা পাংখক ওইরে। পেবা পণ্ডিত কৌহুনা হংবদা লাইগা মীগা মায়োক্লবা য়াবা মতম নত্তবনিনা মবুধৌগী নিংশা শোরনা ইনিংথৌদা তেনবাম্মুনা সনা হকচাং ইবনি। পুন্সি মমি শাম্লবা লৈরাং মরাক চাম্লকপসি কোরুবা কুফা চংলগা নবুধৌ পাখংববু থম্মোয়দা চেৎনা নীংহুনা পুন্সি নিবিয়ু হঙ্গৎলক্লে। লাংথবান চৌংগী লোকচপ্তা লৈমুংদা চেক্লা চেকশিল্লা চনবা কুফা অমা শেম্লগা মজাইবুঙো চন্দ্রকীর্ত্তিনা চহী অনি মপুং ফাগদবা মমিং তরেৎনি রাংলিংদা মহারাজ গম্ভীরসিংহ

কুফাদা চণ্ডুনা লাই নীংবা হৈখরে। কুফাগী অকোয়বদা সিফাই-শিংনা মখুৎতা খুংলায় পায়রগা অয়ুক ঙুংথিল ঙুংদাং থাক্তনা চেকশিন্না মহারাজবু ঙাক শেন্দুনা লৈখরে। কুফাগী থোঙ মনাক্তা মনাও ইবুঙো নরসিংহ সেনাপতিনা মখুত্তা থাঙশাং পায়রগা য়েক্লবা চঙবা ঙমদনবা মিত্তুপ নাহুম শেন্নহুনা ময়াম্বংগী থোগল তৌরি। মহারাজনা চারা হেন্দূনা কুফা মনুংদা লাই নীংলবপনা তরেৎনি শুগদবা ঙুমিৎকী ঙুমিৎ য়ুংবা মতম অসিদং লাম্হোকথ্রবদি মজাইবুঙোগী চহী অহুম চঙলকপগী পুংফম য়ৌরে মহারাজগী দষা কোক্লগনি খন্নরহুনা কুফাগী অকোয়বদা ব্রাহ্মণশিংনা মানা মানা খংবা হৈবা পুজা বয়া বৎলক্লে, লৈবাক্কী অমাইবা পণ্ডিতশিংনস্থ পাখংবগী মিংলেন শেন্দুনা ইরাৎ থৌনিহুনা মহারাজগী মঙ্গল নিরক্লে। মীনা নীংবনা অমা লইনা তম্বনা অমা, নোংদম্বগী নোংদমখোলবু ককপা য়াদে খংহনগে মতাংগম ঙুমিৎ য়ুংগ-দবা পুংথায় অমরোম রাৎলিদৈদা মহারাজগী মপুক্লিংদা মবুধৌ পাখংববু উনিংবনা লাংতক্লরক্তুনা ঙুংজেং পুখ্রীগী ঈয়ায়দা মমৈবু ময়ানা চিকপা মানা উথিবা মবুধৌ পাখংবগী মুর্ত্তি অহু নীংশিংলক্তুনা মখুদোম্বীনা লৈমায়দা য়েক্লে। লৈমায়দা য়েক্লিবা মবুধৌগী মুর্ত্তি অহুদা মপুক্লিং চঙনা মিৎয়েং তাবদা খঙহৌদনা মবুধৌগী মুর্ত্তি অহু থাঙ্গৈশেংবা পাখংবা ওল্লক্তুন মমৈবু ময়ানা চিক্লম্বহু থাদোক্লগা চোংখৎলক্তুনা মহারাজগী মরাইবক্তা চিক্লম্লগা লৈমায়দা মুর্ত্তি ওইনা অমুক হঞ্জিনখি। মবুধৌগী চৈথেং ফংলবদা মহারাজনা মনাও নরসিংহদা ইয়াম্বগী ইবুঙো সেনা-পতি ইয়াম্বদি ইবুধৌনা চৈথিরে লাউরক্লে। ময়াম্বংগী রাহু তাবদা নরসিংহ কুফা মনুংদা চংলক্লগা ময়াম্বংবু বোন্দূনা সনা শাঙ্গায়দা পুশিন্দুনা লাইবম্লরক্লে।

পাউ অসি তাবদা লৈবাক্কী অমাইবা পণ্ডিতশিং অখণ্ড অহৈ পূরমক সনা কোম্লং তাম্না চেনখৎনরক্তুনা মানা মানা খংবা হৈবা হিদাক লাংথক থাহুনা ইরাৎ থৌনিহুনা মহারাজবু লায়বম্লবদা পাখংবগী

হুন্থ চম্বা ঙমদ্রে। নিংথৌগী অনা লাইওং তাবদা লৈবাক্কী অঙম অথৌ ফম্মাইবশিং প্রজা মীয়াম্না সনা কোন্নুং থনখ্রে। অয়ুক নুংথিল নুমিদাং খাক্তনা লয়াকল্লরবস্থ হুনা হুকচাং শিনবা থুংলক্লবদা মহারাজগী মমিং অহ্ন য়েংনা য়েংনা মমশিল্লক্লে মীশক মীশা খঙবা ৱারক্লে। দেবকিশ্বর পাঞ্জি শংলাকপা অমদি শেত্রা পণ্ডিত অনিনা হায়খিবা অরোয়বা য়াহিপ তানগদবা মতম য়ৌশিল্লক্লে খঙলহনা মনাও নরসিংহ সেনাপতি অমদি মজাইবুঙো চন্দ্রকীর্ত্তি অনিবু মনাক্তা কে শিল্লগা ফমহল্লে। ইয়াম্বগী ইবুঙো সেনাপতি। ইবুধৌগী হুনা হুকচাং অসি শিনবা থুংলকপনা ইনাওগী নুংশিরবা মায়থোংহু ইয়াম্বগী মিং অসিনা ময়েক শেংন উবা ফংলক্লে। ইবুধৌশিংগী হাক্ত ক্রুগী চংনরকপা মতুং ইন্না নিংথৌনা পোকপা মচানুপা অহলনা মপাগী মহুৎ মৎ শিন্দুনা নিংথৌ ওইফম থোক্লবহ্ন চন্দ্রকীর্ত্তি অসিনদি চহী অনি মপুং ফাবদা ঙায়রিবনিনা মৈতৈ লৈবাক্কী নিংথৌ ওইবা য়ারোই। জয়বীর যুবরাজনা নিংথৌ ওইবদা নিংথৌ ওইবা য়াবা য়াম্বং চেরজিংনা পোকপা ত্রিভূবনসিংহ য়াম্বং মারজিংনা পোকপা মুনিন্দ্রোসিংহ লৈবনা নিংথৌ খুভম মুন্নবা নিংথৌ শেম্বগী লান্দা চহী তরেৎ খুন্তাক্লনা ওরাগী মখুৎ চনহুনা লৈরুরবা অৱা অনা নংখিবা লৈবাকসি মীয়াম্না অমুক লান নংহুনা কাংখোং চাইরবদি নিংথৌ মচা ঐখোয়বু থীনা ঙাংনবহ্ন অমদি মীয়াম্না ৱাবহ্ন ইয়াম্বা পামদে। ইনাওগী পুকচেল চাউবা, লৈবাক ঙাক শেনবদা হৈশিংবা নতিক নথৌনা ইয়াম্বনা মুন্না খণ্ডই। অহ্নগীসু মথক্তা নহাকপু নুংশিবা মীয়াম্না নহাক্কী মীচংদা লেপকদবনিনা চোং-তমগী য়েক্লবশিংবু নহাক্তা ইরায় লায়না লাকশিনবা ঙমগনি। অহুনা ইয়াম্বনা হিংলিদৈদা ইনাওবু মৈতৈ লৈবাক্কী নিংথৌ হাপলম্লগে। ইনাওনা নিংথৌ ওইরগা মতম কুইনা ৱাজরক্লবা লৈবাক মীয়ামগী অৱা অনা লৈত-লায়রা কোকহল্লু। ময়াম্বং গম্ভীরসিংহগী ৱাহ্ন তাবদা নরসিংহ পিরাং শিন্থহুনা কপলগা খুম্লকই য়াম্বংনা তাকপিরিবহ্ন ননাওবু

মুংশিবিবদগী তাকপিবনি। মনাওগী পুক্কিংদা খঙ্গবদি য়াম্বুংনা পোকপা চন্দ্রকীর্ত্তিবু নিংথৌ হান্নগা মনাওনা সেনাপতি ওইদুনা লৈবাক মনুং আমদি মপালগী য়েক্রবশিংবু মনথরগা লৈবাক মরা তপা পাল্লবা হোৎনগে। চন্দ্রকীর্ত্তিনা মপাঙ্গল চাউরকুনা মতিক মাপা চারবা মতমদা মনাওদি বৃন্দাবনদা পুন্সি চুপপা লাই নীংদুনা লৈজরুগে। মনাওগী রাজ তাবদা গম্ভীরসিংহ থম্মোয় পেন্নবেই মমিংতা পিরাং শিন্দরগা মখুৎ তিংথোরকুনা মনাওবু মুংশিনা নানবিরে। ইনাও ইবুঙোগী নাকতা লৈরিবা অগাং অসি কনানা পোকপনো হংলক্নে। ময়াম্বুংগী রাজ তাবদা নরসিংহনা ময়াম্বগী মমিং অদু হনা থুমহৎতুনা তশেংনা উদ্রমাসে খাদুনা য়াম্বুংনা পোকপা নজাইবুঙো চন্দ্রকীর্ত্তিনি খুমলকই। মনাও নরসিংহগী রাজ তাবদা গম্ভীরসিংহ মপুক্কিংদা মুংনাংবগা লোয়ননা ঈহৌরকপা পিরাংনা মিংলু নাপোম অনিদু থুন্না শিন্দুনা মনাওবু চিংনা য়েংলগা "ইয়াম্বগী ইবুঙো মুংশিবা! ইয়াম্বনা হংলিবা রাজং অসি মুন্না রাখল তৌরগা থুম্মু। ইনাওগী নাক্তা ফম্লিবা অগাং অসি কনাগী মচানো" অমুকয় হন্না হংলক্নে। ময়াম্বুংনা হন্না হন্না হংলকপা রাজং তাবনে, মিংলুনা তংতনা শিন্দরকলিবা পিরাং অদু উবনে, নরসিংহ মপুক্কিংদা তবেং তরা থোক্লা খানবগা রাখলগী লংজিল ফংলদুনা মজাইবুঙো চন্দ্রকীর্ত্তিবু পয়গা মরাইবক্তা হন্না হন্না চুপতুনা "য়াম্বুং ইবুঙো মুংশিবা! মনাওনা পমলিবা অগাং অসি কনাগীসু মচা নত্তে, নরসিংহ ঐনা পোকচবা চন্দ্রকীর্ত্তি কৌবা ইচানুপানি" হায়রমলগা নরসিংহ খাঙবা শক্লক্তবোই ময়াম্বুংগী মখোঙ কোক্লগা নোং খোংবঙম কপলক্নে। মনাওগী রাজ তাবদা গম্ভীরসিংহ মুংঙাইবগী ওমথৈ লৈখিদ্রবোই মায়থোং মকা লাম্লক্নে। ইনাও ইবুঙোনা পোকচবা নজাইবুঙো চন্দ্রকীর্ত্তিবু নহাক্লা চাউনবা য়োক্লগা মতিক চারবা মতমদা নচাসি মী ওইনবা নহাক্লা শেমমু। ইয়াম্বদি পুন্সি চেংজেল লোইরবনিনা ইনাওগী মাও থানা চৎলল্লগে। অসি হায়রদুনা মচিল মনাও ভনিদা

মুংশিনা কোম্নরগা কপমিম্নরে। মচিল মনাওগী মুংশিনবা মতৌদু উবদা অংম অথৌ কম্নাইবা পুংমক মখোল থোক্না কপত্রবমু মিংল্লদা ঈহৌরকপা পিরাং তৈতথোক্খি। অমুয়া পুকমেন পাওমেম্নতুনা মজাই-বুঙো চন্দ্রকীর্ত্তিবু নরসিংহদা চেকশিন্না শিন্নরমলগা খৃষ্টাব্দ ১৮৩৪ পোইমু থাশি শগোলশেল মুমিত্তা মশাগী চহী ৪৭ শুরবা গম্ভীরসিংহ মহারাজ পুন্সিগী অরোয়বা য়াহিপ তানখি। মহারাজ গম্ভীরসিংহনা লংমাইথেম চনু তুলসীপৃয়া মহারাণী, মাইবম চনু খবা, নারেংবম চনু ধনবতী, ফিজম চনু রূপশ্বরী, লাইশোম চনু অপানবী অহল মেঘমালা, পোং-শংবম চনু দেবযানি, মাইস্নাম চনু অপানবী নাহা কুমুদিনি, মাইবম চনু তুতেশ্বরী, মুমলেম্বম চনু রসবতী, লংমাইথেম চনু গোবিন্দমালা লৈমা খুবী, অঙোম চনু কুলাঙ্গী মুপী ১১ পান্নে। মহারাণী লংমাই-থেম চনুনচিংবী ইবেম্মা ৯ দি শোইন ইদে মচা মুপা পোক্তে। মাইবম চনু অহলনা সনাহল মানরজসিং পোকই, ঈ তাদে। মাইস্নাম চনু অপানবী নাহা কুমুদিনিনা চন্দ্রকীর্ত্তি পোকই. গম্ভীরসিংহ মহারাজবু চিকপা পাখংবা অদু পেত্রা পণ্ডিতনা মিংথৈ শোন্দুনা মুপাগী কোম-য়ুদা হাপলগা রাইথৌ মথক তাংজেং পাংত্তা থাদোকখি, মযম অদুদা তাংজেং পাখংবা ওইনা লৈখি।

## চন্দ্রকীর্ত্তি ( নিংথেমপিশক )খৃঃ ১৮৩৪–১৮৪৪

গম্ভীরসিংহ মহারাজনা নোঙ্গাখিবা মুমিৎ অসিমক্তদা চহী অনিদা ঙায়রিবা মজাইবুঙো চন্দ্রকীর্ত্তিবু মপাবুংগী মহুৎ শিন্দুনা মৈতৈ লৈবাক্কী নিংথৌ হাপলগা নরসিংহনা যুবরাজ অমসুং মাগা পোকমিম্নবা মনাও মুপা দেবেন্দ্র সিংহনা সেনাপতি ওইদুনা লৈবাক ঙাকখি। অঙাং ওইনা নিংথৌ ওইবদগী নিংথেম পিশক হায়না খঙনৈ। গম্ভীরসিংহ মহারাজগী মতমদা যুবরাজ ওইরম্বা মনাও মুপা জয়বীর (খোংশাংবা)

না নিংথৌ শেম্বগী লান হৌরকপা য়াই চিংনবদগী কেপ্টেন পেম্বরটন সাহেবনা জয়বীরবু ময়াং লৈবাক্তা পুদুনা চংখি। চন্দ্রকীর্ত্তিনা নিংথৌ ওইবা চহী অমা ফারবপগী তুংগাইদা ওইনা মেরা থাগী নিপালনি পানবা শগোলশেল হুমিংতা চন্দ্রনদি তুরেলগী ঈরোংদা ঈশিং থিংগংতুনা চাউহল্লগা কালিদমন লিলা শান্নখি, মহুদা প্রজা মীয়ামনা হরাওনা কুম্মৈ য়েংনখি। চহী তহুদা লাবণ্যচন্দ্রগী মচা সনা তরংখোম্বা মনাও কেক্রু তাবা, খোঁখাইঙম্বা তহুম্না বছারদগী সিফাই ১৩০ পুরগা মৈতৈ লৈবাক্তা নিংথৌ ওইংদবগী লান লাবলে পাউ তাবদা নরসিংহ যুবরাজনা কোনসাবা মেঞ্জর, খুনবোং মেঞ্জর অনিগা লোয়ননা লাম্মী ৫০০ পুহনা লান ঙাবপা লাকপদা মাকলংদা থেংনতুনা অকনবা লান শোক্লম্মী। থেংনা ফবা লান্দা হৈশিংলবা মৈতৈ লাম্মীনা সনা তরংখোম্বা মনাও কেক্রুতাবগা সিফাই ১০০গা ফারে, সিফাই ২০না মথরুয় থারে। থোঁখাইগুংদি লানফমদগী নাম্থোক্লুনা ময়াং লৈবাক তাননা চেনখিববু তাম্নরগা লমথাংদগী ফাদুনা পুরকই। সনা তরংখোম্বা মনাও কেক্রুতাবা মচিল মনাওদি মৈতৈ সিফাই থাদুনা বৃন্দাবন তাননা খিন্দোকইনখি, মফম অদুদা মতম খরা লৈরমলগা শিখি। খোঁখাইগুম্বদি নিংথৌ শেম্বগী দগ্তি ওইনা থাঙ্গাদা লোই থাখি। নরসিংহ যুবরাজনা মাকলংদা সনা তরংখোম্বগা লান শোক্লরিঙৈ মতম অসিমক্তদা লমলেন নুংগোইবীদগী কৈজাও অমা থোরক্লুনা লৈরবদা কৈ কিবদগী মী অমত্তা মপাল থোকপা ঙম্দ্রে। কৈ অদু হাৎলসি খন্নরদুনা মীয়াম্না কৈবল শাদুনা কোয়শিল্লিঙৈদো কৈজাও অদু কৈবল মনুংদা নাথুপ্তুনা লৈখিবনা কৈজাও থিবা ফংদ্রবদা মীয়াম মথরায় রানরে। মতম অসিদা নেপ্রা স্নবেদারনা য়েংখোইবা স্নবেদারদা ঐখোয় তনি কৈবলদা চঙলগা নাকল তনিদগী কৈ তানশিল্লক্লগা ফামিন্নসি হায়ববু য়েংখোইবনা য়াদ্রে। নেপ্রা স্নবেদার নহাক থোনা যবা শাদুনা কৈবন্দা চঙজক্লহ নাথুপ্তুনা লৈগ্রবা কৈবু ফানবা থোরাংলবদি নথরায়

মাঙহনা তোকচগনি হায়না য়েংখোইবনা করেঙবিরে। অদুবা লৈতনা থৌনা ফবা নেপ্রানা মথুংতা থাঙশাঙ পায়রগা কৈবল মহাক্না চংখিহনা মৈ থাহনা কৈজাওহু শাথোরক্কে। মৈগী মৈশা ফংবদা চরোং হাবুং মরক্তা নাথুপলম্বা কৈহু খাঙবা ওমদহনা নেপ্রাগী মঙদা চোংথোরক্কে। থৌনা ফরবা নেপ্রানা মথুংতু থাংশংহু খুহুম চেংনা পায়রগা নোংথাং কুম্নঙ্গুম হাইহনা কৈহু ঙাওহল্লগা কৈগী মখোঙ মরি ককথংলে কৈজাও অহু হাংতোক্লগা মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তিদা কংলে। মহু উবদা নিংথেম পোকপী মমা সিজ্ঞা কুমুদিনি মহারাণীনা পেম্নহনা ইচাগী মনাই অথৌবনি শিংথাবদা মতিক চায়, এসিদগী মেঙ্গর ফংজরো হায়না ফমথোল হাপ্লিরে। চন্দ্রকীর্ত্তিনা অপাং ওইনা নিংথৌ ওইবা অসিনা নিংথৌ খুভম কনকপা কহারদা লৈবা নিংথৌ মচাশিংদো মপুক্নিং খোয়রাংলে। খৃষ্টাব্দ ১৮৩১ কালেন ২৩ নি পানবা শগোলশেল হুমিংতা সনা ত্রিভুবনসিংহ মনাও রামসিংহ অনিনা লুচিংলগা অহীং লোন্না লান্দারক্লনা কোহুং চওনফবদা তোপ গাবোংগা অসীং য়ারেক-লিবা নরসিংহ যুবরাজনা চোংথোক্লনা মচিল মনাওগা লাম্বা পাবদা নরসিংহগী মথুংতা সনা ত্রিভুবন মনাও রামসিংহ লান্মী ১০ গা শিরে। পাউ অসি তাবদা ভুংদা লানজংলকপা সনা শাজ্ঞোবদি মৈতৈ লৈবাক থাদোক্লগা অহীংদা কহার তান্না চেনখি, লান্দা ফাহৌবা লামী-শিংনা জেলদা থমখি।

মঙাইবুংগো চন্দ্রকীর্ত্তি (নিংথেমপিশক) মহারাজনা অও ং ওইবনা নরসিংহ যুবরাজগী য়াকা মহুইন্না লৈরাক্কী অচম অথৌ ফয়াইবশিংনা রায়েল থৌদারকা। মনাই মশল পুন্নমকসু যুবরাজ নরসিংহনা য়ানবা হোৎনবদা মাগী মীচং ঙাক্না ভায়শিনকপা অসিনা কুমুদিনি মহারাণী নীংবা কায়রমী। অঙাং ওইরিবা মচাগী মরা মপাউ চংত্রবসু নিং-থেম পোকপী মমা মহারাণীনা মচাগী মহৎ শিন্দুনা রায়েল চুপলি পায়রগা মনীং মথা তম্না হাইনা হুম্না পাম্লিংবহু য়ারক্লবদা মথরায়

নুংঙাইত্রে। হাওবম চহূ লিক্লাই লোকপীনা মবুঙো নরসিংহ যুবরাজনা নিংথৌগী মহং শিন্দুনা লৈবাক ঙাক্লি হায়বগী মতাগুম তৌনিংবতা তৌবা ঙাঙনিংবতা ঙাঙবা, লৈবাক্কী রায়েল থৌনা ফাওবদা মাগী মরা মপাউ চৎলকপতু উবদা কল্লক খম্নল চাউবী মুপী ওইবীগী থম্মোয়নিনা কুমুদিনি মহারাণীদো মথরায় শোক্লা নুংঙাইখিদ্রবোই তুম্বা চাবা চঙদ্রে। অসুম্না ইরা ইপাউ চৎতনা থরায় শোক্লা মীখা থানা লৈগ-দবগী শরুকপুদি ঙমলে মহাক মশানা লৈবাক্কী রায়েল চুপলি পায়গে। ঙমদবা থেক্লে মৈতৈ লৈবাক থাদোক্লুনা মীরৈবাক্তা মচা চাউবা ঙাইহনা লৈরুগে মপুক্লিংদা চপয়ুনা লেপলহনা মাগী মী ওইবা, শিবা ফাওবা মমায় লৈরেংদবা মতিক মথৌনা লৈবা পাউশোল, বলরাম-নচিংবগা লোন্না রা তান্নবা হৌরক্লে। অসুম্না তাম্নরগা মাগী মীচং ওইবা য়াবা মথৌনা লৈবা মীওই কয়া লোন্না থোম্বা হৌরক্লে। অরোনবা পাউসি ফংবদা মভম চাবা য়েংলিবা নিংথৌ খুভম মীহৌবা নরসিংহগা মমা তিন্নদবা মনাও দেবেন্দ্রসিংহনা নোংমা মহারাণীগী শঙ্গায়দা লাক্লুগা লোন্না রা তান্নবা হৌরক্লে। মহারাণী ওইনিংবনা অচাউরম কারবী মৈতৈনা লিক্লাই লোকপীনা মবুঙো নরসিংহবু নিংথৌ ওইহন্নীংৰদগী মনাইশিংগা লৌতুনরগা নজাইবুঙো চন্দ্রকীর্ত্তি অসি লোন্না হাৎখিবা য়াই। অহনা নজাইবুঙোনা য়েক্লা তিংখং লৈতনা নিংথৌ ওইহনগে থল্লবদি য়াম্বৎ নরসিংহবু লোন্না হাৎনবা শরৌ শিন্নবিয়ু হায়না ইনশিল্লমী। মানা মহারাণীদা ইনশিল্লিবগী মরমদি লৌতুনবা অসিনা মায় পাক্লুনা করিগুম্বা নরসিংহবু হাৎলবদি মহাক্না ইরাই লায়না চন্দ্রকীর্ত্তিবু হাংতোক্লগা নিংথৌ ওইবা ঙমগনি। করিগুম্বা লৌতুনবা অসিনা শোয়রগনা মহারাণী অমদি মজাইবুঙো চন্দ্রকীর্ত্তি অনিবু মীরৈবাক্তা লোই থাখিগনি। য়াম্বৎ নরসিংহনা নিংথৌ ওইর-বদি মানা শোয়দনা যুবরাজ ওইগনি, নরসিংহনা থুপথ্রগা মানা ইরাংগ লায়না মৈতৈ নিংথৌগী খুভম ফংগনি। মশাগী ওইজবা কাননবদু

মপুরিংদা ফাজিন্দুনা থম্লগা মপান্থোংদা চন্দ্রকীর্ত্তিবু দুংশিন্বা উৎশিন্নরিবা দেবেন্দ্রসিংহগী চিরোন মাতু তাবদা থাজরহুনা মহারাণী কুমুদিনিনা মথৌনা লৈবা কনানো নরসিংহবু হাংপা ওমদপে হংলক্লে। নিংথেমচা মন্ত্রিময়ুম কুঞ্জরাজ সনাগী মচানুপা নবিনসিংহ হায়বসি মহারাজ গম্ভীরসিংহগী হাক্তক্তা কল্লাইরবা মথৌনা লৈবা নিংথেমচানি অনন্ত শ্যাইগী ধারনি। করিস্তু লৈতবা মাহৌদগী নরসিংহনা মাবু যম্মদগী লৌথোক্লগা য়োংহিল্লংমা পুন্দুনা কৈথুম শংদা বন্দি থমথি। থৌদোক অহুদগী নবিনসিংহনা মথরায় শোক্না সুংগাইতহনা নরসিংহবু হাংকে মাশকখি। মথৌনা লৈবা নিংথেমচা নবিনসিংহবু ফাজিনবিগ্গা লোয়্না শরৌ শিন্নবিরবদি অপান্বা থবক থৌরম পুন্নমক লায়না পাংথোবপা ওমগনি হায়রম্লগা দেবেন্দ্রসিংহ চৎখি। তুমিং অহুদগী ঙ্গৌমা কুমুদিনি মহারাণীনা নবিনসিংহগা লোয়্না য়া ভাম্লহুনা নরসিংহ হাংনবা শরৌ শিন্নহুনা লৈখি। তুমিং খুদিংগী তুমিদাংবাইরম সঙ্ক্যা গৌরি মতমদা নিংথেমচা নবীনসিংহনা চুশাং অমা খুদৈ ফিবুম্না য়েৎলগা চিনুংদা পুহুনা নরসিংহনা সেম্বা চৎলিবা শ্রীবৃন্দাবনচন্দ্র খুরুম্বা চৎলি। নবিনসিংহনা ফিনুংদা চুশাং পুরিবসি থোঙ ঙাক্লিবা সিফাইশিংনা তুমিং খুদিংগী হাংথোক্লুনা য়েংবদা চুশাংনি খঙলহুনা লাই খুরুম্বা থাজিল্লি। অসুম্না তুমিং খুদিংগী চুশাং ফিনা য়েৎলগা ফিনুংদা পুহুনা লাই খুরুমলিবা করিগীনো হায়না হংবদা পাম্লিনা চুশাং অমা মী উহন্দনা পুরগা শ্রীবৃন্দাবনচন্দ্রদা তুমিং খুদিংগী কৎশবদি ঐগী দযা লাংফম ফংবা কোকনি তাকপিবদগী চুশাং লাইদা কৎনবা পুরকপনি খুমই। অসুম্না চুশাং অমমম খুদৈনা য়েৎলগা ফিনুংদা পুহুনা শ্রীবৃন্দাবনচন্দ্র খুরুম্বসি থা অনি ফাজিল্লরবদা থোঙ ঙাক্লিবা সিফাইশিং অহুসু নোংম নোংমগী কোমথোরক্লে, মমৈথংদদি নবিনসিংহনা ফিনুংদা চুশাং পুরকপহু য়েংলক্তে। মানা ফিনুংদা চুশাং পুরহু য়েংলক্তবদা নোংমদি নবিনসিংহনা চুশাংগী মহুভা থাঙশাং অমা থাঙথোক্তুগী থাঙতোন ফাওবা চেকশিন্না ফিনা য়েৎশিল্লগা চুশাং শাহুনা

কিন্নুংদা পুরক্লগা শ্রীবৃন্দাবনচন্দ্রগী মন্দির তান্না লাইখুরুম্বা চংলক্লে। মুমিং অদু রাবচিং থাগী ৮ মি পানবা থাংজ ওইবনা শ্রীবৃন্দাবন-চন্দ্রগী মন্দিরদা শ্রীমদ্ভাগবত তাবা লোইরদুনা মুংলিলগী পুং ৫ তাবা মতমদা নরসিংহনা লাইমাঙদা দণ্ডবৎ তাবা খুরুমলিদোনা নবিনসিংহ ফিন্নুংদা পুরক্লিবা থাঙশাং অদু লৌথোক্লগা থুনা য়াঙনা চঙশিল্লক্লুনা নরসিংহগী মণ্ডক কক্কদবগী থাও হাইথরকপদু নরসিংহনা হেংগৎকদবগী মকোক কাংখৎলকপদা হাইফেৎ উহৌদুনা লেংনা মংক লৈথোরপদা মঙক্তদি পান্দনা মাগী ওইথংবা পাম্বোম মরুদা থাঙনা য়াল্লে। নরসিংহনা নবিন হাংলো লাউরক্লবদা নবিনসিংহনা থাংশাং অদু পায়রগা চেবপল রাংমা লাম্না চেংগদবগী চেকপল তম্না চেয়কপদা নরসিংহবু ঙাক শেল্লিবা সিফাই থৌবাল অথোবপমদগী খুম্বোং থোকচাউনা তান্নরগা নোংমৈ গুন্দানা ফুদুনা হাংতোক্লে। নবিনসিংহ শিরে পাউ তাবদা মাং-জৌননা থোরাং ৎেদুনা মৈরিবা কুমুদিনি মহারাণীন মজাইবুডো চন্দ্রকীর্ত্তি পুরগা বল র.ম. পাউশেল, তুলি নহা থাঙ্গালগা লোয়ননা কোন্নুং থাদোক্লুনা চেনখিবা নুমিং অসি খৃষ্টাব্দ ১৮৪৪ জানুয়ারী তাং ২৭ থাংজনি। থাঙগী চৈনাখোলনা ঙাহাক জ্ঞান মাংলুবদু হজিল্লকপদা য়েক্লবনা নিংথৌ খুভম মুনংদবগী লান্দারবপনি খল্লদুনা ঐদি শিহৌদ্রে, পারি ইবুঙো চন্দ্রকীর্ত্তিবু য়েক্লবগী মখুৎতা তাপ্রবরা হায়না মনাই থাদুনা য়েংহনবদা মতৈমা মহারাণীনা পুদুনা চংগ্রে পাউ তবদা নরসিংহ মথরায় মুংঙাইরমদে। সিফাই থাদুনা কোয়থি থিহনবদা থিবা ফংদদুনা হল্লক্লে।

কুমুদিনি মহারাণীনা মনাইশিংগা লেয়ননা চেল্লকপনা লম্মাংদোং য়েৌরবদা মযম অদুদা অহীং লেক্লগা তম্বুক অংনবদা লোইবী চীংলোম লান্না অবা পোল্পবা লৈতনা লেপ্তুনা লাকপনা খৃষ্টাব্দ ১৮৪৪ যেক্রুরারী তাং ৩ গী নুমিদাংরাইরমদা কছারদা থুংলমী। নোংঙাল্লগা কছারগী সুপরিটেন্দেণ্ট কেপ্তেণ্ট লিয়নসকী মনাক্তা চংতুনা মৈতৈ নিংথৌ

গম্ভীর সিংহনা পোকপা ইচানুপা চন্দ্রকীর্ত্তিনি, ঐনা কুমুদিনি মহারাণীনি হায়না শক তাক্লবদা মখোয়গী মতিক চাবা লৈফমনচিংবা শিল লাংলগা হাবিলদার অমনা লুচিংবা সিফাই কাংবু অমবু চন্দ্রকীর্ত্তি তমদি মমা ইবেম্মবু ঙাক শেন্নবা থারম্মী। নরসিংহনা মৈত্রবাক্তা লৈরিবা পোলিটিকেল এজেন্ট কেপ্তেন্ট জোর্জ গোরদন্দা খণ্ডহনবদা নত্তনা কছার অমসুং ঢাকাদা লৈবা এজেন্ট সাহেবশিংগী মফমদসু চিঠি ইরগা মী থাহনা খণ্ডহল্লি। ৱারোলদি, য়াম্বনুং গম্ভীরসিংহ মহারাজনা পোক্লম্বা চন্দ্রকীর্ত্তি কৌবা ইচা নুপা অহ মমা ইবেম্মা মহারাণীনা লোয়ননা মৈতৈ লৈবাক থাদোক্লনা চৎখ্রে। করিগুম্বা মকম অহুদা লাক্লবদি সাহেবনা ফাজিনহনা চেকশিন্না থম্লিয়ু। মতিক চারবা মতমদা মৈতৈ লৈবাকী নিংথৌ ওইগদবনি হায়না ইহুনা পীরকপা চিঠি অহ ফংবদা কছারগী সুপরিটেন্দেন্টনা চন্দ্রকীর্ত্তিবু পুরগা সিফাইশিংবু চেকশিন্না ঙাকশেন্দুনা মতোমদা তোঙান্না থমখি মমা মচা ফাওবা ঊনহনখিদ্রে। পিক্লিবা মচাগী মশক উবা ফংলক্তবদা মচা কায়নরবী যণাীগুম কুমুদিনি মহারাণীদো মচাগী মৈনা মখোল খোক্লা কপসি কপঙমদা থমোয় নুংদা ওমচাক্লবা অৱাবা মৈচাক্ত খাঙহনা মনাইশিংগা লোয়ননা চাকম থকফম খঙদনা কছার লৈবাক্তা ৱানা পুসি লেনখি. কছারগী সুপরিটেন্দেন্টনা থোক্লিবা থৌদোক অহুগী পাউহ বাঙ্গাল সরকারদা খঙহল্লম্মী। মতম অসিমক্তদা মহারাণী কুমুদিনিসু বাঙ্গাল সরকারদা চিঠি থাহনা হায়জরম্মী। চিঠিগী মরোলদি, নোংমা নুমিদাংৱাইরমদা যুবরাজ নরসিংহবু থাঙনা খিন্দুনা হাৎলে হায়না চেন্নবহ উবদা মৈতৈ লেবাক্তা লৈবা এজেন্ট সাহেবনা কছার তাবা লম্বী য়েংবা চৎখিহনা লৈতবদগী ঐহাক অমদি ইচানুপা চন্দ্রকীর্ত্তি নিংথেম পিশকপু ঙাকপি শেনবিনবা লৈতবদগী লোন্না মৈত্রবাক থাদোকতুনা চেন্নক্লগা কছারগী সুপরিটেন্দেট সাহেবকী নাক্তা চঙজফম লৌহুনা লৈরে। বৃটিশ সরকারগী মতেংনা ইপারি চন্দ্রকীর্ত্তি নিংথেমপিশকপু মৈতৈ লৈবাকী নিংথৌ ওইহনবিয়ু। কছারগী সুপরিটেন্দেন্ট অমদি

মহারাণী কুমুদিনি অনিগী পাউ ফংলবদা বাঙ্গালগী সুপ্রিম গভর্ণমেন্টনা কছারগী সুপারিটেন্দেন্ট লিয়নস অমসুং মণিপুরগী পোলিটিকেল এজেন্ট কেপ্তেন্ট জোর্জ গোরদনদা থৌদোক অতৃগী মরী মখোং থিরগা মরিক চুম্বা পাউ পীরক্নবা খণ্ডহল্লমী।

## নরসিংহ ( খৃঃ ১৮৪৪–১৮৫০ )

নিংথেমপিশক চন্দ্রকীর্তিনা মমা ইবেম্মা মৈম্নাম কুমুদিনি মহারাণীগা লোয়নবা কছার লৈবাক্তা চেনখ্রবদা যুবরাজ ওইরিবা নরসিংহনা খুদক্তা নিংথৌ ওইকম থোক্রবসু মহাক নিংথৌ ওইগে মপুক্রিংদা খল্লমদে। মতম অহুদা নিংথৌ খুভম মীহৌবা নিংথৌ মচাশিংনা লানহৌরক্লনা লৈবাক কাংখোং চাইবা তারে হায়না লৈবাক্কী ফম্নাইবা অভম অথৌশিংনা তংতনা হায়জবদগী চন্দ্রকীর্তিনা চংখ্রবা মতুং নুমিৎ ১১ নি শুবা খৃষ্টাব্দ ১৮৪৪ ফাইরেন ১৯ নি পানবা শগোলশেন নুমিং অয়ুককী য়ুথক্তা মশাগী চহী ৫২ শুরবা নরসিংহনা মৈতৈ লৈবাক্কী নিংথৌ ওইরগা হাওবম চহু লিক্লাই পোকপীবু মহারাণী হাপ্তুনা লৈবাক ঙাকপা হৌখি। মহারাজ নরসিংহ অসি ঙৌব্রম শাইনা পোকপা ভদ্রসিংহ নোংচুপ লমগাইঙম্বা নিংথেম খাবা হায়নসু খঙনবা ঔরা লান্দা চহী তরেৎ খুণ্ডাকপা খৃষ্টাব্দ ১৮২৪ দা মৈতৈ লৈবাক্তা নিংথৌ ওইরমহুনা লোইভোংবম চহু পেমলতা পান্নরগা পোকপা মজাইবুঙোনি। যুবরাজ অমসুং সেনাপতি ফম পুন্না পুরিবা মনাওনুপা দেবেন্দ্রসিংহ অসিনা য়াঙবম চনু শম্নাবতীনা পোকপনি। মখোয় অনিসি মপা তিন্নবা মমা তিন্নবা মচিল মনাওনি। নরসিংহনা নিংথৌ ওইবা নুমিত্তা শ্রীগোবিন্দ শ্রীজগনার্থ শ্রীবৃন্দাবনচন্দ্র লাই অহুমদু লাইশঙ অমদা পুন্না থম্লগা লাংখি। নরসিংহনা মচানুপা ভুবোন সনাবু রাংখৈলাকপা হাপ্তুনা লৈবাক্কী রায়েল থৌদাদা মতেং পাংহল্লি। মহাক্না নিংথৌ হেক ওইবগা

ময়াম্বগ্‌ গম্ভীরসিংহনা পাল্লখ্বা লাংথবান কোন্নুং থাদোক্লুনা খৃষ্টাব্দ ১৮৪৪ কালেন ১৯ নি পানবা নিংথৌবাবা নুমিত্তা কংলাদা কোন্নুং হোংজিল্লি। ঔরা লানগাইনবদা খুন্তাক লানশিন্নুনা ইরুদ্রবা চৈথারোল কুম্বাববু পণ্ডিত থাংজম শ্যামপুর্ণদা শিন্নহুনা পণ্ডিত তরুক্কা তান্নরগা অমুক ইবা হৌখি। মহাক শালান্দা থেবদা নত্তনা লৈবাক ওাক-পদস্থ হৈশিংবা, ব্রাহ্মণ, বৈষ্ণব অহল লমনবু লুনা তৌবা লাইনিং পরৈ চেৎপা ধর্ম্ম লৈবা নিংথৌনি। কংলা উত্রা শংমোাংদা নোংশা অনি শারগা থনম্মী।

চন্দ্রকীৰ্ত্তিনা মৈত্রবাক থাদোক্লুনা চংখিবা নুমিত্তগী নেপ্রা মেঙ্গরদি মথরায় নুংঙাইতহুনা কোন্নুং কাখিদ্রে। নোংমা নেপ্রানা নরসিংহগী সনা নাক্তা চংলুবদা মেঙ্গর নহাক্কি নিংথেমশিশক সৈনবা নুমিত্তগী কোন্নুং কারক্তবহু ঙসিদি করি নীংশিংলক্লুনা ঐগী নাক্তা লাক্লিবনো হায়না করেম্নবিরে। মহারাজ নরসিংহগী বাহু তাবদা নেপ্রা ইকায় নুংশি যাম্নহুনা রা মচেৎ অমত্তা ঙাংলমদনা মরু লুক্তুনা থোরক্লগা শ্রীগোবিন্দগী লাইমাংদা খুরু খুদক বুন্দুনা মখুৎ লোন্নরগা শ্রীগোবিন্দ ইবুঙো চন্দ্রকীৰ্ত্তিবু মৈতৈ লৈবাক্কী নিংথৌ শেম্বা ঙমদ্রিবমখৈ ননাইদি ইরৈবাক্তা লৈখ্রোই ইবুঙোনা ননাইগী ইপাঙ্গল ইথৌনা হাপ্‌ত্রিয়ু হায়না খুরুম্নগা ময়ুমদা হল্লক্রে। অহৌং অহুমা ময়ুমদা লেন্দুনা মতুশমচাশিংদা চেকশিন্না পাওমেম্নরম্নগা চয়োম পুহুনা লোইবী চীংলোন মাপল লাম্না চন্দ্রকীৰ্ত্তিগী খোঙ্গুল লীরক্লে। কছার য়োরবদা কুমুদিনি মহা-রাণীগী লৈকম হংহুনা থিরকপদা থেংনরে পাউশোল, বলরাম, থাঙ্গালনচিংবা উনবদা নেপ্রা মথরায় নুংঙাইরে। কুমুদিনিনা নেপ্রা য়েংলগা মেঙ্গর নহাক্কা ঐগী নাক্তা লাকপদি নরসিংহ নিংথৌনা ইমা ইচাগী খোঙ্গুল লিরগা ফাহুনা পুরকউ সনা য়াথং পুরক্তুনা লাকপরা হংলক্লবদা নেপ্রানা মখুৎ লোন্নরগা হঙ্গৎলকই। নিংথেম পোকপী মহারাণী ইবেম্মা, ননাইনা নরসিংহ মহারাজ খুরুমগে সনা নাক্তা চংলুবদা নংগী নবুঙো

লৈত্তুনা ঐগোন্দা খনবা লাল্লিত্রা হায়রকপা মহারাজ নরসিংহগী বরেম্বা রাগোংদু তাবদা থরায় মুংঙাইমনখিদ্রতুনা নজাইবুগোগী নাক্তা লৈরগা ওমেলে মৈতৈ লৈবাক্কী নিংথৌ শেমগে, ওমেদবা থোক্লে য়াইবী থরায় খ.দে.ক্কে খন্দুনা নজাইবুগো নিংথেমপিশক্কী খোঙ্গুল লীজরকপনি নজাইবুগোগী চেংলৌ উদবা মওম ক্ইরে, সনা খুয়া খাদা ননাই নেপ্রা অমুক্তা খুরুমজবা য়াগদ্রা হংলক্লে। নেপ্রাগী রাতু তাবদা কুমুদিনি মহারাণী রা মখা তদনা মরুপুক্কুনা লৈল্লে, মমিংতা লেপ্পুনা চেন্থরকপা পিরাদু উবদা নেপ্রা মেঙ্গর নুংশা থিরক্লে, রা মখা তানা হংবস্তু ওমদ্রে। কুমুদিনিনা মথরায় রাতুনা ঙাইহাক কপলুরগা মেঙ্গর মৈতৈ নিংথে নরসিংহনা চিঠি পীরক্লুনা বছারগী সাহেবশিংনা নিংথেমপিশক ইচাবু মমাগী নাক্তগী পুতুনা চৎত্রগা অতোপ্পা মযমদা মতোমদা থমখ্রে, সিফাইশিংনা চেবশিন্না ঙাক শেন্দুনা থমখিবনা মমা ঐগা নোংমতা উনবা ফংখদ্রে। প্রিক্রিবা ইচা অতুনা মতোমদা কবি চাতুনা মরোল ইরোল খঙনদবা সিফাইশিংগী মরক্তা করম্না লৈরমগদগে খল্লদুবদা রাখিবনা মমা ওইবী ঐদি চারা নামতা চাতুনা তম্বুক নুংথিল নুংদাং খাক্তনা বপ্পুনা লৈরিবনি। নিংথেমপিশক্কী লৈযম খঙলবস্তু মগা উনগে হায়জবস্তু সাহেবশিংনা য়াবিদে। কুমুদিনি মহারাণীগী রাতু তাবদা নেপ্রা মেঙ্গর ঙাহাক মরু পুক্কুনা রাখল থোক্তনা লৈখি।

তেখাও নিংথৌনা অনা লাইওং খঙদনা নারবদা লৈবাক বয়াগী মইবা কবিরাজ পুম্মক কৌতুনা লায়েংহনবদা তনাবা ফবা ওয়ক্তবদা নরসিংহ মহারাজদা হায়জরকপদগী নিংথৌনা লাঙ্গোনজম হেমাসিংহ মাইববু তেখাও লৈবাক্তা থারম্মী। তেখাও লৈবাক্তা হেমাসিংহনা থা তরুক লৈতুনা লায়েংবদা নাবা ফরদুনা তেখাও নিংথৌনা মথরায় শুংঙাইরুনা শামু ময়ানা শাবা ফজরবা শমজেং তানিখক মৈতৈ নিংথৌদা খুদোল পোৎ ওইনা পীরকই। হেমাসিংহ মাইবদনা অরামল ওইনা সনরুপা ফুরিৎ অরিক পরেং পীরগা শামু তোংহন্দুনা মৈতৈ লৈবাক

তাম্না থিনবিরকই। মহাক থক্তা শামু কয়া ফারম্নী, কৈ শওম লম-ওকনচিংবা তমথিরবা লমশা কয়াস্থ হাৎলম্মী।

নরসিংহ মহারাজনা লৈবাক ময়া তপ্না চহী মঙা চুপ্পা পাল্লক্রবা খৃষ্টাব্দ ১৮৪৯ ফাইরেন ২৫ নি পানবা লৈপাকপোকপা মুমিত্তা কছারদা লৈবা নিংথৌমচা মেনলৈ খোম্বা, চিবা অমহুং কোইজম তাবা অহুম্না নিংথৌ খুভম মুনগদবগী লান্দাবকলে পাউ সনা কোন্থুংদা থুংলরে। লানগী পাউসি তাবদা মনাও ইবুঙো যুবরাজ দেবেন্দ্রসিংহনা লুচিংলগা লোইতাম মেঙ্গর, ইরোম মেঙ্গর কোনগম মেঙ্গর অহুমনা মৈতে লাম্মী তেঙ্গোল অচৌবা পুবগা লান ঙাকপা থোরকই। সনা কোন্থুংদনা মহারাজবু কন্নবা তোপ মাপাং চিংথোক্লুনা কংলাগী অকোয়বদা ঙাক-হুনা লৈখ্রে। নিংথেমমচা অহুম্না লুচিংলগা লান্দারকপা লাম্মীশিং অহুনা বারাক তুরেল লাল্লগা অরাংপানবা চংলগা লৈবা লাঙ্গা হাও-খুন্দা লানবন শাহুনা লৈরে। পাউ অসি হেক ফংবগা লোইতাম মেঙ্গর নিংথৌজম পোইলা অনিনা লুচিংলগা মৈতৈ লাম্মী খরগা চীং তম্না কারক্লে। ইরোম মেঙ্গর কোনগম মেঙ্গর অনিনা লুচিংবা লাম্নীনা শেঙ্গম খুনৌ য়েৌনা চঙশিল্লক্লে। মনাও ইবুঙো দেবেন্দ্রসিংহনা খোরী খুনদা লানবন শাহুনা লৈরে। লানজাবা থোরকপা য়েক্লবগী লাম্মী অনিখক নোংমৈনা কাপ্পনা হাৎলে, অনিনা লানফা ওইনা ফারে। লাঙ্গা হাওগা লোইতাম মেঙ্গরগা অকনবা লান থেংনরিডৈদা কছারগী নিংথেমচা অহুম্না লুচিংবা লাম্মীশিং অহু মায়কৈ শলাই খওদনা কায়হুনা চেংখি. নিংথেমচা চিবানা ঔরা তান্না চেনগে হোৎনবদা মৈতৈ লাম্নীনা তান্নরগা নোংমৈনা কাপ্পনা হাৎলে। মেনলৈখোম্বনা নোংচুপ মায়কৈ ওন্দুনা কছার তান্না চেনগে হোৎনবদা মৈতৈ লাম্মীনা তান্ন-হুনা লমথাংদা হাৎলে। কোইজম তাবদি ফুমলৌদা হাৎলে লাম্মী ১৭ চঙনা ফারে। নরসিংহ মহারাজনা লৈবাক মরা তপ্পা চহী ৭ নিংথৌ ওইহুনা পাল্লম্না মশাগী চহী ৫৮ শুবা খৃঃ ১৮৫০ শজিবু ২৮নি পানবা (১০-৪-১৮৫০) মুমশাকৈশগী নোংঙানগদবা পুং ৩ রাৎলিডৈ নোঙ্গাখি।

# দেবেন্দ্র খৃঃ ১৮৫০ থা অহুম

খৃষ্টাব্দ ১৮৫০ শজিবু ২৮ নি পানবা য়ুমশাকৈশা ( এপ্রিল তাং ১০ ) নরসিংহ মহারাজনা নোঙ্গখিবা মুনিংতা চহী ৪৭ শুরবা যুবরাজ দেবেন্দ্র ( ঢাকা তাবা ) না মনিক মুংলেন খোম্বা ফম্বাল মিংলেন লৌরগা খিরাম চহু ভমলেন খোম্বীবু মহারাণী হাপ্তনা মৈতৈ লৈবাক্কী নিংথৌ ওইখি। মজাইবুগী সংকরদসিংহনা যুবরাজ, অঙোসনানা সেনাপতি ওইদুনা মপা মচানা লৈবাক ভাকমিন্নখি। দেবেন্দ্রনা নিংথৌ ওইবগী পাউ ভসি কছার য়ৌরকপদা চন্দ্রকীর্ত্তিবু ঢাকাদা পুনবা থৌরাং তৌরম্মী। কছার স্থপারিন্টেন্দেন্টগী লৈকমদগী গজ ১৫০ মুক লাপ্পা রানা মাযকৈ অহুম শরল খাবা বারাক অমদা সিফাই অমনা খোংদা সিফাই মরিনা লোঙান তোঙানবা মকমদা শঙহল্লগা চন্দ্রকীর্ত্তিবু থনম্মী। চন্দ্রকীর্ত্তিবু ঢাকাদা পুনবা হোৎনরিবহু মহারাজ নরসিংহগী মচানুপা ভুবনসিংহ অমদি শেতুসিংহনা মহারাণী কুমুদিনিগী মনাক্তা লাকুনা পাউ পীরম্মী। পাউ অসি তাবদা মহারাণীনা মথরায় রাবহু উবদা নেপ্রো মেঙ্গরনা হায়রকই, মহারাণী ইবেম্মা রাহুনা কান্নরোই শ্রীগোবিন্দবু থম্মোয়নুংদা চেংনা থাগোম্লবিয়ু। ননাই নেপ্রো ওসি নুংদাং নজাইবুগোনা লৈরিবা মফম অহুদা চংলগা অচিং অকোম য়েংহুনা ওমলে নজাইবুগো পুরক্লগা মহারাণীগী খুংতা শিন্নগে, ওমদবা থোক্কে, ননাই নপু থরায় থাখিগে। নেপ্রাগী রাহু তাবদা রাখল থোক্তুনা মহারাণী তুমিন লৈখি। মতম্দি লেপ্পা নাইদবনিনা মুমিং তাশিন্নক্রবদা নেপ্রো মেঙ্গরনা বলরামগা লোয়-ননা চন্দ্রকীর্ত্তিনা লৈরিবা মফম অহু তান্না লাক্কে। মুমিং অসি কালেন থাশিরমদাই ওইবনে, নোংনগা যুদিং যুনা তাবনে, বনা অমত্তা মপান্দা থোক্লদবা মতমসিদা বলরামবু থোঙ্গান্দা থনল্লগা নেপ্রোনা চন্দ্রকীর্ত্তিনা লৈরিবা মুম অহু তান্না চঙলকই। মুমিং অহু খোঙশংবা সিফাই অহু নত্তনা সিফাই অতৈ লৈরমদে। খোঙ শঙলিবা সিফাই

অদুগুম্ ফক্লাংদা ঙাঁরগা তুমহুনা লৈরম্মী। নেপ্রোনা মামা থঙ্জেবা লাইরা কয়া শেন্দ্রনা তুমলিবা সিফাই অদু শুমজিন্দবদা অশিবগুম নিংঙাইবা লৈতনা তুমখুন তানখ্রে। নেপ্রোনা তুমলিবা সিফাই অদুগী ফুরিং থাউদগী শো লৌথোক্লগা থোঙ হাংতোক্লুনা ইমুংদা চংলক্রে। নেপ্রো উবদা চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজনা চেনশিন্নক্লুনা কোল্লগা ইপু মেঙ্গর কৌথুনা বপলক্রে। মসু মপু অমিহু ঙাহাক রারী শান্নরগা মানা পুরকপা ফিরোল অদু শেংপিরগা চন্দ্রকীর্ত্তি মপান্দা থাদোরকলে। নেপ্রোনা য়ুম মনুংদা চন্দ্রকীর্ত্তি শাথুনা লৈহৌরে। সিফাইশিংনা মপান্দগী য়েংলবপদা উদনবা ইমুংদা থাল্লবা থাউমৈ অদু মুংথংলে। অমস্থা মরক্তা মহাক তুমহুনা লৈহৌরে। চন্দ্রকীর্ত্তিনা মপান্দা থোরক্লুনা য়ুম অদু মপান্দা শো লোনশিল্লগা শো অদু সিফাইগী ফুরিংথাউদা হাপচিল্লগা থোঙ্গাল তাম্মা থোরক্লে। থোঙ্গালদা বলরামগা উন্নহুনা মমা মহারাণী মনাক তাম্মা লাকমিন্নরে। অহৌং অদুদা কছার থাদোক্লুনা চংকদবহু মোং কন্না তাবনা ললাং খুন্দা অহৌং লেক্লগা নোংঙাল্লব-দাইদা চন্দ্রকীর্ত্তিগা লোয়নরবপা কাংবুগা নরসিংহ মহারাজগী মজাই-বুঙো ভুবনসিংহ, শেঙ্গুসিংহগা লোয়ননা জিরি তুরেল য়ৌনা চংলম্মী। জিরি তুরেল লান্থোক্লগা ইঙা থা পানথংলবপদা কালা নাগা চীংদা মতম খরা লৈরম্মী। মফম অসিদা লৈরিঙৈদা শিলেট অমসুং কছার-দগী লাকপা মৈতৈ মচাশিংনা মাগী মীচংদা লেপ্তুনা মৈতৈ লৈবাক্তা লান্দানবা শেম শাহুনা লৈখি। মজাইবুঙো চন্দ্রকীর্ত্তিনা মৈতৈ মচা-শিংগা লোয়ননা মৈতৈ লৈবাক্তা লান্দানবা চংখিবগী রাবনে, সাহেববী বারাক মনুংদা চন্দ্রকীর্ত্তি শাহুনা লৈহৌবা নেপ্রো মেঙ্গরগী থল্লবনে নিংথেম পোবপি মমা সিজা কুমুদিনি মহারাণীদো মথরায় রাখিবনা চাবা থকপা চংখিদ্রে তুম্বা য়াখিদ্রে। অমুক হুংথিল হুংদাং থাক্তনা শ্রীগোবিন্দবু থম্মোয় হুংদা চেংনা কোন্দুনা ইবুঙো মাগী মিংলেনবু তংতনা শোন্দুনা মহারাণী ললাং খুন্দা রানা পুসি লেনখি।

নোংঙাল্লগা সাহেবকী বারাক মনুংদা চন্দ্রকীর্ত্তিবু ভাক শেংবা সিফাই অমনা থোঙ হাংজোক্লগা চানা থরুবা পুশিল্লকপদা চন্দ্রকীর্ত্তিগী মহুৎতা মেপ_া লৈর' ছু উবদা চেনখিহুনা হুপাজিল্লৈন্দেণ্তা তাবলুরে। হুপা-রিলৈন্দেণ্টনা ভশাউবগা লোয়ননা লাক্লগা মেপ_াবু যুখিরে, মখোং মথুং য়োংহিল্লিংনা পুনশিল্লগা শিল্লোং জেন্দা পুরগা চৈরাক করামরুম শীরগা বন্দি থমখি।

মহারাজ দেবেন্দ্রনা মিংথৌ ওইখা থা অহুম ফারকপদা চন্দ্রকীর্ত্তি মৈতৈগী অবল অখৌ লান্মী কয়া খোম্লগা লান্দারক্লে পাউ তাবদা নোংমৈ মপারক কাপ্পনা লৈবাক্কী অবল অথৌ ফম্লইবা পুন্নমক কৌখৎ লগা লানগী শেম শারে। মজাইবুঙো সেনাপতি অঙোসনা, কৌকৈশংবম মেঙ্গর হনিনা কুচিংলগা সিফাই ৩০০ গা লান ডাক্লবা তোংজৈ মরিন্দা থারকই। চন্দ্রকীর্ত্তিগী লাম্নীগা থায় ছুরেল খোংবান্দা অকনবা লান থেংনবদা চন্দ্রকীর্ত্তিগী লান্মীনা লাকচবহু উবদা নিংথৈ জান্বা হুঘে-দারনা নোংমৈ গুলি মরক্তা লোন্না চংখিহুনা লিতান খোংলি ককথৎ-লগা চেল্লকই। চন্দ্রকীর্ত্তিগী লান্মীনা তকশিল্লক্লুনা তম্পাক তম্লক্লে পাউ তাবনে, কংলাগী অকোয়বদা হঙোই মরায়া চোংবনে দেবেন্দ্র মহারাজ মপুক্লিং লাংতক্লরক্লে। মজাইবুঙো যুবরাজ সংকরদসিংহবু কৈনৌদা লান ডাক্লবা থারক্লে, মজাইবুঙো অঙোসনা সেনাপতিবুনা শামু পলদা লান ডাকহল্লে। কৈনৌদা চন্দ্রকীর্ত্তিগী লান্মীগা অকনবা লান থেংনবদা মজাইবুঙো যুবরাজ লান্দা মায়থিহুনা চেনগ্রগা রাইশেল অতোম খুলফমদা লানবন শাহুনা লৈখি। চন্দ্রকীর্ত্তিগী লান্মীনা অপনবা লৈতনা তকশিল্লক্লুনা লাংথবাল কোনুংদা লানবন শাহুনা লৈরে পাউ তাবদা দেবেন্দ্র মহারাজ কোনুংদা লৈথোবপা য়াদহুনা মৈতৈ লান্মী পুরগা লান চঙলক্লে। চন্দ্রকীর্ত্তিগী লান্মীগা দেবেন্দ্রগী লান্মীগা মায়োক্লন্না লান থেংনরিদ্দো তুং থংবা দেবেন্দ্রগী লান্মী অয়াম্বা খুৎলায়গা কোম্লনা চন্দ্রকীর্ত্তিগী মনাক্তা চেনশিনখি। লেমহৌবা লান্মী খরা অদুগা অহীং

অহুম চুপ্পা লান থেংনবদা মায়থিহ্না দেবেন্দ্র মহারাজ মৈতৈ লৈবাক থাদোক্লুনা চেনখি। মহারাজ দেবেন্দ্রনা থা অহুমদং নিংথৌ ওইদুনা পাল্লম্বা তেল্লবা মতমদা মনাও ইবেম্মা ২৬ লৈরব্বা মাগুম্বা নিংথৌ অতাংবনি।

## চন্দ্রকীর্ত্তি (খৃঃ ১৮৫০–১৮৮৬)

খৃষ্টাব্দ ১৮৫০ ইংলেল চুপ্পি পানবা ইরাই নুমিৎকী অহীংদা দেবেন্দ্র মহারাজনা লান্দা মায়থীহ্না কোন্নুং থাদেক্লগা চেনখ্রবদা চহী ১৯ দা ডায়রিবা চন্দ্রকীর্ত্তিনা নোংচুপলমদাইদা কোন্নুংদা চঙলা ইংলেল মরিনি পানবা জুলাই তাং ১৩ থাংজো নুমিৎতা নাউজিংলেন নোংদ্রেন খোম্বা হায়না ফম্বাল মিংলেন থোল্লগা মৈতৈ লৈবাককী নিংথৌ ওইখি। নুমিং অসিদা মতোল ইবুঙো নরসিংহনা পোকপা ভুবনসিংহবু যুবরাজ অদুগা শেতুসিংহবুনা সেনাপতি হাপলখী। জুলাই ১৫ নিংথৌকাবা নুমিৎতা মৈত্রাবাক্কী পোলিটিকেল এজেন্ট ওইরিবা মেঞ্জর মেক কুলোচ (Major Mc. Culloch) কী মনাক্তা চৎতুনা মহারাজ গম্ভীরসিংহগী মচান্নুপা চন্দ্রকীর্ত্তি ঐহাক মৈতৈ লৈবাক্কী নিংথৌ ওইরে, ইতোন ইবুঙো নরসিংহনা পোকপা ভুবনসিংহবু যুবরাজ, অদুগা শেতুসিংহবুনা সেনাপতি হাপলে হায়রম্লগা সনা কোন্নুংদা লেংশিনখি। পোলিটিকেল এজেন্টনা গভর্ণর জেনেরেলদা মণিপুরগী প্রজা মীয়াম্না যাদুনা গম্ভীরসিংহ মহারাজগী মজাইবুঙো হান্নস্থ নিংথৌ ওইরম্লবা মহাক্না হল্লক্লুনা নিংথৌ ওইরবনিনা মহাকপু মণিপুরগী নিংথৌ ওইনা লোংনা নাউথোকপনা ফরে পাউ পীরবদা চহী অদুগী সেপ্তেম্বর থাদা চন্দ্রকীর্ত্তি সিংহবু মণিপুরগী নিংথৌ ওইরে হায়না বৃটিশ সরকারনা য়াখি। মহাক্না নিংথৌ ওইবা নুমিং ১৩নি শুবগী অহীংদা দেবেন্দ্র মহারাজগী সেনাপতি ওইরম্বা মজাইবুঙো অঙৌসনানা মচিল মনাও শাগৈ নাতৈ ময়াম খোম্লগা নিংথৌ খুভম মুক্ষা লোম্না লান্দারক্লুনা

কোহ্নং চঙলক্লবদা চিরাই থোঙদা চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী সিফাইশিংগা অহীং চুপ্পা নোংমৈ কাপ্পরগা লানফমদা মায়থীরদুনা অঙৌসনা নোংঙাল্লমদাইদা ময়াং লৈৰাক তাম্না চেনখি। অহীংগী ল.ন অতুদা বামোন গোপীনাথ নোংমৈনা পান্দুনা শিখি, অতৈ মীওই তরেংকি নোংমৈনা পাল্লবদু শিখিদে। চহীতুগী পোইন্নু পানথৎলকপদা চন্দ্রকীর্ত্তিনা লাইশ্রম মেঙ্গোরনচিংবা মীওই খরা কছারদা মমা সিজা নিংথেম পোকপী লৌরুনবা থারম্মী। পোইত্নু ১৪ নি পানবা য়ুমশাকৈশা হুমিডো অঙৌম্বা সেনাপতি শাঙলাক কৈরুংবনচিংবা অঙম অথৌনা মমা শিজা নিংথেম পোকপী কুমুদিনি মহারাণীবু লমাংদোংদগী ওক্রুগা সনা কোন্নুং তাম্না পুরকই। মমা ইবেম্মা লাকপগী হরাওদুনা নোংমৈ ৫৫ রক কাপপি সনা কৈথেলদা শেল চায়। দেবেন্দ্রসিংহনা মাগী মীচং খরা খোম্লগা মৈতৈ লৈবাক্তা লান্দারকপদা চন্দ্রকীর্ত্তিনা থারকপা মৈতৈ লাম্মীশিংগা অকনবা লান থেংনবদা লানফমদা দেবেন্দ্রগী মীওই কয়ামরুম শাথিনা শোকপা অমদি মীওই খরবুনা হাংখিবদুদা দেবেন্দ্র নীংবা কায়দুনা বৃটিশ সরকারদা চঙজফম লৌরগা ঢাকা জেলদা বন্দি ওইনা লৈদুনা পুসি লেনখি হায়বগী মাবু ঢাকা তাবা নিংথৌ হায়না খঙনখি। খৃষ্টাব্দ ১৮৫২ পোইন্নু ১২ নি পানবা লৈপাকপোকপদা মধুচন্দ্র মহারাজগী মজাইবুঙো সনা নাওলসিংহ, মারজিংকী মজাইবুঙো কহ্নাই সিংহ মনাও ফৈরাবনা কছারদগী ময়াং লাম্মী ২০০ পুরগা মৈতৈ লৈবাক্তা লান্দারক্লে পাউ তাবদা চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজনা নোংমৈ ৫রক কাপ্পুনা অকল অথৌ ফম্নাইবা পুম্নমক কৌথৎলগা লানগী শেম শারম্মী। নিংথৌখোংজম মেঙ্গরনা লুচিংবা সিফাই ২০০ গা লান ঙাক্লবা থারকপদু লাইনিংথৌ খোরিফাবা চীংমাঙ লাইতোঞ্জম খুল্লক্তা লান থেংনরম্মী। নোংম্না চুপ্পা নোংমৈ কাপ্পদুনা অকনবা লান থেংনরিঙৈদ। মৈতৈ লাম্মী খরনা লোম্না হাইদোক্লুনা চৎথ্রগা নারোম্দা কোয়শিন্দুনা চফুদা য়োকপা ঙাগুম সনা নাওলসিংহ অমদুং ফৈরাবা অনিবু লানফমদা ফারে

কছাইসনাদি লাল্মী ময়াম পুরগা কছারলোমদা চেনখি। নিংথৌ-খোংজম মেঞ্জরনা সিফাই ১৫০ গা লোয়ননা মতুং ইনহনা লান তানবা চৎপদা কছাইসননা খায় তুরেল লান্দুনা চৎখিবহু উবদা খায় তুরেল খোংবান্দগী হুনকই। অতুগী মতুং মতম খরা লৈরগা মনতুশাইগী মচা চন্দ্রসিংহগী মচানুপা মাইপাক সিংহনা কছারদগী লাল্মী পুরক্লুনা চন্দ্রকীর্ত্তিগী মথক্তা লান্দারকপদা সেতুসিংহ সেনাপতিনা মেঞ্জর ৪ গা মৈতৈ লাল্মী পুরগা লান থেংনবদা লানক্মদা মায়থীহনা মাইপাক চেনখি। খৃষ্টাব্দ ১৮৫৪ দা কছাইসনানা ময়াং লাল্মী ২০০ পুরগা মৈতৈ লৈবাক্তা অমুক লান্দারক্লে। লানগী পাউহু তাংদা বৃটিশ সর-কারনা শাউহনা ৩৩ শুবা নেটিভ ইনফেন্ট্রিগী সিফাইশিং থারক্লনা জিরি তুরেল খোংবান্দা লান থেংনহনা মায়থীবা পীরগা লানজিং পুরেল কছাইসনাবু ফারগা বন্দি থমখি। নিংথৌ খুতম মীহৈনা কছারদা লৈবা নিংথৌমচাশিংনা চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী মথক্তা লান্দারকপাশিংহু মাঙজৌননা বৃটিশনা নিংথৌদা পাউ পীবদা মঙনা সিফাই অমহুং খুৎহু খুৎলায় মতেং পীবনা চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজ লান্দা মায় পাকপানি।

চন্দ্রকীর্ত্তিনা পোইরৈ মৈতৈ লৈবাকী নিংথৌ ওইহনা লৈবাক ময়া তপা পাল্লবদা সাহেবশিংনা জেন্দা ফাজিন্দুনা থমলিবা নেপ্রা মেঞ্জর জেলদগী থাদোক্লে। চহী নিপাল জেলদা লৈহনা অরাবা থাওলুরবা নেপ্রাদো য়েংবদা ফিরম কায়রে মাবু উবদা কনা অমত্তনা মশক খঙবিদ্রে। নেপ্রানা চারা নামাতা চাহনা রানা লোইবী চীং-লোন মাপল লান্দুনা লাকপনা পোক্লফম লমদম নুংশিবী মৈতৈ লৈবাক য়ৌরক্কপদা অরা থনা পুন্নমক কাউথ্রে। মীগী মচিন্দগী চন্দ্রকীর্ত্তিনা অমুক হন্না নিংথৌ ওইরে পাউ তাবদা মথরায় নুংঙাইবনা নেপ্রা মপাঙ্গল মথৌনা হাপকংলক্লে। মমুমদা চঙগে খন্দনা অমোংপা ফিরোল শেংহুনা মকোই মরাং ইচোম চোমনা অঙাওবা মীগী মতৌঙুম কোন্নুং ভান্না লাক্লগা চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজবু খুরুমগদবগী বরিহু হঙ্গোয়দনা

ছরাও ছরাওনা শঙ্গাই পুমাং তান্না চংনিংক্লে। তঙাওবা মীগুম ফিবম চাদবা নেপ্রাম্বু উবদা চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজনা মশক খঙবিদ্রে। কনাগুম্বা লায়রবা অঙাওবা মীগুম্ম অমা মাদু খুক্র। লাক্কিবনি খন্দুনা "ইপু নহাক করি লমদগী লাকপনো নহাক্না পাম্বা করিনো হায়রু হুংলরবদা নেপ্রা মথক্সায় শোক্না হুংগাইখিরবোই মমিং তানদা শিন্থ-রকপা পিগী ইচেমনা মায়থোং চোংলদুনা চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী চিংনা য়েংজরগা লাপ্পা খুরুমজে। লায়রবা ননাই নপুদি করিসু পামজদে সনা খুয়া থাদা খুরুমজনিদুনা লাকচবনি হায়রম্লগা মনা সিজা কুমুদিনি মহারাণীগী শঙ্গাই তান্না লাক্লে। মতম অসিদা নিংথেম পোকপী কুমুদিনিদি ইমুংদগী থোরকপদা মাঙ্গোলগী চুরী ইচুম তাকমদা নেপ্রানা কুমুদিনিবু চিংনা য়েংদুনা লৈরম্বদু উবদা মহারাণীসু মশক হেক লাক-শিনবা তনদনা লৌদ্রে। মশক উপ্পবরা মপু নদা চিংনদুনা নেপ্রাদু মাঙ্গোলদা বৌখংলে। নেপ্রানা মাঙ্গোলদা বাখংলগা চঙশিল্লকুনা কুমুদিনি মহারাণীগী মখোঙ কোল্লগা হিক্লা হিক্লা কপ্পুনা "মহারাণী ইবেম্মা! মতম কুইনা উনখিদ্রবা সাহেবকী জেলদা অরাবা কোঙ্গায় খাণ্ডদুনা লৈরুরবা ননাই নেপাবু ইশক খঙবিদ্রবরা হায়না খুরুমদুনা হঙ্গংলক্লে। নেপাগা মেঙ্গরগী রাহু তাবদা মাগী মশক উবদা কুমুদিনি খঙহৌদনা মিংলুদগী পিরাং শিন্থনা মেঙ্গর হায়না মখুং পায়দুনা চিংখংলগা মহারাণীগী মখুংমক্তা মিংলুদা শিন্থরক্লিবা পিরাংদু হৈথোক-পিরে। মতম অসুক কুইবসি তুম্বা চাবা মকম্ম খঙদনা সাহেবকী জেলদা অবা কোঙ্গায় থাংবদা ফজরম্বা নশক য়েংবা য়াজ্জে, কম্লম্বা নপাঙ্গল মরেং তাখিবদুদা নশক খঙলুদ্রে। লাইবকচাউবী কুমুদিনি ঐবু রারৌগনুকো ইপু হায়না ঙাহাক কমমিন্নদুনা রারী শান্নরে। নহু নিংথেমপিশক উনকুরব্রা হংবদা মপু খুয়া থাদা চঙদুনা ননাইনা খুরুম-জরুবদা ইশক খঙবিদবদুদা ইকায়দুনা মহারাণীগী শঙ্গাই তান্না লাকচবনি খুম্লক্লে। নেপাগা মেঙ্গরগী রাহু তাবদা কুমুদিনি মহারাণীদো ইকায়

মুংশি য়াম্নহনা অশাউবনা মাঙওইনরগা নেপ-া পুহনা মজাইবুঙো নিংথেমপিশক্কী শঙ্গাই তাম্না লাক্লে। মমা সিজা লেংলক্পা উবদা চন্দ্রকীর্ত্তি মাঙ্গৌলদগী কুমথরক্লুনা শুমাংদা মমাবু খুরুমহনা ওকচরগা মাঙ্গোল তাম্না পুখংলক্লে। মহারাণীদি শাউখিবনা ফমফমদা ফমদনা মচাবু চিংনা য়েংলগা "ইমাগী ইবুঙো নিংথেমপিশক ইচাদি পোইরৈ মৈতৈ লৈবাক্কী নিংথৌ ওইহনা নন্ই নশলনা থৌগল তেহনা চানিংবদা চা শেংনিংবদা শেংতুনা ননীং নখা তয়া পানবনা হৌখিবা অরা অনা পুন্নমকপু খাঙথক্তা কাউরম্মনে। এনা মখুং পায়হনা পুরক্লিবা নুপা অসি কনানো নহাক মীশক খংলবা" হংলক্লে। মমাগী অশাউবা রাঙাংহ তাবদা চন্দ্রকীর্ত্তি কিবনা মশা থক থক লিক্লুনা মখুং লোন্নরগা ইমা সিজা ইবেম্মা পাঙলবা জ্ঞান লৈত্রবা নচাদি মাঙদা লেপ্লিবা অহল ওইরবা নুপা অসি মশক খংবা উমদ্রে। ইমা সিজানা মাগী মমিং লৈকম নচাদা শেঙনা তাক্পিরু হায়জন্নক্লে। মচাগী অশেঙবা রাদ্ তাবদা থাঙ্গেশেংনা খঙদদ্না তৌরিবনি খন্নদ্না শাউনিংলগা পুন্নমক মিকুপ্তা মাঙখ্রে। ইমাগী ইবুঙো নিংথেমপিশক অঙাওবা মীগী মতৌগুম অমোংপা ফিজেং শেংতুনা নমাঙদা লেপলিবা নুপা অসি লায়রবা অঙাওবা মী নত্তে। নহাকপু নিংথৌ ওইনবা শেম্থিখিবা, নপা শক্রবা নেপ-া মেঞ্জরনি। নহাকপু কছারদা সাহেবকী সিফাইনা কোয়শিন্দুনা থমখ্রবদা নপু মেঞ্জর অসিনা নহাকী নহং শিন্দুনা জেলদা অরাবা থাঙদ্না লৈহৌরগা নহাক্তা ইমাগা উনদ্না ঙসি পোইরৈ মৈতৈ লৈবাক্কী নিংথৌ ওইররিবনি। মমা সিজাগী রাদ্ তাবদা চন্দ্রকীর্ত্তি হৌখিবা থৌদোক্তু নীংশিংলক্লুনা চেনশিন্নগা নেপ-াবু চেৎনা কোম্লে। ইপু মেঞ্জর ! নহুগী ইরাল ঙাকপিরু। পাঙলবা নহুদা লমজিং মৈরা পীদ্না থাদোকপিরকপনা ঙসি এনা মৈতৈ লৈবাক্কী নিংথৌ ওইবা ফংজরিবনি। লাইবকথীবা নশু এগীদমক্তা ইপুনা সাহেবকী দণ্ডি ফংদ্না জেলদা চহী করা অরা অনা খাঙখিবা, চাদ থক্কনা

শাংলবা চীং লমীদা লাক্লুনা নহুগী নাক্তা য়ৌবিরকপসি বরিনা লমন শিংলগা ইপুনা পেনখদগে হায়বহ নহুদি খংজদে। ইপুগা পুক্নিংদা চিংনদনা অপাম্বহু তাকপিয়ু নহুনা শোয়দনা পীজগে হায়রক্লে। লুংশিরবা মচাগী ৱাহৈ তাবদা কুমুদিনি হরাওরে, নেপ্রাদা ওনশিল্লগা হন্দক্কী মপোক অসিমদি মেঞ্জর নহাক্কী লমনবু ইমা ইচানা তোললবনি। নপুক্নিংদা চিংনবা লৈহনা অপাম্বহু তাকপিয়ু নহুবু পীহনগে তাকপিরক্লে। মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তি মমা সিজা মহারাণী অনিগী লুংশিবিবা মরাইহু তাবদা নেপ্রা থম্মোয় লুংদা পেললবোই মমিং অনিদা থিংঙমদবা পিরাংনা তৎতনা শিন্থরকপহু তৈথোক্লগা মোমোন নোক্লুনা "মহারাণী ইবেম্মা ননাইদি করিসু পামজদে। শ্রীযুৎনা তাকপিরিবা সনা য়াথং অসিনা ননাইগী অপেনবা ওইজরগে" খুম্লক্লে। চন্দ্রকীর্ত্তিনা নত্তে ইপু মেঞ্জর! নহুনা শ্রীগোবিন্দবু সাক্ষী থমহুনা হায়জরিবসিনি ইপুনা অপাম্বা অমতং তাকপিবহু পীজরগা নিংথৌ ঐগী নিংঙমদবা মৈচাকসে থরদা ওইরবহু কোকচগে হায়রক্লে। চন্দ্রকীর্ত্তিগী ৱাহৈ তাবদা নেপ্রানা ননাই নপুনা পামজবা করিসু লৈজদে। ইনিংথৌগী খোংজেল ফংজবনা ননাইগী অপাম্বা ওইজরগে হঙ্গংলক্লে। অহুদি ইপুনা নিয়ু য়াদ্রবনিনা ঐনা অপাম্বহু পীরগে। ইপুগী ননীং থুংদ্রবসু ৱারৌদনা লৌবিরো। ইপুদি ঐনা হাপ্পা মেঞ্জর নত্তে। অহুচৈ লুংঝুংবীদা কৈজাও ফাবদা ইমা সিজানা হাপখিবা মেঞ্জরনি। মচানা হাপ্পা ফমদগী মমানা হাপ্পা ফম্না চাউবা হেনফম থোকপনিনা হৌজিক মেঞ্জর নিপাল লৈরিবা অসিগী মথক্তা ইপুনা মেঞ্জর পুরেল ওইনা লৈবিয়ু। নিংথৌ ঐগীদমক্তা থরায় পামদনা সহেবকী দণ্ডি ফংহনা জেলদা চহী কয়া অবা অনা নংলুরবনিনা ৱাবা ওকলে, শা-লান চৎপিরগনু য়ুমদা পোত্থাহনা লৈবিরো। কানিংবা নুমিংতা কোন্নুংদা কাবিরক্লুনা নিংথৌ ঐগী ৱায়েল থৌদাদা ইতেং পাংবিয়ু, লৈবাক্কী সেবা তৌবিয়ু। নিংথৌ ঐনা কনাগুম্বা মরালনা মপোৎ ফারবা মীওইদা শিবগী দণ্ডি পীরকলবদা

ইপুনা কনবিগে খন্নুনা শাগী দণ্ডি কোকপিরবা মথরায় কনব্বিদা নিংথৌ ঐগী পুক্রিংদা চিংনবা অমত্তা লৈজরোই তাকপিরে। চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী নুংশিবিবা রাঙাংদু তাবদা নেপ্রো মপুক্রিংদা পেন্নহুনা নিংথৌ অমদি মমা সিজা মহারাণী অনিবু খুকয়না ময়ুমদা চংখি। নেপ্রো হন্নক্কে পাউ তাবদা লৈবাক্কী অওম অথৌ ফম্নাইবশিংনা মন্নুমদা চৎতুনা উন্নরগা অরা মুংঙাই রারী বয়া শামিন্নখি।

মপাবুং গম্ভীরসিংহ অমদি মতোল ইবুঙো নরসিংহ মহারাজগী মতমদা শামু লমশা কয়ামরুম ফাদুনা কোকচাই পাৎতা থাদোক্লুনা তেহল্লি। মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তিগী তাক্তকুন্হ শামু লমশা কয়ামরুম ফারম্মী। নোংমা লাইখ্রাকপম নোত্তিশ্যাম কৌবা মেইরাংদা লৈবা লৌমী অমনা পামলৌ উরিলৈদা তোরবুং লমজাওদা শামু লমশা ময়াম থোরকপা উবদা চেল্লক্লুনা তোরবুংগী অকোয়বদা তারিবা খুনজাশিংদা মপাল থোরক্কহু তোরবুংদা শামু লমশা ময়াম থোরক্লুনা লৈরে পাউ চেল্লমী। নোংঙাল্লগা খুনজাগী অহল লমনশিংনা সনা কোন্নুংদা চেনখৎলক্লুনা মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তিদা শামু লমশা ফাবিন্নু হঙ্গৎলম্মী। শামু লমশানা মোইরাং খুল্লক্তা চঙলক্লিভৈদা ফারুনবা সনা য়াথং পীরক্লবদা থাঙ্গালনা লান্মী ৫০ গা লোয়ননা তোরবুংদা শামু লমশা ফাবা চংলি। লম্লেন খুনুদগী চীংজেল মতারোক্কী হাইথরকপা লালুরা লোকীদি লোকমাংদা লোংফম শেমহুনা শামু ফানবা থৌরাং তৌরক্লে। কোকচাইগী তেরবা শামু অমোম অনি থাজিন্দুনা নুমিং নিনি চঙনা হোৎনবদা শামু অমত্তা ফাবা ঙমদ্রে। হুমনি শুবগী তমুক্তা মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তি মোইরাং তান্না লেংথরক্লুনা মোইরাংগী অকল অথৌ শামু ফাবদা হৈশিংবা কনা কনা লৈবগে থোরক্কো, মীয়াম চঙহুনা শামু লমশা ফামিন্নরসি মনা মথুম চাউনা পীরগে সনা য়াথং তাকপিরে। নিংথৌগী য়াথং তাবদা নোত্তিশ্যাম্না মথুংতা লাংশোই পায়রগা অতেবা শামু লাক্কী ম্লেৎ থংবা নারুম্নদা বোরাখাউ পুল্লগা খাউ মহুংদা চঙহুনা শামু অমোম

অনিগা লোয়ননা শামু লমশা ফাবা চংখি। নীংথিনা তম্বিরবা শামু অমোম অনিনা ঙাগ্ থেঙথ্নিনা নাইগোম চাকতাবা শামু লমশাদু থেম্নগা মখোয় অনিনা চংশিন্দুনা লমশাদ্ পুরক্কে। নোংতিশ্যামনা তুংলোমদগী শামু লাবদু থৌজিন্নক্লনা লমগাগী ওই থংবা খুদুংদা শামু থৌরিনা চেকশিন্না খুরৌ চল্লগা থৌরি লিতেন্দু উজাও অমদা পুনশিন্দুনা শামু লমশা অদু মরৌশিংনা ইরায় লায়না ফরম্মী। লমশা অমা ফাবদগীদি মৈতৈগী অকল অথৌ খোংমী লম্মী ময়াম পুননা হোৎনদুনা শামু লাবা অমা অমোম অনি া শামু মচা অমগা ফারে। নোংতিশ্যায়গী মরৌশিং মথানদু উবদা মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তিনা পেনবিরদুনা ইপু নহাক্না অপাম্বা অমা হায়মু সনা য়াথং তাকপিরে। নোংতিশ্যায় খুয়া থাদা খুরুম্নগা মখুৎ লেন্নদুনা ননাইগী অপাম্প নিজৌ তাকপিরবনিনা শামু মচা অসি ননাই ঐ মোইরাংদা য়োকচৎহৌরগে হঙ্গৎলক্কে। মনাইগী রাদু তাবদা ইপু নহাক্না শামু মচাসি মোইরাংদা য়োকচরগে হায়রবনিনা শামুনা শারেপ কাংদোং ফাদ্রি ফাওবা য়োকচরো। শামুনা চাওরক্লবদি কোনুংদা পাউ পীরকই, মতম অদুদা শামু পুখংকে সনা য়াথং তাকপিরে। খৃষ্টাব্দ ১৮৬২ য়াকচিং ১১ নি ইরাই নুমিৎতা মোইরাং তোরবুংদগী ফারকপা শামু লমশা অদুমদু পুরগা থাঙ্গাল হাজারিনচিংবা সনা কোনুংদা থুংখি। নোংতিশ্যামনা শামু মচা অদু পুরগা থাংজীং লাইকোলগী মোইরাং লাইজি পাংবা মাগী মুমগীদি মনাক্তা নৈবা অহাংবা লম্পাক অদুদা শামু মচাদু পুন্দুনা থম্মলে। শামু পুনফম অদুগী মনাক্তা কোম অমমু লৈরম্মী। কোম অদুদা শামুনা মুম্নগা ইরুজদুনা শান্নে। হায়রিবা কোম অদু হৌজিক ফাওবা শামুকোম হায়না খঙনরি। নোংতিশ্যাম্না মাগী হুপী মাইবম চনু গাঙোইগা মতৈ মনাঙনা শামু মচাদু চাউনবা য়োক্লম্মী।

মপুরোইবা নোংতিশ্যাম্না লৈখিদ্রবদা মচা পোক্লবী লুখ্রাবী ঙাগোইনা শামু মচা অদু মচাগুয়া লুনা চান্না য়োকচরম্মী। নুমিৎ খুদিংগী

পাংতা পুরহুনা ঈরুজবি। মুংদাংদা ঈংদনবা মশাদা ফিনা ফৈজুপ শুপপি। অসুম্না মচাগুম্না মীরক্তা য়োকলকপা শামু মচা অসি নোংমা নোংমগী শিংবা হেনক্নে, মীরোল খগলক্নে, পাখোল শিবা য়ারক্নে। পোল্লাং খোক্তা কৌবা ফিরোল লৌশিলহল্লে, উরক ৱারক্তা চৎহুনা লুখ্রাবী ঙাঙোইনা মৈ থানবা শীং চলহল্লে। মীগুম্না শিংলবা শামু অসিগী মমিং মোইরাংশা খোল্লে। লুখ্রাবী ঙাঙোইহু ময়াম্না মমিং কৌনদ্রে লুখ্রাবী শামু লোইবী হায়না খল্লেরে। ঙাঙোইনা কৈথেল কারমদাইদা মোইরাংশা শামুহু নানবিরগা ইমাগী ইবুঙো মোইরাংশা। ইমা কৈথেল কাক্লখিগে য়ুম শগলম্মু নিম্নরম্নগা কৈথেল কাখি। ঙাঙোইনা কৈথেলদগী নুম্লক্তি ফাওবা শামু অহু মপাল থোক্লে, ইংখোন্দা মগ, ইরোই মাঁ তমতা চংহন্দনা চাক শেন্দুনা লৈ। করিগুম্না নুমিংতা ঙাঙোইনা মতম চানা কৈথেন্দগী নুম্লক্তবদা মোইরাংশানা কৈথেল তানা মমা ঙাঙোই ওকপা চৎলি। ঙাঙোইনহু মোইরাংশাগী চানবা নিতিগী চু তাংকক থুমপাক লৈবিরকই। অসুম্না লোয়নরকপা মোইরাংশাহু নোংমা নোংমগী চাউখৎলক্লুনা পাঙ্গল শারেপ ফারক্লবদা ঙাঙোই লুখ্রাবীদি নোংমা নোংমগী শোনজিল্লক্লে। লুখ্রাবীনা মাগী চানবা শজিক হানৌ লক্ক লাতং খরা থিরগা পীজবহুনদি চাউরবা মবুক অহু থনবা ঙল্লক্তবদা পাংতা কুমহুনা মবুক থনবা শজিক হানৌ থিহুনা চারগা নুমিং তারমদাইদা মমুনদা হল্লকই। করি করিগুমবা মতমদনা লৈকারগী লক্ক হৌবা ইংখোলদা চঙলগা চারুবা, কনাগুমবগী শাইজিন শারাদা লেপ্তুনা লৈরমা উবদা কিনহুনা অঙাং নুবী মপাল খোক্লদ্রে। নোংমদি খুনজাগী অহল লমনশিংনা খম্নরগা সনা কোন্নুংদা লাক্লুনা মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তিদা হঙ্গৎলরে। ইনিংথৌ ইবুঙো, মোইরাং নোতিশ্যাম্না য়োকপা শামু মচাহু শরেন কাংদোং ফারক্লুনা মাগী রুপী লুখ্রাবী ঙাঙোইনা মবুক থন্না পীজবা ওমদহুনা মীগী ইংখোন্দা চঙদনা লক্ক মনা মশীং নৈখায়দনা মাঙ তাকহল্লে। মোইরাংশানা

মীয়ক্তা লৈবসি কিনরে, সনা কোন্নুংদা পুখৎপিরো হঙ্গংলকপা মীয়ামগী রাকং তাবদা নিংথৌমা শামু হিদং কৌরগা মোইরাং লুখ্রাবীনা য়োকলিবা শামু মোইরাংশাদু লৌখৎলুরো সনা য়াথং পীরক্লে। শামু হিদংনা মউট পুরগা মোইরাংশা লৌখৎনবা মোইরাং তান্না লাকলে। নিংথৌগী মনাইশিংনা লুখ্রাবী ঙাঙোইগী য়ুমদা চঙলক্লুনা য়ুম শঙলিবা মোইরাংশাদু পুনষা হোৎনবদা ঙমদ্রে। পাউ অসি তারদুনা ঙাঙোই কৈথেন্দগী চেন্নগা শজিক হানৌ, চু তাংকক থুমপাক য়াংকোক্তা হাপলগা মোইরাংশাগী মমাঙদা থমদুনা ইমাগী ইবুঙো মোইরাংশা ইমা ইচা পুসি চুপ্পা লৈমিন্নবা য়াদবনিনা মহারাজগী সনা য়াথং মতুংইন্না নহাকপু লৌবা অঙম অথৌ লাক্লে। ঙসি ইমানা পীজরিবা চু তাংকক, হানৌ, থুমপাক অসি চারগা ইচাগী পাঙ্গল হাপ্পা ওইসনু। ইমাগী ৰরদগী মোইরাংশা নহাক নিংথৌগী খোঙনেৎশা লুৰাংবা ওইদুনা নিংথৌগী থৌগল তৌরুরো হায়রক্লৰদা মোইরাংশা হরাওনা চারে। চাবা লোইরৰদা মোইরাংশানা লুখ্রাবী ঙাঙোইগী মখোঙ অনিদু মনাতেংলনা কোপা মনিংতা পিজাউ পিন্থদুনা মখোল হৌনা খোংদুনা কপলক্লে। শামুগী মতৌ উৰদা মীয়াম পুম্নমক ঙক্লরে, ঙাঙোইনস্লু মোইরাংশাদু কোন্নগা হিক্লা হিক্লা কপলক্লে। অস্থুম্না মমা মচা ৰপমিন্নৰগা মোইরাংশা সনা কোন্নুং তান্না পুখংখি।

মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তিগী সনা হাক্তক্তা কোকচাই শামুশঙদা শামু লাৰা ফুনমঙা, শামু অমোম তরেৎ লৈরম্মী। শামু লাৰশিংগী মনুংদা হেরামোট, মোইরাংশা, ভুবনজিৎ কোন্দুম্বা, ডন্দার শামু মঙা অসি চাউৰা শাংৰা, মপাঙ্গল কনৰা মাম্নবা শামু লুচিংৰনি। শামু অমোম তরেৎকী মনুংদনা খোক্রুমবা, চৈরাওৰী, মালিকা, থরোলৈ মরি অসিনা লুচিংবীনি। শামুশিং অসিবু পান্নবা মকোক্তি মজাইবুঙো ফৈজাও সনানা শামুহঞ্জবা ওইরি। মাগী মখাদা পাঙল ৰাসি জমান্দারনা শামুহিদং, মাগী মখাদা শামু পাখং লাকপনচিংবা কম্মাইবা বয়াস্থ

লৈমি। মপাবুং গম্ভীরসিংহ মহারাজগী শামু য়াইশা রাজ বলহোপ লুপ্লাংবনা শিরবদা মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তিগী খোঙনেৎশা হাপ্পবা শামু লুচিংবা মঙা অসি সনা কোনুংদা পুখৎলকই। লৈবক্কী অঙম ফংথৌ ফম্লাইবশিংনা মপুগী খোঙনেৎশা ওইবদা মতিক মাপা চাবা শামুখঙ্-নবগীদমক্তা লুচিংবা শামু মঙা অসিগী অশেংবসিং ফত্তবা খুদম চাংদম কয়ামরুম কুপ্পা য়েংলম্মী। অঙম্বসিংগী মরা তাপ্রিশৈদা নিংথৌ মশামক থোরক্লুনা খব্রাংননা লেপলিবা শামু মঙা অদুগী মনাকতা চংশিল্লগা অমমমদা ওইনা সনা মিংয়েং তারম্মী। মকোক থংবা শামু মরিগী মনাক্তা মহারাজনা লেংশিল্লগা সনা পুক্লিংনা তাবা শামু য়াইশা হাপ্পদা মতিক চাবা শামু খননবা অমমমদা ওইনা নানবিবদা শামু মরি অদুদি হরাওদুনা মনাতোল থাঙ্গৎলগা খোংলকই ফুং ইথং থংবা নাইতোম লেপলিবা মোইরাংশাগী মনাক্তা মহারাজনা লেংশিনবা মঙমদা মদি মরাই লুক্লা মনাতেলনা মপুগী মখোঙ অনিদু চেৎনা কোল্লগা মথিং অনিনা মবুঙোবু চিংনা য়েংলগা মমাও থাদা মমা ঙাঙোইনা কায়নরমদাইদা পীবিখিবা বর অদু নুমিৎফুদা নীংশিংলক্লুনা শামুগী মথিং অনিদা পিজাউ শিন্নরক্কে। মোইরাংশাগী মঙৈদু উবদা মহারাজগী সনা পুক্লিংদা নুংশিবিরবোই মরাইবক্তা নুংশিনা নানবিরগা কোনবিরে। মদু উবদা অঙম্বশিংগী মপুক্লিংদা শ্রীদুংনা মোইরাংশাবু সনা পুক্লিং তারমাগ্নে থন্নখি। লৈবক্কী অঙম অথৌ ফম্লাইবশিংনা তরেৎ তরা থোক্লা কুপ্পা খন্নরগা মতিক মঙণ লৈরবা মপাঙ্গল মথৌনা বাংতবা মীরোল স্না থঙবা শিংলবা মোইরাংশাবু শামু য়াইশা হাপ্পনা নিংথৌগী খোঙনেৎশা ওইবদা মতিক চারকদু য়াতোন ওইনা নম্বনা য়াইশা হাপ্পমক্তি য়ারোইদৌমান্নে হাররকপা অঙম্বশিংগী বাদু তাবদা সনা পুক্লিংদা নুংঙাইখিদে। লৈবাক নিংথৌগী য়াইকন্নবতা খল্লিবা অঙম অথৌশিংগী মরা মপাউবু হিক্তোকপা ঙমদ-ফুনা শৌগাইজাম্বা ফুলিহন মেঙ্গরনা ফুবোন চীংথোংদগী ফাক্কবা লাঙ্গোই

শামু লুরাংবা খোং হৌন মাংনা ফজবা ভুবোনজিৎ কৈবা শামুহু য়াইশা হাপদি লেপ্লে। খৃষ্টাব্দ ১৮৭১ কলেন ২৪ নি য়ুমশাকৈশা নুমিংকী তমুক্তা অথেন পোৎ লাঙজনা য়ুপাল থাদুনা চৎনবী কায়দনা ভুবোনজিৎপু মপুগী খোংনেংশা শামু য়াইশা হাপখি। ভুবোনজিৎপু য়াইশা হাংদা শামু অহুমদি করিস্থ নাচুংদে, তৌইগুরুসুং মোইরাংশাদি নীংবা কায়দুনা মথরায় শোক্না নুংশাইখিদ্রবোই, তনাবগুম মতু পোন্দুনা মখিংগা পিজাউ শিন্দুনা। তুমিন্না লেপ্পনা লৈরে, নুমিত্তমা করিমত্তা চাউ থকউ য়াদ্রে। পাউ তাসি তাবদা মহারাজ লেংখোরকুনা মোইরাংশাবু নুংশিনা নানবিরগা নহাক য়াইশা গুইদ্রবস্থ গুসিদগী ঐগী খোঙনেংশা গুইরবদবনি হায়রক্লে। মনা য়াথং তত্থু তাবদা মোইরাংশা মথরায় নুংশাইরদুনা মন তোল রাংনা থাক্কৎলগা মখোঙ্গেল হৌনা খোংলক্লে। মহারাজনা মনাইশিংবু নৌশিল্লগা ঐগী খোংনেংশা লুরাংবা মোইরাংশাগী তোপ্পা শং অমা শাগ্গা মত্তোমদা থম্মু। মাগী লৈচা পদ্রি তানি পাম্মু মনা য়াথং তাবদিরে। নুমিৎ তদুক্তগী হৌনা মোইরাংশাদো ফিরাংজি হুপ্পনা মনক্তা শেম্বাং মহুম শামুগী থক্তা হাইগৎলগা লিংথৌনা হরাও নুঙ্মৈ য়েংবা চৎপা তমদি শাংলান চৎপা মতমদস্থ মপুগী খোংনেংশা ওইখি।

মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তি হাক্তা নুমিৎ হৰ্ণি চুপ্পা হাখিবা মুহারবহু লৈচিক ফাঙবা মৈতৈনা মুহারাবা তচৌবা হায়না শোন্নরি। খৃষ্টাব্দ ১৮৬৮ রাকচিং ২৮ নি পানবা ( ১০/১/৬৮ ) লোংমাইজিংগী নুমিৎ তাগদবা পুং ৩ লেমম রাংথৈদেগী য়ুহারাবা হৌরগা ভাহাক ভাহাক কান্নতুনা ভাহীং অতুদা তরামথারক হম্মা হাবদা মৈতৈ লৈবাকী মুনকৈ ফুরা দলান য়াম্না কিন্দুনা মশি মীনা থোরখি। তহানবা নুমিংকী য়ুহারাবদা গুরুময়ুনগী বৈষ্ণোপ দল ন বিহদুনা ব্রাহ্মণ মতৈ মনাও নন্দুনা শিখি হিজম তুলসিংগী মচাহুপী তৈশাবী তমস্থ য়াওখি। মমা সিজা কুমুদিনি মহারাণীগী শঙ্গাই ফল্লাং চেল্লা খাবহু চেৰথায়-

হুনা য়ুময়াইদা নমথে। লাইয়িংথৌ নোংশাবগী শঙলেনগী শুমাং চেকখায়হনা লৈহুংদগী ঈশিংগা লৈতাইনা পেরে ওইনা কামথোরকই। শিংথা তুরেল মরিল, লুরাং তুরেল মরিল, তুংখোং তুরেল অমনবশিংদহ লৈহুংদগী লৈনাং কামথোরকই। শ্রীগোবিন্দজীগী মন্দিরহ কিন্থহনা ইবুঙো ইবেম্মা অনিমক ননশিনখি। নোংডাহনা নিংথৌকাবা হুগিংকী অহীংদহ অহুন্নক হাখি। মথং নোংডানবা লৈপাকপোকপা নুমিৎকী অয়ুক্তহ অমুক হাখি। অহুম্মা হুমিং হুমনি চুপ্পা হাবসিনা ইম্ফাল তুরেল, থৌবাল, নম্বুল, ইরিল তুরেল মরিগী লৈরাই কিন্থহনা তুরেল খোংহুং ফুনজিন্দুনা ঈশিং থিংহনা মৌখৎখি। শাইরম্বনগী চেক্কী থোংহ কিন্থে। লম্বী নমম্ববা চেকখায়বনা মী চৎথোক চৎশিন লেপ্পখি। য়ুম মহুংদা লৈবা কিনহনা হুমিৎ নিনি হুমনিদি শুমাংদা লমহাংদা লেপ্পবা ফাওবা য়াওখি। য়াকচিং থাশিরমদাইদগী হাবা হৌখিবহ ফাইরেন থা ৯ নি পানবা ইরাই ফাওবা নেংমা নোংমা লেপলগা হাখি। য়ুহাবরবী নিকপবা চীংগী লোক পুমক নিক্কুনা ঈহৌরক পনা ইম্ফালগী তম্পাক্তা চেনবা তুরেল পুমক ঈশিং হৌহুনা ঈমায় হেনগৎখি। অচৌবা য়ুহারাবা অসি থোক্কবা থা অমরোম রাংলি ওদা নোংমা অহল ওইরবা কোন্নুংগী পাঞ্জি শঙলাকপা শঙ্গাইশেম্বনা মহারাজ চন্দ্রকীর্তিগী সনা নাক্তা চঙলক্লগা য়ুহারাবা অচৌবা অমা লৈ থরা চেকশিন্না লৈবিয়ু হঙ্গৎপদা মহারাজনা মীরৈবাক্কী অফাওবা পণ্ডিত পাঞ্জি অমত্তনা য়ুহারাগনি হায়ন্দ্রগা ইপুনা করম খঙহনা হায়রিবনো হায়না সনা পুক্লিংদা থাজ্জদহনা মপুনা হাইফেৎ নোকখিবহ উহৌরহনা পাঞ্জি শঙলাকপাহ ইকায়রহনা মযুমদা হনজিবদগী কোন্নুং কারকখিদ্রে। য়ুহারাবা লোইরহনা মন্দির নিংখায়বগী চেক নুং ময়াম অহ লৌথোকপনা সিংহাসনগী মথক্তা শ্রীগোবিন্দগী য়েৎথংবা পাম্বেম তেক্কুনা তারিবা হকচাংনা শ্রীমতি রাধাদা ডাথহনা লৈরম্বহ উবদা ব্রাহ্মণশিংহ জ্ঞান মানেরে। তৌরিবা মক্তৌ অসিদি ওম্থোকপা

মতৌনি মাঙলে মাঙলে হায়না মচিন্দা শোন্ন শোন্নদুনা নুংশাথীনা চেল্লক্লগা মহারাজদা হঙ্গৎলরে। পাউদু তাবদা মহারাজস্তু মথরায় ৱারে। ব্রহ্ম সভাগী অখণ্ড অহৈ ব্রাহ্মণশিং কৌরগা য়েংহনবদা মখোয় পুম্নমকস্তু মথরায় ৱানরে। বেদ শাস্ত্র খণ্ডহৈরবা ব্রাহ্মণশিং অদুনা মহারাজগী মাঙদা মনা মানা খণ্ডবা ময়ামদু হায়দোক্লদুনা কুপ্পা খল্ল নৈনরগা শ্রীগোবিন্দ সংস্কার তৌবা লেপ্পরে। মতিক মগুণ লৈবদা শীংথানরবা ব্রাহ্মণশিং ঙাক্তনা শেম্বা ব্রহ্ম সভাগী ৱারেপ অদু তাবদা মহারাজগী সনা পুন্সিংদা য়ানিংদ্রবস্তু ককপদি ঙমদ্রে। য়ুহারাবা নুমিৎকী নুমিদাংদগী হৌনা শ্রীগোবিন্দগী লুক হৌদুনা আরতি কৎতবা মবুঙোগী সেবা লেপ্লবদা মহারাজ মথরায় ৱারে, চাগনি থক্কনি কন্দনা কপ্পনা লৈখ্রে। পাউ অসি তাবদা শঙ্গাইশেম্বা পাঞ্জিদু কোন্নুংদা কারক্কুনা সনা নাক্তা চংলক্লগা মহারাজবু খুরুম্মী। ইপু পাঞ্জি শঙ-লাকপা নহাক্কী নশক উদবা কুইরে য়ুমদা অশি অনা য়াওবরা হংলক্লে। ইনিংথৌ ইবুঙো, পঙলবা জ্ঞান লৈত্রবা ননাইনা থা অমগী মমাঙদা অচৌবা য়ুহারাবা অমা লৈ সনা চরন্দা হঙ্গৎচবদা ইৱা লৌবিখিদবা অদুদা ইকায়হনা কোন্নুং কারক্কবনি হঙ্গৎলক্লে। পাঞ্জি শঙলাকপগী ৱাদু তাবদা মহারাজ ইকায়বনা মায়থোং লাংশিল্লি। ইপু নস্তুগী ইরাল ঙাকপিয়ু। ইপুনা তাকপিরম্বা মতম অদু স্থকায় হেক কায়দনা য়ুহারাদুনা মন্দির নিংথাইবদগী শ্রীগোবিন্দগী য়েৎথংবা পাম্বোম তেক্কুনা ইদুঙো মাবু সংস্কার তৌনবা ব্রহ্ম সভানা ৱারেপ লৌখ্রে। মদুগী-দমক্তা ৱাবনা নস্তুদি চাফম থকফম খণ্ডদ্রে হায়রক্লে। মহারাজগী ৱাদু তাবদা পাঞ্জি শঙলাকপনা ইনিংথৌ ইবুঙো ননাইস্তু ব্রহ্ম সভাগী পাউদু তাবদা সনা চরন্দা খুরুমগে লাকচবনি। ইনিংথৌনা চানবি-রবদি ব্রহ্ম সভাগী বেদ শাস্ত্র খণ্ডলবা ব্রাহ্মণশিংগী মফমদা পঙলবা ননাই নপুনা সনা মাঙদা করিগুম্বা খরদং নীংশিংজগে। মদুগী পাউখুম তারগা শ্রীগোবিন্দগী সংস্কার তৌবিয়ু হঙ্গৎলক্লে। পাঞ্জি শঙলাকপগী

ৱাহু তাবদা মহারাজনা মনাই থাহুনা ব্রহ্ম সভাগী ব্রাহ্মণশিংদু সনা নাক্তা কৌহল্লুরে। ব্রাহ্মণ ময়ামদু হুনা তিন্নবদা শঙ্খাই শেম্বা পাঞ্জি শঙলাকপনা ব্রাহ্মণশিং অদু য়েংলগা হায়রকই। ঐজ্ঞানিংদা ঐ করিগুম্বা খরদং নীংশিংজগে। মন্দিরদা লাংলিবা শ্রীগোবিন্দ অসি বৈকুণ্ঠগী মখুৎ মরি পানবা হৈ বিষ্ণু ভগবান অদু নত্তে। ইবুঙো মানা তাইবংদা নর লিলা শান্নদুনা মীওইববু লানবিগে খল্লদুনা মখুৎ অনি পানবা তাইবং মীগী মশক লৌদুনা দেবকীগী গর্ভদা অবতার তৌরগা ব্রজ বৃন্দাবন্দা নর লিলা শান্নবিখিবা শ্রীকৃষ্ণ কৌবা ইবুঙো মানা ভাগ্যচন্দ্র মহারাজগী মমাংদা লেংলক্লুনা তাবশিরম্বা মতুংইন্না শ্রীগোবিন্দগী মুর্ত্তি অসি শারগা লাৎচৎনি, বৃন্দাবনগী মতে অম্বনি। ইবুঙো মাম্থু তাইবংমীওম্বনি খন্দুনা লুক বৎলগা খুরুমজরি। তাইবং মীবু মখোঙ মখুৎ তেক্লগা শিব্রা, শিদে। মকে তৎলবদি শি। অদুনা শ্রীগোবিন্দ ইবুঙোসে য়েংথংবা পাম্বোম তেকপনি শিদে. সংস্কার তৌবা য়াদে। অতেকপা পাম্বোম অসি হান্নগুম্না শমজিনবদা করিস্থু পুক্নিংদা চিংননিংঙাই লৈতে। মীওইবা ঐখোয়স্থু অতেকপা খোঙ খুৎ অদু শম্নগা হান্নগুম্না চৎলি, থবক ইনখাং গু নেমই। পাঞ্জি শঙলাকপগী ৱাহু তাবদা ব্রাহ্মণশিংদু মরু লুক্লুনা তুমিন তুমিন লৈনরে অচুম্বা ৱাফমনিনা কনাস্থু য়েৎপা ঙমদ্রে। মহারাজ মথরায় নুংঙাই-রহুনা ইপু পাঞ্জি শঙলাকপগী ৱাফম অসি অচুম্বনিনা হৈস্থু য়ানিংলে। ঙসিমক শ্রীগোবিন্দ ইবুঙোগী তেক্লিবা পাম্বোম অসি শমজিন্নবা তৌরসি তাকপিরে। সনা য়াথং অদু তাবদা পাঞ্জি শঙলাকপনা মখুৎ লোম্নরগা ইনিংথৌ ইবুঙো সনা মিংয়েং তাবিয়ু, ননাইনা উজবদা শ্রীগোবিন্দগী খাংদা থোল্লিবা সনা ফিগে ফৈজোমগী কুনজা কোম-হুনা তারে। লুক বৎতবা কুইরহুনা খাংদা থোল্লিবা খাংজেৎস্থু কোম্লে, লুক কৎনবা থৌরাং তৌবিয়ু হঙ্গৎলক্লবদা মহারাজনা ব্রাহ্মণশিং বৌরগা মথেল হুনা লুক হৌরগা ঙসিমক শ্রীগোবিন্দদা কৎনবা থৌরাং তৌরো

সনা য়াথং পীরক্লে। শ্রীগোবিন্দগী তেক্লিবা পাসেম তত্নু হান্নগুম্না মফম চানা শমশিলে। ব্রাহ্মণশিংনা লুক হৌরগা মতম চানা বৎলে। কুমিৎ তদুদগী হৌনা বনাওব্বগী মপুক্লিংদা চিংনবা ভমতা পোক্তনা ওসি ফাওবা শ্রীগোবিন্দ ইবুঙোবু খুরুমজরি।

খৃষ্টাব্দ ১৮৬৯ শজিবু ৭ নি পানবা ইরাই নুমিত্তা পোলিটিবেল এজেন্ট ডাক্তর আর ব্রাউননা হণ তমা হৎলগা চাগদৌরে পাউ তাবদা মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তিনা বাংঙম থাঙ্গাল মেজর থাদুনা ঐখোয়গী মৈতৈ লৈবাকসি হিন্দু ধর্ম চৎপনি হণবু ইমা ইপাওম য়াম্না লুনা তৌই যণ হাৎপা য়াদে হায়দুনা হণগী মমল লুপা ২০ পীরমলগা হণদু পুরক্লুনা মহারাজদা বৎলৈ। শাংহণ লুনা চান্না তৌবত্নু উবদা সাহেবনা নিংথেবু থাগৎলি।

বিলাট লৈবাক্কী মহারাণী ভিকটোরিয়াগী ময়াথং ওইনা কলিকাতাদা লৈবা ভারতকী রায়েল চুপলি পায়রিবা ভাইসরোই লোর্ড নোর্থ ব্রুক্না অসাম লৈবাক্তা রাতেমেলিবা চিফ কমিসনার কিটঙ্গ সাহেবকা তনিনা মৈতৈ লৈবাক্কী লমথৈ ওইনা লৈরিবা কোহিমা অসি মতম চাবদা লৌশিন্নবা রা খন্নরম্মী। মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তিদা হায়জরগা মতম খরা কোহিমাদা সাহেব ঐখোয়গী সিফাই থমদুনা থানা ফম্নবা লম মচেৎ অমা নীরগা মতুংনা সিফাই পলটন ফানা থমসি লেপ্পরে। অদুম্না লেংরগা অসামগী চিফ কমিসনার কিটিঙ্গ সাহেব, জিমসন সাহেবনচিংবা সাহেব অহুম লাক্লুনা মৈত্রবাক্তা পোলিটিবেল এজেন্ট ওইনা লৈরিবা বেংগেন দাক্তর আর ব্রাউনগা উনদুনা রা তাম্মরবা তুংদা মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তিদা দরবার যমসি পাউ পীরক্লে। খৃষ্টাব্দ ১৮৭২ ফাইরেনগী ১৯ নি পানবা নোংমাইজিং নুমিত্তা রঝাই তেমযমশংদা সাহেব মরিগা মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তি, শৌরাইভাম্বা মেজর, কাংবেম থাঙ্গাল মেজর, বামোন মুমজাও পুরেন লৈহাওথাবম গোকুল ঠাকুর, মাইবা শংলেনগী তওম্বা বৃষ্টিচন্দ্র য়োইরেন হিদং

পাঙ্গি চনামেচানচিংবগা দরবার ফমলে। সাহেবশিংনা কোহিমাগী লম অসি মৈতৈগী লমনা হংলক্লবদা কাংবেম থাঙ্গাল মেঙ্গনা মৈতৈগী লমখৈনি। সাহেবশিংনা থাজদ্রগা মৈতৈগী পুয়াদা ইহুনা লৈরিবসি য়েংবিয়ু হায়হুনা চৈথারোন কপাবা ফাক্তোকুনা পাহনবদা গম্ভীরসিংহ মহারাজগী হাক্তক্তা লোই চন্নবা খুল অমা ওনিগা মখং ইরগা, কোহিমাগী ঈশিংখোং মরাদা মহারাজগী থেঙ্গলে লেকপা হুংকুম-হুনা লমথৈ তাকপা, নরসিংহ মহারাজগী হাক্তক্তহ লোই চন্নবা কো-হিমাগী হাওখুল অনিগী মমিং ময়েক শেংনা ইহুনা লৈরম্বহ উবদা জিমসন সাহেবনা মৈতৈ নখোয়গী পুবাদা ইরিবা ময়েক অসি লেবা নাগিরা হংবদা থাঙ্গালনা মাইবা শওলেদা থমলিবা মৈতৈগী পুয়া পুন্নমক্তা ইরিবা মৈতৈ ময়েক্ক অসিনি হায়রনা ইহনা উৎলবদা সাহেব-শিংগী চিংনবা কোকখি। কোহিমা অসি মৈত্রবাক্কী লমনি খঙলবদা অসামগী চিফ কমিসনার সাহেবনা মণিপুরগী মহারাজ তাবিয়ু অরাং কোহিমা লমদম অসি সাহেব ঐখোয়গী সিফাই থমহুনা থানা ফমহনগে লন মচেং অমতা পাবিয়ু হায়জরক্কে। কোহিমাদি ঐগী ইরমদমনি, সাহেব মখোয়না খুং থিংজিনফম থোক্কে হায়রকপা মহা-রাজগী থৌনা ফবা পাউথুমহ তাবদা অসামগী চিফ কমিশনার সাহেবনা মহারাজ তপথবিখো কোহিমাদা সাহেব ঐখোয়না থানা ফমগে হায়জবদি ঐখোয়না খুং থিংজিনবগী রাফম নত্তে। মণিপুর নখোয়গী মীনা লম্লোন ইতিক চংপদা খুদোং চানবা, নুপী অপাং মাত্রিকশিংনা কোহিমা ফাওহুনা চৎপদা খুদোংথিবা নংদনবা মপোৎ মচৈ মুনদনবা থানা ফমহনা লমহেনবা অরাং হাওবু রারক রাতেমগে তৌবনি হায়রক্কে। মহারাজনা যুকয়া হেক ময়াদ্রবদা নীংবা কায়রবা চিফ কমিশনার সাহেবনা মহারাজনা ময়াবিদ্রবনিনা বরলাট সাহেবতা চিঠি ইহুনা খওহনখগে হায়রম্লগা সাহেব মরিহ হনখি।

অসামগী চিফ কমিশনার কিটিঞ্জ সাহেবনা ভারতকী গভর্ণর জেনেরেল লোর্ড নোর্থ ব্রুক সাহেবতা মণিপুরগী মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তি অসি য়াম্না চাউথোকপা নাপন্ন কাবা নিংশৌনি। কোহিমাদা থানা লম্নগী রাক্ষম হৌদোকলুবদা য়েংতুম মতোন্দা পকপা লৈপাক মরিক অমা ফাওবা পীবা য়াবোই হায়না মকোক্তা য়েংলিবা কোয়েং অদু লৌথোক্লগা কনশিন্নমহুনা চংখি হায়না অশেঙ্বা পাউ অদু তমশিন-বদা ভরতকী ভাইসরোই অমসুং গভর্ণর জেনেরেলনা শাউনিংলবসু মাংক্রিং ফাজিন্নগা তংবেৎ তরা থেংক্লা রাখল তৌরকই। কছার জিলাদা দরবার কম্নবা কৌরগা নমহুনা সহী তৌহনগে মপুক্রিংদা লেপ্লহুনা মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তিগী মপুক্রিং পেন্নবা লৈশি লৈথোনবা চিঠি অমা ইরগা অসামগী চিফ কমিশনার কিটিঞ্জদা শিন্নহুনা মহারাজগী মখুৎ য়ৌনবা পাউতাক পীরকই। কমিশনার সাহেবনা মণিপুরগী পোলি-টিকেল এজেন্ট আর ব্রাউন সাহেবতা মশামক্না মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তিগী মখুৎতা য়ৌনবা পীয়ু হায়না চিঠি অদু থারকই। খৃষ্টাব্দ ১৮৭৪ ইংলেল ১৫ নি পানবা মুমশ লৈশা নুমিৎতা পোলিটিকেল এজেন্ট আর ব্রাউননা চিঠি অদু থাংগল মেঙ্গাল শীগরে। থাঙ্গালনা চিঠি অদু পুরগা সনা নাক্তা চংলক্নুনা ভারতকী রায়েল চুপলি পায়রিবা বড়লাট সাহেবনা থারকপা বার্ত্তা চে অমতংবু ননাই এজেন্ট সাহেবনা ননাই থাঙ্গালদা ইনিংথৌগী সনা খুংতা কৎশিন্নু শীন্নরকপা বার্ত্তা চে অসি ননাইনা সনা খুয়া খুদা কৎচরি হায়না মকোক্কী কোয়েং লৌথোক্লগা চিঠি হাপ্তুনা মখুং লোন্নহুনা খুরুম্লগা কৎলম্মী। পাউ অসি তাবদা কৌনবা নাইদনা লৈবাক্কী অঙম অথৌ ফম্নাইবা মজাই-বুংঙোশিংসু সনা নাক্তা খুংলরে। চিঠিগী রারোলদি পোইরৈ মৈতৈ লৈবাক্কী রায়েল চুপলি পায়হুনা ডাক শেন্নিবা শ্রীযুক্ত মণিপুরেশ্বর মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তিগী মফমদা নোম্লক্লা হায়জরি। নপাবুং গম্ভীরসিংহ মহারাজ নতোল ইবুংো নরসিংহ মহারাজ হাক্তকলগী সাহেব ঐখোয়গা

পুকচেল খোয়জেল তিন্নবা লোয়নরকপা শুংশিনবা অদু নংাক থক্তসু কায়হনগুমসি। নিংথৌ নংগী নরেন্দ্রাকী ওমথৈ লান্নগা কছার জিলা মালুগ্রাম মপুংয়াইদা সনা খোঙলেংবিরকউ। লোর্ড নোর্থ ব্রুক ঐহাকসু বিলাট লৈবাক্কী মহারাণীগী মহুৎ শিন্দুনা লাকচগে। নিংথৌ পানবা লৈবাক অনিনা শুংশিনবা মতৌ উৎনদুনা লৈবাক্কা য়াংহনবা ইংনা পানমিন্নবা দরবার ফমদুনা বা থন্নসি। মমাঙ থাদা রারৌথিবা শাউনিংবা রাফম কয়া লৈথ্রবসু কাউথোক্লরগা চৎলিবা ইংেল থা অসিগী লোইরমদাইদা শক উননবা থুংনসি। সাহেবকা বার্ঙণ মরোল অদু খ লবদা মহারাজনা অঙম অথৌ ময়াম য়েংলগা পোইরৈ মৈতৈ লৈবাক্কী ইপা ইপল অঙম অথৌ ফমনাইবা নিংথৌ ঐগী যনবতা খনবিরিবা লৈশিং চাউরবা রাখল লৈরবা পুংমক্কা বড়লাট সাহেবকী বার্ত্তণ মরোল অসি পুক্লিং চঙনা থন্নবিরগা নিংথৌ ঐবু জিলাদা দরবার ফম্বা চৎপনা ফগদ্রা ফরোইদরা করি তৌজৌ হায়রগে হংলক্রে। নিংথৌগী সনা য়াথং তারবদা অঙম অথৌশিংনা কুপ্না থম্নরগা ইনিংথৌ ইবুঙো, লোইদাম ইঙেল থরান থা অনিসি নোংজুথা ওইবদা লোইবী চীংশাং লাম্না তোরৈ খোঙলম কয়া লান্দুনা চীং লম্বীদা সনা খোঙলেংবদা অরা অনা নংগদ্রা খনজে। য়ারবদি নোংজু থা লোইরগা সনা খোঙলেংবনবু ফগদ্রা হঙ্গৎলকই। অঙম্বশিংগী রাহু তারগা লৌশিং চাউবা নিংথৌনা তরেৎ তরা থোক্না তুং মাঙ য়েংনা থহগা হায়রকই, লৈবাক্কী ফম্নাইবা শা-লান্দা থেরবা অঙম অথৌশিংনা ঐবু রাগনি খনবিরিবত্থ ঐসু য়ানিংডি। অদুবু তৌবা ওম্বা মতিক মঙণ লৈরবা ভারত পুম্নমক্কী রায়েল চুপলি পায়রিবা বড়লাট সাহেবনি মানা হায়রিবা মতম অসিদা নিংথৌ ঐনা চৎত্রগা লৈবাক্কী অরাবা তাগদ্রা তুংদা করি থোরক্কদগে হায়বদুসু অমুক্তা অক ফত্তা থন্থদুনা ময়েংবিন্নু। নিংথৌ ঐগী রাখলদদি কছার জিলা মালুগ্রামদা মতম চানা চৎলগা মতিক মঙণ লৈরবা বড়লাট সাহেবকা শক্কা শক্কা উন্দদুনা রারী

ৱাতাই শান্নরগা পুৰমেন পাওমেন্নবনা লৈবাক্কী অমদি নিংথৌ ঐগী য়াইফগদ্রা খনজেদো। নিংথৌগী অচেৎপা ৱাযমচু তাবদা অঙম অথৌ পুন্নমক ভুমিন ভুমিন লৈনরে। থাঙ্গাল মেঙর তুলি হাওশি ঙম্বনা সনা খুয়া খাদা হঙ্গৎলকই। ইনিংথৌনা লোইবী চীংলোন মাপল লান্না সনা খোংলেংবা তারবনিনা লমশাং চৎপদা অৱা খুৱৌ চেনদনবা ননাই থাঙ্গালনা শিনজগনি, সনা পুম্নিংদা চিংনবিগনু। মনাইগী ৱাচু তাবদা নিংথৌ পুক্নিং নুংঙাইৱে। মেঙর নহাক্না মতিক চাবা খোংলোই খোঙমীশ্লানমী পুৱগা মাংজোননা চৎতুনা মীয়াম্না চৎপদা নুংঙাইনবা লম্বী লমদাং শেম শারুরো, য়াৱেকশঙ শানবা শিন্নরো সনা য়াথং পীরক্রে।

মহারাজগী সনা য়াথং ফংলবদা থাঙ্গাল মেঙরনা জমন্দার, সুবিদার, কুটচিংবা সিফাই ৫০০ থচুনা তরা চেংজন থুংস্থু খুংলায় মশীং ৱাৎতনা পুহন্নগা খুৱোই হাওবা লম্মাংদোং বিষ্ণুপুরদগী হৌনা অঙম্বা চীংলম্বী তেমখায়চুনা অচৌবা নুংপাক থৈদোক্তুনা উপাল ৱাপাল যুক্তুনা লৈদা হাইথবা উশা ৱাশা ৱকহৎতুনা চুখোংলেম যুনবা য়াবনা যুন্দূনা মথক্তা ফোপ হাচুনা থোঙ শাবা য়াবা মযমদনা থোং শাচুনা অচৌবা তুরেনদনা পাম্বৈ হাক্না থোং শাচুনা, মীয়াম্না থুংবদা নুংঙাইংদবা মযম হেংলগা য়ারেবশং, হিংবা মফম কয়া শেম্বা হৌহনখ্রে। থাঙ্গালনা জমান্দার, সুবিদার, কুট পুন্নমক্তু মাগী মাগী তৌগদবা মথৌদাং শিন্দোক্রে। খেইন্নাম জয়সিংহ সুবিদার নংনা লোইবী হাও খরগা লৈমতক্কী য়াৱেবশঙদা ইনিংথৌ লেংলবপা ঙাইচুনা লৈরম্মে। মুমখাইবা মাইপাক সুবিদার লোংজম পুসবোর নখোয় অনিসু খৌবুমগী য়ারেবশংদা লেংদনা লৈরম্মে। মোইরাংথেম রামানন্দ কুট নংনা লোইবী হাও খরগা ইরং তুরেল খোংবান্দা শারিবা ইনিংথৌগী য়ারেকশংদা ঙাইচুনা লৈরম্মে। থিংবাইজম কমলসিংহ জমান্দার নংসু লোইবী হাওম্মাংগা লোয়ননা

লোকচাউ তুরেলগী তোরবন্দা শারিবা য়ারেকশংদা লৈরম্মি। তোংব্রম বলসিংহ সুবেদার, তাঙ্গো লোকতোনবা নুট, থৈতোন পোসিংবা কুট নখোয় অহল্লা মসু তুরেলগী তোরবান্দা শারিবা য়ারেকশংদা লৈরম্মি। শনজেম্বম দেবসিং সুবিদার, ওইনাম সুবিদার, নামৈরাক-পম কুট নখোয় অহল্লা জিরি তুরেল তাবা য়ারেকশংদা নিংথৌ লেংলকপা গুয়হন্না লৈরদবনি। অহল্লা চেকশিল্লা শিয়রবা তুংদা জমাদ্দার, সুবিদার, কুট পুম্মক মাগী মাগী চেংজেন পুরগা নুমিৎ-তুদগী খোঙশান্নখি। অহল্লা লমথোং শেল্লবা য়ারেকশং শানবা শিননবা লোইরবদা থাঙ্গাল অমসুং গৌরাইজাম্বা মেঙ্গর অনিনা জিলা দরবার চৎপদা পুগদবা খোঙমী লানমী, শগোল শামু খল্লবা থেরকে। লৈ-বাকশা লুরাংবা মোইরাংশা শামুয়াইশা ভূবোনজিৎ, হেরামোৎ অমসুং কোন্দুগা শামু মরিগা অমোমদনা থগোচৈ মালিকা, চৈরাওবী অমসুং খোংক্রমমা শামু নিপাল অসি থৌগন ইনহনসি নিংথেমচা জয়ধর, অহনথেম য়াদোব ঠাকুর গুণে। মখোয় অহনদা মীসামী চানা থকবদা শীজিন্নদবা, শোং থাকপদা চংদবা কোল লিক চিপনবা নিবেল পুম্মক শিল্লহনা শগোল ৫০ দা পুম্মক মাঙজেননা লক্ষিমপুরদা থারসি। চাউবা নোংথোনবা তংখুবী পরেন্দা চেং-যেনশাংনাপী হরাইনচিংবা পোংচৈশিংগা থোং থাকবা মতিক চাবা বামোন পুজারি কয়া থৌরাং তৌনবস্থ মতোন্দা শিল্লরে। নোংমৈ পায়বা মৈতৈ লানমী ৫০০ তিমেন তাপাক পায়বা নোইবী খোঙমী ৫০০ সনা থৌগল তৌহনসি। শ্রীযুৎনা খোংশানগদবা অফবা নুমিৎ থাবান য়েংনবা পণ্ডিত খুমুকচাঙ্গা পুর্ণচন্দ্র কেরগা সুক্কিকা লাইরিক ফাক্তোকহন্দুনা য়েংহনবগা ইংলে থাগী ১৬ নি পানবা শগোলশেল নুমিৎতা শ্রীযুৎনা শঙ্গায় মচাদা লেংশিন্দুনা য়ারেংগা নোংঙানবা ১৭ নি পানবা ইরাই নুমিৎকী অয়ুক পুং ৯ দগী ১০ ফাওবগী মনুংদা মতম পুংকম কায়দনা খোঙশান্নবদি লৈবাক্কী অরবা মঙ্গল ওইগনি, শ্রীযুৎকী মায় পাকনি

মীনা ন.ফরবা ওন্নাই হায়রক্লে। লৈবাক নিংথৌগী য়াইকনবগীদমক্তা অওম্বা শনিনা থল্লরিবা রাকম অদু হঙংপদা মহারাজনস্থ হরাও হরাওনা য়াবিরে। নিংথৌ ঐনা ইরৈবাক থাদোক্লুনা জিলাদা দরবার চংশ্রবদা ইপারি সুরচন্দ্র যুবরাজনা অঙম অথৌ থরগা লৈবাক ঙাকপদা মতেং ওইনবা লৈবাক শেন্থা নিংথৌ কনবা ওম্বা মোইরাংশাদি থনমসি হায়রক্লে। নিংথৌগী সনা য়াথং অদু পাঙল বাসি জমান্দার শামুহিদংনা কোকচাই শামু শঙ তাম্না চংলুনা মহারাজনা জিলা দরবার চংপদা পুগদবা শামু নিপাল থন্দোকপদা মোইরাংশাদি য়াওদ্রে। শামুহিদংগী মচিন্দগী মোইরাংশাদি মৈত্তে লৈবাক ঙাকবা নিংথৌনা থামহৌরে হায়বা পাউদু তাবদা মীরোল থংলবা শিংবদা মাপা লৈত্রবা মোইরাংশাদু ইনিংথৌনা মাবু নুংশিবিদ্রে থল্লংবদা মথরায় শোক্লা নুংঙাইখিদ্রবোই থুদক্তা মতু পোন্দুনা মমিৎতা পিঙ্গউ শিন্নহুনা হানৌনাপী তামক্তা থৎতনা অনাবঙুম চপ লেংদুনা লৈখ্রে, চাউ থকউ অমত্তা য়াখিদ্রে। পাউ অসি শামুহিদংনা চেনখংলক্লুনা মহারাজদা হঙংলে। শামুহিদংগী রাত তাবদা চন্দ্রকীর্ত্তি মোমোন নোক্লগা ঐগী খোঙনেৎশা জুরাংবা মোইরাংশা নাবা নত্তে ঐনা জিলা দরবার চংপদা পুরোই হায়বহুদা মথরায় নুংঙাইতহনা চাদ থক্কুনা অনাবঙুম অরাবা থাংবনি। নহাক হৌজিবমক চংকুনা নিংথৌ ঐগী য়াথংনি ঙসিদগী অনাবা ফরো। নিংথৌ ঐনা কছারদা জিলা দরবার চংপদা মোইরাংশা নঙোন্দা তোংলগা চংকদবনি হায়রুরো। নিংথৌগী সনা য়াথং পুরগা শামুহিদংনা কোকচাই তাম্না চেনলুনা মোইরাংশাদা পাউদু তম্বদা মতু পোল্লখা মোইরাংশাদু মতু মমান থিংলগা হৌগৎলক্লুনা সনা কোয়ুং ওক্লগা হরাওনা খোংলক্লে। মাগী মতৌদু উবদা শামুহিদং ৎকপদা থেংখ্রে।

শ্রীজগন্নাথকী রথ যাত্রা তুমৈ অচৌবা নুমিৎ তরানিগী থৌরমপাংথোক্লগা শ্রীযুৎ চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজনা জিলা দরবার খোঙশানগদবা

নোংমা য়াংলিভৈদা সনা থৌগল তৌগদবা মৈতৈ লানমী ৫০০ চীংখী খোঙমী ৫০০ শগোল শামু লোয়না থুংলদুনা কোনুংদা পৈরয়ে। চানা থরুবা চেং-য়েনশাং নাপী ফিরোল কোল-লিক, পুমমক শগোল ৫০ দা হাপচিল্লগা ভাণ্ডারী পুরেন, পুজারি, থবক ইনখাং গু-নোম-গদবা মীওই পুম্নমক লোইনা নোংমা যাওজোননা থাগ্রে। পণ্ডিত পুর্ণচন্দ্রনা পীবা অফবা পুংফম মতুংইন্না ইঙেল ১৬ নি শগোলশেল হুমিংতা শ্রীযুৎ শঙ্গায়মচাদা লেংশিল্লে, মুপী নহা অমত্তা চঙহন্দনা মনাই মশলনা চেকশিন্না সনা থৌগল তৌদুনা লৈখ্রে। ১৭নি পানবা ইরাই মুমিংকী অয়ুক অঙনবদগী খোঙমী লানমী সনা থৌগল তৌগ-দবা মনাই মশল পুম্নমক চাবা থকপা লোইরগা মানা মানা শেংকদবা মফি মরোল পুগদবা পোংচৈ খুৎসু খুৎলায় পুম্নমক শেম শাদুনা লৈনরে। শ্রীযুৎনা খোঙ শানগদবা পুং অমা যাঙওইননা খোঙমী লানমী পুম্নমক মাগী মাগী খুৎসু খুৎলায় পায়রগা সনখোঙদা পৈরয়ে। ফিমু ফৈজোম শেৎপা ফিমু ফুরিৎ লিৎপা কোক্তা খিমুনা কোয়েৎ য়েৎপা মৈতৈ লানমী ৫০০ না নোংমৈ তুপী লেংদাখোং কামার গুলি খাওন্না নাকন্দা থাঙশাং য়াল্লগা পরেং অনি থোক্না মাঙ থানা লেপ-লরে। মৈতৈ লানমীগী তুংদা লৈবাক্কী শামুয়াইশা ভুবোনজিৎকী শয়াং থক্তা অঙৌবা চরৈ ফিনা চোন্না কুপ্লগা মথক্তা অঙৌবা ফিনা কুপ্পা তাইবোং হাপ্পুনা মঙকশমদা শরিক চোমজাউ শিরগা মরাই-বক্তা অঙাংবা সিন্দুরনা ময়েক নাইনা তৈরগা য়েং থংবা মায়কৈদা লেপলরে। মোইরাংশাদি লুরাংবা মপুগী খোঙনেৎশা শামুগী শয়াং থক্তা অঙাংবা ফিরাংজিনা চোন্না কুপলগা বাহোং মকুনা শেমলবা মিংশেন্না কাংলোন চংলবা চমকিনা হুৎপা য়েংবদা মিং থকনা মজ-রবা সনরুপা শেম্বাং মত্থা থক্তা হাইগংতুনা মঙকশমদা শরিক চোমজাউ শিরগা মরাইবক্তা অঙাংবা শিন্দুরনা ময়েক নাইনা তৈরগা ওই থংবা মায়কৈদা লেপলরে। শামু অনিগী তুংদা পরেং অনি

থোক্না খুবোম য়াইহরি লোনবা খুদাং য়াইচৈ শিবা চরৈ ফিমুনা খুকউ ফাওবা শেংপা ফিমু খাউওম্নবা কোক্না চিরোং থেংপা নাক্তা থাঙ-পাক য়ানবা খুংতা তিমেন তা পায়বা লোইবী থোঙবী ৫০০ সু লেপলরে। লোইবী থোঙবীগী তুংদা শামু লাবা হেরামোং, কোন্মুং অনিগা লোয়ননা শামু অমোম মরিক্তু মথং মনাও নাইনা লেপলে। মতম অসিদা নিংথেমপোকপী মমাসিজা কুমুদিনি মহারাণীনা মচাগী খৎন্নবদা মথরায় রাখিবনা অফ ক্ষত্ত পুম্বা তুংওইনরগা সনাথোং তাম্না চেপ্থোরক্লুনা মোইরাংশাগী মথোঙ খুমাঙ অনিচু কোল্লগা হিক্লা হিরা কপ্লুনা পাওমেন্নরকই। "হা লাঙ্গোই মোইরাংশা লৈবাক য়োকপা লুবাংবা নিংথৌ কনবা শামু ও! নিংথেম ইচাবু শামু নঙনা পুহ্নুনা মীরৈবাক কছার মপুংয়াইদা দরবার চংকদৌরিবসি লাইববচাউবী পাংলবী মমা ঐদি বাবনা পন্দোল লোমলে। অসি লাঙ্গোই শামু নঙোন্দা মমা ঐনা নিংথেম ইচাবু শিন্নরবনি। অসি কোন্নৌ হুম্বিং-ভগী চৌনা শামু নংনা তম্মুক নুংথিল অহীং থাক্তনা ইচাবু চেকশিন্না শেন্নবিয়ু। দরবার মঙ্গল ওইরগা ইচাবু নথক্তা হাপ্লুনা পুরক্লগা মমা ঐগী খুৎতা ইচাবু অমুক শিন্নবিয়ু। নবুডোগী থৌগল তৌবদা ইচাগী পাঙ্গল ময়েং তাদবা নবুদ্ধি নবৌশিং মাঙদবা শ্রীগোবিন্দনা থৌজাল-বিসনু। ইমাগী বরদগী অনা অয়েক য়াওদনা নহাক নথৌ পাংথোকপা ওন্বা ওইজৌ। অসুম্না কুমুদিনি মহারাণীনা পুকমেন পাওমেম্নবচু মীরোল থগলবা মোইরাংশানা মনাতোম্না মহারাণীগী মথোঙ কোল্লগা ময়াথংবু ওবচখি। মচাগী মৈচান্না তাঙরবী মহারাণীচু মনাইচুবীনা থৌগল তৌরগা সনা শঙ্গায়দা পুশিনখি।

মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তিনা ফিশেং শেৎচুনা শ্রীগোবিন্দগী মন্দির তাম্না লেংলক্লগা চীংস্থ থোঙজাউ হাংতোক্লুনা রাধা গোবিন্দগী চরন্দা হৈরাং লৈরাং কৎচুনা খুরুম্লগা হঙ্গংলকই। "হা গোবিন্দ ইবুংো তেম্লবা মনাইনা কছার জিলা মপুংয়াইদা সাহেববা দরবার ফংা চংলিবসি

অমম্বা মঙ্গল শীনবিনু!" ননাইনা মায় পাক্লুনা মৈতৈ লৈবাক্তা হলং-লক্লগা মণি মন্দিরবু কজনবা শেমগৎচবা অচৌবা শরিক হৈজ্লনা কৎচবা ওনহনবিনু"। প্রুক্রিং অনি লোওদনা মবুঙোবু থুরুন্নগা পলেম মমা শিজুগী শঙ্গায় তান্না লাক্লে। মচানা লাকপা উবদা রাজরবী মহারাণী ইবেমা থম্মোয়মুংদা চাক্লিবা অরাবা মৈচাকপু যুমগা মাংলাং মকা লায়া চিনবান মোমোন নোক্লুনা মচাদা বর পীগদবগী শঙ্গায় মাঙ্গোলদা ঙায়হুনা লৈরমলে। চন্দ্রকীর্তিনা লাইবক কৎহুনা মাঙ্গোন্দা কাখৎ-লক্লগা মমাবু থবায় মঙা শক্লা মঙারক হন্না কোয়রগা মমাগী মখোঙ শোক্লা দণ্ডবৎ তানা খুরুমলে। "পলেম ইমা মৈতৈ লৈমও! নপারি ঐনা কছার জিলা মপুংয়াইদা খোঙশানখ্রিওদা শ্রীরাধা গোবিন্দ অনিগী অম্বুক অমদি সন্ধ্যা আরতি মতম চানা কৎহুনা নপারিগী মঙ্গল ওইনবা হরি মন্দির কোয়না থৌগল তৌবিয়ু" হঙ্গৎলক্লে। মচাগী রাহু তারগা মমা সিজা ইবেমনা নুংশিরবা মচাবু খুজেং পায়হুনা চিংথৎলগা মরাইবক্তা হন্না হন্না চুপ্পুনা মথাদা চেৎনা কোন্নগা "হয়াগী ইবুঙো নিংথেম। মতম খুদিংদা ইমাবু নাংশিংবগা মহৎতা শ্রীগোবিন্দগী নামবু থম্মোয় অমাদা চেৎনা পুন্গা ইবুঙো মাবু তৎতনা নীংশিংবনা ইচাগী মঙ্গল ওইগনি, মকম মওম খুদিংমক্তা অরাবা খুদোংথিবা নংলোই। নপাঙ্গল নথৌনা লৈরবা নবুধৌ চীংথংখোম্বা, নপাবুং গম্ভীরসিংহ নত্রেল ইবুঙো নরসিংহবু নপুক্লিংদা কাউগনু। নবুধৌ পাখংববু মাঙ থনা পুরগা নবুধৌগী থৌগল তৌহুনা মীরৈবাক কছার মপুংয়াইদা চৎলু ইচাগী নপাঙ্গল নথৌনা হাপকনি লেপ্পা মঙ্গল ওইগনি। ইমাগী বরদগী দরবার মায় পাক্লুনা পোইরৈ মৈতৈ সনা লৈবাক্তা হসল্লগা শ্রীগোবিন্দজী মন্দির শেমগৎকে শরিক অচৌবা কৎকে ইচানা থম্বিবহু থুংজে। নুংশিরবা প্রজাবু ঙাক শেন্দুনা মৈতৈ লৈবাক্তা য়েক্লবা তিংথং লৈতনা পানজৌকো" অম্বি হায়রুনা অপোকপী মমানা পুকচেল শেংনা হীংবনুংদা পিরাংগা লেয়রুনা নুংশিরবা মচাগী

মঙ্গলন্দা নাল্লমিত্তুনা বর আশীর্ব্বাদ পীবিরবদা মহারাজ মথরায় নুংঙাই-থিরনা শাক্সা পাঙ্গল মথৌমা হাপকংলরোই মায়থোং মকা লাম্না সনা শঙ্গায় পাংলক্লে। সনা হকচাংদা মমল য়াম্লবা সনানা ফিজিল চনবা ফৈজোম শেংচিল্লে, রেশন কুরিৎ শাইজোনবা লিংশিল্লে, নাক য়েং ওই অনিদা সনাগী রোশান য়াম্বরে, পাম্বোম অনিদা সনা খুজি তাল মফম চানা শিজিল্লে। কমলাকান্ত পাণ্ডি শঙলাকপনা ঘট, থাডৈমে ধুপ হৈরুক তাঙ্গ পানা তাঙ্গা লাকোই থম্না হাপলগা হৈরাং লৈরাং মাঙদা থেন্দুনা পুজা তৌরে। মহারাজনা পুংফম থেনদম চানা শ্বর য়েংহুনা খোংকাপ মাপল থাংনা খোঙ লান্দুনা সনাথোং তান্না লেংথোরক্লে। মতম অসিদা শেলুংফমদগী ঙৌরম্না মোইবুং খোংহুনা পালা লোয়শঙগী মীয়াম্না পুং কোরতান য়ৈহুনা হরিগী নাম শোন্দুনা অরিবম নরহরি শর্ম্মানা বিষ্ণুবু মন্দির মনুংদগী লেংথোরক্লুনা শামু য়াইশা ভুরোনজিংকী শয়াং থক্তা লেংশিল্লে, কংহাই চামোর থৌগল তৌরক্লে। শ্রীযুৎসু মোইরাংশাগী শয়াংথক্তা লেংথংলে। শেলুংফমগী মনাই নুপানা চামোর পায়রগা থৌগল তৌরক্লে। চনম্বা বাপু হঞ্জবনা থুংত্তা পেনা পায়রগা শামুগী শানিংদা তোংহুনা হুংশি-রবা পেনাগী মখোলগা লোয়ননা নিংথৌগী মন্ডিক মগুণ থাহুনা ঈশৈ শরুকলে। পারি কুলচন্দ্র রাংখৈলাকপা, ফৈজাওসনা শামু হুঞ্জবা অনিনা হেরামোং কেন্দুনা শামু অনিদা তোংহুনা মপাকুগী থৌগল তৌরকলে। পজেং ফিরান থেৎপা শৌরাইজাম্বা মেজর থাঙ্গাল মেজর অনিনা ভুংদা লাঙ্গোই শগোল তোংহুনা মপুগী থৌগল তৌরকলে। লৈচিল খোঙচৎ য়েংজগা অকবা পুংফম চানা তোপ মিশালসক কাপ-লকপা পুং-লোল য়ৈরকপা মোইবুং খোংলকপা ক্যারু পেরেট লাউরকপা পুংফম থেনফম অমত্তদা মপুগী তেজোল অচোবা ফলেন তোহুনা লৈ-খিবা খোংঙপ ময়াম অহুনা মতম চানা খোঙফম লৈদা নিরুগা খোঙথাং অমত্তদা থাংহুনা জিলাগী যাত্রা তৌরকলে। মীয়ামগী মখোংনা চংলদা

চেন্দুনা হাইগংলকপা উক্‌্‌ল মরিকা মোংদোল শারং শিন্নকপা মৈচিল থাবগুমলে। মোংমৈ শক্তিন মতোন্দা তিমেন তাগী তাদোন্দা মুন্নিংকী মশেন্না য়েবদা অরংবা মঙালনা মৈজৈ চিংবন্থ উবদা মোংথাং কুপ্পগুম নিংথিজরে। চীংশাং খোইরেন খোইমুনা মাশা থগ্না পাইবগুম, মোংমৈ পায়বা মৈতৈ লানমী ময়াম্না মখুৎ ম.য়না হাইরিবা তাশোল খুৎতা পায়রিবা লোইবী খোঙমী ময়াম্না জগোয় শাবগুম চৎলিরা য়েংবগী পেনবা ন.ইদরে। সনাথোংগী থাংমদা লম্বীগী নাক অনিদা মৈ লেংবগুম পরেং শানা লেপলিবা হৈ পৈরগুম পৈরিবা মীয়াম্না মখুৎতা অথেনপে.ৎ পায়রগা নিংথৌদা কৎতুনা মঙ্গল আশীর্ব্বাদ পীরকপা চন্থ নিঙোলশিংনা মৈরাং খুজোক থগ্না পায়রগা চ.ইরকপা মৈখল মৈচু হেল্লবা মৈরাংগী মৈরিক মৈকাশিং অন্থ উবদা মিংকম হোংবা য়াম্রে, য়েংবগী পেনবা নাইদ্রে। নম্ব্‌্‌ল তুরেল মথক্তা মবুথৌ পাইখোম্বা নিংথৌগী সনা হাক্তক্তা শারম্বা থোংগী মনাক্তা চেংলৌ শকহেল্লবী চন্থ নিঙোল তরেৎনা অশেংবা চরৈ ফিঙৌ শেংতুনা মকোক্তা ঈশিং পুল অথনবা হাপ্পগা লিক লেংবগুম পরেং শানা লেপ্তুনা মোমোন মোকপা মায়থোংনা মথরায় তুংঙাইনা শ্রীযুৎ চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজদা মঙ্গল পীরকলে। নম্ব্‌্‌ল তুরেল লান্নগা মৈদিংঙ্‌্‌ চরাইরোংবা য়াতাফম থোংনা হোগায়বী য়েং ওইননা লাকপনা খোইমোম মুমজাউ লাইরেম্বীনা চরৈ ফিঙৌ শেংতুনা মৈতৈ লৈমা ইমাগী শকম লৌরগা নিংথৌদা মঙ্গল পীরকলে। শেগা লম্বেল মতুংইন্না লেপ্তুনা সনা খোঙলেংলকপনা চঙ্গাগে ম.লোম তুংওইনা থাবি নম্বোল মাঙওইনা লমলেন ফোইজিং চীনুংশি লিরুং শেঙ্গা শাবচীং খোইমোম তম্ফা লাইরেম্বী কোম্মোজম ইমাগী মপারি অবাং পাথং ঙাইওইবা লাইয়িংথৌ থৌরিফাবা খুয়া থাদা সনা কোনয়াই লুপা কোনয়াই চন্দুনা ইবুঙো মাবু খুরুমলে। মবুথৌ য়াঙ্গোই নিংথৌগী খুভমদা মৈরাং মৈরাং কৎতুনা খুরুম্নগা লাকপনা ওইনাম ফুংওইননা থনম্নগা লমলেন লমহুংশি খুরোই হাওবা লম্মাংদোং বিষ্ণুপুর মপুম্নাই

য়োৎরকপদা কোন্নৌ মঙাল শাম্লকলে অয়িংবা হুংশিং ফংলকলে হকচাং পাঙ্গল তেকখৎলে। নিংথৌ মগী অচানবা থাঙ্গা মোইরং, গুগুহ্ন য়াঙ্গ কুম্বীগী খুনজা মীয়াম অথেন পোৎয়ামগা লোয়ননা শ্রীযুৎপু গুকলম্বহু উবদা নিংথৌদা নত্তনা লাকমিম্নবা মীয়াম পুম্নমক্কী পুক্রিং হুংঙোম্মা হুংঙাইরে। মনাইশিংগী নাক্তা চঙলহুম্মা হুর্শিবা য়াহৈনা পুকমেন পাওমেন্নরগা শ্রীবিষ্ণু অমদি গোপিনাথ মবুঙো অনিদা ধুপ আরতি কৎতুনা খুরুম্নগা মকম অতুদা অহৌং য়ারেকলে।

ইনুং লৈমা চঙথিবা নোংপাক চীংখৈ হুম্লকপা লোক্তাক পাৎকী চেক্লানা ইনুং ঙাম্লে য়াকায়রকপা কাকী লানবাউ চেম্লকপদা মপুগী তেঙ্গেল অচৌবা অমুকী শাজোন লোইনরে। চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজহু হকচাং শেংদোক্লগা দোলাই থক্তা লেংখৎতুনা মনাইশিংনা সেবপিন খম্লগা খোঙমী লানমী পূম্নমক অমুক অঙমবদগী চীংগী লম্বীদা খোঙ-শাম্লকপনা লৈমতাক খোংমান য়োৎরকপদা য়ারেকশঙদা চঙহুনা পোথারে, মকম অতুদা অহৌং লেকলে। নোংঙাম্লগা অমুক খোঙ শাম্লকপনা লাই-মতোল ফোক্লংবা চীংমায় কাখৎলক্লে। লোইবী চীংদোন য়েংবদা শ্রীকৃষ্ণনা "পোইরৈ মৈতৈ ইপা ইপল ইচিল ইনাও পূম্নমক মৈতৈ লৈমা ইমাগী ফজবা শক্তমসে মিং পেন্না য়েংবিরো। লোক্তাক পাৎনা মিংশেল ওইরগা থাংজীং চীংজাউনা মিংশেলগী উম্ম ওইরিবা, পোইরৈ কংলৈ পুংময়োন্দনা হৈবোক লাঙ্গোন চীংশাং শেলোই লংমাই চীংনা অশংবা লৈরাংগী লৈনা ওইরগা ময়ায়দা শ্রীগোবিন্দগী মন্দিরনা ফুগায়না শাৎপা লৈরাং ওইহুনা ঙারিবসি কয়াদা নিংথিজপ্রবনো। অমুক থোকপা শজিকরুম হুংদাং থোকপা থবাগুম চিঙ্গা মঙাল নাইরিবা য়েংবগী পেনবা নাইদবা ফজরবা পোইরৈ লমদমসে হয়েংদগী মতম খরাদি অমুক উবা ফংলরোইদো" হায়রকলে। মীয়াম্না মায়কৈ মরি কোয়না লৈনা য়েংলুরগা লোইবী চীংমায় অঙম্বদা অমা পোথা লৈতনা কুম্লকপনা খোবুম তম্পাক য়োৎরকবদা মনাইশিংনা শেম্লগা য়ারেকশঙদা চঙহুনা

পোৎথারে চানা থক্নবা থৌরাং তৌরক্নে। মফম অদুদা অহীং য়ারেশ কপ্পা নুমিং হৈক তাখিবদগী শজিনা লাক্না লাক্না খোংলগা কাম্বু কারন চেনবদু উবদা মীয়ামগী মপুকনিংদা পামব কৈজাউ লাক্লবরা চিংনরে। শ্রীখুংকী সনা পুকনিংদু লাংতক্লহুনা নিংথৌজম পণ্ডিত অমদুং চনম্বা বাপু হঞ্জবা অনিবু কৈরগা হংলকলে। ইনিংথৌগী অশোয় অঙাম য়াওদনবা ঙাকপি শেনবিরিবা নবুথৌ পাখংবগী চিংঙু চেংলৌ শকউবা খোয়ুম শাউম ফংবদা য়াওরৌ শজি শঙাইনা খেক্না লাউনা খোংহুনা চেনবনি পামব কৈরেল লাকপা নত্তে সনা খুয়া খাদা হঙ্গৎলবদা মীয়ামগী চিংনবা কোক্নুনা মপু পুকনিং লৈতনা অহীং অদু য়ারেকলে। নোংঙাম্লগা অমুক সনা খোঙ লেংলকপনা নুংবালোক্তা তরা লুকলেন হাহুনা ঙাহাক পোত্থারগা নুংবা চীংরোই কাহুনা লেঙনা লাকপনা থায় তুরেলগী ভোরবান্দা শারিবা য়ারেকশঙদা চঙহুনা অহীং অদু পোত্থারে। নুমিং অদুগী অহীং নোংশোইবদু ফুমগা নোংনা খেঙনা লাউনা নোংখেং ফুয়না চুবনা চীংমায়দগী শাফু কম্না চেম্বরকপা লোক্কী ঈশিংনা তারকপদা মবুক হাপলগা থায় তুরেল খঙহৌদনা ঈহৌরকলে। তুরেল চাংজৌ প্পানা চেপ্পকলে। লোইবী চীংমায়দা হৌবা উপাল রাপাল কয়া ঈশিংগী ঈচেলনা ফুক্নুনা তুরেন্দা তাউথরকপা অকনবা ঈরৈনা ফুহুনা পুরকপা পামেল উজাউনা পন্দুনা ফুদেকপদগী থায় তুরেলগী মথক্তা শারিবা লিতান থোংগী থোংলি তৎলে। লমশাং চৎপগী রারবা খোঙমী লানমীশিংনা নিংঙাইবা লৈতনা তুমলুরগা নোংঙানফুং ঙানফুং তৌরকপদা ঈশিং ঈরাওখোল তারহুনা হৌগৎনরকপদা লিতান থোংলি তংলম্বদু উবদা মীয়াম মথরায় রানরে। শ্রীখুংনা সনা মায়থোং লাংশিননা রাথলগী পেৎলুম পুবদু উবদা তুলি হাওশি লানজিংঙবা থাঙ্গাল মেঙ্গরনা মীয়াম য়েংলগা হায়রকই। মৈতৈ মচা অকনবা কনা য়াওরগে, থৌনা ফবা কনা লৈবগে-খাংদা লিশ্যারি পুল্লগা থায় তুরেল লান্দুনা লিতান থোংলি শমহুনা ইনিংথৌগী

থোৌগল ভমগদবা লৈরবদি লৈবাক মীয়াম মমাংদা চোংথোরবকলো মতিক চাবা মনা লৌসি। থাঙ্গালগী রাহু তাবদা নিঙ্গবা মীয়ামদ মরু লুক্কনা তুম্মিন তুম্মিন লৈনগ্রবদা লৈশং যাত্রা অথৌবনা মীয়ামগী মরক্তগী থোরক্লগা মশুক্তা ফি য়েৎতনা সনা খুয়া খাদা খুরুমহনা হঙ্গংলকই। শ্রীযুৎকী পাংদ্রবা ননাই লৈশং লাইবক চাং য়েংজগে সনা পুক্লিংদা চিংনবিদনা ননাইদা মঙ্গল পীনবিয়ু। মনাই লৈশং যাত্রাগী মরাহৈ অদু তাবদা মহারাজ নুংঙাইবগী ভমথৈ লৈখিদ্রবোই হৌগৎলক্কনা মনাইবু চেৎনা কোনবিরগা লৈশং যাত্রা লেপ্পা মঙ্গল ওইযুকো শ্রীগোবিন্দবু থম্মোয়ন্নুংদা চেৎনা থাগোননৌ হায়না মপুনা থৌজাল পীবিরে। মথরায় রারবা লৈবাক মীয়ামসু ভমক্তা ওইনা মপুক্লিংদা লৈশং যাত্রাগী মঙ্গল ওইনবা লাইনীং পরৈ চেৎনখ্রে।

থৌনা ফবা লৈশং যাত্রনা মপুংদা লিশারি পুল্লগা খায় তরেন্দা কুমথরগা মপুক্লিং চণ্ডনা হে থোইমোম লাইরেম্বী ঈথৈরেল নামুংবী ঈমুলক্তা য়াতাবা, ঈভৌলক্তা য়াহিপ্পি ঈরৈমা ইমাবু নচানা খুরুমজরি, ইমানা মঙ্গল পীনবিয়ু হায়না খুরুমগা লাইজ ঈহুল কল্লবা খায় তরেলগী ঈপাক্তা ভাহুনা শাম্বা ঈরোইতম ঈমু থোঙগাউন্নবগুম ঈয়াই তম্মা ঈরোইরকপদা লৈশং যাত্রাগী তংদা অচৌবা কেক্রু পাম্বী অমা ঊরাং উরা মাশা মরেং য়াওনা লৈরায় নিংথায়হনা তাউৎরবপা ঈপাক শাম্মা লাকপহু উবদা লৈবাক মীয়াম্মা মাঙলে লৈশং যাত্রা হায়না মথরায় রাহুনা লাউনরবপহু তাবদা শ্রীযুৎনা সনা মিৎয়েং তাহিবদা পামেল কেক্রু পাগী অচৌবা তাউথরকপহু উরে। পাইরক্কী লৈশিং চাউবা মপুনা লৈশং যাত্রা নঙবু অমুক্তদি হল্লকখো হায়না লাউরকপা সনা য়াথং তাবদা লৈশং যাত্রানা করি তৌরগে খন্দুনা তুং হন্না য়েংলকপদা উজাউ পাম্বী অমা ঈমায় শন্না তাউথরকপহু উরে। উজাউনা মনাক য়োৌরক্তি-ভৈ ঈরৈমবু খুরুম্না। লৈশং যাত্রা লাইজ ঈরোলন্নুংদা লুপখখ্রে। অকনবা ঈরৈ মরক্তা লুপথখিবা লৈশং যাত্রা

অথৌবদ, লাইগী নোংদমদগী লাইজ ঈরোলনুংদা অচৌবা মুংবী অমা থেংনহুনা মতু কোল্লগা ঙাহাক খাংলে। উজাউ অহুনা তোরৈ অমা লানগ্রবদা তোরবান রাংমগী লৈরাই নক্লা লৈশং যাত্রানা লোংনা ফাওগৎলকপতু উবদা মীয়ামদ, হরাওনখিবনা মপান্থে ম রাংনা থাঙ্গৎ-তুনা জয় ওইরে, মৈতৈগী অথৌবা লৈশং যাত্রানা জয় ওইরে লাউ-নরক্লে। শ্রীযুৎ মশামকস্থ হরাওখিবনা চিনবান য়াকা তম্না নোকচরে। থায় তুরেলগী তোরবান্দা কাখৎলগা মপ্পাংদা পুল্বা লিশরি মতু লৌথোক্লগা লিতান থোংলি শমলে। লিংলগী থোংলিদা মথুংনা শিংল শিংলহুনা লৈশং যাত্রানা হল্লকপতু উবদা বিনো যাত্রা, মাধোপ যাত্রা অনিস্থ ঈশিংদা কুমথহুনা লৈশং যাত্রাগী মতেঙ পাংলকলে। থায় তুরেন তোরবান য়োরকপদা রাখিবনা লৈশং যাত্রা উপ্রাবনা হিপ্তুনা ঙহাকতং পোত্থরিংদো শ্রীযুৎনা লেংথরক্লুনা মথৌনা ফরবা লৈশং যাত্রাগী মনাঙ্গন্দা চরৈ নমখাং কুপপিরগা মনাইবু নুংশিনা নানং-বিরে। লৈশং যাত্রা নহাক্লা রাবনা হেল্লি, নিংথৌ ঐনা পীবনা রাংলি। হয়েং মৈতৈ লৈবাক্কী সনা কোনুং য়োরগা মতিক চাবা মনা পীগেকো সনা য়াথং তাকপিরে। নিংথৌগী ময়াথং তাবদা লৈশং যাত্রা রারন্থা পুন্নমক খুদক্তা কোকখি, লৈবাক মীয়ামস্থ হরাওনখি।

লিতান থোংলি শল্লবদা হান্না শেমহুনা থনম্নবা উগী থোং মথক্তা পোংচৈ ফিরোল পুন্নমক হাপলগা থায় তুরেল লাম্থোক্লে। শগোল শামু ময়ামস্থ তুরেন্দা হোইথরগা লালহুনে। লিতান থোংলি পায়-হুনা মীয়ামস্থ থায় তুরেল লাম্থোক্লে। বামোন ময়াম চংহুনা থোং থাক্লবা অমুক্কী চাক্লেন চারগা অমুক পম্থবা তৌদনা চন্দ্রকীর্ত্তি মহা-রাজনা সনরুপ্পা দোলাই থক্তা লেংথৎতুনা মনাইশিংনা থৌগল তৌরগা লাকপনা লোইবী চীংমায় অচৌবা ওইনামলোং চীংথোং য়োরক্লে। কোরৌ মৈশা লাংবনা লোইবী চীংমায় কাবদা খোঙ্মী লানমী ময়াম্না রাগদবহু থল্লবদা থাঙ্গালনা ইনিংথৌদা হঙ্গৎপদা য়াবিরহুনা মুমিৎকী

মৈশা নেমথরকপা হুমিদাং রাইরমদা চীংমায় কানবা চীংখোংদা মীয়াম ঙাহাক পোখানরে। কোরৌহনবনা নোংচুপ চীংখোং পাংলকপা মৈচাক নেমথরক্লবদা থাঙ্গলনা মীয়াম য়েংদুনা লাউরকই। ভম্বুক নুংথিল চুপ্না পোখাদনা লাকপনা অম্বা অনা মংলবা মৈতৈগী অকল অথৌ পুন্নমক নেংথাল্লগা অয়ুক্লা শুইনামলোং চীংজাও কারবদি কোরৌ মশেক্লা হৈবনা রাংবল মৈশা লাংদুনা হুমাং ঈরিক কাদুনা অরাবা পন্দোল লোনশিনি। হুমিদাংদা শুইনামলোং চীংজাউ কারগা অম্বা পোখাদুনা য়ারেকসি। অতম্বগী রাতু তাবদা মীয়াম্না য়ানরদুনা লোইবী চীংমায় অচৌবা রারী শার শারদুনা হোই লাউদুনা কাখৎনরকপনা চীংদোন য়ৌরে। মীয়ামগী অরাবা উবনে, অহৌং নোংয়াই চল্লকপনে শ্রীযুৎনা মীয়াম য়েংলগা "মৈতৈ লৈবাক্কী অঙম্ব অথৌ, খোংমী লানমী পুংমক লমশাং লাকপগী রাবনে লোইবী চীংমায় কারকপগী চেকথবনে চাদ থক্তবগী খৌরাংবনে ইনুংনা মমৈ রায়খিবনে চীংদোন অসিদা হকচিক লাংনা পোৎথারগা নোং ঙানবা ঙাইরসি" হায়রকপা সনা য়াথং তাবদা রারবা মীয়াম্না হরাওনা য়ানরে। ইচিক হুনবা অহৌংদা চীংনুং চেক্লা অশৈবী শেলোই চীংমায় নিঙ্গিবী চেক্লা চাদি খোলনেবী তাম্না বৌবী চেক্লানা নুংশি শৈশক শৈদাদা তাম তাম খোংলকপা, হারি নোংনাং মচানা পামেল ফৈরা থক্তা তোংলগা নাউওম ঈশৈ শক্লকপা, চীংনুং নিলনা শৈশক্লিবা চেক্লা শায়ামগী খোঞ্জেল তাবদা মতু মচা কায়নবা মমা মপা থাদোক্লম্বা মীয়ামগী মপুম্নিংদো ইনৌ নৈহল্লে। দোলাই থক্তা তোংলবস্থ কোরে মৈশা লাংবনা ঈথৌ লাংলবা নিংখৌদো পোৎথাফম খংলক্তদুনা লাইশঙগী দহোনশিং কৈরগা থক্লবা ঈশিং থরদং ফংগত্রা হংলক্রে। সনা য়াথং তাবদা অহৌং তাংলৌনা রায়শিল্লকপনে, চীংদোনগা শুইবনে ঈশিং থিরুগদবতু থল্লহদা দুহোন ময়ামদো মরু লুক্তুনা চিনবান থক খা কংনখ্রে। সনা নাক্তা নক্লা থৌগল তৌরিবা অরিবম তোলেন ব্রাহ্মণদো চংশিত্তুনা খুয়া থাদা

হঙ্গংলম্লগা লুপাগী অয়েশেল লুকহা চাইশেল অচৌবদু পুরগা লোইবী চীংমায় অচৌবদা ঈশিং থিবা থোরক্লে। নাক য়েৎতা কোয়না চৎত্থুনা ঈশিং শোক্লবা খোং বিবদা ফংলক্রবা মতম্নদি ঙাইবিদবনিনা অহুম অহুম থেংজিনখিহুনা অহৌং নোংয়াই রায়খিহুনা নোংঙাল্লমদাই য়ে শিল-লকপদা ঈশিং থিবদু ফংলক্রা তোলেন মথরায় রাবনা তৌকম খংলক্লে। য়েংখি য়েংখিবা মায়কৈদা অমম্বা নত্তুনা করিসু উরক্রবদা লমদম তাম্না লৈহৌরবা শ্রীগোবিন্দ লৈবা মায়কৈদা ওম্নগা চীংমায থক্তা দগুবং তানা খুরুম্লগা হিক্লা হিক্লা কপ্তুনা মবুঙোগীদমক্তা ঈশিং নিরক্লে। হে গোবিন্দ প্রাণনাথ অরাবা তারবা মীবু কনবিবা উপাই লৈত্রব-শিংগী মরুপ ওইরিবা হে দীনবন্ধু। ননাইগী অরাবসে ইবুঙে না অমুক্তা কোকশিদ্রবদি অরাম থৌরাংবনা চোকথরবা ইনিংথৌগী থৌগল মতোল লোপ্পা ঙম্লোইদৌরে। অহুম্মা মনাই তোলেন্না মমিৎতা মপি শিন্থু-হুনা কপলিবদু পোইবৈ কংলৈ মপুংয়াই মণি মন্দিরগী মনুংদা ঙাম্থোইরিবা শ্রীগোবিন্দনা উবিরহুনা চীংহুংগী লোক্তা ঈশিংনা চেনবগী ত্রোং ত্রোং লাউবা ঈরাউখোল অদু মনাই ব্রাহ্মণ তোলেনগী মনাকোংনা ইনক নক্লা তাহনে। ত্রোং ত্রোং লাউনা চেস্থরিবা ঈশিংগী ঈরাউখোল অদুগী মত্তুংইন্না থিহুনা ঈশিং শোকলুরগা মপু খুয়া খাদা কৎতুনা মহারাজগী অরাম থৌরাংবা কোকহল্লে। নিংথৌনা অরিবম তোলেন ব্রাহ্মণবু চিংনা য়েংলগা ঐজ্জা তোলেন, নডনা ঈশিং শোক্লুনা ঐবু পীথকপা থোং অসি হয়েং মতুং ফাওবা কাউদনবা তোলেনগী মমিং লৌহুনা তোলেন পুখ্রি কৌরসনু হায়না সনা য়াথং তাকপিবদগী মক্ষ্ম অদুগী ঈশিং থোং অদু তোলেন পুখ্রি কৌহুনা হৌজিক ফাওবা লৈরি।

নোং হেক ঙানবগা অমুক্তী য়েন্দা অঙনবদগী ওইনামলোং চীং-দোন্দগী তুম্লগা লেপ্তুনা লাকপনা মুমিৎ মুংবা মতুংদা মনুলোকচ উ থৌরে। মফম অদুদা শারিবা য়ারেকশঙদা চঙলগা চাপ্থক্লুনা পোংথানরে, অহৌং অদু য়ারেক্লে নোংঙাল্লগা তরুকী চাকঙল চারগা জিরি উহুং

শমহুনা অয়ুক নুংথিল নুংদাং থাক্লুনা লাকপনা লমলেন জিরিবাম য়ৌরকপদা নোংঙাল্লে। জিরি তুরেন্দা কুমহুনা মীয়ামদো মাগী মাগী অমোংপা মফি মরেল শুদোক চামথোক্লে, ইরু মায়থজরে। তাইবং নাউয়োকফবী লানগী মবেম্মা কালিমাইগী মন্দিরদা চংতুনা চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজনা হৈরাং লৈরাং কংতুনা সনা কোনয়াই লুপা কোনয়াই হুন্দুনা মঙ্গল পীনবিয়ু হায়না খোজানফবী ইমাগী ঙাংলো খুযা খাদা দণ্ডবৎ তানা খুরুমজে। জিবিবামদা শারিবা য়াবেকশঙদা চংতনা অয়ুকী চাকলেন চারগা মৌবি ব্রা ময়াম্মা পোঙ শাহুনা জিরি তুরেল লাম্বগা লমলেন য়ুম্ম তোন পাংনা থোহ্ নুংফে শমহুনা ভাদ্রি তুরেল লাল্লগা সনা খোঙ লেংলকপনা ইংঙেলগী ২৪ নি পানবা শগোলশেল নুমিৎকী নুমিদাংদা কাছার জিলা য়ৌরে। নোংঙাল্লগা অসমগী চিফ কমিসনার কটিঙ সাহেবনা থারকপা শগোল তোংবা সাহেব অনি লাক্লুনা লানমীগী লুচিংবা শৌরাইজাম্বা থাঙ্গাল মেঞ্জর অনিগা উনহুনা চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজনা জিল। দরবার লাকপদা পুরকপা শগোল শামু খোঙমী লানমাগা মশিং হংহুনা খংবদা নভুনা মমিংমক্লা খুংলায় পাযবা লানমী ময়ামহু উবদা ঙক্লুনা ব্রা মখা তারমদনা হনখি। সাহেব অনিনা কমিশনার সাহেবতা লানফমদা শীজিন্নগদবা শগোল শামু মতিক চানা খুংলায় পায়বা খোঙমী লানমী ময়াম লোয়নরকপগী পাউ তম্বদা চিফ কমিশনার সাহেব মশামক লাক্লুনা মহারাজগা উনহুনা সলাম তৌনরগা মখুৎ শোক্লহুনা কাছার জিলাগী মালুগ্রাম খুলদা পোংথাবিয়ু হায়রম্মগা কমিসনার সাহেব হনখি। মালুগ্রামদা লৈরম্বা মৈতৈ মচাশিংনা থেরক্লুনা মহারাজবু হরাও তরাম্মা ওক্লুনা পুক্লিং লৈতানা মফমহুদা পোংথারে। তুম্বা চাবা চংদনা অরা পোংথা লৈতনা নুমিৎ মাপলনি চুপ্পা চীং লম্বীদা ব্রানা লাক্লগা মৈতৈ মচা তাবা লমদম মালুগ্রামদা থুংলবদা মীয়ামহু হরাওনরে, অরা অনা কাউনরে। শ্রীবিষ্ণু মন্দিরদা লেংশিন্নগা লুক হৌহুনা নোংথোনবম

মরৈবনা ঈশৈ শক্লগা লৈমপোকপম থাবলনা পুং য়েন্থুনা হরি সংকীর্ত্তনগা লোয়নননা আরতি কংলবদা মহারাজ মথন্নায় নুংঙাইরে। মথং নুমিংকী নুমিদাংগী চাক্লেন চারগা মহারাজনা খরা ঙল্লপনা পোংখাংগে খয়ান্থুনা হিপথবদা নুমিং তরামথোইনি চুপ্পা শ্রীগোবিন্দগী দশন ফংলক্কবা পলেম মমা সিজাদা মবুঙোগী সেবা কায়দনবা শিননম্বা পুম্নমক্ক নীংশিংলুবদা মবুঙোবু উনিংবগী থৌরাংবা মৈচাক্লা থম্মোয়দা ওমচাক্লহুনা মিংলু নাপোম অনিদা পিগী ঈন্না হেৈরক্লুনা হিক্লা হিক্লা বপ্লক্লগা খঙহৌদনা তুমথখি। লাপ্পা নকপা লৈতবা মনাইগী মক্ত্রবা পুক্লিংবু খঙবি উবিবা শ্রীগোবিন্দনা মহারাজগী মমংদা লেংলক্কনা মোমোন নোকপা মায়থোংনা মনাইবু চিংনা য়েংলগা মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তি নংনা সাহেবকা জহাজ মনুংদা দরবার ফম্বা চঙবদা ঐনা নমাঙ থানা পুবিগে জহাজগী হিরুবাক্তা নখোংনা নেৎপদা নঙগী নতিক নংথবু খঙহনগে, কন্নিগী নপুক্লিংদা চিংনথুনা ন্নারিবনো। মৈতৈ লৈবাক্তা চারা নামতা চাহুনা নঙগীদমক্তা ব্রজরিবী নমা ইবেম্মদা পাউ তৎবা মী থারকপদা ঐগী ঙক্তা শিরিবা লৈরাং পরেং লৌহল্লগা মহু শিন্থুনা দরবার চঙলবদি লেংমক মঙ্গল ওইগনি তাকপিরম্লগা খঙহৌদনা শ্রীগোবিন্দ থুপখি। মহারাজ নিকপ থোরক্লুনা মমঙদা শ্রীগোবিন্দ লেংলক্কনা তাকপিরম্বা ন্নাকমশিং অদু নীংশিংলুন্নগা থম্মোয় পুবা য়ারক্তহুনা হা গোবিন্দ প্রাণনাথ হায়না কৌরগা মখোল থোক্লা কপলক্লে। মবুঙোগী মীকপখোলদু তাবদা মনাইশিংসু লোয়না হৌগৎনরক্লে। নোংঙাল্লমদাইগী ইচিক হুল্লকপা মতমদা মহারাজ হিপলন্দগী লেংখৎলক্কনা অঙম অথৌ পুম্নমকপু সনা নাক্তা কৌশিল্লগা রা তান্নবা হৌরক্লে। মহারাজনা সনা কোমুংদগী খোঙলেংলমদাইদা পুগে থল্লগা কাউদন্না পুরক্কবা মপাবুং গম্ভীরসিংহগা সাহেবশিংগা ইনবা য়ানচে অদমসু হুমিংতদা নীংশিংলক্লে। ইমুং অসি ঙাম্বদি দরবার ফমসি ঙাঙনবা থন্নান থাগী নোংমা পানবা হুমিংতদ্ শুগদবা মরিনিদা মঙাইরে।

পোইরৈ মৈতৈ লৈবাক্তা চৎতুনা শ্রীগোবিন্দনা থোনবা লৈরাং পরেং অদু দরবার নংনবা লৌরুগদবা অকল অথৌ কনা বনা লৈবগে হংলকপা মপুগী রাজু তাবদা লমনা লমশাং ওইবনে, মংম্লগা তেনবনে মী পুম্নমক অরাবা রাখলনা নুংবংনংনা তংমিন্না মরু লুক্কনা লৈরখি। শৌগাইজাম্বা থাঙ্গাল মেজর অনিসু কনাদা থৌদাসিগে থনবদা রাখল লংজিন পুম্নুনা লৈগ্রে। মতম অসিদা সনা নাক্তা নক্তা খোংগল তেংজংবা নহাল থায় তুরেলগী লিগান থোংলি তৎপদা শমগে মপুংখদা থঞ্জববু লৈশং যাত্রানা সনা মাংদা থোরক্কনা খুরুম্না হানখিবনা নীংবা কায়হুনা লৈহৌরবা মাইত্রম তামসিংহ মক্তা ফি য়েৎতনা মপুগী নাক্তা কৈথা নেনবা তাউবা হুইগুম চংলিক্কগা খুয়া থাদা খুরুমজে। "ইনিংথৌ ইবুঙো পাণ্ডবদ্রবা ননাই তামসিংনা সনা য়াথং ফংজরবদি শ্রীগোবিন্দগী ওক্তা থোনবা লৈরাং পরেং লৌজক্তগে সনা নোংদম তথিব হঙ্গংলক্লে। মনাইগী রাজু তাবদা নিংথৌ পুৰ্কনিং পেন্না নুংঙাইখিবনা কমফমদগী হোঁগৎলক্কনা তামসিংবু চেৎনা কোনবিরে ঐ মক্তনা মৈতৈ নিংথৌগী অশেংবা ঈমক্তা ওইরবদি লেংমক মঙ্গল ওইনুকো অচানবা হায়না মনাইগী মনঙ্গন্দা নুংশিনা নানবিরে। অথৌবা নহাক্তা পোইরৈ মৈতৈ লৈবাক য়ৌরগা মচাগীদমক্তা রাজরবী ইমা সিজগী মফমদা পুক্লিং তপ্পা হঙ্গংলু নুংশাখিংনবী ইমানি। শ্রীগোবিন্দগী ওকশমদা থোনবা লৈরাং পরেং অদু শিরগা ইমা শিজনা তপ্পা পানা খুদপ অদু চাহনা দরবার ফম্নবদি মঙ্গল ওইগনি হায়রকই পাউদসিবু। অদুগা পারিসরচন্দ্র যুবরাজ উন্নরগা পাবুং সনা হাক্তক্তা সাহেবশিংগা ইনখিবা য়ানচে অদুসু পুরকউ। অসুম্না পুকমেন পাওমেন্নবা সনা য়াথং ফংলবদা মাইত্রম তামসিংহ লেংপাক খরা পাইজুদা হাপ্তনা থোঙ শানগদবগী নোংঙানবা থাইহুনা লৈগ্রে। নোং হেক ঙানবগা লোইরী চীংশাংদা চাক্তাবা চেক্লাগুম শারুং থপ পোথৌগুম ভুফাং য়ৈহুনা অহীং চুপ্পা ভুমদা নুংথিল চুপ্পা চাদ তাংলো

লিক্লা য়ৈ, কোরৌ মৈশা খাংনা অৱা পোত্থা লৈতনা অহীং অমগা অমুক অমগা চেল্লক্লগা ন্নুমিং য়ুংবা মতমদা থায় তুরেল তোরবান য়োংহুনা ঈরাল্লগা মানা পুবকপা চেংপাক্তু চার চারহুনা লেপ্তুনা চেল-লকপনা নোংঙাল্লমদাইদা হাওবা লম্নাংদোং য়োরে। লোইবী চীংমায় কাহুনা চীংদোন কয়া লাম্না চেল্লকপদা পাঙ্গল ময়েং তাত্থবা মখোং থাংহুনা চংপা ওন্নক্তুবা তামসিংহনা লৈমায় থক্তা হিপলগা ইচিল ইনাও কনা কনা লৈবগে ঐগা ইতেঙ পংথিযু লাউরক্লে। তাম-সিংহনা খোঞ্জেল তাবদা লাহশ্রম থেংলেন্না উচান মৈরা পায়রগা চঙশিনক্তুনা নহাক কন নো হংলক্লে। ঐ চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী মনাইনি, জিলাদগী সনা য়াথং পূহনা কোন্নুং তান্না লাকপনি। খোঙনা চংপা ঙমদ্রে, শগোল অমগা পীযু হায়রক্লে। তামসিংগী রাহু তাবদা থোংলেন্না মযুমদগী শগোল চিংথোকলুবগা পীরে। তামসিংনা শগোল অহু তোংহুনা নোংঙাল্লমদাইদা সনা কোন্নুং তান্না থৌরক্লে। ন্নুমিং অহুগী অহীংদা সনা শঙ্গাইন্নুংদা মপারি নিংথেমনীদমক্তা মওম পুন্ন-মক্তা রাজরবী কুমুদিনি মহারাণীগী মমংদা যুমজাও লাহরেগী লাক্তুনা পাউ তম্বিবে। খোযনৌ ইতা নিংথেমপোকপী, নচাগী রাখলনা তুপা চাবা চণ্ড্রিবহু ওসি নোংঙাল্লমদাইদা নচাগী পাউ লাক্কনি, প উহু তারগা নহাক্কী অরাবা মৈচাক কোক্কনি হায়না মঙফাওনরবদা কুমু-দিনি মিকপ থোরক্তুনা মচাগী পাউ তানিংবনা অঙাওবীগী মতৌওম অকি অখং লৈতনা শঙ্গায় মাঙ্গোন্দা থোরক্লে। চীংন্নুং চেক্লা তানানবী পোম্বী থৌবৈ রাক্কমবোং রাশা ফমবৈ চেকন্নুংশি নোঙ্গৌবী কেৰী চেক্লা চানা য়োইমোম্বা তাউথিংমাং চিংঙ মচিল মনাওনা মোংবা তুরেল তেংবৈদা নোঙ্গৌবী মাদি মচাবু নাউকোন্দুনা তুরেল তেংবা য়াহৌদবনা চিংঙ মাচৈ ফংহুনা তু-খোংদা চেনবা ঈশিংবু চেক্লা থকউ নোংদমদা, তুরেল লাইজ ঈচেলসু পোম্বী থকউ নোংখায়দা শারবা কালেন থাগী মৈশাবু থাংবদা ঈখৌ লাংবনা খৌগংনরবা

লাইবকচাউবী চেল্লানা পন্থৌ থমনিং রাখেংখা, রংশা ফৈরা থক্লা তোং, পোম্বী মখৌ ইপোং-পোং চেল্লা মণ্ডক ইচোই-চাই কোয়ৌ থক্লা চিংনা য়েং কুমগী নোংলেন ঙাইজবী চেল্লা মাগা পাংখক ওই-রবী, মচাগী মপাউ ঙাইবদা বাজববী মহারাণীদো ইন্নুং মমৈ রাযখিত্নুনা শজিক মশোং কাংলকপা চবেই তেতু খোংলকপা মীশক মীশা উবকপা মতমদা মাইরম তাম-সিংনা শেম্বাং পাইবগুম শগোল থৌজিল্লকপা মখোল তাবদা সনা থৌগল তৌবিবা মনাইশিংবু কৌবগা শগোল তোংত্নুনা কোন্নুং তয়া লাক্লিবসি অঙগা কনানো হংলক্নে। মনাই-শিংনা থোবক্কনা য়েংবদা তাম-সিংনি খংলত্নুনা মহারাণীগী নাক্না পুশিনক্লগা ইনিংথৌগী থৌগল চংখ্রিবা মাইরম তাম-সিংনি হঙ্গংলে। তম-সিংগী মশক উবদা মৈতৈগী অবনবা চ লবউ, মমা ঐগী ইফমদা নিংথেম ইচাগী মপাউ কমলো লাউ হায়বক্লে। তাম-সিংনা মরাই-বক কংত্নুনা শঙ্গায মাঙ্গোন্দা কাখৎলগা মখু লৈদা তাত্নুনা মহারাণীবু খুকমজৈ। স্ন খুা ইবেমা, ইনিংথৌগী অবা অনা থোইদোকপা লৈতে, প্রজা মীযামস্থ অশোয অগাম করিস্থ যাওদে। শ্রীগোবিন্দগী ভক্তা থেংনবা লৈবাং পবেং শিরগা ইমা শিজনা তপ্পা পানা খুদপ চারগা দরবার ফম্লবদি মঙ্গল ওইগনি সনা য়াথং তাকপিবত্নুদা ননাইনা দর-বাব ফয়া নংনবা লৌজরুগে চেনজরকপনি। অহীং চুপ্পা তুমদনা নুংথিল চুপ্পা চাদনা লোইবী চৌংলোন লান্নুনা লমশাং চেল্লকপদা রামনখিবনা খোং থাংবা যাদত্নুনা লম্মাংদোংদগী শগোল রায়রগা সনা কোন্নুং তাম্না লাকচবনি হঙ্গংলকপা মনাইগী রাহু তাবদা মহারাণীনা নুংশিবিরবোই মনাইশিংদা থৌদাত্নুনা তাম-সিংবু মবুক থম্না পীজরগা পোত্থাহল্লে। মহারাণী হকচাং শেংদোক্নুনা মখুৎতা লৈগী পোল্লাং পায়রগা শ্রীগোবিন্দগী মন্দিরদা অম্নুকী সিঙ্গার নংনবা নির্ম্মাল্য লৈ পরেং লৌবা চংখি। শ্রীগোবিন্দগী চৌংস্থ থোঙজাউ হাংতোক্নুনা খুরুম্নগা 'হা গোবিন্দ ইবুঙো ননাই তোল্লবীনা শ্রীচরন্দা ভক্তি কংচরিবসি

মনাই ইচা নিংথেমগী মঙ্গল ওইনবা নির্ম্মাল্য লৈরাং পরেং শিজগে। দরবার চঙবদা ইবুঙোনা থৌজানবিয়ু হায়না কপ্পনা নিজরক্রে। লাই পাম্নবা ব্রাহ্মণনা শ্রীগোবিন্দগী ঙকশমদা থোল্লিবা নাগেশ্বর লৈরাং পরেং অদু লৌথোক্লগা লাতোন থক্লা হাপ্পুনা মহারাণীদা শিন্নরে। মহারাণী মথুৎমক্লা তপ্পা মচল গুরবা পানা খুদপ তম্মা লানা চেৎনা য়োমশিল্লে। শ্রীগোবিন্দগী নির্ম্মাল্য লৈরাং পরেং অদু পায়রগা ইচানা দরবার মঙ্গল ওইগদবা লৈরবদি নাগেশ্বর লৈরাং নঙ লৈমন চনগনু, লৈনম মাঙগনু হায়না লাতোম্না য়োমশিল্লগা পানাগা লোয়ননা তাম্বসিংদা শিন্নরে। শ্রীগোবিন্দগী নির্ম্মাল্য লৈরাং পরেংদু খুদৈ তহনবা তমনা চেকশিন্না য়োমশিল্লে। মহারাণীনা পীবা পানা খুদপ অদুগা শ্রীসুরচন্দ্র যুবরাজনা পীবা গম্ভীরসিংহ মহারাজগা সহেবশিংগা ইনবা য়ানচে অদুগা পুন্না পুনশিনমিন্নরগা মনঙ্গদা পোশিন্দুনা তাম্বসিং মহারাণী থুরক্লগা শগোল তোংদুনা লাকপনা লম্মাংদোং য়ৌরবদা শগোল অদু থোংলেন্দা শিন্নরক্লগা থোঙনা অমুক চেংকপনা অরাংবা চিংজাউ কাথৎতুনা তুখোং তুরেল কয়া লান্দুনা কোরৌ মৈশা থাং মুংদাং লিক্লা লাংনা জিলা তম্না চেল্লক্রে।

মাইকম তাম্বসিংনা পোইরৈ মৈতৈ লৈবাক্তা শ্রীগোবিন্দগী নির্ম্মাল্য লৈরাং পরেং লৌবা চংখিবা নুমিৎ অদুগী তমুক, নুমিৎনা বাতোন লোম্লকপা মতমদা চিফ কমিশনারগী চিঠি পুবা শগোল তোংবা সাহেব নহা অমা সিফাই অনিগা লোয়ননা মহারাজদা চিঠি পীবা শালগ্রাম তান্না লাক্রে। থোঙদা সিফাই অনিদু থনম্লগা সাহেব নহা অদুনা লৈবাক অমগী নিংথৌ অমদা চংকদবা ব্যবহার মচেৎ অমত্তা উৎতনা উশিং থওইদনা শগোল তোংদুনা সনা নাক তান্না লাকপদু উবদা মহারাজগী পুক্লিংদা বারৌদুনা অশাউবা মিৎয়েংনা য়েংলকপদা শগোল পুক্লি তৎতুনা মথক্তা তোংলিবা সাহেব নহা অদু লৈমায়দা লোঙনা তারে। ইকায়বদগী অনা চৈনাখেল থঙদনা

মশাদা পকপা উযুল ফাওবা তৈথোক্তনা শল.ম তৌদুনা মহারাজদা চিঠি অহু পীরম্লগা মখুৎনা শগোল চিংহুনা চৎখি। চিঠি অহু ফাক-তোক্লুনা পাবদা মণিপুরেশ্বরা মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তিনা জিলদা লাকপির-বনিনা হৌজিকমক জহাজ থাহুনা ভারতকী গভর্ণার জেনেরেল লোর্ড নোক ব্রুক সাহেব লৈজরুরগে, মুমিং মরিনিগী মনুংদা জিলাদা শোয়-দনা থুংলরগনি হায়বা পাউ পীবা চিঠি ওইরম্লে। মরৌ চাউবা সাহেবনি মৈগী হিজাউ (জহাজ) থাহুনা বড়লাট সাহেব লৈবা চৎপরা চৎতবরা লোম্লা য়েংলুনবা মুতুম মুক্তিয়ারনচিংবা মুপা মঙা থারুবদা ওহাক লৈরগা হল্লক্লুনা বড়লাট সাহেব লৌবা জহাজ চৎখ্রে পাউ তম্লরে। অসুম্না নোংমা নোংমা হৌখিবনা মুমিৎ মরিনি শুজিল্লকপা খঙহৌদে। থরানগী নোংমা পানবা শগোলশেল মুমিংকী অয়ুক পুং ১০ তাবদা দরবার ফমবা মতম লেংপ্রবদা মুমিৎ অহুগী অমুক অঙনবা ক্ষাওবদা মাইত্রম তাম্‌সিংনা হল্লক্তবদা মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তি নিংঙাইদনা ফম্বা য়ারক্তে মপান্দা লেংথোক্লুনা মনাইনা লাকদবা মায়কৈদা সনা মিৎয়েং তাহুনা লৈখ্রে। মহারাজগী মতৌহু উবদা অঙম অথোশিংসু চাগনি থকনি কাউনখ্রে। মতম অসিমক্তদা তাম্‌সিংদি জিরি য়ৌরক্তনা জিরি তুরেল লাল্লগা করম্বা অশম্বা লম্বীদা চৎলগা মালুগ্রাম থুনা য়ৌগদগে চেলনা চেলনা বাখল ভৌরক্লে। জিরিদগী মালুগ্রাম য়ৌবসি অচুম্বা লম্বেলদা চৎলবদি মাইল ২৮ রোম লাপ্পি। অমুকী পুং মাপল তাদ্রিঙৈদা মালুগ্রাম থুংদবা য়াদে খম্না খম্না ফু-খোং কম্না শম শমহুনা চেল্লকপদা বামনখিবনা মখোঙ থাংবা ওম্লক্তহুনা লৈমায় থক্তা লোংনা তাখ্রে। মতমসিদা মহারাজনা মনাই তাম্‌সিংনা চেল্লকপদা লম্বী লম্মক্রদনবা মায়কৈ খঙনবা মনাই-শিংদা বেজল খোংহন্মুনা কৌরক্লবদা লৈমায় থক্তা তাহুনা লৈরিবা তাম্‌সিংনা মাবু কৌরে খঙলহুনা লৈমায়দা মখুৎনা শেরগা হৌ-গৎকে হোৎনবদা ওম্লক্তবদা বানা পুজরম্লবা শ্রীগোবিন্দ নির্ম্মাল্য

লৈরাং পরেংবু শ্রীযুৎতা মতম চানা কৎপা ঙম্নরোইদৌরমাল্লে খন্নবদা মথরায় রাখিবনা শ্রীগোবিন্দবু থম্মোয়দা নীংশিংঙ্গনা তাম্‌সিং হিক্লা হিক্লা কপলক্লে। অরাপ্পদা মনাইনা রারিবন্থ শ্রীগোবিন্দনা উবিরঙ্গনা নুংশিবা মিৎফমনা মনাইবু লাপ্পা য়েংলকপদা মপাঙ্গলময়েং তাখিঙ্গনা রাবনা শদৌ থোংলবা তাম্‌সিংথু চোকথরম্বা মপাঙ্গল তেকখৎলক্তুনা অনৌবা থৌনাগা লোয়ননা হৌগৎলক্তুনা বেঙ্গলগী মখোল মতুংইন্না নুংশিংকী মাঙ থাঙ্গনা মালুগ্রাম পাংনা চেল্লক্লে। বড়লাট সাহেব থুংলরে পাউ ফংলবদা মৈতৈগী অকল অথৌ খোঙমী লানমী পুন্নমক অয়ুকী চাকঙল চারগা শাফি লানফি শেৎতুনা দরবার মতম ঙাইঙ্গনা লৈনথ্রে। চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজম্থ ঈরু মাইথজরগা ফিশেং শেৎতুনা ধূপ থাউমৈ কৎতুনা খুরুম্নগা চরৈ নমখাং ফিজোল স্থনা শেৎলগা গুমাংদা লেংথোক্তুনা মনাই তাম্‌সিং লাকপা ঙায়ঙ্গনা লৈরে। অরাপ্পদা মনাই তাম্‌সিংনা নুংশা মপী থবেৎ থরেৎ হোন্দুনা রানা চেল্লকপদা উবদা শ্রীযুৎ মথরায় নুংঙাইরদনা পাম্বোম রাংনা থাঙ্গৎলগা মনাইবু খুৎলাম তোয়না কৈরক্লে। "লাউনে মৈতৈ লৈবাকী অথৌবা, লোইবী চীংলোন মাপল লান্না শ্রীগোবিন্দগী নির্ম্মাল্য লৈরাং পরেং লৌরুবা নিংথৌ ঐগী খুৎতা শিন্নরো"। শ্রীযুৎকী মপাউ তাবদা সনা মায়থোং উবদা তাম্‌সিং অরাবা খঙদনা চেনশিন্নক্তুনা মনঙ্গন্দা চরৈ নহোংশানা পোরিবা ফিগী কিশি থোক্লগা সনা খুত্তা শিন্নরগা দগুবং তানা খুরুমলে। লমশাং চেল্লকপদা রাবনা লৈমায় থক্তা উত্থুপ তাবগুম লৈপ্রবদা নিংথৌগী মনাইশিংনা মকোক্তা ঈশিং হৈঙ্গনা লাইকম্নবদা তাম্‌সিং হৌগৎলক্লে। শৌরাইজাম্বা, থাঙ্গাল মেজর অনিনা চঙশিন্নগা তাম্‌সিংবু চেংনা কোনবিরে মীয়ামম্থ হরাওনরে। লালোন নাইনা য়োম্লকপা শ্রীগোবিন্দগী নির্ম্মাল্য লৈরাং পরেং অদ লৌথোক্লগা য়েংবদা লৈমন চম্নবদে শিঙেল লৈনম মাঙলমদে। লৈরাংগী লৈনমনে চন্দোলগী মনমনে অনিনা তিনবা পুক্লিং

হৌনা মুংশিরবা লৈনমবু ফংবদা মহারাজগী পুক্লিং থৌগংলে, অনৌবা রাখল পোল্লক্লে। সনা মায়থোং মকালাম্না মুংঙাইবা মহারাজগী মওং মতৌহু উবদা দরবার মঙ্গল ওইরগনি খন্নরহুনা মীয়াম্না জয়ধনি লাউ-নরক্লে। মম।সিজ।না তপলবপা পানা খুদপ, মপাবুং গম্ভীরসিংহগা সাহেবশিংগা ইনবা য়ানচে অহু পায়হুনা শঙ্গায়দা লেংশিনখি।

খৃষ্টাব্দ ১৮৭৪ ইংলে থাশি য়ুমশাকৈশা (জুলাই তারিক ৩০) দরবারগী মতম ওইশিল্লক্লবদা মপুগী খোঙনেংশা লুর।বা মোইরাংশ।গী মরাইবক্তা থম্বাল মওং মান্না অঙাংবা শিন্দুরনা য়েকপিরে। অঙাংবা ফিরাংজিনা মখোঙ থুম্না তুপ্পগা রাহোং মতুনা শেম্লবা মিংশেলনা কাংলোন চংলবা চমকিনা হুংলবা য়েংবদা মিৎ থক্তা ফজরবা শনরুপ্পা শেম্বাং মহন্না শয়াং থক্তা হাইগংলে। ময়েক লানা ফজরবা সন।না ফিজিন চনবা লু।ানা য়েংকাপ লোনবা নিংথৌফিনা ফিজোল শনা শেংলগা সনাগী রৌখান য়াম্থহুনা খুজি তাল শিজিল্লগা মৈদিংঙু, নাউজিংলেন নোংদ্রেন খোম্বা শ্রীযুৎ চন্দ্রকীৰ্ত্তি মে।ইরাংশাগী শয়াং থক্তা লেংখংলে। মপারি কুলচন্দ্র রাংখৈরাকপনা য়েংতা মপারি ফৈজাওসনা শামু হঞ্জবনা ওইদা থৌগল্লে পুর্ণসিংহসু শামু তোংহুনা থৌগল্লে। তুংদনা শৌরাইজাম্বা থাঙ্গাল মেঞ্জর অনিনা লাঙ্গোই শগোল তোংহুনা সনা নাক নক্লা থৌগল তৌরে। শেলুংফমগী মুপা মরিনা ক্লাকোক ক্লাশেল চামর থৌগল তৌরে। চনম্বা ব।পু হঞ্জবা পাঙম্বমচা হঞ্জবা অনিনা মখুৎতা পেনা পায়হুনা শামুগী শনিংদা তোংলগা ইনিংথৌগী মতিক মগুণ থাহুনা ঈশৈ শক্লক্লে। শামুগী মম।ঙদা ফিমু শেৎপা ফিমু লিংপা, ফিমু কোয়েৎ য়েৎপা মরেংব।ন্দা নোংমৈ তুপী খোংবা নাকন্দা থাঙশাং য়ানবা খোঙতোন ম।ম্লবা চাওশাংনা ফজরবা মৈতৈ লানমী ৫০০ পরেং শানা লেপলে। শামুগী তুংদনা ফিমু শেৎপা ফিমু খাওম্লবা খুবোম য়াইরি লোনবা খুদাং য়াইচৌ শিবা কোক্তা চিরোং থেৎপা নাকন্দা থাঙপাক য়ানবা লে।ইবী

খোঙমী ৫০০ না থৌগংল্লে। বর্মাই বেঙ্গল পেরে সিঙ্গারগী ফুংশিরবা হুরবু নমহংতুনা খোংলকপা মোইরংগী ওহাবপা মখোলনা মীয়ামগী পুক্রিং থৌগৎলে। যন্ত্রনা খোংলকপা তান্দা নেৎতুনা খেংখোং কায়দনা লৈঙম শান্দনা শামুনা নোম্না নোম্না চৎলক্লে। লমলেন মাঙুগ্রাম লমদমদগী বরাক তুরেল খোংবান ফাওবা সোরোকী মাক য়েং ওই অমিদা মীয়াম্না চোম্না তিন্দুনা মণ্ডপ লৈরবা মৈতৈ নিংথৌ চন্দ্রকীর্তিবু য়েংগদবগী মানা ফিভো কোখ্রে। মীয়ামগী মরক্তা মৈত্রবংশগী কাছারদা লানজেন্নকুনা লৈরিবা মৈতৈগী ইচিল ইনাওশিং চন্থু নিঙোল ময়াম ইমা ইবেমশিংনা মথুংতা অথেলপোং পাইদুনা ইনিংথৌদা মঙ্গল আশীর্ব্বাদ পীরক্লে। চন্থু নিঙোল ময়াম্না মথুংতা লৈরাং খুজোক খুজোক পায়রগা নোং চুবগুম চাইরক্লে। পুক্রিং হুনা ফজরবা মহার্মাস মরিং পেন্না য়েংগদবগী নহা পাখং কয়ানা উদা কাবনা উতোন লোমলে, ৱাদা কাবনা ৱাতোল লোমলে। নিংথিজরবা সনা মায়খোং উবদা য়েংবগী পেনবা নাইনদে, মিৎফম হোংবা ওম্নদে। অহল ওইবী মথৈনা নপারি ময়া শক্তা লাঙ্গোনিংবা, মপুং মরৈ ফারবী চন্থু নিঙোল ওইবীনা মশাবি মমার ওইজনিংবা, নহা ওইবী নুপী মচানা মবুং শকচনিংবা গুণ খিবিরা লৈতেংবা চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজনি। অহুম্না লেংলকপনা বরাক তুরেল খোংবান য়ৌরকপদা শহাং শক্তগী কুমথরে। লৈঙোই শেক্তা মথক্তা থারিবা অভাংবা ফিরাংজিগী মথক্তা অঙোবা ফশাং থারগা মৈতৈ লৈবাকী পোলিটিকেল এজেন্ট রোবার্ট ব্রাউন সাহেবনা মহারাজবু লমথাংদা তরাম্না ওকলমই। গোকুল ঠাকুর থুমজাও পুরেনগা ব্রাউন সাহেবকা মখোয় অনিনা মহারাজগী মাঙ থারগা মপারি ৱাংথৈরাকপনা য়েংতা মপারি যৈজাও সনানা ওইদা শোৱাইজাম্বা থাঙ্গাল মেজর অনিনা মথুংতা থাঙশাং পায়রগা তুংদা থৌগল তৌদুনা বরাক তুরেল খোংবান্দগী সদর ঈরেল তম্না চুমথরকুনা জহাজ মনাক য়ৌরক্লে। ভারতকী ভাইসরোই গভর্ণর জেনেরেল

বড়লাট সাহেবনা সাহেব অহুমগা লোয়ননা জহাজ মনুংদগী থোরকপদা মিনাইনা লেঙ্গুল খোংজনা সল মী তৌনগা চংশিন্দুনা মথুং শোক্ল রগা জহাজ মনুংদা চংমিন্নরক্লে। চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজনা শ্রীগোবিন্দবু থমোয় নুংদা চেংনা কোংগা মবুঙোগী নাম শোন্দুনা, শর পুংযম কায়দনা য়েংথংবা থোংনা জহাজদা নেংতুনা নুমংবদা ঈপাক্তা তাউ-রিবা মীয়াম তোংবদা নমথবা ওমহুবা অচৌবা জহাজতু থুবোমতমা ঈশিং মনুংদা নমগরে। মতু উবদা বড়লাট সাহেব থেংনদা থেংদ্রে, সাহেব অইতু ডক্লনা মথোয় মশেল য়েংমরগা খুবী লোংনা চিক্লরে। ফুর্মিং অহুদগী হোনা ঈশ্বরগী শক্তি চেনবা মতিক মগুণ লৈরবা মৈতৈ নিংথৌ চন্দ্রকীর্ত্তিনি মপুক্লদা খন্দুনা সাহেবশিংনা ইকায়খুম্নখি।

জহাজ মনুংদা চংলক্লগা মফম চানা পরেং নাইনা থারিবা চৌকি ১১ অমুগী মনুংদগী মহারাজগী ফমফম তাক্লুনা লেংশিল্লে। শ্রীবুংকী য়েংতা মজাইলুতো বাংথৈরাকপা ওইদনা মঙ্গাইবুতো শামুহুঙ্গবা অনিনা য়েংথাও ওইথাও ওইনা থোংগো। মথংদা শৌরাই-জম্বা থাঙ্গাল মেঙ্গর গোকুল ঠাকুর অহুমসু মথং মনাও নাইনা থোগলগী মওংদা ফমলে। বড়লাট সাহেব, অসামগী চিফ কমিশনার, মৈতৈ লৈবাকী পোলিটিকেল এজেন্টনচিংবা সাহেব মথাতু মহারাজগা মরোক্লনা মথং মনাও কায়দনা ফমলে। অদুগা ভাহাক ফম্নিক্লরগা ভারতকী বড়লাট সাহেবন মহারাজ য়েংলগা মণিপুর রাজা মহাক্কী য়েং ওইদা ফম্লিবা অথোবশিং অসি কনা কনানো মশক খংগে হায়রক্লবদা, বড় সাহেব! এগী য়েং থংবদা ফমলিবা অসিনা ইপারি কুলচন্দ্র বাংথৈরাকপনি, ওই থাংবদা ফমলিবা অসিনা ইপারি থৈজাও সনা শামুহুঙ্গবনি, মথংদা ফমলিবা অসিনা শৌরাইজম্বা বলাই মেঙ্গর, মথং অসিনা কাংওবম থাঙ্গাল মেঙ্গর অমসিনা গোকুল ঠাকুর থুমজাউ পুরেলনি হায়না মহারাজনা অমমগদা ওইনা মশক তাকলে। মণিপুর রাজা! নহাক্কী নতিক নগুণ তাবদা নহাক্কা অমুক্তা উনগে খনবতু

ঙসি উনবসিদা ঐগী পুক্নিং পেল্লে নুংঙাইরে হায়রবপা বড়লাট সাহেবকী বাঙাংদু তাবদা চন্দ্রকীর্ত্তিদু হরাওবা উংতুনা সাহেবশিংগা চেংলৌশক উনতুনা শকখঙ মায়খঙনবসি ঐহু নুংঙাইবগী ওমথৈ লৈখিদ্রে খুল্লকই। নমিংগা নঙগ া ম া ল্লবা নিংথৌ নহাক অসি ঈশ্বরগী মচা মগুনি খঙনবা মহারাজ ঈশ্বর কৌবদা মতিক চয়ে। অসি হায়দুনা কবাক থাঙ মকোক্তা সনানা য়েম্বা মথুমদু মনিং মমাং সনানা হৎপা অমা, সনাদা লুপ্পা খুংসু থাঙ অমা, সনাগী হুমাই অমা, লুপানা য়েম্বা ছরি অমা, সনাগী থবাক লিক অমা, কোয়েৎ অপাবা সনানা ফিবান চেনবা সনা হৎপা অমা শেঙ্গাদা হাপ্লগা মহারাজদা খুদোল ওইনা পীরে। বড়লাট সাহেব মশামক্তা মুক্তা পরেং অমা মহারাজগী ঙকশমদা হুক্লগা শলাম তৌদুনা মখুং শোক্লরে। শ্রীযুৎকী সনা য়াথং মতুংইন্না চেংথাম অঙাতোন্না সনা অশরবী ২১, শামু মচা অমা শগোল কাক্লবা অমা পুশিন্নকুনা বড়লাট সাহেবতা খুদোল ওইনা পীরে। বড়লাট সাহেবনা ঐবা লৈবাক অসি মণিপুরগা অমত্তা ওইনবা হংলকপদা মহারাজনা ওইনদে হায়দুনা মপাবুং গম্ভীরসিংহ মহারাজগা সাহেবশিংগা ইনতুনা সহী তৌনবা য়ানচে অদু পুথোক্লুনা বড়লাট সাহেবতা উংলে। মদু উবদা বাহং কয়ামকুম হংনিংলম্বা বড়লাট সাহেবতু বা মখা তাখিদ্রে। ঙাহাক বাখল তৌরগা বড়লাট সাহেবনা, কলিকাতাদগী জহাজ তোংদুনা লাকপনিনা ঐহু বারে। মণিপুর রাজা নঙহু চীংলোন কয়া লান্দুনা লমশাং লাকপগী বারমলনি পেথানরসি হায়না ফমফমদগী হৌগৎনরগা বিদায় তৌনরে। মহারাজ মালুগ্রাম তাপ্লা হল্লক্লে, সাহেবশিংসু জহাজ তোংদুনা চৎখ্রে। নুমিংদাংদা সাহেবশিংনা লৈবা বাঙ্গলাদা বম্বলা মৈকাপ্পী কাপ্পুনা মায়কৈ অদু নোংথাকপগুম পুমনিল নিনখি, পুমঙান ঙানখি।

দরবার লোইরবনিনা মৈতৈ লৈবাক্তা হল্লগনি মতু মচা মমা মপা উনরগনি খন্দুনা নুংঙাইবদগী খোঙমী লানমী পুন্নমক নেংহেক

ঙানবগা ঙন্না য়াহৌনরে। মহারাজসু অঙম অথৌশিংগা ফম্মিন্নদুনা ঙসি পোত্থারগা হয়েংদগী জিলা থাদোক্লুনা পোইরৈ মৈতৈ লৈবাক্তা খোঙশান্নবা তৌরসি থন্নরিদৌদা বড়লাট সাহেবকী চিঠি পুবা সাহেব অমা লাক্লুনা মহারাজদা শলাম তৌদুনা চিঠি পিরম্মগা হনখি। চিঠি অদু ফাক্কোক্লুনা পাবদা ঙসি অমুক পুং ১০ তাবদা ঙরাংগুম্মা অমুক উনদুনা দরবার ফমখিসি হায়রকপা চিঠি মরোল অদু তাবদা মহারাজগী পুক্নিংদা চিংনবা পোক্লুনা মায়খোং লৈদা লুক্লুনা ঙাহাক ৱাখল শৌরগা মপারি অনি য়েংদুনা পারি কুলচন্দ্র ফৈজাওসনা নখোয় অনিদি ঙসিমক মৈতৈ লৈবাক্তা হল্লগা নয়াম্মুং সুরচন্দ্রগা লৈবাক মরা তম্মা পানমিন্নকরো। ইপাদি মরৌ চাউবা সাহেবকা দরবার ফম্মিন্নদুনা ৱা থংবদা করিগুম্মা য়ানদদুনা ঐবু জহাজ মনুংদা ফাদুনা পুৎরবসু ইবৈবাকীদমক্তা ইপাদি লোঙনা মায়রোং য়ারমগে৹ য়াইবী থবায় পাম্মুত্ত্ররোই। মপাবুংগী ৱাদু তাবদা কুলচন্দ্রনা মথুৎ লোম্নরগা ছক্কংলকই। পাবুংগীদমক্তা নপারি অনি মেঞ্জব অনি ঐখোয় মরিনা চিংলিদৌদা সাহেব মখোয়না করি তৌজবা ঙমগনি। জহাজ মনুংদা দরবার ফমদুনা ৱা থন্নবদা য়ানদদুনা পাবুংবু ফাদুনা পুবা তারক্ক-বদা হাকথেংনবা লানস্মদা সাহেবশিংগা মায়োক্লগে৹ ঙমদবা থোক্লে ইরৈপাকীদমক্তা য়াইবী থবায় থাদোক্কে হায়না থাঙলেন ময়া চিক্লুনা ৱাশক্কে। মজাইবুঙো কুলচন্দ্রগী ৱাশক অদু তাবদা মেঞ্জর অনিদা নত্তনা মজাইবুঙো ফৈজাওসনাসু থাঙ চিক্লুনা ৱাশক্কে। অথৌবা মরিনা ৱাশকপদু তাবদা খেংঙমী লানমী পুন্নমকসু পুকচেল অমত্তা ওইনা ইরৈবাকীদমক্তা য়াইবী থবায় থাদোক্লসি লেপ্পরে। মীরাম্মা ঙাঙনরিবা ৱাদু মীরোল খঙলবা মরৌশিং চাউরবা মেইরাংশাসু মবু-ঙোগীদমক্তা মথবায় থাদোক্কে মপুক্নিংদা থম্মক্কে। দরবার মতম য়ৌশিল্লক্লবদা অমুকী চাকলেন চারগা খোঙমী লানমী পুন্নমক শাফি লানফি শেংচিল্লে৹ মনা মনা পায়বা থুংসু থুংলায় শেম শাবা

লোইনরে। মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তিসু নিংথৌহি শাইজোনবা সেংচিরে, মজাইবুঙো অসিসু মথুংসু থাঙলেন নাক্তা হৌনপিমে বলাই থাঙ্গাল মেঙ্গর অনিসু মথুংসু থাঙলেন, চুঙ্গোই পায়হনা মহারাজগী থৌগল তৌনবা শেম শাদুনা লৈরম্রে। লাঙ্গোই শামু নিপাল পুথোকলে, শগোল কয়া চিংথোক্লে। মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তিনা শানরূপ পোনাং মহুম খনবা মোইরাং শাগী মথক্তা লেংখৎলে। মজাইবুঙো বুলচন্দ্র, ফৈজাউসনা অনিসু শামু তোংলগা মহারাজগী য়েং ওইদা থৌগল তৌরক্লে। বলাই থাঙ্গাল অনিদি শগোল তোংদুনা মহারাজগী তুংদা নক্না থৌগল তৌরক্লে। শামু তোংবা য়াবনা শামুদা তোং শগোল তোংবা য়াবনা শগোল তোংদুনা মৈতৈ লানমী ৫০০ লোইবী খোংমী ৫০০ গা লোয়ননা পুংকম খেনযম চানা হুয়েল লানজংবগী মওংওম লানগী যাত্রা তৌরক্লে। বরাক খোংবান য়ৌরকপদা মহারাজ শামুদগী কুমথরে মজাইবুঙো অনিনা মাঙদা-থা, বলাই থাঙ্গাল মেঙ্গর হনিনা য়েং ওইদা গোকুল ঠাকুরনা তুংদা থৌগল তৌরগা সদর ঈরেন তাদা কুমথরক্লে। লৈবাক শাদি লুরাংবা নিংথৌবনবা মোইরাংশাচু মপুগী তুংদা শোর শোর ইমরক্লে। জহাজগী থোংজিন্দা চিফ কমিশনার কিটাজ, এজেন্ট ব্রাউন সাহেব অনিনা মহারাজবু ওক্লগা মাঙ থাদুনা জহাজ মনুংদা পুশিনখিবগা জহাজগী থোঙ লোনশিনখ্রে। মতু উবদা হায়নবা তাকবা লৈতনা মীওম শিংলবা মোইরাংশানা বরাক তুরেল খোংনুংদা খুমাং অনি কুম্থরে, খুদুং অনিনা কংকালদা শৌ শাদুনা লেপলগা শাংলবা মনাতোমা জহাজগী পৌরেন্দা কোংদুনা জহাজ লেংদনা ফারক্লে। শামুগী মতৌ উবদা খোংমী লানমী পুন্নমক মপাঙ্গল মথৌনা হাপলক্লে। মরোচাউবা সাহেবনা ইনিংথৌবু জহাজদা হাপলগা পুনবা জহাজ লেংলকপদা থবায় পাম্মনদনা জহাজ কাপথায়দুনা থুগায়রগা ইনিংথৌবু কনসি, ওমদবা থোক্লে বরাক তুরেলগী লৈঙোই শেক্তা মথক্তা য়াইবী থবায় থাদোক্কসি সেগরহনা খোংমী লানমী পুন্নমক মিকুপ নাহুম শেন্নহল্লা লৈখ্রে।

মহারাজনা জহাজ মনুংদা হেক চংলকপদা হায়া লেপ্তুনা লৈরক্লা সিগ ইশিংদো নুবাজ সলেন তৌইল্লে বড়লাট সাহেববা মহারাজনা শলাম তৌনদুনা মখুং শোক্লরে। সাহেবনা তাবপা চৌবিদু কুলচন্দ্রনা থরা চিংথোক্লগা মহারাজ লেপশিল্লে। মহারাজগী নাক হেৎ ওইদা মজাইবুগো অনি মেজর তনি গোকুল ঠাকুর যমলে। মহারাজগা মায়োক্লনা বড়লাট, বিটিঙ্গ, ব্রাউনচিংবা সাহেবশিংসু মথং মনাও নাইনা যমলে। বা হৌদোক্নবা ওয়েদনা হেক তুমিন তুমিন যমমিল্লরগা বড়লাট সাহেবনা মহারাজ চন্দ্রকীর্তি য়েংলগা হায়রবই। মণিপুর রাজানা মণিপুরগী উমথৈ অরাংদা কোহিমা নোংচুপ্তা জিরি ফাওবনি হায়বতু চুমলে সাহেব ঐখোয়না লায়ে। গম্ভীরসিংহ মহারাজ হাক-তক্তগী সাহেব ঐখোয়গা মণিপুরগী নিংথৌগা তেংবান্নবা নুংশিনা লৈমিল্লবতু নহাকথক্তসু নুংশিননা তম্বনা তম্বগী মতেঙ পাংনদুনা লেমিন-নিংঙি। মণিপুরগা ওরাগা লান থেংনবা তারবসু সাহেব ঐখোয়না লানমী খুংগু খুংলায় নোংমৈনচিংবা নতেঙ পাংগে। মহারাজনসু শা লান্দা ঐখোয়গী ইতেঙ পাংবিয়ু। নপাবুং হাত্তবা ময়াং লাং-জিংদা থমলিবা ঐখোয়গী সিফাইশিং তসি বোহিমাদা হোংলগা মথম অতুদা থানা ফমহনগে, মহুনা অসাম মণিপুর লৈবাক তনিগী মীশিংনা ললোন ইতিক তৌবদা খুদোং চাগনি, কোহিমাগী অওাওবা হাওশিংসু ফাজিনবা উমগনি। ইরোইশেম্বদা লৈরিবা সাহেব ঐখোয়গী ললোন ইতিক তৌবা মীওইশিং অসিসু কোহিমাদা হোংহল্লগে। ঐনা হায়-জবা অসিদা রাজানা য়াবিরবদি কোহিমাদগী ডিমাপুর য়োবা ফাওবা চংথোক চংশিন নুংঙাইনবা লম্বী চাউনা শেমজগে। মণিপুরদগী কোহিমা য়োবা ফাওবনা রাজানা শেমিয়ু। বড়লাট সাহেবকী বাতু তাবদা মহারাজনা মজাইবুগোগা মেজর তনিগা তাম্বদা বরিসু তবায়বা লৈতে, মহুনা মৈতৈ ঐখোয়গী ললোন ইতিক চংপদা খুদোং চাগনি মীরৈবাকী লাইযমদা লাই খুরুম্বা চংতবা অহল লমনশিংসু হাওনা

মপোক্‌ মচৈ মুনবা ওমলরোই খল্লরহনা হরাওনা য়ারে। মহারাজবু জহাজ মনুংদা ফাহনা পুখিংত্রা চিংনরহু কোক্লুনা সনা পুবনিং লৈতারে। বড়লাট সাহেবকা চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজপা অনিনা য়ানদুনা হরাওনা থুং শোক্লরবদা জহাজ মনুংদা লৈরিবা সিফাইনা ধন খিন্দুনা থমাই বেঙ্গল খোংদুনা নুংঙাইবা ফোংদোক্লুনা জহাজগী থোং হাংথোক্লকলে। মহু উবদা সদর ঈপোল খোংবান লৈগোই শেক্তা মথক্তা লেপ্তুনা লানগী শেম শাহনা লৈরিবা খোঙমী লানমী পুন্নমবস্থু হরাওনরে। অসামগী চিফ কমিশনার কিটিঞ্জ সাহেবনা মহারাজ য়েংদুনা মণিপুরেশ্বর মহারাজ, দরবারদা খল্লংদবা পুন্নমক খল্লহনা য়াল্লরবনিনা বড়লাট সাহেবনা কলিকতাদা ইন্দ্রিদৈদা হয়েং মৈতৈ নখোয়গী হিয়াং কুমৈ, শগোল কাংজৈ মুক্লা য়েংহনবিবু হায়জখ্রবদা মহারাজনা হরাওনা য়াবিরে। অস্তুন্না থাত্তেম থারোইনরগা মহারাজ জহাজ মনুংদগী থোরকপা উবদা মৈতৈগী খোঙমী লানমী ময়াম্না মথুৎ থাঙ্গৎতুনা হরাওনা জয়ধ্বনি লাউনরকই। চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজ সনা পুনিং নুংঙাইনা মালুগ্রামদা হনক্লগা অহাং অত্থু পোত্থারে। মেংগোংগা অঙোম তোন্থ নিংথৌ জম শেনুংবা অনিবু হি তোংহল্লগা সাহেবশিংগী মমাংদা হি তানহল্লে। শিলচরগী মপাল কাংজৈবুংদা পানা শগোল কাংজৈ, মুক্না লমজেল, য়ুবী লাকপী থাঙ তানচিংবা কুমৈ কয়ামকম উৎতুনা য়েংহনবদা বড়লাট সাহেব হরাওরে মহারাজগা ফোটো নমমিন্নরে। হরাওকুমৈ লোইরবদা বড়লাট সাহেব জহাজ তোংদুনা কলিকাতা পাংথ্রে মহারাজসু মনাইশিংগা লোয়ননা মালুগ্রামদা হল্লক্লুনা পেৎথরে। নোংগাম্নগা মৈত্রবাক্তা হল্লবা শেম শারে।

থবান থাগী ৪ নি পানবা নোংমাইজিং নুমিৎকী ৎয়ুক্কী চাক্লেন চারগা চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজ মচা মনাইশিংগা লোয়ননা পোইবৈ সনা মৈত্রবাক পাংলক্লে। হল্লকপা খোঙচৎ তসিদি মন্থুম য়ৌনিংবনা খোয়রাংলবা মীয়ামদো অহাং য়ারেকপা য়াবা মফম কয়া লেপ্তুনা অরা অনা

কাউনহনা লেপ্তুনা লাকপনা থবান থ.গী মাপলনি পানবা ইরাই হুমিংতা সনা কোন্নুং য়ৌরে, তোপ ১১ রক কাপতুনা মহারাজবু মীয়াম্না ওকখি। চন্দ্রকীর্ত্তিনা শামুদগী কুমথরগা মমা সিজাগী শঙ্গায় তাম্না লাক্লুনা মমাবু খুরুম্নগা সনা শঙ্গায়দা লেংশিনখি। য়ুম্লেম্বা পেনা খোংবনা মহারাজনা সনা কোন্নুংদগী জিলাদা দরবার চৎপদা থেংনখিবা হৌখিবা থৌদোক পূম্নমক অমত্তা চিংথদনা কুমুদিনি মহারাণীদা লীতুনা তাহনখি। মহারাজনা অফবা হুমিং থবান য়েংলগা শ্রীগোবিন্দগী লাইম.ঙদা লৈবাক্কী শরনাইবা পালা ১০৮ না হরি সঙ্কীর্ত্তন শক্লুনা কৎখি। মন্দিরগী ফজদবা অকায় অতোয় পূম্নমক নৌনা শেমজিন শাজিনখি মৈহুম উতোং ১২৫ না হুম্ন.া হৈবা মোন নিপাল লুম্বা শরিক হৈহুনা শ্রী.গ.বিন্দদা কৎলি। মতম খরা লৈরগা মৈহুম উতোং ১২৫ না হুম্নগা হৈবা মোন ১৭ লুম্বা চাউরবা শরিক অমগা মচা অনিগা হৈহুনা শ্রীগোবিন্দদা কৎলি। মহারাজগী সনা হাক্তুক্তা জিলা ওম্বা, অরা ওম্বা, শঙ্গায় ফম্মাং, জিলা চঙবনচিংবা পুয়া কয়ামরুম পণ্ডিৎশিংবু ইহল্লি। পোং নিংথৌনা মৈতৈ নিংথৌদা পীরম্বা সনা মোহর ৮০ না শাবা সনাগী থাকোক তখেল খুন্নু শাববু নরসিংহগী মমাও ইবুঙো দেবেন্দ্রনা মাগা লান থেংনবদা মায়থীবা ফংহুনা লান চেনবদা চাকাদা হুহুনা পুখিবহু অধিকারিময়ুম জগনাথ শেলুংবা পুরেম্না চাকাদগী লৌরুবগা মহারাজদা কৎখি। মণ্ডাল নাইবা হুমিং থাগুম মণ্ডল লৈনা ফজরবা ধর্ম চেনবা প্রজাবু লুনা তৌবা চন্দ্রকীর্ত্তি নিংথৌসি ঈশ্বরমক্তি খন্দুনা প্রজা মীয়াম্না মহারাজ ঈশ্বর কৌহুনা থোইদোক হেন্দোক্লা ইকায় খুমনৈ।

নরসিংহ মহারাজগী মচাহুপা সনা বোরাচাউবা য়াইস্কল লাক-পগী হৈথোই শিংদোইবা মঙং মতৌহু উবদা চন্দ্রকীর্ত্তিনা মাবু ফাজিনগে খন্দুনা লুনা চান্না তৌরমী। নোংমা চিরোন হৈবা মাগী মরুপ মপাং খরনা নিংথৌ ওইবা য়াবা মীশকনি, মীচং ৱাৎপদগী ওইদবনি

হায়বা রাহু থাজরদুনা নিংথৌ ওইনিংবনা ঙাওরবা সনা বোরাচাউবদো রাখলনা তুম্বা চাবা চংখিদে। সাহেবশিংগী মতেংদগী চন্দ্রকীর্ত্তিনা য়েক্লবা কয়া নমথদুনা মৈতৈ লৈবাক্তা খুৎকল পাঙ্গলনা পানবসিদা সনা বোরাচাউবদু লান হৌবা ওমেদদুনা সনা কোন্নুংদা লেংদনা লৈদুনা নিংথৌগী অচেৎ অকোম অশোয় ওংোম লোম্না য়েংশিন্দুনা লৌখ। মহাক্না পোকমিন্নবা মচিল মনাওশিংগী মন্নুংদা সেনাপতি ওইবা য়াবা মতিক মথৌনা লৈবা মীওই লৈত্তবদগী মহাক্না নীংবদু মপা খুংবা ঙমখিদে। মতম অদুদা সনা কোন্নুংদা লৈবা মতিক মথৌনাদি য়ান্না লৈবা মহৈ-মশিংসু য়াম্না হৈবা, মীচং শঙ্গ রাংপদগী মরা মপাউদি কয়া চংতবা পাউনম নাওলসিংহনা মগী মতেঙ পাংলবদি মহাক মৈতৈ লৈবাক্কী নিংথৌ ওইবা ঙমগনি থল্লম্মী। নোংমা সনা বোরা-চাউবনা পাউনম নাওলসিংহবু ময়ুমদা চাক কৌরগা মানা নীংলিবা মপুক্লিংগী রাহু ফোংদোক্লম্মী। মতম অসিদা শৌরাইজাম্বা বলাই মেঙ্গরনা অহল ওইশিল্লক্লবদা চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজনা কাংলেম্বম থাঙ্গাল মেঙ্গরবু লুনা চান্না তৌদুনা মরা মপাউ চংপদুদা নাওলসিংহদি মেঙ্গর ফমগা ওইদবনে কোন্নুংদা তোয়না কাখিদে, নিংথৌনা মাবু অপাম্বনা কৌরবতদা কোন্নুং কারকই। অদুম্না নীংবা কায়রবা নাওলসিংহনা সনা বোরাচাউবগী রাহু থোইনা মপুক্লিং খোয়জংদবনা মতম চাবদা থন্নসি হায়রম্নগা ময়ুমদা হনখি। নিংথৌগী মনাদি ফক্লাংদা থেংলি হায়নবদু চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজনা অরোনবা পাউদু তারদুনা মথুরানা পোকপা মনাওনুপা সনা বোরাচাউববু থেমদুনা মপুক্লিং ওলহনগে থল্লক্লে। মপাবুং গম্ভীরসিংহ মতোল নরসিংহগুম শাংলান্দা মতিক মথৌনা য়াম্না লৈত্রবসু রাজনিতি ধর্ম্মনিতি কুপ্না খঙবা চন্দ্রকীর্ত্তিনি। সনা বোরাচাউবগী মরাইবক্তা নিংথৌ ওইয়ু তম্লমলবসু শক্লহল্লগে মপুক-নিংদা চপয়ুংনা লেপ্লদুনা নোংমা শ্রীযুৎনা মনাও সনা বোরাচাউববু হরাও তরাম্না কৌশিল্লগা মানা ফমলিবা খুদা অদুমক্তা মথুং পায়দুনা

চিংশিন্নগা যংনিন্নরে। নুমিৎ অদুদা লুবাকসম অমত্তদা মচিল মনাও চাবংলেন চামিন্নরে। ময়াহনুং নিংথৌগী চানবিবা মশুং মতৌদু উবদা সনা বোরাচাউবা ভবপদা থেংঙ্ঙে। অসুম্না মরক মরক্তা নিংথৌগী ফম্মিরকুনা চামিন থকমিন্নবা অয়োনবা মা তাথোক তাশিন তৌমিন্নবা অসিদা সনা বোরাচাউবদু মপুক্কিং শুক্কে। চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজনা খংবা রাখলদুদি শংবা ভমদবনিনা মাবু নিংথৌনা পোকমিন্নবা মচিল মনাওদগী হেল্লা লুনা চাম্না তৌবসিদা কুংশিরদুনা চন্দ্রকীর্ত্তিগী মথক্তা লান হৌরগা নিংথৌ খুভম মুনগে থল্লম্বা সনা বোরাচাউবগী রাখল অদু খুদক্তা থাদোকখি।

পাউনম নাওলসিংদি অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌনা লাইরিক লাইশু তম্বদা মথরায় য়াওরমদে থাঙতা লানগী খুৎসু খুলায় তম্বদনা হেন্না মপুক্কিং চংলম্মী। মচানা নীংলিবদু থুংহনগে থল্লদুনা মাবু পোকপা মপানা নাওলশিংহবু থাঙতা লানগী খুৎসু খুৎলায় হুয়েল লানওংদা মতিক চানা হৈরবা ওঝাগী মফমদা শিন্নদনা তমহল্লি। অসুম্না মতম খরা তম্নগা নহা ওইরিবা নাওলসিংহ মথরায়না পাহদগী হোৎনবা বনবদগী থাঙতা হুয়েল লানওংদা থোইদোক্না হৈশিংবা মীশক তমা ওইখি, পাউনা হায়না মমিং চৎখি। মপাগী শ্রাদ্ধ কর্ম্মগীদমক্তা ব্রজ বৃন্দাবন্দা চৎপদা মফম অদদা মতম কুইনা লৈদনা মীরৈবাক্কী থাঙতা হুয়েল লানওংনচিংবা মহৈ কয়াসু তম্লম্মী। কুস্তি গাদাগানচিংবা অনৌবা মখলগী মহৈশিংসু তমদনা মপুংফনা হৈরগা নাওলসিংহ মৈতৈ লৈবাক্তা থোরকই। ব্রজ বৃন্দাবন্দা মতম কুইনা লৈদুনা মহৈ তম-লুবা পাউনাবু ব্রজবাসী হায়না লৈবাক্তা শক খঙনখি। মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তিগী সনা হাক্তক্তা থোকখিবা অবল অথৌগী থৌদোক বয়াগী মনুংদা পাউনানা মতিক মথৌনা উৎতুনা মীয়ামগী মমাংদা চাংদম্ন-খিবা পনবা য়াবা থৌদোক অমা থোকখি। মীলৈবাবচা গঙ্গারাম কেওবা দেশরালী তমনা অসামগী জিলা তরানিথোই থুংনা চৎতুনা মাগী তৌবা

ঙম্বা মতিক মথৌনা উৎতুনা জয় লৌরগা মৈতৈ লৈবাক্তা অকল অথৌ য়াম্না লৈবগী পাউ তারহনা মাগী মতিক মথৌনা উৎকদবগী মৈতৈ লৈবাক্তা লাক্লুনা সনা কোন্নুংদা চঙলক্লে। গঙ্গারাম্না চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজদা থুরুম্লগা হঙংলকই। মণিপুরেশ্বর মহারাজ! এহাক দেশ-বালী মচানি ইমিংনা গঙ্গারাম কৌই। মহারাজগী লৈবাক্তা থাঙ-তা য়াম্না হৈবা মতিক মথৌনা লৈবা অকল অথৌ য়াম্না লৈ পাউ তারহনা মখোয়গা লাম্না পাহনা পাঙ্গল চাং বিদ্যা য়েংনজগে। ম্না জয় লৌগে ঙমদ্রগা ইরৈবাক্তা মায়খিহনা হনখিগে খন্দুনা লাকচবনি। ঐনা চৎলু চৎলুবা মফম খুদিংদা জয় লৌরকপদি গদাগানি। য়ারবদি মহারাজগী সনা মাংদা নহাক্কী হৈশিংলবা মপাঙ্গল বল্লবা মথৌনা লৈরবা মীওইশিং অতুগা ঐগা লাম্না পাহনা গদাগা হাইনজগে মিৎয়েং তাবিয়ু। গঙ্গারামগী রাহ তাবদা চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজ পাউখুম পীবা ঙমদনা মরু লুক্লুনা তরেৎ তরা থোক্তা রাখল তৌরকই। মৈতৈ লৈবাক্কী অকল অথৌ ফম্নাইবশিং অসিদি চুম্না থাঙ-তাদা হৈজবনি, শা-লান্দা মথৌনা উৎচবনি, গদাগা হাইনহনা মাগা লাম্না পাবদি ঙমলোই। করিগুম্বা মীরৈবাকচা অসিগা লাম্না পানবদা মায়থীরবদি নিংথৌ ঐগী মায়থীবনি ঐনা চোপকদবনি। অসি খন্দহনা নিংথৌনা মায়থোং লাংশিন্না মরু লুক্লুনা লৈরহ উবদা য়েংখোইবা মেঞ্জরনা সনা মাঙদা থোরক্লগা খুরুমহনা হঙংলকই। "ইনিংথৌ ইবুঙো, করিস্থ লৈত্রবা মীরৈবাকচা গঙ্গারামগী নাপল কাবা রাঙাং তাবদা সনা মায়থোং লাংশিনবিরিবহ কোকশিরো ননাই য়েংখোইবগা লাম্বা পাজগে। ননাইনি গদাগা হৈনজদে খুৎস্থ থাঙগা গদাগাগা লাম্বা পাজগে সনা মিংয়েং তাবিয়ু"। মপাঙ্গল ইনখংলক্লিবা মথৌনা লৈবনা নৌনা মেঞ্জর কারবা য়েংখোইবগী রাহ তাবদা নিংথৌ পুক্লিং নুংঙাইরে। গঙ্গারাম য়েংলগা নিংথৌনা হায়, গঙ্গারাম। ঐগী লৈবাক্কী অকল অথৌশিং অসি গদাগা হাইনবা ঙমদবনিনা হৈতে। নঙগী গদাগাগা

মখোয়গী থাওগা হাইনে নহাক য়ানিংত্রা হুনলক্লবদা গঙ্গারাম হুরাওনা ঘারে। নিংথৌগী য়াথং ফংলবদা য়েংখোইবা মেঙ্গর নাকন্দগী থাংগ-লেন শংলগা গঙ্গারামগা সনা মাওদা থাওগা গদাগাগা হাইনবে। অহানবদদি মখোয় অনিহু অমনা অমবু হেন্নদে. লাকচবা ঙম্নদে। মমৈথংদদি শায়াম য়েংনরক্লবা শরিং শারাংঅ থোইদোক্লা হৈশিংলবা গঙ্গারামনা লাকচরে. য়েংখোইবা মায়থীরে। য়েংখোইবগী ভুংদা ৱাংখৈ মৈরাবা, সনা ৱাংখৈবাকপা, চেংথা অয়াপুরেন মেঙ্গর, য়াইদংল লাকপা, নিংথেমচা চাংবা, বলা সনানচিংবা মৈতৈগী অকল অবলবা পুন্নমক মায়থীবা পীবদা গঙ্গারাম অথোই নাপল কারক্লে, মাগী লাম্বা পীখু তেংনা হোৎনা মহারাজদা হঙ্গংলক্লে। চন্দ্রকীর্ত্তি মহা-রাজ সনা মায়থোং লৈনা লুক্লুনা লৈখ্রে, গঙ্গারামগী লাম্বা পীবা ঙমদ্রে। কুটৈগ য়েংলিবা মীযামদো ইকায়বা অমদি শাউনিংবনা য়াংলেন চুমাং কানরে, মাযথোং লৈদনা লুকনবে রা অমত্তা ঙাংনখ্রিদ্রে।

নিংথৌ অমদি লৈব কর্মযামনা ইকায়বা নংলিবহু উবদা বলরাম, পাউশোল, শৌরাইজাম্বা, থাঙ্গাল মবিনা লোম্না খম্নরগা নিংথৌ তাহনদনা লুখোই জমাদ্দারবু পাউনম নাওলসিং কৌবা থারকলে। নাওলসিংদি মাগী ইংখোন্দা হৌবিবা চুপাম্বী মখোঙ পোংতুনা লৈরম্মী। লুখাই জমান্দারনা নাওলসিংদা, সনা য়াথং হৌজিবমক কোন্নুংদা কাবক্লবা য়াদে হ য়রে। নিংথৌগী অকনবা য়াথংহু. তাবদা খবক ওবা লেপ্তুনা লুখোই জমান্দার নও চংলম্মো, ঐ হুকচাং শেংদোক্লগা লাক্লে হায়রক্লে। লুখাই জমান্দার হল্লক্লুনা মখোয় মরিদা পাউ পীরবদা শৌরাইজাম্বা মেঙ্গরনা সনা নাক্লা চওশিল্লগা ননাই পাউনম নাওলসিং লাক্লগনি মাগা গঙ্গারামগা লা ? পানবা ইনিংথৌগী সনা য়াথং তাকপিম্নু হঙ্গংলক্লে। নাওলসিংগী মমিং পনবদা চন্দ্রকীর্তি মথরায় মুংঙাইরে, গঙ্গারাম য়েংলগা গঙ্গারাম নহাক ঙহাক পোংথবো নংগী লাম্বা লাক্লগনি হায়রক্লবদা হন্দোক্লুনা লৈখি। পাউনম নাওলসিংনা

থুনা য়াংনা সনা কোন্থং তান্না লাক্লগা নিংথৌগী মাক্তা চওদুনা সনা খুয়া খাদা খুরম্মী। নাওলসিং উবদা চন্দ্রকীর্তি মখন্নায় নুংঙাইরে। ঙসি মীলৈবাকচা গঙ্গারাম কৌবা দেশর লি মচা অসিনা গদাগা হাইনসি লানশিংনরক্লবদা য়েংখোইবা মেঙ্গরনা গদাগা হৈত্তবদগী থাঙগা লাম্বা পানবদা মায়থীরে। য়েংখেইবগী তুংদা মৈতৈগী অকল অথৌ শা-লান্দা থৌরবা ৱাংখৈ মৈরাবা, সনা ৱাংখৈলাকপা, চোংথা মেঙ্গর, য়াইস্কুল লাকপা, ঙাংবা কালানচিংবা মায়থীবা পীরবা ময়াই কারবা মীলৈবাকচা অসিগী মতিক চাবা লাম্বাদি নাওলসিং নহাকনি হন্দুনা কৌবনি। অথোই নাপল কারবা গঙ্গারামবু মায়থীবা পীরগা নিংথৌ ঐগী ইকায়বা কোকহল্ল, মৈতৈ লৈমা ইমাগী মিংচৎ মাংহনগনু হায়রক্লে। গঙ্গারামগী মগুণ তাবদা নাওলসিং মশাদা অকিবা পোক্লমদে। মী উশিংত্তবা ইনিংথৌদা থৌগল্লোন কাম্ববা মীলৈবাকচা মাবু ইকায়বা পীদুনা হনহনখিগে মপুক্লিংদা চপ য়ুংনা থম্দুনা মথুং লোম্নরগা হঙ্গৎলকই। ইনিংথৌ ইবুঙো সনা পুক্লিংদা চিংনবিগনু, শ্রীগোবিন্দগী নাম শোনবিয়ু, ননাই মীলৈবাকচাগা লাম্বা পাজগে। অসি হায়দুনা নিংথৌ খুরুম্নগা গঙ্গারামগী মনাক্তা করিসু থওইদনা চৎলগা মরেংবান পায়রগা নহাক্লা মীলৈবাকচানি ইলমদা লাক্লুনা লানশিংনবনী, নহাক্লা অপাম্বা হায়য়ু। গদাগা হাইনসিরা থাঙ হাইনসিরা হংলক্লে। নাওলসিংগী ৱাহু তাবদা গঙ্গারাম ইশি শিনা নোক্লম্মী। নহাকী ৱাঙাংহু ভাঙবা মৈতৈগী অকল অথৌ মীওই কয়া ঐগী খুৎতা মায়থীবা ফংগ্রবনি। মখোয়গা য়েংনক্লরবদি নহাক অসি য়াম্মা নৈনা উই। অদুবু নহাক নশানা ঐগা লাম্বা পাগে হায়রবনিনা ঐনা হৈনবা গদাগাদা পামগনুসি, মৈতৈ নখোয়না হৈনবা থাঙদা লাম্বা পাসি হায়রক্লে। গঙ্গারাম্না পাওনাদা থাঙদা লাম্বা পাসি হায়রিবসি মহাক গদাগাদা নত্তনা থাঙদসু য়াম্মা হৈশিংবহু উৎনিংবনি। গঙ্গারামগী উশিংত্তবা ৱাঙাংহু তাবদা নাওলসিং মপুক্লিংদা শাউনিংলবসু সনা মাঙ ওইবনা থৌগয়োন ব্যবহার

কায়রবা য়াদহুনা অশাউবা কয়া মপুক্রিংদা ফাজিল্লগা হায়রকই। নহাক্না থাঙ হাইনসি হায়রবনিনা ঐস্থ য়ারে, অত্থনা হান্না থাঙ হাইনখিসি কোন্না গদাগা অমুক হাইনসি। থাঙ হাইনবদা থাঙগী থাঙলোন কায়নগনুসি। থবায় থানসিরা থবায় কন্সিরা নংনো পাম্বা হায়ম্বু হায়রকপা নাওলসিংগী বাহু তাবদা গঙ্গারাম মপুক্রিংদা চিংনবা পোক্লে। গঙ্গারাম ঙহাক বাখল তৌরগা নিয়ম চুম্না থাঙ হাইনরগা ঐনা ঐনা হৈবা বিদ্যা উৎনহুনা চাং য়েংনসি, জয় পরাজয় লৌনসি লাবপনি থবায় মঙবদি পামদে খুমলক্লে। গঙ্গারামগী অচম্বা বাঙাংহু তাবদা নাওলসিং মোমোন নোক্লগা নংনো পাম্বহু ঐস্থ য়ারে। ঙকশমদা ফি য়েৎনরগা ফিদোন ককনসি হান্না ককপা তান্নসি, মহুদা জয় পরাজয় লৌনসি হায়রক্লবদা গঙ্গারামস্থ য়ারে। অহুম্না বারেপ-নম্নবদা নাওলসিংনা ফৈজোম পুনবুম তাখৎলগা মংক্তা ফি য়েৎহুনা মথবাক্তা ফিনা থাদরগা সনা নাক্তা চংলক্লে। গঙ্গারামস্থ মকি চেক-শিন্না শেংলে মঙকশমদা ফি য়েৎহুনা ফিনা মথবাক্তা থাদরগা থাঙ পায়হুনা চঙলক্লে। মখোয় অনি মায়োক্লনা লেপমিন্নহুনা নিংথৌ খুরুম্লগা থাঙ হাইনরে। থাঙগী থাঙলোন শুনা খংলবা থেঙ্গৌরোল মখল স্থনা হৈরবা নাওলসিংনা নোংথাং কুপ্পগুম হাইরবপা খুৎলৈ থুনা য়াল্লকপদা শরিৎ শরাৎ হৈরবা শায়াম থেংনরক্লবা গঙ্গারাম হেনজিনবদি লায়রহুনা লাম্বা পাবা বারে থাঙ হাইনা হাইনা জ্ঞান মাঙলক্লে, খোঙফম কায়রক্লে। গঙ্গারামগী অশোয়বহু উরকপদা নাওল-সিংনা থাঙহাই হেম্নাকুংশিল্লক্লনা খোঙফম হুরগা গঙ্গারামগী মখুৎতা পায়রিবা থাঙহু য়ৈথরগা থুনা বাঙনা চোংশিল্লগা মঙকশমদা য়েংলিবা মথবাক্তা তারিবা ফিগী ফিনা কক্লনা লৈপাক্তা থাদরে। মহু উবদা কুম্মৈ য়েংলিবা মীয়াম্না নাওলসিংনা জয় ওইরে হায়না লাউরক্লে। মাপল কাবা মী উশিৎতবা গঙ্গারাম করিস্থ তৌবা খেমদনা চপ লেপ-হুনা লৈরে। নাওলসিংনা থাঙ থম্লগা গঙ্গারামগা হমুক গন্দাগা

হাইনবদগী মহাক্না লাকচরে, গঙ্গারাম মায়থীবা ফংলে। নাওলসিংনা চওশিন্নরগা গঙ্গারামদা তুগী পাম্বরা হংবদা ইকায়বদগী গঙ্গারাম মরু লুক্লনা লৈখে, পাউথুম পীবা ঙমদ্রে। চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজ পেল্লহুনা ফমফমদগী হৌগংলকুগা মনাই নাওলসিংবু মীয়াম মমাঙদা চেৎনা কোনবিহুনা অথৌবা নহাক্না ঙসি জয় লৌবসি নিংথৌ ঐগী মায় পাকপনি, মৈতৈ পুম্নমক্কী মুংঙাইবনি হায়হুনা মতিক চাবা মনা মখুম পীখি।

মৈতৈ লৈবাক্কী পোলিটিকেল এজেন্ট ডাক্তর ব্রাউননা ইং কুমজা ১৮৭৬ আগষ্ট ১৮ দা শিরবদা সার জেমস জোনষ্টোন সাহেবনা মহুৎ শিন্দূনা পোলিটিকেল এজেন্ট ওইরে। মহাক্না মহারাজগা তান্নরগা ঈপাউ চিঠি থাদোক থাজিন্দা খুদোং চানবা মতম চাবা য়েংলগা ডাকঘর লিংখৎলমী। মৈতৈ মচানা লাইরিক লাইগু তম্বদা খুদোং চানবগীদমক্তা মাগী মমিংদা স্কূল অমা লিংখৎলমী। মসিনা মৈতৈ লৈবাক্তা ইংরেজি তম্নবা লিংখংপা। স্কূলশিংগী মনুংদা অহানবনি, হৌজিক্তা স্কূল অসি জোনষ্টোন হায়রার সেকেন্দরী স্কুল হায়না খংনরি। মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তিদি ধর্ম্মদা পুক্নিং চংবা মপুকনিং চেৎনা লাই নিংজবা নিংথৌনি। মহাক থক্তা দুর্গাগী মূর্ত্তি শারগা পুজা তৌই। মুমিং দাংদা হি থাবক লাক্লগা হিদা দুর্গা তোংহন্দুনা নৌকা লিলা শাক্লে। মতুদা নোংমৈ তোপ মৈকাপ্পীনচিংবা কাপ্লি। হরাও কুম্মৈ লিলা লোইরগা দুর্গা ঈশিংদা থাদখি। মহাক থক্তা ময়াং লৈবাক্তগী গৌরাঙ্গ মহাপ্রভু পুথোরকুনা লাংপা হৌখি। বৃন্দাবন্দগী মহাভারত পুথোরক্লুনা মহাভারতকী বারী লীবা হৌখি। মতোল ইবুঙো নরসিংহ মহারাজনা শাহুনা চংনহম্বা শেল অহূ শিকমল্লি হায়হুনা মপাবুং গম্ভীরসিংহগী হাক্তক্তা শারম্বা শেলগা চাউবা মান্নবা শারগা চংনহল্লি। মহাকথক্তা জিলা চঙবগী পুয়া, শঙ্গাই ফম্মাং অমসুং অরা ঙম্বান-চিংবা পুয়া কয়া ইহল্লমী। মহাক থক্তা লমহেনবা মুপা মুপীবু মরালগী মতুংইন্না মতিক চাবা দণ্ডি পী। মরা লৈবা মুপীদা লান্নবা

শাগে ঙ্গাং তিন্নদবা নুপা নুপী লৌনা লৈনববু মরালগী মতিক য়েংদুনা নুপীবুনা কৈথেম্দা পুখোক্লগ্ল লৌদুনা থুঙ্গোয়নৈ, নুপাবুনা লোইখাই। মহাক থক্তা কৈগামপাংকী মথক কাংডবম লৈকায়দা লৈবা শাগোলশেম চাউবা কৌবা ফুরিংতুবা য়াম্না হৈবা নুপা অমা লৈরম্মী। মমল য়াম্লবা রেশমনচিংবা ফিনা মহারাজ অমদি অঙম অথৌশিংগী লিংনবা ফুরিং মানা তুই। মোংমদি চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী মমল য়ামবা রেশম ফুরিং শাইজোনবা তুবদা মচানুপীগী রেশমগী শেঙ্গাও তুনবা মচেৎ লৌথোক্লবদগী ফুরিংতু থরা কৌরদুনা মহারাজগী পুক্লিংদা রারে খি। শগোলশেম চাউবগী মচানুপী মশক মতৌ ফজবী থম্বাল কৌবী লৈশাবী অদুগা বড় সাহেব ( পোলিটিকেল এজেন্ট ) কী বঙ্গালদা থবক তৌবা ওসমান চাউবা কৌবা পাগল পাখং অমগা মোংমা নম্বুল তুরেন্দা ঈরুজবদগী থেংনদুনা নুংশিনবগী পাউ অদু সনা নাকোং য়ৌরবদা নিংথৌনা থম্বালগী মপা চাউবা কৌরগা নচানুপী রারকউ, নত্রবদি নহাক ওসিদগী নিংথৌ অমদি অঙম অথৌশিংগী ফুরিং তুবা য়ারোই খিংলম্মী। চাউবনা মচানুপী থম্বালদা থেমদুনা চৈদুনা রারকপদা য়াদদুনা ওসমান চাউবদা লোম্না চেনখি। মহারাজনা থম্বালবু পাগল ওনহনখি, মপা চাউববুনা মচানুপী রারকপা ওমদবগী লিলোং রাংমা পাগল খুমক রাইরোকপমগী ইংখোলদা লৈহনখি। মদুদগী চহী অনি-রোম লৈরগা কোনোক থিঙ্গেলদা লৈবা কোনোক লৈশাবী মইনু পেমচাগা তেথাউ বামোনগী মগুনুপা চাউবগা নুংশিনরম্মী। মোংমাইজিং চীংদা বারুণী কাবদা মহাদেবদা মখোয় তনিনা লোনা লৈনগে হায়না বর নীরগা হৈরাং লোনচংনা তাউজিং লোনহাইনখি। নিংথৌগী লালুপ কারিবা তেথাও বামোনা কোনোক লৈশাবী লৈবা য়াদে হায়না শাগৈগী অহল লমনশিংনা চাউববু বল্লা থিংখিবদগী মখোয় অনি উনবা ফংনখিদে। মমৈথংদা লৈকায়গী মীনোক মীশা রিবদগী লাইবকথীবী গর্ভ পুরবী মইনু পেমচা নীংবা কায়দুনা মতোমদা

থৌরি য়াম্লূনা শিজখি। রাথোক অদুদগী ময়াল লৈরবা ব্যমেন চাউববু গারোৎ লোয়শঙদা য়োংহ্লিং চন্লূনা থমখি। ধর্ম্মদা পুক্লিং চঙবা ঈশ্বর নীংবা মহাকন্থুগা নিংথৌ অতোংবনি। শ্রীমতি রাধা কৃষ্ণ ইবুঙো ইবেম্মা অনিগী মুত্তি শারগা জীবন্যাস তৌদুনা নিংথৌখোংদা লৈবা কালারাজদা লাংলু হায়না থিনখি। লৈবাক্কী রায়েল বিচার-দস্তু ইচা মীচা য়েংলৈ মেলৈ নাইদনা অচুম্বা চংপা নিংথৌনি। নোংমা নিংথো খোংজা মেঞ্জরনা চজিংদা কীর্তিগী ঈশৈ হনগরবগী ঈশৈ শকপা চৎপদা দোলাই তোংলগা বজাই বেঙ্গল খোংদুনা চৈংপা মথাদা চৎপদা মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তিবু পোকপী মমা সিজা থুম্নদনি মহারাণীগী মপাম মাইস্নাম লুরাং নিংথৌগী লোম্পোং মাপাদা দোলাই তোংলগা বজাই খোংদুনা চংপা য়াদে কুমথরগা চংবদবনি হায়দুনা নিংথৌ খোংজা মেঞ্জরগা নিংাই তেৌনরে। দোলাইদগী কুমথরগা খোঙনা লাম্হোক্লুনা চংলু য়াদবদগী দোলাইদগী চিংথরগা মেঞ্জরবু ফুবা অমদি মাগী দোলাইবু থুদেক্রবদা নিংথৌ খোংজা মেঞ্জরনা চৈফম উৎতুনা মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তিদা রাকংলমী। মচা মনাইবু লুনা তৌবদগী মাগী মমা পোকপা মমা লুরাং নিংথৌগী শাগৈ নাতে মেঞ্জরবু ফুবদা য়াওবা মীওইশিং অদু চৈরাম্বা কে খংলগা মীয়ামগী মম দো ফুদুনা রারকখি। শা-লান্দস্তু মপান্নল মথৌনা লৈবা লানওং খংনা লাম্হোং-নবনা মহাক থক্তা শোক্লখিবা লানফম পূমক মায় পাকপা তমখি।

জীলা দরবারগী মতুংদগীদি নিংথৌ অমদি বৃটিশকা মরুপ মপাং ওইবগী মরী অদু হান্নদগী অমুক্কা হেন্না চেৎশিনখি। চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজনা লান্দা বৃটিশকীদমক্তা পাংখিবা মতেঙশিং অদুগী তৌবি-মল খঙবা উৎপা ওইনা মমল য়াম্বা সনা খুদোপ অমা ময়া য়ায়া পানবা ফজরবা থাও অমা লুপাগী তকমান অমা বৃটিশকী মহারাণী ভিক্টোরিয়াগী ফোটো অমগা নোংমৈ ১০০ গা চিটিগা লোয়ননা ভাইসরোইনা মহারাজদা খুদোল ওইনা পীরকই। অদুগী মতুং চহী

খরা লৈরগা চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজনা বৃটিশকী অৱাবা তারবা থৌদোক কয়ামরুমদা মতেঙ পাংথিখিবর্দমক্তা বৃটিশ সরকারনা পোঃহুনা অসামগী চিফ কমিশনর সার ষ্টুৱার্ট বেলি মশামক লাক্লুনা নিংথৌ অমদি অঙম অথৌ ময়ামগা পুম্না দরবার ফম্মিন্নরগা খৃষ্টাব্দ ১৮৮০ গী ফেব্রুৱারী থাদা কে: সি: এস: আই: হায়বা মিংথোল অসি চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজদা পীহুনা বৃটিশ সরকারনা থোইদোকনা ইকায়খুম্নখি।

মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তিবু কংলা ফম্বালদগী থাংথনবা লৈবাক মনুংদা হৌরকপা লানশিংগী মনুংদা খৃষ্টাব্দ ১৮৮১ ইঙা থাশিরমদাই (জুন তাং ২৩) দা ইরেংবা খুন্দাংবা কৈবা মশামক্না মহাক অরিবা নিংথৌগী সনা ঈনি খনজবা নিঙেল খুমখোংদা থবক তৌবা হুপা অসিনা হৌরকপা লান্না অরোইবা লানকমনি। য়াইরিপোক্তা লৈবা বামূণ অমগী মমঙদা ইরেংবা খুন্দাংবনা মৈতৈ লৈবাক্কী নিংথৌ ওইরম্মী অহুনা মহাক্না শোয়দনা নিংথৌ ওইরগনি হায়বা মঙগী পাউহু তাবদা হরাওমনগ্রহুনা ইরেংবা খুন্দাংবা মশানা মহাক মৈতৈ লৈবাক্কী নিংথৌ ওইরে হায়না লাউথোক্লম্মী। মহাক্না নিংথৌ ওইরগদবনিনা মঙপাউ পীবা বামূণ অহু মহাক্কী পুজারি মকোক হাপলে। মহাক্না পোকপা মজাইবুঙোবু যুবরাজ, মনাও নুপাদনা সেনাপতি, ইরেংবা শিংহুবা অহনবু ৱাংথৈলাকপা, ইরেংবা মাইচোনবু খুরাইলাকপা, ইরেংবা শিংহুবা নহাদনা খ্বাইলাকপা, ইরেংবা শঙ্গাইবুনা য়াইস্কুললাকপা, অন্দ্রোগী চিংঙাখম জেটতুবু মন্ত্রি, তোইজাম্বাবুনা পুত্রম্বা, শিংখোংগী নোংথোনবা হঞ্জবদনা নোংথোনবা, অন্দ্রোগী লাইশাংববুনা খাবমলাকপা, চিংও খম্ববুনা পণ্ডিত অচৌবা, কবেদগী শাইদাংলকপা উশম মচাদনা সেনা নায়ক হাপ্লে। চন্দ্রখোংগী শোরোখাইবা হিদং, নিঙেলগী খোংবানতবা হিদং, নিঙেলগী য়েংখোইবা অমদি ৱারেঙ্গম থম্বাল মখোয় মরিহুনা মেঙ্গর মরি হাপলে। লৈরোংথেলগী খুমখাইবম মাইবীহুনা মাইবী হঞ্জবী

তাপলে। নিংগেল, চন্দ্রখোং, অম্লো অমদি নোংমাইজিং চীংখোংগী অকোয়বদা থুন্দাবা থুলগী নুপাশিংবু খোম্ল। চাক থাওহুন্না লানগী শিন্নরগা কংলাদা লোই। লম্ফারক্রে। লানগী প উ ত সি ফংবগা চন্দ্রকীর্তি মহারাজনা শৌরাইজম মেঙ্গর, মৈস্নাম মেঙ্গর, শৌবা অঙোন্দারনা লুচিংবা সিপাই ২০০ থাতুনা লানহৌবা কাংবুশিং অহু লমথাংদা থংকুনা নমথরম্মী। লানফম অদুদা লানহৌবশিংনা শিজিন্নবা শিরুং তেল, থাংতা, নোংমৈ তরেংখকস্তু ফারম্মী। ইরেংবা খুন্দাংবা মশাক মক অমদি মানা হাম্না খুলগী অমে অথৌ ফন্নাইবা ১৭সু ফারগা অতোপ অতোপ্পা মফমদা পুহুনা হাংলগা নুংশাদা ফৌহুনা মীয়ামদা থওহল্লি। লানফা মাপলনা চন্দ্রখোং অমসুং নিংগেল থুমখোংদা লোই থাখি। নিংথৌ শেল্লগী লান্দা লানফাশিংবু অকনবা দণ্ড ওইনা হাংলগা নুংশাদা ফৌহুনা মীয়ামদা থওহনবা অসিগী মতুংদদি চন্দ্রকীর্তিকী মথক্তা কনাগুম্বা অমত্তনা ফম্বাল মুনবগী লান হৌরকখিদ্রে।

মৈতৈগী চংনবী হরাওকৃমৈবু য়োকথংপা শান্ন-খোংনবদা পুক্রিং থৌগংপা নিংথৌনি। মহাক্না সাহেবশিংবু শগোল কাংজৈ শান্নবা তম্বিহুনা পোলিটিকেল এজেন্ট সার জেমস জোনষ্টোন সাহেব মশামক কলিকাতাদা শগোল কাংজৈ শানবা চংলুই। খৃষ্টাব্দ ১৮৮২ পোইসু ৬নি পানবা থাংজদা চোংথ ম মুহোদর তোপ মেঙ্গরনা লুচিংবা মৈতৈ কাংজৈরোইশিংনা কছার জিলাদা সাহেবশিংগা শগোল কাংজৈ শান্নবা চংলুবহু মৈতৈনা থোইহুনা হাকপাদমক্তা চন্দ্রকীর্তি মহারাজনা মনা মতুম পীবিহুনা শান্নরোইশিংবু মপুক্রিং থৌগংশিখি। মহারাজ চন্দ্রকীর্তি-না পোইরৈ মৈতৈ লৈবাকপু য়েক্লবগী মথুংতগী কন্দুনা লৈরাক মরা তপ্না চাকহোং শাহোংনা চহী ৩৬ নিংথৌ ওইহুনা পাহুম্লগা মশাগী চহী ৫৫ শুরকপা খৃষ্টাব্দ ১৮৮৬ কালেন ১৭ নি পানবা ( মে তাং ২০ ) শগোলশেল নুমিংতা ঈশ্বরগী খুয়া তানখি।

চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী ইবেম্মা রাণী তরুক্কা মজাইবুঙো তরা মচাইবেম্মা অনি পোক্লম্মী।

১। অঙোম চনু লোকেশ্বরীনা সুরচন্দ্র, থম্বৌসনা (কেশ্বরজিৎ) পাকাসনা, গোপালসনা পোকই।

২। চোংথাম চনু লোকেশ্বরীনা কুলচন্দ্র, গন্ধারসিং পোকই।

৩। চোংথাম চনু কৌশেশ্বরীনা টিকেন্দ্রজিৎ পোকই।

৪। ওইনাম চনু থৌরাণীনা ফৈজাওবা (ঝলকীর্ত্তি) পোকই, মশাগী চহী ৩০ শুবদা নোঙ্গাখি।

৫। হাওবম চনু রূপবতীনা অঙৌসনা পোকই।

৬। আকোইজম চনু খণ্ডালেখীনা জিলাঙম্বা পোকই। মজাইবেম্মা অনিনা সনাতে মী অমসুং বাঙ্গোন সনানি।

## শুরচন্দ্র (খৃঃ ১৮৮৬-১৮৯০)

১৮৫২ ইঙা ২২ নি পানবা (জুন তারিখ ৮) য়ুমশকৈশা মুমিংতা পোকপা মজাইবুঙো শুরচন্দ্র যুবরাজনা মশাগী চহী ৩৫ শুবা চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজনা নোঙ্গাখিবা খৃষ্টাব্দ ১৮৮৬ কালেন ১৭ নি পানবা শগোল-শেল মুমিং অসিমক্তদা মপাবুংগী মচুং শিন্দুনা মৈতৈ লৈবাক্কী নিংথৌ ওইখি। ঙাংবম চনু প্রেমময়ীবু মহারাণী হাপখি। মহারাজ অমসুং মহারাণীগী ফম্বাল মিংলেন্দি মৈদিংগু কোবা চীংলেন লাম্বুবা অমসুং মৈতৈ লৈমা থয়োইরোন কোবা লৈশংখোম্বী মিংথোন্দুনা কংলা ফম্বাল লাংখি। মনাও ইবুঙো কুলচন্দ্রবু যুবরাজ অমসুং মনাও ইবুঙো ফৈজাওবা (ঝলকীর্ত্তি) বু সেনাপতি হাপখি। সুরচন্দ্রনা নিংথৌ ওইবগী চরাংনবা মুমিংতা নরসিংহ মহারাজনা পোকপা মভোল ইবুঙো সনা বোরাচাউবা য়াইস্কুল লাকপদি সনা কোন্নুংদগী লোন্না চেনখি।

মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তিনা অঙোম চনু লোকেশ্বরী পান্নদুনা খৃষ্টাব্দ

চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজ হাক্তক্তগী নিংথৌ ওইনিংবনা খোয়রাংদুনা লৈরবা সনা বোয়াচাউবনা মনাও ইবুঙো মেগজিনসিংহ, পাউনম নাওলসিংহ (ব্রজবাসী) অমসুং চোংথা মিয়া তহুমবু মমুমদা কেরগা সুরচন্দ্র-গীমথক্তা লান্দানবা লোয়া রা তান্নরম্মী। বোরাচাউবা ঐনা করিগুম্বা মৈতৈ লৈবাক্কী নিংথৌ ওইরবদি ইনও ইবুঙো মেংজিনসিংহনা যুবরাজ, নাওলসিংহনা সেনাপতি, চোংথা মিয়ানা মেঙ্গর ওইবিদুনা লৈবাক্কী রায়েল থৌদাদা অহুম্না তাম্নরগা পুবিয়ু, ঐদি ইমিংদা ওইনা নিংথৌ ওইজগে হায়রক্লে। তস্থুম্না তাম্নরগা সুমিং তদুগী তহাংদা লানমী ২০০ পুরগা কোম্নুংগী নোংচুপ খোংদা লান চংলক্লে। সুমিং অসি থাঙ্গাল মেঙ্গরগী মপুক্লিংদা চিংনবা তমা লৈদুনা মমুমদা হন্দনা কোম্নুংদা য়ারেক্তুনা অহীং তুমদনা লৈবনা সনা বোরাচাউবনা লুচিংবা লানমনা লান্দারকপতু তারে। লৌশিং চাউবা থাঙ্গালনা কনাদসু তারুমদনা শ্রীগোবিন্দগী মন্দির তাম্না চংবিদুনা লাইমাংদা দণ্ডবৎ তানা খুরুম্নগা ননাইগী ইরাল ঙাকপিয়ু, তস্থুক্কী শিঙ্গার মতম ওইদ্রবসু লৈবাক নিংথৌগী য়েংদুনা শরিক খিংজগে হায়জরম্নগা থাঙ্গাল মখুং-মক্তা শিঙ্গারগী শরিক মখোল কায়দনা খিংলক্লে। শরিক্কী মখোল তারদা ভুম্বা মীসু মিকপ থোক্লরক্লে। নোংচুপকী খোঙ লানশিল-লক্তুনা কোম্নুং চংলমদাইদা সনা বোরাচাউবনা নাওলসিংহদা নোংঙাক্লে শ্রীগোবিন্দগী শিঙ্গার শরিক খিংলক্লে, লানমায় ওলসি হায়রকলে। নাওলসিংহনা সনাথ্না ইবুঙো নোং ঙাক্তি খোংজেমমুবী য়েংবিয়ু, শজিক মশোং কারক্তি থাঙ্গালগী খুজিল থৌরাং ওইরমগনি লেপ্তনা লান তকশিনসি, কোম্নুং পায়নবা তৌসি হায়রকপতু মরাইবক্তা নিংথৌ ওইমু তমদ্রবা সনা বোরাচাউবতু সুমিংতুনা নাওলসিংহগী রাহু য়ানিং-লমদে। ইপা ইপুগী মায় ঙাকসি, লান হল্লসি হায়না তোয়না তোয়না হায়রক্লবদা লানজিং থাদুনা মথম্নায় খুবাক্তা হাপ্তুনা লান থেনরিবা নাওলসিংহ য়েংখোইবা অনিহু শাউনিংবনা খম থেংদুনা লান লেপলগা

লাননিং হন্দুনা চেল্লে। সনা বোরাচাউবনা লান হন্দুনা চেনগ্রবদা থাঙ্গালনা গুরচন্দ্র মহারাজ, কুলচন্দ্র, টিকেন্দ্রজিৎনচিংবা মনাও ময়াম হৌদোক্লগা সনা বোরাচাউবনা নোংচুপ থোংদা লান্দারকপা মহাক্না গোবিন্দগী শিঙ্গারগী শরিক খিংবদা নোং ভাল্লে থন্দুনা লান হনখিবা পাউহু তাবদা গুরচন্দ্র মহারাজ হরাওমনপ্রতুনা থাঙ্গাল মেজরবু কোল্লগা ইপু নহাক্না নহুগী থন্নায় কনবিগে, মৈতৈ লৈবাকপু য়েক্কবগী মথুন্তগী ঙাকথোকপিরে হায়না থাগৎখি। নেংঙাল্লগা লান তানসি থন্নবতুনা টিকেন্দ্রজিৎনা মনাও দিনচন্দ্র, নিলমনি অয়াপুরেনগা লানমী ৫০ পুতুনা লান তাল্লকপদা লাননিং হন্দুনা নোংচুপ পাংনা লানমী থরগা চেন-খিবা চোংথা মিয়াগা য়াঙরোদা থেংনতুনা কাপনবদা চোংথা মিয়া মায়থীতুনা চেনখি। থুরাইরাকপা পলদা অমুক কাপ্পবদা টিকেন্দ্রজিৎকী লানমীনা থুনক চঙতুনা কোয়শিন্নগা পুথ্রনবা তংকো, চোংথা মিয়া, ইংগুতুম্বা শ্যামমনিক অহুমগা লানমী ১০ ফাতুনা কোন্থংদা পুরকই। বোরাচাউবা অমদি মনাওশিং মাগা লোয়নবা পুম্নমক মৈতৈ লৈবাক থাদোক্তুনা কছার তান্না চেনখি। মথেয়না জিরি ঘাট লাম্থোক্লগা ফুল্লরতোল তান্না চংপদা কছারগী পুলিসনা বোরাচাউবা মেগজিনসিংহ ফাতুনা ঢাকা জেলদা মতম থরা থম্মা থাদোকখি। নিংথৌনা লান্দা শিখিবা মীশিংদা লুপা ৩০/৩০ অতুগা শোক্তবা মীদনা লুপা ১০/১০ পীবিখি। সুরচন্দ্রনা নিংথৌ ওইবা হুমিৎতা মনাও ইবুঙো ঋলকীর্ত্তি (ফৈজাওবা) বু সেনাপতি হাপ্পতু থা অমা মপুং ফাত্রিডেদা শিরবদা টিকেন্দ্রজিৎপু সেনাপতি হাপলম্মী। থঙৌসনা (কিশোরজিৎ) বু শামু হঙবা, পাকাসনাবু শাগোল হঙবা গোপালসনাবু দোলাই-রোই হঙবা, অঙৌসনাবু ফুঙ্গনাই শঙলাকপা, জিলাঙম্ববুনা নিংথৌগী নাক্তা লৈতুনা লোয়শঙ ময়াম পুহন্দুনা মচিল মনাওশিংগা তাথোক তাশিন তৌতুনা লৈবাক মরা ভংবা ভাক শেনহুনা পানমিন্নরে। কুলচন্দ্র যুবরাজগা পোকমিন্নবা মনাও অঙোম্বা গন্ধারসিংদি নহা ওইমল্লি থন্দুনা ফম পীরমদে।

লান্দা মায়থীহুনা চেংবসু কছার হেক য়ৌবগা বোরাচাউবগী মপুক্লিংদা নীংহুন্নবা লৈত্তনা লানগী তেঙ্গোল তমা শেমগৎতুনা চংলিবা চহীহুগী মেরা থা পানখৎলকপদা চোংথা মিয়া, পাউনম নাওলসিংহ (ব্রজবাসী) অমসুং মনাওশিংগা লোয়নন্না মৈতৈ লৈবাক্তা অমুক হন্না লান্দারক্লে। মখোয়না তমপাক হেক তারকপগা মায়কৈ অহুমদগী সনা কোন্নুং তম্না লান্দানবা অনৌবা লানওং শিন্নরে। বোরাচাউবা মশানা লুচিংলগা য়ৌয়াংতেক্লোমদগী চঙশিল্লক্লে। পাউনম নাওলসিংহনা লুচিংবা লানমীনা ইরোইশেম্বা তম্না চংশিল্লক্লে। চোংথা মিয়ানা লুচিংবা লানমীনা মোইরাং হন্নুবা লেমদগী চঙশিল্লক্লে। অহুম্না মায়কৈ অহুমদগী লানজংলকপা লানগী পাউ অদু মেরা থাগী ৭ নি পানবা নিংথৌকাবা শুম্বিংতা সনা কোন্নুংদা তাবগা নোংমৈ মঙারক কাপ্পুনা লৈবাক্কী অকল অথৌ ফয়াইবা পূয়মক কৌখৎলগা ইরুংবা মেঙ্গর, শংখুবা পোইলা অনিনা লুচিংবা মৈতৈ লানমীনা য়ৌয়াংতেক লোমদা লান্দা রকপা বোরাচাউবগা অকনবা লান থেংনবদা বোরাচাউবগী লানমীশিংহু মায়োক্লবা ঙমদহুনা শমজি খায়তুনা চেনখ্রবদা মথরায় মাংনিংদবদগী বোরাচাউবা মশাদি নাওলসিংহনা লানজংলিবা ইরোইশেম্বা তান্না চেনখ্রে, মাগী লানমী ৩০ দি লান্দা কাহৌরে। চোংথা মিয়াসু লান্দা মায়থীরে। টিকেন্দ্রজিৎ সেনাপতিনা লুচিংবা লানমী তেঙ্গোল অচৌবনা ইরোইশেম্বা লোমদা লান্দারক্লিবা পাউনম নাওলসিংহগা অকনবা লান থেংনবদা সনা বোরাচাউবদি খুলেম শাজৌ কৈরুংবনা ফারে। বোরা-চাউবগী মনাওহুপা নিংথেমমচা ৯০ বামেন ৫০ লানমী ১১৩ নোংমৈ ৩৩ সু কারে, পাউনম নাওলসিংহদি মকম মরাং খঙদনা মাঙখ্রে। লান লোইরবদা সনা বোরাচাউবা অমদি মনাও নিংথেমমচা ৪ গা লোয়নন্না সাহেবতা শিন্নহুনা কছারদা পুশিনখি, লানগী বন্দি ওইনা জেলদা থমখি। বোরাচাউবগী লান্দা য়াওবা নিংথেমচা সনাতোম্বীবু শগোলমাংদা কবুই ঙম্বগী মচাবুনা ককচিং খুনৌদা, মন্ত্রি হন্নুবগী মচানা কমেংদা

বামোন ৫ না তুমি.দা অমা, থাঙ্গাদা অমা, ফৌগাকচাওদা অমা, ব্রাংঙ্দা অমা ককচিংখুনৌদা অমা থাখি। ব্রাংঙ্দা থাখিবা বামোন বাপুমচাদি ব্রাংঙ্ নহারুপ পানাদা খুলগী পুরোহিত ওইদুনা লৈখি। মহাক্কী মচা ম ? হৌজিক ফাওবা ব্রাংঙ্দা লৈরি।

ইরোইশেম্বগী লানফমদা মাঙখিবা পাউনম নাওলসিংহ নম্বোল লোমদা লৈরে পাউ তাবদা থাঙ্গাল মেঞ্জরনা সিফাই ১০ খক্তা পুরগা লান তাম্লকপনা নম্বোল য়েরমদাইদা সোরোক্কী নাকলদা হৌবা হৈবী পাম্বীগী মখোঙদা মতমপাক্তা নোংমৈ থমলগা নীংবা কায়দুনা মতোমদা ফমদুনা লৈরিবা নাওলসিংহগা খেংনরে। থাঙ্গাল লাকপা উবদা নাওলসিংহনা নোংমৈ পায়রগা হৌগৎলক্লে। থাঙ্গালনা সিফাই-শিংগী মমাঙ থারগা লেপ্তুনা চঙশিল্লকপদু উবদা নাওলসিংহনা মখুত্তা পায়রিবা নোংমৈনা থাঙ্গালগী মথবাক তম্না কাপলকই। নোংমৈ গুলিনা মথবাক্তা পাল্লবসু মশাদা গুলি চঙহন্দবা ওম্বা থাঙ্গালনা মথুৎ থাঙ্গৎলগা লাউরকই—'হায় মৈতৈমচা! ইলৈবাক মচাগী লানদা নোংমৈবু অদুম্না কাপ্পা হৌনব্রা? থাঙ্গালগী রাদু তারগা নাওলসিংহনা "হায় মৈতৈ মচা ইলৈবাক মচাগী লানবু অদুম্না তানবা হৌনব্রা খুম্লকই থাঙ্গালনা নিংহন্নদনা খোঙফম অমা মাঙদা হেক থাংজিনবগা নাওলসিংনা নোংমৈ অমুক কাপলক্লুনা হান্না পানখিবা মফম অদুদা ইকায় কায়দনা নোংমৈ গুলিনা পাম্লে। মন্ত্রগী শক্তিনা মশাদা গুলি চঙদ্রবসু থাঙ্গাল চৈনাখোলদি ফাওবনিনা মখোঙ অমুক হন্না থাংজিনবা কিরে। মহাক্না চঙশিনবা খোঙথাং খুদিংগী নাওলসিংহনা লেপ্পা লৈতনা নোংমৈ কাপকদৌরি খঙলদুনা লৌশিং শিংলবা থাঙ্গালনা লৌনম লাং থাক্লুনা নাওলসিংহবু খেম্লগা সনা নাক তাম্না পুগে খল্লকলে। থাঙ্গালনা মখুৎতা পায়রিবা নোংমৈদু মাগা লোয়নরিবা সিফাইশিংদা পীরম্লগা মতোমদা নাওলসিংহগী মনাক্তা চঙশিল্লক্লুনা লেপ্পলরে। থাঙ্গালন নাওলসিংহা য়েংলগা মেংলবা ব্রাহৈনা হায়রকই। মৈতৈ অথৌবা নহাক্না ঐবু

শাউরিবা করিগীনো? ঐদি নংবু ফাবা লাকপা নক্কে। চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী হাক্তক্তগী মতম কুইনা লোইশঙ অমদা লৈমিন্নরক্লবা মরু-পনি খন্দুনা নঙগা রারী শারগা শানদাইনগে লাকপনি। নত্রবদি মতিক চাবা মেঙ্গরশিংগা লনমী ময়াম পুরক্পগা নঙবু ঙসাইনা ফাবা য়ারবনি। তিন্নরুবা মরুপ মপাংগী রাবু হিকত্তোকপা ওমদহুনা নহাক্না সনা বোরাচাউবগী লান পাংলুবনি ঐদি হন্না খঙই। ওহুনা নহাক-কুম্বা নতিক নথৌনা লৈরবা অমা মাঙখিবদ নিংথৌগী মপাঙ্গল ময়েং তাবনি। মৈতৈ লৈবাকী মাঙজবনি। নহাকী নরাল অসি শুরচন্দ্র মহারাজদা থাঙ্গাল ঐনা হায়জুহুনা কোকহল্লগা মেঙ্গর হাপ্পুনা ঐখোয় অনিনা নিংথৌগী য়েংথাঙ ওইথাঙ ওইহুনা য়েক্রবা য়াম্বা মৈতৈ লৈবা-কপু ঙাকমিন্নগে খন্দুনা ঐনা নঙবু কৌবা লাকপনি। অসুম্মা রাঙাং হৈবা থাঙ্গালনা নাওলসিংহবু থাজনবা রাশকশিন্নহুনা থেল্লগা সনা কোম্মুং তান্না পুরক্লুনা শুরচন্দ্র মহারাজদা কংলে। শুরচন্দ্রনা নাওল-সিংহবু মতম খরা কোন্নুংদা থম্লগা মমৈথংদা বোরাচাউবগা লোয়ননা কৈস্তমশঙদা থমখি।

মতম অসিদা লাবন্যচন্দ্র মহারাজকী মজাইবুঙো কৈফাসনাগী মজাইবুঙো শাজোবনা ঙাংবম চনু উদ্দেশ্বরী পানহুনা দিনচন্দ্র মাই-পাকসনা মচানুপা অনি পোকই। মহারাজ সুরচন্দ্রনা দিনচন্দ্রবু রাংখৈ-লাকপা হাপ্পি। দিনচন্দ্র রাংখৈলাকপগী হৈশিংবা খুজিল থৌরাং কবচু উবদা সুরচন্দ্র মহারাজনা মঙোন্দা লৈবাকী তক্ত তক্লবা থবক থৌদা কয়া শিন্নহুনা মানা মনীং মথা তন্নকপা অতু উবদা থাঙ্গাল মেঙ্গর মথরায় শোক্না য়ানিংলমদে। মচিল মনাও খুৎকল পাঙ্গনবা মতিক মথৌনা লৈবদা নত্তনা হৈশিংবা দিনচন্দ্র রাংখৈলাকপনা সনা নাক্তা লেঙদনা লৈরবদি নিংথৌ মচা মশেলননা অমত্তা ওইহুনা নোংমা নোংমগী মাবু মীরাইরকপদা নত্তনা মাগী মবা মপাউ লৌবিরক্লরোই খল্লহুনা করম তৌরগা দিনচন্দ্র রাংখৈলাকপবু সনা কোম্নুংদগী তাম্মোক্লবা

থাঙ্গাল রাখল তৌরক্লে। মপাবুং চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজনা পামজনা ফাল্লম্বা মমল য়াম্লবা সনা পুংফাল সনরুপ্পা তোংজৈ অহু শুরচন্দ্রনা শীজিন্নরম্মী। নোংম্মা থাঙ্গালনা মীরক নারক য়েংলগা কনাম্ব খংহন্দনা সনরুপ্পা তোংজৈ লোংশিল্লে। মহারাজ শুরচন্দ্রনা তম্মুক্কী লুক হারং। মাঙ্গোন্দা ফমহুনা খুদোং কানগে তৌবদা সনরুপ্পা তোংজৈ খিবা ফংদ্রে। নিংথৌনা শাউহুনা মনাইশিংবু চৈরক্লবদা থাঙ্গালনা তারহুনা চঙশিল্লক্লগা হঙ্গৎলকই। ইনিংথৌগী মমল য়াম্লবা সনরুপ্পা খুদোং তোংজৈ ননাইশিংনা হুবা মতিক নত্তে। মসি হুগদবদি সনা কোম্লুংদা তোয়না চঙবা ইনিংথৌগা অমত্তা ওইনা শাগোম্লহুনা লৈবা সনরুপ্পা তোংজৈগী মগুণ খঙবা নয়াম্বং রাংখৈলাকপগুম্বা ননাই থাঙ্গাল ঐগুম্বা মনীং মথা তম্বা ফম্লাইবনা লৌদনা মীতোপ বনা লাক্লুনা হুরগদগে হঙ্গৎলবগা থাঙ্গালগী রাহু তাবদা শুরচন্দ্রগী মপুবনিংদা মায়াম্বং দিনচন্দ্র রাংখৈলাকপবু চিংনরে। শুরচন্দ্র মহারাজনা ময়াম্বং রাংখৈলাকপগী মমুমদা মনাই থাহুনা হৌজিবমক কোম্লুং কারক্তবা য়াদে হায়হুনা কৌহনখি। খৃষ্টাব্দ ১৮৮৭ লাংবন ২৫ নি পানবা নিংথৌকাবা নুমিৎ অসি দিনচন্দ্র রাংখৈলাকপগী মমুমদা শাগৈ নাতৈ মরুপ মপাং ময়াম খাত্তোন তৌরগা লাংবনগী তর্পন উৎসব কৎলমী। উৎসবকী চাকমাংদা শুরচন্দ্রগী মনাই লাক্লুনা সনাখ্বা ইবুঙো সনা য়াথং হৌজিবমক কোম্লুংদা লেংখিৎপিরক্তবা য়াদে হায়ররে। নিংথৌগী ঙাকনবা সনা য়াথং ঙহু তাবদা করম্বা শাবাউ লানবাউ ঙথুবা লৈরবনো থম্লহুনা রাংখৈলাকপা চংতবা য়াদহুনা কোম্লুং কারকলে। সনা কোম্লুং য়ৌরক্লবদা শুরচন্দ্রনা হরাও তরাম্না য়াম্বং ইবুঙো লেংশিনবিরকউ বৌ ত্রি। ঙসি ননাঙনা য়াম্বংবু কৌজবদি ঙাতৈ ঙমগী নত্তে, ইচিল ইনাও কমফম ঙমংদা ফমমিন্নরগা তরা লুকযম চামিন্নদবা দুইরে, চানিন্ননবা থৌরাঙ্গর হায়রকলে। শুরচন্দ্রগী রাহু তাবদা দিনচন্দ্র রাংখৈলকপনা ইনাও ইবুঙো সনা য়াথং তাবদা শাবাউ লানবাউ ঙথুবা দরি লৈরবনো

থংনিংহুনা লাকচবনি। তরা লুকফম চামিন্নবগী ওইববদি ওসি ল্ৰেবহ্
নাংমা ইচিল ইনাও চামিন্নসি। ওসিদি ইয়াম্বগী য়ুমদা তর্পন
উৎসব কংহৌরি, শাগৈ নাতৈ মরুপ মপাং ময়াম লাক্লুনা লৈহৌরে
ওঙ্গংলকলে। য়াম্বংনা তরা লুকফম চামিন্নসি য়াদ্রবনিনা মিকুপ অমতা
চিল ইনাও ফমমিন্নহুনা রারী শাখিসি হায়না ফকলেন মথক্তা য়েংকা
ওইগা ফমনিন্নরে। মতম অসিদা থাঙ্গালনা কোমুংগী চেকপল রাংমদা
দিনচন্দ্র রাংখৈলাকপা ফাগদবগী খোঙমী লানমী খরগা লোয়নরগা
লে মা থৌরাং তৌরিবহ্ রাংখৈলাকপনা লাপ্পা উবদা মপুকনিংদা
চিংনবা পোকলে। "য়াম্বং ইবুংঙো তাবিমু পাবুংখ না ফাল্লম্বা সনরুপ্পা
তোংজৈহ্ মফম খঙদনা মাঙথ্রে। ননাওনা খনজবদা অচম্বা মীনাই মচানা
গাহুক মমল য়ামগ্রবা তোংজৈহ্ লৌবা ঙমলোই। নিংথৌ ঐগা অমুক
ুংখিল মুংদাং খাক্লুনা শাগোন্নবা কোইনদবা ঐগা-মী ওইবা লৈবাক্তী
ম্মাইবা থাঙ্গাল মেজরগুবা য়াবংগুম্বনা হঙ্গোইনদবদগী ফাগী তৌগে
খন্দুনা লোংশিনবিরম দ্রা খনজহুনা য়াম্বংদা হংজগে কোজবনি"।
রচন্দ্রগী বাহ্ তাবদা লৌশিং চাউবা দিনচন্দ্র রাংখৈলাকপগী মপুকনিংদা
ফাক মীহো চাউবা ঐগী য়েক্লবা থাঙ্গালনা তোংজৈ লোংশিল্লগা ঐবু
রানবা শিগে থৌশিন্দুনা হঙ্গংলবোইরে। ঐনা ইচম চম্না লৌদে
য়িকবহ্ ঐবু ফানবা থাঙ্গালনা চেকপল রাংমদা থৌরাং তৌদুনা লৈরে।
মহুনদি লৌদ্রবহ্ লৌই খুল্লগে, পীমু হায়রগা মুমদগী লৌরুখিগে খুল্লগা
খুম য়ৌনবা চংহৌগে খল্লহুনা ইনাও ইবুঙো, পাবুংখানা ফাল্লম্বা
মল য়াম্লবা সনরুপ্পা তোংজৈবু মীনাই মচা কনানা লৌবা ঙমগনি।
য়াম্বনা ইনাওগী ন.তৌ য়েংগে খন্দুনা লোংশিনবনি খুল্লক্লে। য়াম্বংনা
লোংশিনবিরবদি হৌজিকমক ননাওদা পীবিরো হায়রক্লবদা দিনচন্দ্র
রাংখৈলাকপনা ইযাম্বনা মুমদা চেকশিল্লা থমগি, হৌজিকমক ইনাওদা
শিল্লনবা তোংজৈ লৌরুখিগে হায়না শঙ্গায় মাঙ্গোন্দগী কুমখরগা
ফজাম পুমমুম তাখংতুনা কনক য়েপশিনগা খোঙথাঙ লাওনা থাংল।

# অইবগী ফোঙলবা লাইরিকশিং

১। হাওরং নৈশং শাফবা । ড্রা
২। কেগে লমজা ,,
৩। তোম্বু লাইজিং লেম্বী ,,
৪। শন্নুলেম্বী ,,
৫। পুরেম্ব ,,
৬। হাওজু কৈশিতোম্বী ,,
৭। লম্মিংলোন
৮। মৈতৈগী ফুঙ্গা ৱারী
৯। মণি পরেং
১০। অঙাংগী পাউতাক ৱারী
১১। মেনৈ নৈম্না জুংজুম্বা
কদাম্বা নৈনুংশি
১২। মৈতৈ নিংথৌরোল
১৩। মৈতৈ পাউরৌ ৱারী
১৪। মৈতৈগী লাইনীং লাইশোল
১৫। মৈতৈ ঈমা লাইরেম্বী
১৬। চাং-তমগী ফুঙ্গা ৱারী
১৭। মোইরাং শাইওন

# ফোঙদ্রিবা ড্রামাশিং

১। জুরা ডাইথোংঙম্বী
২। গরীবনিৱাজ
৩। শংলোলেম্বী
৪। থম্বা-থোইবী
৫। হাওবা-কোম্বু
৬। লোইকুম-লোইকা